# শ্রীশ্রীকৃষ্ণপ্রেমভক্তিরসামৃত-মার্গবিন্দুঃ ।।



শ্রীকোইজম ব্রজবিহারী সিংহ
( রিটায়ার্ড এমঃ পিঃ এমঃ )
বাংহৈবক্ষ ।

প্রকাশক :—

শ্রীকোইজম ব্রজগোপাল সিংহ

থাংমৈবন্দ।

অহানবা খুৎনম জুলাই ১৯৯০ ইং

কোপী মশিং ৫০০।

গ্রন্থ অসি নম্বগী পোৎচংশিং অমসুং খুৎশুমলগী মমলনা অঙকপা ফংনা হেনগৎখিবদগী লাইরিক অম[illegible] মমল লুপা ৬০ ওইরে।

সত্ব পুন্নমক গ্রন্থকারগীনি।

নম্ফম :—

গীতা প্রিন্টার্স,

কাংঙবন লৈকাই, ইম্ফাল,

মণিপুর।

গ্রন্থকার।

শ্রীকোইজম ব্রজবিহারী সিংহ,

(রিটায়ার্ড এমঃ পিঃ এসঃ)

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল।



৺শ্রীল অখিলজিৎ সিংহ ( রাধাকৃষ্ণ ভক্তিদাস )
( শকাব্দ ১৮১১-১৯০১ )

# উৎসর্গ-পত্রং

"পিতৃস্মৃতিঃ।"

"ওঁ পিতা ধর্ম্মো পিতা স্বর্গঃ পিতাহি পরনন্তপ।
পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রিয়ন্তে সর্ব্বদেবতাঃ।"

পিতস্ত্রাতঃ

ইপান্না ধর্ম্মনি, ইপান্না স্বর্গনি,
তপঃ তেংগদবা পুম্নমক্কী খ্বাইদগী অথোইবা তপঃতে
ইপানুতনি। ইপান্না পানবদ্দি লাই পুম্নমক্নু পেনবি।

পিতঃ!

"শ্রীমদ্ভগবৎ প্রেমভক্তি পিপাসু, সংজ্ঞানান্বেষী, সারগ্রাহী
ওইখ্রবা ণুংশিরবা ৺পিতাবাব জী শ্রীল অখিলজিৎ সিংহ
(রাধাকৃষ্ণ ভক্তিদাস) গী কর কমলদা নচাগী উত্তম
উপার্জ্জন, মনোরভা সধনানি খঙ্গদুনা ইজবা
শ্রীশ্রীকৃষ্ণপ্রেমভক্তিরসামৃত-মার্গবিন্দুঃ"
কোবা গ্রন্থ চা আসিবু হাপচবি।
লৌনিযুনো পিতঃ। ভূল-ভ্রম
অপুন্বা ঙাকপিয়ুকো!"

শ্রীচরনাশ্রিত পুত্র—
শ্রীব্রজবিহারী সিংহ।

# উপহার পত্রং ॥

শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম ভক্তি লৈনবগী জ্ঞান তানশিল্লিবা ( শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিনা নিংবনবগী জ্ঞান তানশিল্লিবা )

মতিক চাববা/চাববী

শ্রী/শ্রীমতি ... ... ... .. .. ... .

সাং ... ... ... ... ... ... দা

লৈবগী মফমদা "শ্রীশ্রীকৃষ্ণপ্রেমভক্তিরসামৃত-মার্গবিন্দুঃ" বোবা গ্রন্থ মচা আসবু মুংশিনা খুদোল তৌজরি।

ভবং কিঙ্কর।

— গ্রন্থকার —

শ্রীকোইজম ব্রজবিহারী সিংহ

( বিটায়ার্ড এমঃ পিঃ এসঃ)

থাংমৈবন্দ,

ইম্ফাল।

তাং ........ .........১৯ ইং

# ৱাহৌদোক

## অবতরনিকা

শ্রীশ্রীকৃষ্ণায় নমঃ ।।

শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমভক্তিরসামৃতদা চংঙনবগী (লম্বী থিনবগী) ৱাহৌদোক থরদং ঃ —

ঐখোয় ইচিল ইনাও নিপাল, ইচল মুপী অমগা মাপল পোকই। গ্রন্থকারনা খ্বাইদগী অহলনি, শ্রীরাধাবিনোদ সিংহনা খ্বাইগী অতোনবনি। ঐখোয় মাপলমক হিংলি। ৪ শুবা ইনাওমুপাদি মশাগী চহি ২২ চংলকপদা ইং ১৯৭০দা শ্রীরাধাকুণ্ডদা বৈরাগ্য ওইবগা 'নরোত্তমদাস" হায়বা দাস্য নাম অসি লৌখি। হৌজিক ঐখোয়গী ইষ্টদেবতা শ্রীশ্রীরাধাব্রজবিনোদ-জীউগী কামদার (সেবাইত) ওইতুনা শ্রীরাধাকুণ্ডদা লৈরি। ঐখোয় খ্বাইবু পোকপিরম্বা ৺পিতা বাবাজী রাধাকৃষ্ণ ভক্তিদাস (৺শ্রীল অখিলজিৎ সিংহ) ইং ১৯৭৯দা চহি ৯১ শুবকপদা ব্রজপ্রাপ্তি ওইখি। ৺ইমা বৈষ্ণবী গৌরকৃষ্ণ দাসীনা (৺শ্রীমতি কামিনী দেবীনা) চহি অহুম হান্না চহি ৮৪ শুরকপদা ইং ১৯৭৬ তা বৃন্দবন প্রাপ্তি ওইখি।

৺পিতাবাবাজীনা বৃদ্ধবয়শ ওইশিলক্লবা মতমদা গ্রন্থকারবদা হন্না হন্না তাকপিরমই—"ননাওশিং অসে নহা ওইবিবগা, মাগী মাগী সংসারিকী মহৈ মহৈ তোংনশিবগা, তোপনা তোপনা লৈখিবগা ঐগী ইনাক ইনক নকত্রে। ইনাক্তা লৈরিবা নখোয়স্ত অতুমক চিল্লি, অহুমকপু নহাক্না (গ্রন্থকারনা) ইনাক্তা লৈবনিনা ঐগী অপাম্বা ঐনা তৌহনিংবশিং থবমখৈদি হেন্না খংই। ঐগী অপাম্বা হায়বদি ঐগী নত্তে নখোয় নখোয়গী কান্নজনবনি। ইহ জন্ম

ঃসিদা পৃথ্বীমক্রা কংউমদের মী ওইনা পোকপা মপোক অসিদা ঐগী কুলদস্তু পাৱগা মাগী মংগা হিংনবগী লম্‌জেল খিংগা লেইন-লোইনন, শ্রীকৃষ্ণগী নামবু শোন্দ্রবদি, মহাকপু নিংদ্রবদি, মাতোন্দা ভক্তিরূপিবু তৈন্দ্রবদি ছন্দকী মপোক অসি শেলেপ মাংনা হনদ্রগনি; পঞ্চভূতনা শাবিবা হকচাং অসিদি ময়ানি, মাংখিগদবনি মাংদবনি জীবাত্মাতনি। ইবুংঙো মহাক্কী নামবু শোন্দ্রবদি লৈয়েং অদে। হৃত্তোইগী লৈযেংঙম্ননি, মহাক্কী নামবু তাদ্রবদি নাকোং অনি অদে। উগী অহোনবগা পাংখকনি, মাবু খুকদ্রবদি কোক্কী অনগ্নদা। পুবনি, শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শন তৌদ্রবাদ মিৎ অনি অদো ৱাতোংমতুদা পানবা মিৎকুপ্পনি, মখোং অতুনা লীহনি। নিববু পবিত্রনা তৌদ্রবদি মখোং অড্ডু উখোংগা চপ মান্নবনি, মন তোন অতুনা শ্রীকৃষ্ণগী চবন্দা কংলগা শেষ পত্র-পুষ্প অতুগী গন্ধবু লৌদ্রবদি শ্বন তোন্দনা লৈবা অশিবগী মনাতোনগা পাংথক্নি, হিংতুনা লৈরিব, মশা অড্ডু অশিবগা চপ মান্নবনি, নাম শোনবা তাবা মতমদা খম্মোইবু পেত্রবদি মী অদো মুংনা। শাবা মুত্তিগা পাংথক্নি, হিংতুনা লৈবিবা মহাক অদো হিংনা হংনা শিরবনি।"

মতাং অসিদা মহাভারতকী লাল লোইরবা মতুংদা মাগী শাগৈ নাতৈ পুংমক তুমনা শিখিবা উবদা রাতুনা লৈপ্রবা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি :-

"সর্ব্বে ক্ষয়ান্তা নিচয়াঃ পতনান্তাঃ সমুচ্ছ্রয়াঃ।
সংযোগা বিপ্রযোগান্তা মরনন্তঞ্চ জীবিতম্।
অযুধ্যমানো ম্রিয়তে যুধ্যমানশ্চ জীবতি।
কালং প্রাপ্য মহারাজ ন কশ্চিদতি বর্ত্ততে।
আদর্শনাদাপতিতাঃ পুনশ্চাদর্শনং গতাঃ।
নৈতে তব ন তেষাং ত্বং তত্র কা পরিদেবনা।

(মহাভারত স্ত্রীপর্ব্ব ২/৩, ৫, ১৩)

তানশিন্দুনা থম্বা লন-থুম পুন্নমক মাংবদা লোইগদবনি, চাওখৎলিবা পুন্নমকস্থু লৈখা তাবদা লোইগদবনি, তিন্নরিবশিংস্থু খাইনবদা লোইগদবনি, হিংলিবস্থু শিবদা লোইগদবনি। লাল তৌরবস্থু মী শি, লাল তৌরবস্থু মী হিংই, মহারাজ! মতম্না লাক্লবদা কনামতা নাম্থোকপা ঙমদে; নচিন্ন ননাওশিং অদো অদর্শমদগী পোক্লুন। অদর্শনদা তিনখ্রবনি মখোয় অদো নহাকী নত্তে, নহাকস্থু মখোয়গা নত্তে। মরম অসিনা অস্থুম্না ব্রাক্লুনা ঙেংথাক্লুনা করি কান্নগনি। অসিগী ভাবার্থদি পোকপা শিব লৈত্রবা ঐগা কপুদা নিংউ "মামেকং শরনং ব্রজ" (গীতা) হায়রিবনি।

মথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখ্রবা "অদর্শনাদা পতিতাঃ পুনশ্চাদর্শন গতাঃ। নৈতে তব ন তেষাংতত্র কা পরিবেদনা" হায়রিবা অসিগা ইংরেজী কবি অমনা হায়রম্বগা মমাম্নৈ, মচুদি :—

"Your children are not your children. They are the sons and daughters of lifes longing itself. They come through you but not from you, and though they are with you yet they belong not to you."

(Kahlit Gibram)

নংগী নচাশিং অস্থু নংগী নচা নত্তে, নচানিপা, নুপীশিং অদো মখোয় মখোয়গী মতম লেপ্লুনবা লাকপনি। মখোয় নঙোন্দগী নত্তে নংবু ফাওত্নুনা লাকপনি, মখোয় অদো নংগা লৈমিন্নরবস্থু নংগীদি নত্তে।

হৌজিক ঐনা (পিতাবাবাজীনা) ননাওশিংদা শ্রীকৃষ্ণবু নিংনবগী তাংলবা ভক্তিমার্গশিং অসি মখোইদা তন্নাই তন্নাইনা শিক্ষা পব তৌরমগদবগী মতমস্থু লৈত্রে, মখোয়দা হাংথু হাথুনা তান্নগা মখোয়না হেক্তা

ইবুংঙো মঙোন্দা নকশিনবা, সাধু সঙ্গ তৌবগী য়াফম অসিদি মখোয়দগী অহুমক ইরাপতা লাপ্পনা লৈরি। ঐদি গুরুগী আজ্ঞাদি কাইবা য়াদে, মরম অসিদগী ঐগী অতোপ্পা উপায় লৈরকত্রদ্রুনা পিতাবাবাজীনা তাক-পিরম্বা, তক্সিরম্বা খর খরদং, নিংশিংজহৌবা খর খর, বৈষ্ণবশিংদগী তাজহৌবা খর, ধর্ম্মগ্রন্থশিং পাজরুবদগী ফংজরকপা খর খরদং, মূঢ়মতি ওইরবা ঐহাক্না "পিতৃ আজ্ঞা পালন"গী মশক ওইনা সংগ্রহ তৌরগা (পুনশিঞ্জরগা) লাইরিক মচা অসিদা মরু মরু ওইবা সংস্কৃত অমস্থং বাঙ্গালীগী শ্লোক মূল খরবু মৈতৈলোন্দা ইথোক্লগা মখোয়না পাজহৌনবা য়েল্লম্লগে হায়না লেপখি। গ্রন্থ মচা অসিবু "শ্রীকৃষ্ণপ্রেমভক্তিরসামৃত—মার্গবিন্দুঃ" (অমৃতগী রসগী মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিনা নিংনবগী লম্বেল মরিক অমত্তং) হায়না মিং থোনজরগা সংগ্রহ তৌদ্রুনা ইজবনি। বানান, ব্যাকরননচিংবা অরানবা য়াওবা পুন্নমক পাঠক ভক্তশিংনা ঙাকপিয়ু। মথংগী সংস্করনদা চুমথোকচগনি।

শ্রীহরিগী কলানা সত্যবতীগী মচানুপা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাস-দেব ওইনা অবতার তৌবিরমদ্রবদি অমস্থং মহাক্না বেদদগী লৌথোক্লুনা ভগবান শ্রীহরিগী গুনাগুন খিবিকপু জগৎ অসিদা তাকপিরমদ্রবদি মীদি লাইরদ্রুনা লাই ফাওবা (লাইমরুম্থ) শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমতা ফাওবা শোনবা ঙমলমলোইদবনি। হৌজিক্তি মহাক্কী কৃপাদগী জগৎকী মী অপুম্বা নাম শোনবা ঙমহনবিরে। অসিগুম্বা বেদব্যাসমকপু শ্রীকৃষ্ণনা "অহং বেদ্মি শুকো বেত্তি ব্যাসো বেত্তি ন বেত্তিবা, ভক্ত্যা ভাগবতং গ্রাহ্যং ন বুদ্ধ্যা নচ টীকয়া" (প্রাচীনকৃষ্ণশ্লোকঃ চৈঃ চঃ মধ্য লীলা)

শ্রীকৃষ্ণনা হায় "ঐ ভাগবত খংই, ব্যাসগী মচানুপা শুকদেবস্থু ভাগবতপু খংই, ব্যাসতি খজিক্তং খংলম্বা য়াই, ভক্তদনা ভগবত খংই, বুদ্ধি লৈবনা টিকাহৈবনা খংবা ঙমদে" হায়রিবনি। অস্থুপকী মতিক লুপ্পবা

শ্রীকৃষ্ণগী ভগবান মহাপ্রভু, ইবংঙো মহাক্কী প্রেম-তত্ত্ব, রস-তত্ত্ব মযামবু ঐগুম্বা মুচমাতনা খংনা, ইবা, লাম্বা হৌনদে। পংখ্রবা তোনখ্রবা ঐগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভা রসবু খবদং খোমজিনজবগ ইজকুবিবা অসিসু শ্রীগুরুগী কৃপাদানা। সমুদ্রদু ঈশিং খুজোক্না শিংকে খল্লুবগুম্বনি। ঐগী ইতিক ইপা নত্তবা তোওমদবা থবকপু রসিক ভক্তশিংগী মখোয়গী ঙাকপিহৈবা মগুননা ঙাকপি সন্নু। পিতৃদেবগী আজ্ঞা পালনগী দমক্তা তিলমাত্র থোহঙদিং মখিক অমত্তং ইজকুবনি। ইজকুরিবা গ্রন্থ মচা অসিনা পূর্ণি আসন ইহান হান্না ইজবা গ্রন্থনি। শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা ক্ষমা প্রার্থনাগী ভক্তি কচ্চবি )।

"সামান্য গাগরের মধ্যে সমস্ত
সাগরের জল ভরার মত
ইহা বুঝিতে হবে যে একমাত্র
শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দের শ্রীশ্রীগৌর-
নিতাইয়ের সম্পূর্ণ কৃপা" ॥

(ইশম চম্বা চফুমচা কমদা সমক্রগী ঈশিং পুম্নমক হৈজিনবগুম্বনি, পুম্নমক অসি শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী অমসুং শ্রীশ্রীগৌরনিতাইগী সমপূর্ণ কৃপাদগী ওমত্তবনি হায়না খঙ্গে।)

## শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমভক্তিগী মরু ওইরবা রাক্ষম থরদং:

ইন ওশিং পুম্নমক, পরিবারবর্গস্বজন পুম্নমক !

নর জগৎ অসিদ অমর ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমরসামৃতর আস্বাদন তৌজবগা ইবংঙো মহাক্কী চরনাশ্রিত ওইজগনা সেবা ফংজগদগে হায়বা সাধন অসি মহোৎপীদা খ জগদবা ওই। মতুদি শ্রীগুরুগী কৃপাদগী সিদ্ধরূপ (সিদ্ধমঞ্জরী) ফংজরগা সখীগী অনুগা ওইনা (ভুংইনবী ওইনা) প্রেম সেবাবু ফংজনবা গাঢ প্রেমভক্তিগা লোইননা নিংজগদবা ওই। "গুরু কৃপা

সিদ্ধরূপ প্রেমসেবা স্বরূপ" হায়না গোস্বামীশিংনা তাকপিরম্বা খ্বাই পুস্বনা ঈশৈওইনা শরুরিবা অসিনি। ইবুংঙো মহাক্কী কথা-আলাপ তৌরগা, তারগা লোইবা নত্তে, মথুং হৃৎলিননা সাধু-সঙ্গ তৌবগা লোইন লোইননা শ্রীচরনবু করম্না সাধন তৌরগা সেবা ফংজগদগে হায়বা মানসিক চিন্তা অহু হিংলিবা সাধক দেহনা সাধ্যশিরমনি শ্রীকৃষ্ণবু সাধন তৌগনি। সাধন মতৌদি সাধকদেহগা সিদ্ধদেহগা (সিদ্ধমঞ্জরীগা) পুম্না পন্না সাধন তৌগনি, সাধকনা তৌরিবা মথৈ সিদ্ধবুস্থ তৌহনগনি। সাধকনা সাধন লেপ্লবদি সিদ্ধস্থ লেপখি।

শ্রীকৃষ্ণগী গুনা-গুন তারি-পারি হায়বতুদি সাধারব রতিনি, সাধন য়াও-দরি-শান্তরস কৌই। শ্রীব্রজগোপীশিংগী যুথেশ্বরী মঞ্জরীশিংগী অনুগা ওইনা চংজবগা রাগানুবাগা ভক্তিনা শ্রীচরনগী প্রেমসেব বু ফংজনবা হোৎনগদবা ওই মাহুবু মধুররস (কান্তারস) কৌই, সমর্থা রতিস্থু কৌই। খ্বাই পুম্নমক্তগী পুমহেন হেনবা রতিনি। কাওরগনু; কাওদনা সাধনস্থ হৌরগদবনি। হন্দক্কী ধন্য কলি অসিদা পোক্লিবা মপোক অসি "ব্রহ্মার দুর্লভ মানব জনমান" হায়না শাস্ত্র পুরান পুস্বনা লাওরিবা মপোক অসিবু লেমনা শেললেপ মাওহন্দনা হল্লসি।

ভক্তি হায়বসি চাওরাক্না মথল অনি থোকই। মহু দ "বৈধি-ভক্তি" হায়ব অমা, "রাগমার্গ-ভক্তি" কৌবা অমা, অনি থোকই।

বৈধি-ভক্তি হায়বদি বেদগী বিধি, নিয়ম কর্ম্মকাণ্ড, যাগ-যজ্ঞ চিংনা মরম ওইদুনা মহাকপু (ভগবানবু) নিংববু কৌই। মাধুর্য্যস্থ ময়াওইদি হায়ববু ঐশ্বর্য্যনা হেল্লি বৈকুণ্ঠ ফংই।

রাগমার্গ ভক্তিদি শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগী কান্তাগী (পত্নীগী) ভাওনাদা নিংজববু কৌই। মাধুর্য্যনা মপুং ওইবা রতিনি ব্রজ ফংই। বৈধি ভক্তিদগী রাগমার্গ ভক্তি চৎপনা শ্রেষ্ঠনি। "কীটপেষ সমারূঢ়া গুড্যায়াস্তং মনুস্মরম'

## ঐখোয়গী মুম্নাককী মরমদা ময়াম্না হৎনরকপা রাফম অমতং শেংদোকচরি।

ঐখোয়গী য়ুম্নাক অসি "অকোইজমনি" "কোইজম" নত্তে অদুবু হৌজিক্তি থাংমৈবন্দা লৈবা "অকোইজম" পুম্নমক "কোইজম" হায়না ইরে। "অ" য়াওদবা নত্তে, "অ" বু মনুংদা পুমজনা থমলগা "অ" গী উচ্চারন থোকহন্দনা "ক" দগী উচ্চারন তৌবদনি। মরমদি ঐগী ৺পিতা বাবাজীনা শ্রীকৃষ্ণবু লুনা কানা, মুংশিনা প্রেমভক্তি লৈজরুবদগী "কৃষ্ণ" হায়বা শব্দ অসি "ক" দগী হৌই, ঐখোয়গী য়ুম্নাকশু "ক" অদুমক ইরসি, শ্রীকৃষ্ণগ সবন্ধ ওইবা পামজে হায়না তাকপিবদগী পিতা বাবাজীনা লৈরিঙৈদগী হৌনা "অকোইজম" গী মহুৎতা "কোইজম" হায়না ইবা হৌবিরম্লবনিনা অমুক হোংলেরোই। অতৈ মরম করিগুম্বা অমতদগী নত্তে। প্রমান ওইনা :-

"পিতৃ গোত্রেচ যা কন্যা স্বামী গোত্রেন গোত্রিকা তথা,
দীক্ষা প্রভাবেন অচ্যুত গোত্রেন ভবেৎ।"

(বৈঃ ব্যঃ নির্নয়: — তুলশীদাস)

নিংঙোল অমা হেক লুহোংখিবদা মপাগী গোত্র থাদোক্লগা মপুরোইবগী গোত্রদা তিনখি। অদুগুম্না ঐখোয়শু দীক্ষা (শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র) হেক ফংবদা অচ্যুতগী (শ্রীকৃষ্ণগী) গোত্রদা তিল্লবনি। হৌজিক ঐখোয়না "অকোইজমগী মহুত্তা "কোইজম" ইরে হায়দুনা "অকোইজম" গী পুয়া, য়েক, শলাই, গোত্রনচিংববু উলঙ্ঘন তৌবা নত্তে (খাদোকচদে), অহোইনদুম কন্না চেৎনা ইনজরি। ঐখোয়গী পুয়াগী মতুংইন্না হান্নগী লৌচৎ-শাজৎ পুম্বা কাইদনা চৎচরি। শ্রীকৃষ্ণনা য়াবিরোইদবা থবকপু ঐখোয়না তৌজবা হৌনদে। শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বগী য়াবি মতেক অমতং :-

দ্বারকাদা রুক্মীনীবু শিশুপালদা থাজরে, বিবাহগী কুম্মৈ হোরে, বর, লাক্লে, সম্প্রদান য়োরক্লে, মতম অসিদা ইবেম্মনা (রুক্মীনিনা) ইবুংঙোদা (শ্রীকৃষ্ণদা) মহাকপু লৌবিরে। হায়না "অনঙ্গলেখা" কৌবা চিঠি অমা ইরগা অহল ওইরবা ব্রাহ্মন অমবু দূতী ওইনা থারকই। ব্রাহ্মন দূতী অদুগী মমিংদি সদানন্দ কৌই। (শ্রীসাধন প্রেমভক্তি তরঙ্গিনী)

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ দূতী অদুদা তাকপিখি।

মহুদি :—কচ্চিদ্দ্বিজবর শ্রেষ্ঠ ধর্ম্মস্তে বৃদ্ধ সম্মতঃ।
বর্ত্ততে নাতি কৃচ্ছ্রেন সন্তুষ্ট মনসঃ সদা।।"

(শ্রীভাগবত ১০/৫২/৩৩

হে ব্রাহ্মন অথোইবা! মহাকপু য়াম্না লাইনা তান্দুনা ফংবনা মরম ওইদুনা পুক্নিং পেল্লে, থাইনগী অহল লমনা তৌনরকপা ধর্ম্মবু কাইদনা চৎলিব্রা? কৃষ্ণ ঐনা পাম্বদি অদুনি।

মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বা থাইনগী অহল লমনগী চৎনরকপবু ঐখোয়না থাদোকপা হোৌনদে, পুম্নাদা ইরিবা অরিবা ধর্ম্ম অপুম্বা চপ চানা ইল্লি অমসুং চৎলি।

হৌজিক্কি মতমগী অহোংবা কয়া লাকপনা মরম ওইদুনা মিংগী মনাংদা য়ুম্নাক ফাওবা হাপ্পরক্লে মিংগী মমৈদা শলাই-মৈতৈ, লুবাং, মঙাং, খুমন্নচিংবসু ইনরক্লে, মপীদনা লৈমা হাপ্পরে। হৌজিক ওইনরক্লিবা ফিবম অসিদসু কনামতনা মাগী মাগী পুম্নাবু হন্দোকদুনা অনৌবা পুম্না শেম্বা নত্রগা লৌবদি ওইরোই হায়না নিংজৈ। মতাং অসিদা শেংদোকচবা লোইজরে।

---

## গ্রন্থ অসিবু ছাপ্পা নম্বা অমসুং বাইন্দিংনচিংবা তৌবগী ভার পুম্নমক লৌবিখিবা ভদ্রলোকশিং।

গ্রন্থ অসি নম্বনচিংবগী ভার পুম্নমক গ্রন্থ অসিগী প্রকাশক (ফোংবিবিবা) ঐগী তরুকশুবা ইনাও নিপা **শ্রীমান ব্রজগোপাল** সিংহনা পুবিহুনা, ঐগী নিংবা 'পুম্ব থুংহনবিখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা সদাকালদা ইনাও অসিবু মঙ্গল পীবিসনু, ঐনসু ইনাওবু স্নেহ'শীষ তৌবি।

হন্দক্কী মতাং অসিদসু নত্তে, পিতা ববাজীনা জীবিত ওইবিউদা শ্রীরাধাকুণ্ডদা অ'খড়া (কুঞ্জ) অমতং লৈবগা ঐখোয়গী ইষ্টদেববু মফম অদুদা বিরাজ ওইহনবিংলমই অদুবু আর্থিক অবস্থানা মবম ওইহুনা অনিংবা থবক অদু হেক থুননমক পাংথোকপা ঙমখিদে। মতম অসিদা ঐগী ইনাও নিপা অসিনা পিতাবাবাজীগী অনিংব অসি থুংনবগীদমক শ্রীবাধাকুণ্ডদা ইং ১৯৭৫ দা মন্দিব, নাচঘব অমসু মী লৈনবা দো-মোহলা কা তরুক্কা কোন্নবা অচৌবা আখড়া অমা লৈনগী চাওখ্রবা শেনফম অমা পুথোক্লগা লৈহুনা পিতা বাবাজীগী নিংবা থুহনখি। আখড়া অসি শ্রীলোকনাথ গোস্বামীগী আখড়া অমসুং পুবানা কুঞ্জগী হেক নোংচুপ্পা লৈবে, নামনা শ্রীরাধাব্রজবিনোদকুঞ্জ হায়না লোল্লি। কামদাবনা (সেবাইতনা) ঐগী মবিশুবা ইনাও নরোত্তমদাস বাবাজীনা কুঞ্জ আস পুরি। বাবাজী অসিসু মশাগী চহি ২২ চংলকপদা ইং ১৯৪০ দা বেশাশ্রিত ওইখ্রবনি, অবিবাহিতানি (সংসারিকতা চংখ্রিদ্রবনি)। বাবাজী অসিনা মৌজিক ফাওবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী নিত্য'সেবা কায়দনা তৌরি।

পিতা ববাজীসু মন্দির অসি লৌবদগী, মতম অদুগী যাম্না তাং। ফংদুবা বাজপদবী "ঈশিংলাকপা" হায়বা ফম অসিবু কবিসু ওইদনা থনখিগনা চহি ২৫ দং সার্ভিস তৌবিম্নগা মেডিকেল গ্রাউণ্ডদা পেন্সিন লৌথোরমই, শ্রীকণ্ডদা লৈরগা হান্নগী মন্দিরবু জীর্ণোদ্ধাব তৌরগা ঐখোয়গী ইষ্টদেবতাবু মফম অদুদা লেংশিন্দুনা বিরাজ ওইহনবিরমই।

মতম থরগী মতুংদা ইনাওনিপা অসিনা মাত্রদা শিংতুনা শাজাবা অচোবা শবিক (gong) অমসু বাধাব্রজবিনোদজীদা কৎলি। মখোল য়াম্না হৌই। শ্রীগোবর্দ্ধন ফাওবা তাই। হৌজিকসু ইনাওনিপা অসিনা ঐগী ইনাওনিপা ইতোন তোনবা রাধাবিনোদকা মচিন মনাও অনিনা আথড়া অসিগী শেমজিন শাজিনবগী থবক পুম্নমক কাইদনা চথাবি।

পুম্নমক অসি ইবুংঙো মহাক্কী অচিন্তাশক্তিগী কৃপাদগী ওইবমক্তনি। ঐখোয়না খল্লহনসু থোকপা ওম্বা নত্তে।

মথংদা এঙোন্দগী অনিশুবা ইনাওনিপা শ্রীমান রোহিনিকুমার সিংহসু গ্রন্থ অসি নম্বগী মতেং ওইনবা লুপা ১০০০ (লিশিং অমসু) কৎলকই। শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিসনু।

অরোইবদা, গ্রন্থ অসিনদ সংস্ক তনা অয়াম্বা ওইবনা অমসুং কম্পো-জিটর (কম্পোজর) শিংনাদি অয়াম্বনা সংস্কৃত খংদবনিনা গ্রন্থ অসিবু ওম্বমখে শোয়দনবা নম্বদা "গীতা প্রিন্টর্সকী মেনেজিং প্রো-প্রাইটর, শ্রীযুক্ত রাজকুমার স্নাতোম্বা সিংহনা" নমল যামথ্রবা মতম কাযথো-কপিহুনা লাইরিক অসি নম্বা হৌবদগী লোযবা ফাওবা গন্থকারগা লোয়ন লোযননা হন্না হন্না, প্রুফ লৌমিন্নখি : পামিন্নরগা ফাইনেল প্রিন্ট তৌখি। মতম অসিদা এনা হকচাং ওমদবদগী শ্রীযুক্ত ইবুংঙো রাজকুমারনা য়াম্না তোযনা ঐগীদা লেংবিবক্লগা প্রুফ পুম্নমক পামিন্নখি। মতুগীদমকসু তৌবিমল খংবা উৎচরি।

গ্রন্থ অসিদা যাওবিবা চিত্রশিং অসিগীদমকসু ইবুংঙো সনাসিনা কলিক তাদা চৎলগা অনানবা ব্লোক শাবগা প্রিন্ট পুম্নমক তৌবিকই। অসুম তৌহনা ইবুংঙো অসিনা মশাগা তৌফম থোকপা থবক্কী রাংমদা পাং-থোকখিবশিং অসগীদমক্তসু গ্রন্থকারনা হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি। শ্রীকৃষ্ণনসু সদাকালদা কৃপা তোবিসনু।

গ্রন্থ অসি ইবদা মতেং লৌথিবা ধর্ম্মগ্রন্থশিং অমসুং
সাধুসঙ্গদগী ফংজহৌবা খরদং।

১। শ্রীমদ্ভাগবত। (বেদব্যাস)
২। শ্রীমদ্ভাগবত গীতা। (শ্রিযোগেন্দ্রনন্দ গিরিগী ব্যাখ্যা)
৩। শ্রীমহাভাবত। (বেদ-ব্যাস)
৪। শ্রীবিদগ্ধ মাধব। (শ্রীরূপ গোস্বামী)
৫। শ্রীহবিভক্তি বিলাশ। (শ্রীগোপাল ভট্ট)
৬। শীহবিভক্তি বিলাশ কনা। (শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যাবত্ন)
৭। হবিভক্তি বসামৃত সিন্ধু র-বিন্দ। (শ্রীশবচ্চন্দ্র শীল)
৮। শ্রীসাধন প্রেমভক্তি তবঙ্গিনী। (শ্রীগোপালদাস বাধাকুণ্ড)
৯। শ্রীবৈষ্ণব ব্যবহাব নির্নয (তুলশীদাস)
১০। শ্রীগোপাল সহস্রনাম। (শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ন)
১১। মৈতৈ কীর্ত্তন। (শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যাবত্ন)
১২। শ্রীসঙ্কীর্তন মহাযজ্ঞ। (শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ন)
১৩। শ্রীপদাবলী। শ্রীব্রজমোহন দাস)
১৪। শ্রীকৃষ্ণভবনামৃত। (শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি)
১৫। চৈথারোন কুম্বাবা।
১৬। বিজয় পঞ্চালী।
১৭। হিন্দু পর্ব্বদিন। (শ্রীনিঙোম্বম ইবোবী)
১৮। শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা (এনুয়েল— ইং ১৯৮৪, ১৯৮৬)।
১৯। পিতা বাবাজীগী কলমদগী খরদং।
২০। সাধু-সঙ্গদগী পিতা বাবাজীনা তাকপিরম্বা খরদং।
২১। নিত্যকর্ম্মসার। (মনিপুর গীতা মণ্ডল) অসিনচিংবা।।

# শুদ্ধি পত্র।

গ্রন্থ অসিবু পাবিরিবা ভক্ত-বৈষ্ণবাশংনা কৃপা তৌবিত্তনা অরান-বাশং অসিবু চুমথোকপিরগা পাবিনবা গ্রন্থকাশনা হৃজংচরি।

| লামাই | শংক্তি | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩ | ১০ | শ্রীগুরুবে | শ্রীগুরবে |
| „ | ১৫ | ঁদধ্যাক্রমনশ্চৈব | উদধ্যাক্রমনশ্চৈব |
| ৪ | ১১ | পাদস্পশং | পাদস্পর্শং |
| ৫ | ৫ | সূর্যদেবম | সূর্য্যদেবম |
| „ | ১৭ | পুরস্তকারী। | পুরস্তকারী |
| ৬ | ১১ | চত্রুধরং | চক্রধরং |
| ৮ | ২১ | শ্রীব্রজরাজ্ঞী | শ্রীব্রজরাজ্ঞী |
| „ | ২১ | মেঘু | ঘুমে |
| ৯ | ৩ | কোট্য'হর্দ্ধ | কোট্যাহর্দ্ধ |
| ১২ | ২১ | কণ্ঠকৃপে | কণ্ঠকুপকে |
| ১৪ | ৫ | আ'হ্নক | আহ্নিক |
| „ | ২১ | ভূষনচ'বা | ভূষনচিংবা |
| ১৬ | ১৭ | পা'কর্ম্মহাং | পাপকর্ম্মাহং |
| ১৭ | ৩ | শোভিতং | শোভিত |
| „ | ৯ | শ্রীবৎসসাঙ্ক | শ্রীবৎসাঙ্ক |
| „ | ১০ | পলার্চ্চিত | পলার্চ্চিত |
| ১৯ | ৫ | দেবাষ | দেবর্ষি |
| ৩৩ | ১৬ | দ্বাপরান্তেবলেরাদৌ | দ্বাপরান্তেকলেরাদৌ |
| ৪১ | ১ | মণ্ডইরবস্থ | মণ্ডাইরবস্থ |
| ৪২ | ৭ | কৃষচমামরা | কৃষ্ণাচমায়রা |

| পাতায় | পংক্তি | অশুদ্ধ | শুদ্ধ |
|---|---|---|---|
| ৪৫ | ৪ | অশুদ্ধএ | |
| ৪৬ | ২ | বংশাকল : | বংশীকল : |
| ,, | ৩ | পটৈ | পটে |
| ,, | ২১ | প্রত্যহ্ন | প্রত্যহ্নত্য |
| ,, | ২২ | (বিষয়েষু) ঘিংসন্তি | (বিষয়েষু) খিংসন্তি |
| ৫১ | ১১ | বালাগর্ণ : | বালাগন : |
| ৫২ | ২ | প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত | প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত |
| ৫৩ | ৫ | নন | নম্র |
| ৫৬ | ১৫ | মাবো | মাঝে |
| ৫৬ | ১৭ | দাসৎ | দাস্য |
| ,, | ১৯ | সাইতে | সহিতে |
| ,, | ২০ | শক্ষি | শাক্ষি |
| ৫৭ | ২০ | ধনুষা | ধনুষী |
| ,, | ২১ | স্বস্তিকং | স্বস্তিকং |
| ৫৮ | ২৩ | মহালক্ষ্যা।চ্চতাং | মহালক্ষ্যার্চ্চিতাং |
| ৬১ | ১৮ | মচনা | মচুনা |
| ৬২ | ১৬ | ভূর্যন | ভূষন |
| ৬৫ | ১২ | বাশিকৈলমরিচ | বাজিকৈলমরিচ |
| ৬৯ | ১ | ভত্তিগা | ভক্তিগা |
| ৭২ | ১৬ | দীয়নানং | দীয়মানং |
| ৭৯ | ৬ | ফালগুল | ফালগুন |
| ৮২ | ১৫ | মর্ণভাবে | মনভাবে |
| ,, | ২১ | সুগুারতে | সুগুরিতে |
| ৮৮ | ১৬ | তদেগহে | তদেগহে |
| ,, | ১৮ | সহচরৈস্তথতাথত;ঞ্চশ্রয়ে | সহঃচরৈস্তাঞ্চাথতঞ্চাশ্রয়ে |

| পৃষ্ঠায় | পংক্তি | অশুদ্ধ | শুদ্ধ |
|---|---|---|---|
| ৯০ | ২০ | সখ্যনীতেশশৈষাশণ | সখ্যনীতেশ-শেষাশন |
| | ” | মুদিতহৃদাং | মুদিতহৃদং |
| ” | ২২ | নিব্যূঢ় | নিব্যূঢ়া |
| ৯১ | ২২ | গানৈমরপ্রহেলী | গানৈর্নর্মপ্রহেলী |
| ” | ২২ | প্রেষ্ঠালিভিলসন্তৌ | প্রেষ্ঠালীভি-র্লসন্তৌ |
| ” | ” | মনসোমৃষ্ট | মনসৌমৃষ্ট |
| ” | ” | মাধ্বীকপামৌ | মাধ্বীকপানৌ |
| ” | ২৪ | তাম্বুলৈগেন্ধমা-ল্যৈর্ব্যজন | তাম্বুলৈর্গন্ধমা-লৈর্ব্যজন |
| ৯৩ | ৮ | সংসরিকী | সংসারিকী |
| ৯৬ | ১৩ | ভবাব্ধিপোতং | ভবাব্ধিপোতং |
| ” | ১৪ | ত্যক্ত | ত্যক্তা |
| ১০২ | ৫ | পলাচ্চিতভনুং | পলার্চ্চিতভনুং |
| ১১০ | ১৬ | রাধাবীজাত্মিকা | রাধাবীজাত্মিকা |
| ১১৮ | ১০ | ওঁভূ: | ওঁভূব: |
| ১২০ | ১৪ | পাদরেমব | পাদরেনব |
| ১২২ | ৩ | চিন্তাংমদি | চিন্তাংযদি |
| ” | ২০ | তদাত্মানং | তদাত্মানং |
| ১২৪ | ১ | সাধ | সাধু |
| ১২৮ | ৭ | বঙ্গলবার | মঙ্গলবার |
| ” | ১১ | ভাণ্ডর | ভাণ্ডার |
| ১২৯ | ১০ | নৈঋাতে | নৈঋতে |
| ১৩৬ | ১৩ | পশ্চিনে | পশ্চিমে |

| লামায় | পংক্তি | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১৪২ | ১৮ | নৈঋাতে | নৈঋতে |
| ১৪৪ | ১৯ | বু্দ্ধি | বুদ্ধি |
| ” | ২৩ | কর্ত্তশ্যকির্ত্তব্য | কর্ত্তব্যংকর্ত্তব্য |
| ১৪৭ | ৯ | চানবি | চানবিবা |
| ১৫৫ | ২ | অমৃত্তবু | অমৃতবু |
| ” | ১৮ | | |
| ১৫৮ | ১৫ | মাঘবা | মঘেরা |
| ১৬৫ | ১ | রঞ্জপা | রঞ্জণা |
| ” | ৪ | থম্বালগী | থম্বালগী |
| ১৭৯ | ১১ | অদগী | অত্তুদগী |
| ১৮৪ | ১২ | মন্ত্রেশানবা | মন্ত্রশৌনবা |
| ১৮৭ | ১৬ | ত: | তত: |
| ১৮৯ | ৭ | ভদ্ধরি | তদ্ধরি |
| ১৯৪ | ১৬ | ক্রুব | ধ্রুব |
| ২০৩ | ১৩ | সুহৃত্তম | সুহৃত্তম |
| ২০৪ | ১৮ | প্রর্থনা | প্রার্থনা |
| ২০৫ | ১ | যাদি | যদি |
| ২১২ | ১ | মাকো | যাকো |
| ২১৮ | ১২ | গঙ্গণারায়ণ | গঙ্গানারায়ণ |
| ২৩০ | ১১ | শ্রীগোবিন্দগী | শ্রীমনুপ্রভুগী |
| ২৪৯ | ১৪ | নৈভির্লপমালিকা | নিভর্জপমালিকা |
| ” | ১৫ | সর্ব্বেযামী | সর্ব্বেষামী |
| ২৫৪ | ১৮ | সাথর: | সাথব : |
| ” | ১৯ | গোনাঙ্গচবনে | গৌরাঙ্গচরনে |
| ” | ২২ | কামবানাবিজেত্রী | কামবালাবিজেত্রী |
| ২৫৫ | ২১ | সমাগী | সনাগী |
| ২৫৮ | ৩ | শ্রকৃষ্ণ | শ্রীকৃষ্ণ |

# সূচী পত্র

| হৌরম | | লামায় |
| --- | --- | --- |

# শ্রীশ্রীকৃষ্ণপ্রেমভক্তিরসামৃত মার্গবিন্দুঃ।

## নিত্য কর্ম্মঃ ( নিত্যাচারঃ ) ॥

**শ্রীকৃষ্ণবু** ভজন সাধন তৌননবগীদমক হুমিংখুদিংমক্কী তুম্বা হেক হৌবদগা শোইদনমক তৌগদবা থবকপু **নিত্য কর্ম্ম** কৌই। মথৎদি, ঃ—

হুমিং খুদিং গী **ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা** ( অয়ুক্কী পুং ৩ মিনিট ৫৮ দা ) "**কৃষ্ণ**" "**কৃষ্ণ**" শোন্দুনা হৌগৎকনি,— "**ব্রাহ্মেমুহূর্ত্ত উত্থায় কৃষ্ণ কৃষ্ণেতি কীর্ত্তয়ন্**।" ( বৈষ্ণব নিত্যাচার. )

অৎংকপা খুবাক ওনমক য়েংলগা নামশিং অসি শোনগনি মথৎদি, "**করাগ্রে বসতে লক্ষ্মীঃ করমধ্যে স্বরসতী করমূলে স্থিতো ব্রহ্মা প্রভাতে করদর্শনম**"।

মথৎদা শ্রীগুরুবু ধ্যান তৌগনি অমসুং, খুরুম্নগনি, "**অজ্ঞান তিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া চক্ষুরুন্মীলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।**"

হুমিং খুদিংগা মাহৌবগা তৌগৎলকপা অসিবু নোংমা অতুগা অহানবা যাত্রা কৌই। মতম অসিদা হনুমানগী দ্বাদশ নাম থিবরদি থবক খুদিংমকতা মঙ্গল ওই। মকু ওইনা চৎথোক্লমদা হৈদা থিয় অকি-অথং **পুম্নমক** লৈরোই থবক খুদিংমক মঙ্গল ওইগনি। "**হনুমান অঞ্জনাসুত বায়ুপুত্র মহাবলী বামিষঠ, ফালগুণী, বন্দ, পিঙ্গাক্ষ্য, অমিতবিক্রমন, উদধ্যাক্রমনশ্চৈব সীতাশোক বিনাশনম্, লক্ষ্মণ প্রানদাতাশ্চ দশগ্রীবস্য দর্পহা এতানি দ্বাদশ নামানি কপিন্দ্রস্য মহাত্মনে প্রাতঃকালে পঠেন্নিত্যং যাত্রাকালে বিশেষত ভয়ামি তস্য নশ্যন্তি সর্ব্বতঃ বিজয়ী** ভবেৎ।"

মথংদা **"পূণ্যশ্লোক নলরাজা, পূণ্যশ্লোক যুধিষ্ঠীরঃ, পূণ্যশ্লোক বৈদেহী, পূণ্যশ্লোক জর্ষার্দনঃ"** নাম মবি অসিবু শোনগনি।

**" অহল্যা, দ্রৌপদী, কুন্তী, তারা, মন্দোদরী"** হাযবা সতী মঙা অসিগী নাম শোনবদা মহাপাপ পূম্নমক মাংহল্লি।

**"দূর্গা দুর্গা, অজর্জুণ অজর্জুণ"** হাযবা নাম অসি হেক শোনবন অমঙ্গল পূম্নমক্তগী রক্ষা তৌবি। হৌজিক্কি ফমুংদগী কুমথরমদাইদা মথাগী মন্ত্র অসি শোম্নগা পৃথিবী মাতাবু খুরুমগনি, স্বরনা নাত্তোন যেৎলোমদা লৈবা মংমদা খুৎযেং। কোক কংলগা খোংনা শোকপরু ঙাকপীয়, হাযনা খুবমলগা খো ফেংনা হান্না কুমথগনি। ( সাধুসঙ্গদগী )

**"ওঁ সমুদ্র মেখলে দেবী পর্ব্বত স্তন মণ্ডলে বিষ্ণুপত্নীঃ নমস্তেভ্যং
পাদস্পশং ক্ষমস্বমে।
ওঁ প্রিয়দত্তায়ৈ ভুবে নমঃ॥"**

ইমুংদগী মপাল হেক থোরকপদা বৃন্দা দেবীবু হান্না খুরমগনি,—
**"ওঁ বৃন্দা দেব্যৈ নমঃ।"**

বৃন্দা খুরুম্নবা মতুংদা সূয্যদেববু খুরুমগনি অদুগা সূর্য্যদেবগী দ্বাদশ নাম শোনগনি।

**সূর্য্যপ্রনাম— "ওঁ জবাকুসুমসঙ্কাশং কাশ্যপেয়ম্ মহাদ্যুতিং
ধবান্তারিং সর্ব্বপাপঘ্নং প্রনতোস্মি দিবাকরং"।**

অযুক্তা যাহৌবগা সূর্য্যগী দ্বাদশনাম অসি হেক শোনবদা মিংতাংবা, কুষ্ঠীথুংবা, ব্যাধী থুংবনচিংবা লাইনা কযা কোকই, লাইববস্থ কোকই। অমুক্তনা **"ব্রহ্মানি"**, নুমিৎযুংবদনা **"বিষ্ণুনি"**, নুমিদাংবাইবমদা **"মহাদেবগী"** রূপ লৌবিবা সূয্যদেববু খুবমগনি তমস্থ, দ্বাদশ নাম অসি শোনগনি মাদুদি, ঃ— **আদিত্য প্রথম নাম, দ্বিতীয়ন্তেশ্চ দিবাকরং, তৃতীয়ে দিব্যলোকেশ্চ, চতুর্থে বিশ্বলোচনং, পঞ্চমেমার্ত্তণ্ড নাম,**

ষষ্ঠে প্রভাকরং, মার্ত্তণ্ডং সপ্তমে, সহস্র কিরনাষ্টমে নবঞ্চ রবের্নাম, দশমে সূর্য্যপ্রমুচ্যতে, অর্কএকাদশে, দ্বাদশেভানু এবচ এতানি দ্বাদশ নামাণী প্রাতরুথ্থায় য পঠেৎনিত্যং অন্ধ কুষ্ঠং হরেদ্ব্যাধি দরিদ্র হরতে ধ্রুবং। প্রভাতে ব্রহ্মরূপঞ্চ মধ্যাহ্নে বিষ্ণুরূপিনং অপরাহ্নে হররূপঞ্চ সূর্যদেবম নমোস্তুতে নমো নমঃ।"

থাইনঙৈদগী হৌনা মৈতৈ ইপা ইপুশিংনস্থ ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরবু মঙাংগুরু, লূৱাং গুরু, খূমনগুরু হায়না গুরু অহুমকপু অমুক্তা খুরুম-জবকই, হৌজিকস্থ অহুমক খুরুমই।

মঙাংগুরুনা হুমিং যোবকপদা পুবমশ্মি, চহি ৭০০ পুনসি, লূৱাং-রুনা হুমিং যুংবদা চহি ৫০০ পুনসি, খূমন গুরুনা হুমিং তাবদা চহি ৩০০ পুনসি। মঙাং, লূৱাং, খূমন গুরু অহুমনা তিল্লগা ঙসি কৌই। "ঙসি" কৌবা গুরুনা শিংথারগা "স" কৌবা গুরুনা শিংশৎপিযু হায়দুনা গুরু অহুমক্তা পুন্সি নিজবা হৌনৈ পুন্সিবোননি। ঙসি দর্শণ ফংজবগুম্না হয়েংস্থ গুরু অহুমমকপু দর্শণ ফংহনবিযু হায়না খুরুম্মু।
( গুরুজনশিংনা তাকপিরম্বনি )

গ্রহ মাপলমক্কী নাম মাপলমকপুস্থ শোল্লগা খুরুমগনি, মতৌ দি :-
"ব্রহ্মমুরারিস্ত্রি পুরন্তকারী ভানু, শশি, ভূমিসুত, বুধশ্চ, গুরুশ্চ, শুক্র, শনি, রাহু, কেতু, কুর্ব্বন্ত মম সুপ্রভাতম।"

মথংদা সূর্য্যমণ্ডলদা লৈবা ভগবান ভর্গদেববু খুরুমগনি,—
"সূর্য্যমণ্ডলস্থায়ী ভর্গদেবতায়ৈ নমো নমঃ।"

ব্রহ্ম গায়ত্রী,—"ওঁ ভূর্ভুবঃ স্বঃ তৎসবিতূর্বরেণ্যং (বরনিয়ং) ভর্গোদেবস্য ধীমহি ধিয়ো যোনঃ প্রচোদয়াৎ ওঁ।"
( বৈদিকসন্ধ্যাউপাসনা )

**কাম গায়ত্রী,—** নুমিৎকী ময়াইদা লৈবা **শ্রীকৃষ্ণবু** নিংশিংদুনা মখাগী কাম গাযত্রী অসিবু শোনগনি।

**"ক্লীঁ" কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবাণায়**

**ধীমহি তন্নোঽনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ।"**

**( তান্ত্রিক সন্ধ্যাউপাসনা )**

অবোইবদা **শ্রীবিষ্ণুগী ষোড়শনাম** ( নাম তরাংবক ) অসিবু অয়ুক হৌগংলকপদা শোল্লবদি পাপ **পুন্নমক** কোক্লগা বিষ্ণুলোকতা লৈবা ফংই হায়বা মতুংদি,—

ষোড়শ নাম,— **"ঔষধে চিন্তয়েদ বিষ্ণু (** হিদাক চাবমদাইদা **শ্রী**বিষ্ণুবু নিংশিংগনি), **ভজনে জন্নার্দনং** ( চাবা মংমদা **জন্মার্দন** ), **শয়নে পদ্মনাভশ্চ** (তুম্বদা **পদ্মনাভ**), **বিবাহেচ** প্রজাপতি ( লুহো বদা **প্রজাপতি** ) যুদ্ধে **চক্রধরং** ( লান্দা চক্রধর ), প্রবাসে **ত্রিবিক্রমং** ( লংফৈদা ত্রিবিক্রম ), **নারায়ন** তনু ত্যাগে ( শিবমদাইদা **নারায়ন** ), **শ্রীধর প্রি**যশসঙ্গমে ( নুংশিবগা তিন্নবদা শ্রীধর ), দুঃসপ্নে **গোবিন্দং** ( মনুংঙাইংবদা গোবিন্দ ), সঙ্কটে **মধুসুদন** ( খুদোংথিবদা **মধুসুদন** ), কাননে **নরসিংহ** ( উমংদা **নরসিংহ** ), পাবকে **জলাশয়িনম** ( লাইমৈ চাকপদা **জলশায়িন** ), জলমধ্যে **বরাহঞ্চ** ( ঈশিংদা **বরাহ** ), পর্ব্বতে **রঘুনন্দনম** ( চিংদা **রঘুনন্দন** ), গমনে **বামনশ্চৈব** ( চৎপা মতমদা **বামন** ), **সর্ব্ব-**কার্য্যেস্থ **মাধবম** ( থবক খুদিংমক্তা **মাধব** ), ষোড়শৈতানি নামানি প্রাতঃ **রুত্থায** যঃ পঠেৎ **সর্ব্ব**পাপ বিনিমুক্ত বিষ্ণুলোকে মহীয়তে ( **স্থায়তে** ), ইতি বিষ্ণোষোড়শ নাম **স্তো**ত্রংসম্পুর্ণঃ।

**দন্তধাবন ঃ—**হৌজিক্তি দন্তধাবনগী (চিন-য়া শেংবগা) ব্রা হায়বগে। **স্মৃ**তিগী মতুংইন্না তিনখং পানবা, মখোম থোকপা উ পুম্বনা যা থনবা য়াই, কনমগা লোয়ননা পৈযাস্ত্র ফৈ। যাদবদি পাঙ্গোং, বট, সনাখোংনাংনা য়া

শেংবা য়াদে। দন্তধাবনগী মতমদা মাই অৱাং নত্রগা নোংপোক ওনগনি। মখা অমসুং নোংচুপ ওয়া দন্তধাবন তৌবা য়াদে।

( শ্রীহরিভক্তিবিলাস কনা, শ্রীলক্ষ্মীচরিত )

**মৈত্রনচিংবা তৌবগী ( মাং-শোইবগী ) মাইওন অমসুং মফম—** লৈফমনা অচৌবা মফম ওইবরদি য়ুমগী শন্দোংলোমদা তেন কাপ্পদা তেঞ্জৈনা য়োৗগদবা মফম অহুদগী খরা হেন্দোক্লগা মৈত্র **কর্ম** ( মাং শোইবা তৌগনি )। মাই অৱাং ওন্দুনা মাংগনি, নুমিদাংদা মাই মখা ওন্দুনা মাংগনি, লাইবোমদা ওনশিন্দুনা মাংবা য়াদে। লমহাংদা মাংবা তারব দ নাপী হমা থৎলগা মহুগী মথক্তা মাংগনি। কোকতা ফী অমনা নত্রগা নাপী অমনা কুপ্পা হৌনৈ, সাস্ত্রগী ৱানি। ( শ্রীহরিভক্তি বিলাস-কনা )

পায়খানা শাতুনা থম্বা তাববদি অশেম্বগী মতুং ইন্না মাইওন ওনবা যাই অহুগা শাবা মতমদদি শাস্ত্রগী ৱায়েন মতুং ইন্না শাগনি, পংশেম শেম্বদি য়াদে।

মাংবা লোইরগা হকচাং শেংদোকপা মতমদা ঈশিংগা লৈপাক্কনা শেংদোক্কনি। ঈশিং মনুংদগী লৈপাক, মন্দিরগী লৈপাক, লৈশোপুংগা লৈপাক, উচি মখুন্দগী লৈপাক, হান্না মৈত্র তৌখিবা মফমদগী লৈপাক, হায়বিবা লৈপাক মখল মঙা অসিনা হকচাং শেংদোকপা য়াদে। শেংদোকপা মতমদা লিঙ্গদা ( ঈশিং থোংদ ) অমুক, গুদদা ( অমাং থোংদ ) অহুমলক, খুৎ ওইদা ভবালক, খুৎ যেৎকা পুল্লগা তবেৎলাক, ওইগী খুনমদা অবকলক, খোঙ অনীদা অহুমলক ঈশিংগা লৈপাক্কনা শেংদোক্কনি।

( মনু-দক্ষ )

ঈশিং চৎপা মতমদদি লিঙ্গদা অমুক, খুৎ ওইদা অহুমলক, খুৎ অনীদা অনীরক অনীবক শেংদোক্কনি। ( স্মৃতি )

দেরলনা হায়বি য়েৎহংবা খুৎনা খোইগী মখাদা শিজিন্নবা য়াদে অহুগা ওইনা খোইগী মথক্তা শিজিন্নবা য়াদে।

হৌজিক্তি মৈত্রনচিংবা লোইরবগী তুংদা ইষ্টদেবতাগী সেবা পূজাগী-দমক স্নান তৌবগনি।

**স্নান—** স্নান তৌগদৌবিবা মফম অদুদা মাই অরাং নত্রগা নোংপোক ওল্লগা মথাগী **মন্ত্র** অসিদা য়াওবিবা তীর্থ পুন্নমক অসি পুল্লপনা তিনবিবো, তিল্লিবা মফম অসিদা স্নান তৌজববনি হায়না নিংগনি। তীর্থশংব্ আহ্বান তৌগনি।

**"ওঁ গঙ্গেচ যমুনেচৈব গোদাবরী স্বরসতী নর্ম্মদে সিন্ধো কাবেরী জলেস্মিন সান্নিধিং কুরু।"**

মতম অসিদা **শ্রীরাধাকুণ্ডগী** মহিমা পুন্নমকপুস্ নিং শংহুনা **শ্রীকুণ্ডদা** স্নান তৌজবিবনি হায়হুনস্ খঞ্জগনি।

"যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যা কুণ্ডং প্রিয়ং তথা।
সর্ববগোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্ত বল্লভা।"

(শ্রীহরিভক্তিবিলাস)

**"যেই কুণ্ডে নিত্য কৃষ্ণ রাধিকার সঙ্গে জলে জলকেলী করে, তীরে রাসরঙ্গে, সেই কুণ্ডে যে একবার করে স্নান তারে রাধাসম কৃষ্ণপ্রেম করে দান। কুণ্ডের মাধুরী যেন রাধার মাধুরিমা। কুণ্ডের মহিমা যেন রাধার মধুরিমা।"**

(শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত)

## শ্রীরাধাকুণ্ডের সৌন্দার্য্যঃ—

**"রতন জরিত মনি, খচিত ঘাট ছিড়ি, এনকী শোভা।
কোকিল পুঞ্জ, কপোরভরি, আনন্দকী গোভা॥
মাধুরী তাল তোমাল, বৃক্ষহী সব ঝঙ্কহী ঝুমে।
জলকী উঠ তরঙ্গ, যাহা শ্রীব্রজরাজ্জা মেঘু॥**

মহারাণী শ্রীমতি রাধিকা, তাহা অষ্টসখীগন মেলী
ঝুন্দদগর বিহারত, জয় জয় শ্রীরাধাকুণ্ড ॥"

( পিতা ববাজিনা তাকপিবম্বা )

বাধুনা হায "তিস্র কোট্যাহর্দ্ধ কোটি চ তীর্থনাং বায়ুর ব্রবাং। দিবি ভুব্যন্তরীক্ষেচ তা নিতে সন্তি জাহ্নবী।"

( শ্রীহরিভক্তিবিলাস-কনা )

পৃথিবীদা •াথ কোটি নত্রম লে অত্নগা অতিযা অহাংবদা তীথ কোটি ওখাধ অমা ল, হাযাববা •থ কোটি অহুম তংখাই অসে জাহ্নবাদা শুনা লে হাধনা বায়ুনা হায।

•থ মযাম নাসিবস্থ স্নান ওেবা মওমদা নিংশিংগনি।

স্নান মথল অরেং শুই, মত্নদি ঃ—

১ মন্ত্রস্নান,—"শন্ন" না হোবা, "আপ." না হৌবা "দ্রুপদাদিবঃ" না হোনা ওমস্থ 'আপোহিষ্ঠানা" হৌবা ঋগ মন্ত্র মবি অসিবু শোনবদা মন্ত্রনা ইবজবা কৌই।

২। ভৌম স্নান (লেপাক্লা ঈকবা)— গঙ্গাগা মৃত্তিকানা লাইবক্তা থিনববু লৈপাবা ঈং জবা কোই।

৩। আগ্নেয স্নান ( মেনা ঈন জবা ) - অশেবা উংনা তেববু মৈনা ঈবজবা কৌই।

৪। বাযবা স্নান ( নুংশিংনা ঈববা )- যনগী মখোঙগী উফুলনা তৈববু নুংশিংনা ঈবজবা কৌই।

৫। দিব্য স্নান (স্বর্গগা ঈবজবা) নুংশা শানা-শানা চুবা নোংনা ঈরুববু স্বর্গগী ঈকজবা কৌই।

৬। **বারুন** স্নান ( ঈশিংদা লুপ্তুনা ঈকবা )— ঈশিংদা লুপ্তুনা ঈকববু ঈশিংদা ঈকজবা কৌই।

৭। **মানস** স্নান ( পুক্নিংনা ঈকবা )—পুক্নিংনা ঈকবনা শ্রীবিষ্ণুবু নিংশিংবনা কৌই। কনাগুম্বনা মশাদি ঈবদবা যাম্রবা, নাবনচিংবনা লুবা গুমম্রবদি মী অমনা ঈশিংদা লুপ্তুনা ঈকরগা, ঈকবা গুমদ্রবা মী অহুদা শোক্লগা অমুক লুপ্পা অমুক শোকপা ১০ বক তবাবক ) তৌববদি মী অহু ঈকজবা ওইবে। অস্নুন্না ধর্ম শাস্ত্রনা হায়।

( শ্রীহবিভক্তিবিলাস-কনা )

হৌজিক ঐখোয়না ঈকজবা হায়না তৌনবিবা অসিদি "**বারুন স্নান**" অসনি **শ্রীকৃষ্ণগী** সেবা-পুজাগীদমক ভূতশুদ্ধি, অঙ্গন্যাশ, করন্যাশ, প্রনায়াম, ক্রিয়ামুদ্রা নিয়ম পুম্নমকপু তৌরগা **শ্রীকৃষ্ণগী** খংজবা মহামন্ত্র পুম্নমক শোনগনি। চারিযুগকী তীর্থশিং--সত্যগা **পুষ্কর**, ত্রেতাগী "**নৈমিষারন্য,**" দ্বাপরগী "**কুরুক্ষেত্র,**" কলিগা "**গঙ্গা**" নিংশিংগনি অমসুং শোনগনি। মথংদা যুগ মবি অসিগী **তারক ব্রহ্মনামবু** শোনগনি

**সত্যগী "নারায়ন পরাবেদা নারায়ন পরাক্ষরা**
**নারায়নপবামুক্তি নারায়নাপরাগতি।"**

**ত্রেতাগী—"রাম নারায়নানন্ত মুকুণ্ড মধুসুদন। কৃষ্ণ কেশব**
**কংসারে হরে বৈকুণ্ঠবামন।"**

**দ্বাপরগী—"হরে মুরারে মধুকৈটভারে গোপাল গোবিন্দ**
**মুকুন্দ শৌরে। যজ্ঞেশ নারায়ন বিষ্ণো**
**নিরাশ্রয়ং মাং জগদীশ রক্ষ।"**

**কলিগী "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।**
**হরে রাম হরে রাম, রাম রাম হরে হরে।"**

**চারিধামবু** নিংশিংগনি শোনগনি- **"বদরিনারায়ন, দ্বারকা, পুরী, সেতুবন্ধরামেশ্বরম।"**

**চারি সম্প্রদায়বু**- **"রামানন্দি," "নিমান্দি," "বিষ্ণুস্বামী," "মাধবাচার্য্য,"** নিংশিংগনি, এখোয়দি মাধব চায্যগী সম্প্রদাযনি, নরোত্তম মহাশয ঠাকুরগী পরিবাবনি কাওফদে।

**থা তরানিথোইগী ঈশ্বরশিংগী নাম— কেশব, নরায়ন, মাধব, গোবিন্দ, বিষ্ণু, মধুসুদন, ত্রিবিক্রম, বামন, শ্রীধর, হৃষীকেশ, পদ্মনাভ, দামোদর** শোনগনি।

**শ্রীযুগল কিশোরগী** মধুর প্রেমরস পুন্নমকপু, লীলা রস পুন্নমকপু আস্বাদন তৌজগনি। পুন্নমক অসিদি সাধুসঙ্গ তৌবগা শ্রীগুরুগী কৃপাদগী ফংজগদবা ওই।

ভগবান **শ্রীকৃষ্ণগী** অচিন্ত্য শক্তি পুন্নমকপু খুরুমজগনি। ব্রজগী সখা পুন্নমকপু — শ্রীমধুমঙ্গল, শ্রীদাম, সুদাম, সুবলনচিংববু নিংশিংগনি। ব্রজগী মপালগী সখা অর্জ্জুনবুসু নিংশিংউ।

কৌরবশিংগী **পাণ্ডবনা** হেল্লি। **পাণ্ডবতগী যাদবনা** অমুক হেল্লি। **যাদবতগী উদ্ধবনা** ( মথুরাগী প্রিয়সখা ) অমুকসু হেল্লি। হৃমিৎ খুদিংগী নিংশিংউ।

হৌজিক্তি স্নানগী রাফম লোইরবনিনা আহ্নিক পূজাগী রায়েল হায়রগে।

**ত্রিকচ্ছ** — ঈরুজবা লোইরবগা অশেংবা, শুদোক্লবা অঙৌবা ভকংবা ফীনা **"ত্রিকচ্ছ"** শেৎকনি। ত্রিকচ্ছ হায়রবদি ওই থংবা নাক্তা ফীবৈ যেৎপা, মাংদ গুঞ্জা থাদবা, ভুংদা নামৈ য়েপপবু কৌই। ফী অমা ইনগনি, মহুদি—

"বামে পৃষ্ঠে তথা নাভৌ কক্ষত্রয় মুদাহৃতঃ।
এভি কক্ষৈ পরিধত্তে যো বিপ্রঃ স সুচিঃ স্মৃতঃ॥

(স্মৃতি)

য়াও মতুনা শাবা ফীদি মতম পুম্নমক্তা শেংই। লাইগী অমস্তুং পিতৃকর্ম্মদস্তু শিজিন্নবা য়াই। মংচান্দা অমাংবা হাযবসি পুমলৈ লৈতে। মৈগী পোৎ, সনানচিংবা, য়াওমতুগী ফী, ব্রাহ্মন অমস্তুং কুশ মরি অসিগী দোষবু তাইবং শেম্বা ব্রহ্মানা শেমলমদে।

উনা শাবা ফাল, ফীনা শেম্বা আসন, লৈপাক্তা ফমহনা লাই খুবম্বা যাদে। লৈপাক্তা ফমহনা তৌদবা যাত্রবদি থুযা মনানা লৈপাক্তা থাহনা নিংগাংনা ফমহনা তৌগনি। অহগা ফীদা মথক্তা লেপতুনা পুজা তৌবদি য়াদে। আবতি তৌবদি লেপ্তুনা তৌগনি। ফমহনা পুজা তৌরবদি খোঙ য়েৎনা মখা থংলগা ওইনা মথক থংহনা ফমগনি।

**পিতৃকর্ম্ম-শ্রার্দ্ধনচিংবা** তৌবদদি খোঙ য়েৎনা মথক থংলগা ওইনা মখা থংহনা ফমগনি, মাইনা মখা ওনগনি।

**লাই খুরুম্বা মতমদা** (পুজানচিংবা তৌবা মতমদা) মাই নোংপোক নত্রগা অরাং ওনগনি, অহিংদা খুবম্বা তাববনি অরাংদা ওনগনি, নুংমদাংব্রাই **সন্ধ্যাদা** উপাসনা তৌবদি **কৌক্রুদা** ওনগনি। (শ্রীহবিভক্তি বিলাস-কনা)

**দ্বাদশ তিলক ধারন – সাধক দেহনা** অচিকপা মফমদা ফমহনা আচমন তৌরবা মতুংদা লাইবক্লচিংবা মফম তবানিথোইদা মফম তবানিথোইগী **শ্রীবিষ্ণুগী** অতোপ্ অতোপ্পা নাম শোন্দুনা তিলক ধারন তৌগনি (চন্দন থিনগনি) মহুদি – "**ললাটে কেশবং ধ্যায়েৎ নারায়ন মথোদরে। বক্ষস্থলে মাধবন্ত গোবিন্দং কণ্ঠকূপকে॥ বিষ্ণুঞ্চ দক্ষিন পার্শ্বে বাহৌচ মধুসুদনং। ত্রিবিক্রমং স্কন্ধরেতু বামনং**

বামপার্শ্বকে ॥ শ্রীধরং বামবাহৌচ হৃষীকেশঞ্চ স্কন্ধরে। পৃষ্ঠেতু পদ্মনাভঞ্চ কট্যাংদামোদরংন্যসেৎ॥ তৎপ্রক্ষালন তোয়েন বাসুদেবঞ্চ মুর্দ্ধনি॥"

| ক্রম | নির্দ্দেশ স্থান। | মন্ত্র। | |
|---|---|---|---|
| ১। | ললাটে ( লাইপক্তা ) | শ্রীকেশবায় নমঃ॥ | শোনগনি |
| ২। | উদরে ( খোই মথক্কী পুক্তা ) | শ্রীনারায়নায় নমঃ॥ | ,, |
| ৩। | বক্ষ স্থলে ( থবাক্তা ) | শ্রীমাধবায় নমঃ॥ | ,, |
| ৪। | কণ্ঠকূপে ( খৌরী অকুৎপদা ) | শ্রীগোবিন্দায় নমঃ॥ | ,, |
| ৫। | দক্ষিণ পার্শ্বে (যেৎকী পুক্লোপ্তা) | শ্রীবিষ্ণবে নমঃ॥ | ,, |
| ৬। | দক্ষিণ বাহুতে (যেৎকী পাম্বোমদা) | শ্রীমধুসুদনায় নমঃ॥ | ,, |
| ৭। | দক্ষিণ স্কন্ধে ( যেৎকী লেংজুমদা) | শ্রীত্রিবিক্রমায় নমঃ॥ | ,, |
| ৮ | বাম পার্শ্বে (ওই থবা পুক্লোপ্তা) | শ্রীবামনায় নমঃ॥ | ,, |
| ৯ | বাম বাহুতে (ওই থ বা পাম্বোমদা) | শ্রীধরায় নমঃ॥ | ,, |
| ১০ | বাম স্কন্ধে (ওই থ বা লে জুমদা) | শ্রীহৃষীকেশায় নমঃ॥ | ,, |
| ১১। | পৃষ্ঠে ( নৃশমদা ) | শ্রীপদ্মনাভায় নমঃ॥ | ,, |
| ১২। | কটীতে ( তুংগী খা দা ) | শ্রীদামোদরায় নমঃ॥ | ,, |

চন্দন তৈবা হাংদোকপা মচুমনা "শ্রীবাসুদেবায় নমঃ" হাযহনা কোক্তা হাপকনি।

চন্দন মচুম থকহেদে।

## চন্দণ থিনবগী বিধি নিয়ম—

চন্দণ থিনবদা নাতোন মতোনদগী লাইপাক্কী শমখোং যৌনা চুমনা থিনগনি "উদ্ধ পুণ্ড্র" কোই, মযাই যাতোক্কনি। চন্দণ থিল্লিবা মফম অসিবু শ্রীহরিগী মন্দিরনি থনগনি। তিলককী ওইদা ব্রহ্মা, য়েৎতা সদা শিব, মযাইদা বিষ্ণু লৈ।

খুৎনিংথৌনা থিল্লবা চন্দননা অপাম্বা মহৈ থংহল্লি। খুৎযাইনা পূন্সি পি, খুৎপীনা চাওখৎহল্লি, খদোম্বীনা মুক্তি ফংই। চন্দন **অমুবা** থিল্লগা শান্তি ফংই, **অঙাংবা** থিল্লগা মাবু খঙ্ম চল্লি, **নাপূ** থিল্লগা সম্পাতি চাওখৎলি, **অঙৌবা** থিল্লগা শুভ ওই মোঙ্গ ফংই। ( পদ্ম পুবান )

## অহ্নিক পূজা –

পূজা হোৎদ্রিঙৈদা মখাগ মম্ব অসিন। হকচাংবু মচাং মপাল ফাওনা শেংদোক্কনি. " **যঃ স্মরেৎ পুণ্ডরী াক্ষং সং বাহ্যাভ্যন্তরং শুচি** ."

ভুমিৎ খুদিংগী চাইথগদবা ঈশ্ববদি শালচক্র, শালগাম, গিবিব জনি। চিত্রপটতি অঙৌবা অমোনবা অশেংবা ফানা তৈথোক্কনি। মাহুনা স্নান ওইবে। তাম পাত্র (কোবি তাগি) অমদা শাগ পুম্নক মযম অসিদা তিন-বিবো হাযহনা কৌহনা ছানাইবব। জলবু হাপ্লগনি.। "**ওঁ গঙ্গেচ যমুনে চৈব গোদাবরী স্বরসতী নর্ম্মদে সিন্ধো কবেবী জলেস্মিন সন্নিধিং কুরু।**" মাতুদা গঙ্গাজলসু খব হাপগা ল অঙৌবা অমগা তুলশী পত্র অমগা থাদগনি। থ দবব, তুংদা মথক্ক হাযখ্রিব। নিতিগী সেবা তৌজবিব। ইবু ঙোবু লে শিল্লগা, শঙ্খদসু মথক্কা হযবিব। ছানাইবব। জল গঙ্গাজল, লৈ, তুলশি পত্র হাপ্লগ ইবুঙোগী **শ্রীঅঙ্গবু** অষ্টাদশ মন্ত্রনচিংবা শেন্দ্না হৈথগনি ( চাইথগনি )। চ ইথবা লৈ ইবগা **শ্রীঅঙ্গবু** অকংব, অঙৌবা, অমোনবা মাজ জনা বস্ত্রনা **শ্রীঅঙ্গব** নফম খুদিংমক শুনা তৈথোক্কনি। হান্না লেংশিললম্বা মফম অতুসু মাজ জনী বস্ত্রনা তৈথোক্লগা মথক্কা লৈ অঙৌবা অমনা নৌনা **পুষ্পাগী** আসন থবগা মথক্কা লেংশন গনি. তুলশীপত্র অমনা বেশ ভূষনন চ বা থোনর্জাববনি শিংহনা কৎকনি। মথংদা তিলক থোনগনি। তিলকতি য়া চন্দননচিংবা মনম নুংশিবব। চন্দন মথল কয়ানা তুলশী কাষ্ঠ অকংবা অমনা নুপললগা থোনগনি। খুৎনা

থোনবা তাববদি খুৎনাওবা মতোন্দা চন্দন লুপলগা খুৎপী মতোনগা লোই-ননা কৎকনি। লাইদা ছাপা থাহৈদে। চন্দন থোনবা লোইরগা মিংশেল থোগল তৌবা হৌনৈ।

তিলকনচিংবা সেবা লোইবরা তুংদা ইবুংঙোদা তুলশী পত্র, পুষ্প, বালভোগ, ছানাইবরা জল, পত্রগা লোইননা, ধুপ দীপনচিংবা ওমজবা বস্তু কযাবু কৎচগনি।

তুলশী পত্র অমসুং সুগন্ধী পুষ্পদি চন্দন চাইবগা কৎপা হৌনৈ। অদৈ অতোপ্পা বৎকদবা পুম্নমক্কদি চন্দন চাইদবা পত্র অমমম হাপ্তুনা কৎবনি।

## তুলশী পত্র অমসুং পুষ্প কৎপগী বিধি -

চন্দন চাইবরা তুলশ পত্রবু খুৎপাগা খুৎনিংথোগা চপ্পগা খুৎতি উপলগা পত্র দ লোংনা লোনা নিচবন্দা ইনশিন্দুনা কৃষ্ণমন্ত্র বিষ্ণুমন্ত্র শোন্দুনা শোন্দুনা কৎকনি। খুৎ ওইনা কৎপা যাদে। খুৎ যেৎ মতোমদস্ত কৎপা যাদে খুৎ যেৎনা পেং পাইবগা খুৎ ওইনা যেত্তা শোক্নুনা কৎকনি মাতুবু "অগ্রারব্ধ হস্ত" কোয়। ( শ্রীহরিভক্তি বিলাস কনা )

পুষ্প কৎপদি মনম যাওদবা লৈ কৎপা যাদে। ফদ ফংদববদি মনম যাওবা লৈ থবদংগা যান্নবগা কৎপদি যাই। লৈ কৎপদি যেৎকী থুবীগা খুৎয়াই অমসুং খুৎনংথোনা কৎকনি। খুৎ যেৎপু খুৎ ওইনা শোক্লগা কৎপা হৌনৈ।

পত্র পুষ্পনচিংবা কৎকদবা পুম্নমক ইবুংঙোদা ( শ্রীকৃষ্ণদা ) হন্না কৎকনি মথংদা ইবেম্মাদা কৎকনি। অদুগা নাম শোনবা মতমদদি ইবেম্মাবুনা হান্না শোল্লগা ইবুংঙোবু কোম্না শোনগনি।

"কৃষ্ণরাধা" হায়দন। "রাধাকৃষ্ণ" হায়বগী মরমবু তাক্লুনা নারায়ন ভগবাননা হায়, জগৎকী মমা ওইবী প্রকৃতি রাধানি, মপা ওইবনা কৃষ্ণনি, প্রকৃতি রাধানা মপা ওইবা কৃষ্ণদগী শকক ১০০ হেনবা অথোইবীনি মরম অসিনা "রাধা কৃষ্ণ" "গৌরীশঙ্কর" অসুম্না শ্রুতিনা ( বেদনা ) হায়বিরনি ।

"জগন্মাতা চ প্রকৃতি : পুরুষ : জগৎ পিতা
গরীয়সিতি জগতাং মাতা শতগুণৈ পিতু :
রাধাকৃষ্ণেতি গৌরীশেত্যেবং শব্দ শ্রুতৌ শ্রুতঃ ।"
( ব০ বৈ০ : কৃষ্ণজন্ম খণ্ড অ : ৯৭ )

পত্র পুষ্পনচিংবা নৎপা লোইরগা হায়া নৈন্য ভক্তিগা লেইনবা মথাগী মন্ত্রশিং অসি শোন্দুনা খং লে ন্নরগা ভক্তি লৈচগনি—
" মন্ত্রহীনং ভক্তিহীনং জনার্দন । যৎপূজিতং ময়া পরিপূর্ন তদস্তুমে " ॥
"ক্লী" কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা " ।
"ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ওঁ নমো ব্রহ্মনদেবায় গোব্রাহ্মন হিতায়চ। জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥"
" ওঁ পাপোহহং পাপকর্ম্মাহাং পাপাত্মা পাপ সম্ভব :
ত্রাহি মাং পুণ্ডরাকাক্ষ সর্ব্বপাপহরো দেব ॥"

শ্রীমদ্ভাগবত কী শ্লোক— "ওঁ ধ্যেয়ং সদা পরিভবঘ্নমভিষ্ট দোহং তীর্থাস্পদং শিববিরিঞ্চি নুতং শরন্যং। ভৃত্যার্তিহং প্রনতপাল ভবাব্ধিপোতং বন্দে মহাপুরুষ তে চরনারবিন্দং ॥১

"ত্যক্তা সুদুষ্ট্যজসুরেপ্সিতং রাজ্যলক্ষ্মীংধর্ম্মিষ্ঠ আর্য্যব চসা যদগাদরন্যং। মায়ামৃগং দয়িতয়েপ্সি তমন্বধাবৎ বন্দে মহাপুরুষতে চরণারবিন্দং ॥ ২ ॥

হৌজিক্তি **শ্রীকৃষ্ণবু** মন্ত্রশিং অসি থিরগা ধ্যান তৌজবগনি। মহৃদি ঃ-

**"ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমারূপং বেনুরন্ধ্র কর পল্লব গোপী মণ্ডল মধ্যস্থ শোভিতং শ্রীনন্দনন্দনং অহং ভজে।"**

**"ওঁ কস্তুরী তিলকংললাটপতলে বক্ষস্থলে কৌস্তুভং,**
**নাসাগ্রে গজমৌক্তিকং করতলে বেনুকরে কঙ্কনম্,**
**সর্ব্বাঙ্গে হরিচন্দনং সুললিতং কণ্ঠেচ মুক্তাবলীং,**
**গোপস্ত্রী পরিবেষ্টিতো বিজয়তে গোপাল চুরামনিঃ**
**ফুল্লেন্দী বরকান্তি মিন্দুবদনং বর্হাবতং সপ্রিয়ং,**
**শ্রীবৎসসাঙ্ক মুদারং কৌস্তুভ ধরং পীতাম্বরং সুন্দরং,**
**গোপীনাং নয়নোৎ পলার্চ্চিত তনুং গোগোপসঙ্ঘাবৃর্তং**
**গোবিন্দং কলবেনু বাদনপরং দিব্যাঙ্গভূষং ভজে।**

ইতি ধ্যানম

( শ্রীগোপাল সহস্রনাম )

শ্রীমদ্ভাগবতকী চতু শ্লোক, সপ্তশ্লোকী গীতা, শব সপঞ্চঅধ্যায়গা গোপী গীতনচিবা শোনগনি, থিগনি,। বিভপ্তি প্রহনা অমস্তু পঞ্চ শ্লোকপুস্ত্র থিগনি। ( শ্রীকৃষ্ণগী ) আবিভাবকী অধ্যায় ... দা যাওবননি )।

## লাইকোইবা,

**ঈশ্বরবু** যেৎলোমদা থম্লগা, যেৎওইননা নাম শোন্দুনা মবিবক লোইগনি। ওম্লবদি দণ্ডবৎ তৌদুনা শৌদুনা বোইয় হায়বি। মহৃদি ঃ—

**"নামানি কীর্তয়ন শক্তৌ দণ্ডবৎ প্রনিপাতনং।"** শ্রীকৃষ্ণবু মবিবক, নুমিৎপু তবেৎলক, মহাদেবব ( অর্দ্ধ চন্দ্র ) তংখাই, দুর্গাবু অমুক, গনেশবু অহুম্লব বোইবা তৌনৈ।

## পঞ্চাঙ্গ নত্রগা আষ্টাঙ্গ প্রনাম,

লাই কোইবা লোইরগা **শ্রীকৃষ্ণ** ইবুংঙোবু **পঞ্চাঙ্গ** নত্রগা আষ্টাঙ্গনা, প্রনাম তৌগনি। **পঞ্চাঙ্গ প্রণাম** হায়বদি খুকউ খুদক কুন্দুনা হকচাং কায়াৎ মঙা শোকনা খুরুম্ববু কৌই। মতুদি **:** খুকউ অনি, পাম্বোম অনি, কোক, চিন অমম্ুং পুক্লিং মঙা অসিনা খুরুম্ববু **পঞ্চাঙ্গ প্রণাম** কৌই।

**আষ্টাঙ্গ প্রণাম** হায়বদি খোং খুৎ তিংথোক্লগা হকচাং কয়াৎ নিপাল শোকনা খুরুম্ববু কৌই। মতুদি পাম্বোম অনি, খোং অনি, খুকউ অনি, থবাক, কোক লৈপাক্কা তাবা মিৎনা য়েংবা, পুকনিংনা ইবুংঙোবু নিংবা, চিননা ইবুংঙোগী **শ্রী**চরন্দা খুরুমজরি হায়জবা অসিবু **আষ্টাঙ্গ প্রনাম** কৌই।

পঞ্চাঙ্গ প্রনামদি অমুক্তং তৌগনি। আষ্টাঙ্গদি অহুমলকতগী তাদনা তৌগনি, ঙম্বমখৈ য়ামথৎনা দণ্ডবৎ কৎপনা ফৈ, দণ্ডবৎ খুদিংমক্কী তৌগৎ-হৌগৎলগা তৌবা হৌনৈ। শ্রীবিষ্ণুবু ওইরোমদা থম্লগা, **শিব** দূর্গাবুনা য়েৎলোমদা অহুগা গুরুবুনা মাং ওনশিন্দুনা খুরুমগনি ঃ –

**"স্ববামে প্রনমেদ্বিষ্ণুং দক্ষিনে গৌরি শঙ্করৌ। গুরোরগ্রে প্রণমেত অন্যথা নিস্ফলো ভবেৎ ॥"**

( বিষ্ণু স্মৃতি বচন )

## লাই চেপ্পা,

ইবুংঙোগী সেবা পুজা লোইরবা তুংদা য়াম্না চ্যেকশিম্না, **নুংশিনা**, নুংঙাইনা পোৎথাবিনবা হঙ্গৎচগনি। মতম মতমগা চান্নবা আরম্বরনচিংবা থোনবা হৌনৈ। মতাং অসিদা সাধক দেহনা তৌজগদবা **নিত্য** সেবা লোইরে।

## নির্ম্মল্য চরনামৃতনচিংববু অতৈ দেবা দেবীশিংদা কৎপা,—

নির্ম্মল্য তুলশি পত্র পুস্প, চরনামৃতবু বৃন্দাবানী, সদাশিব, নবগ্রহন-চিংবদা কৎকনি। ১২ংদা বৃন্দবানি গী মখা থংবদা শ্রীচরনামৃতনা কুমিৎ খুদিংগী রামতর্পন তৌগনি। মন্ত্রদি —

"ওঁ আব্রহ্মভুবনাল্লোকা দেবাষ পিতৃমানবা।
তৃপ্যন্তু পিতরঃ সর্ব্বে মাতৃমাতামহাদয়ঃ॥
অতীত কুল কোটিনাং সপ্তদ্বীপনিবাসিনাং।
ময়া দত্তেন তোয়েন তৃপ্যন্তু ভুবন ত্রয়ম॥"

যেংগদবা: চরনামৃতনা তর্পন তৌরবদি 'তোয়েন" গী মহুৎতা "চরনামৃতেন" হায়গনি।

অরোইবা মখাগ। মন্ত্র অসি শোল্লগা শ্রীচরনামৃত পান তৌগনি।
"ওঁ অকালমৃত্যু হরনং সর্ব্বব্যাধি বিনাশনং, বিষ্ণুপাদোদকং পিত্বা শিরসি ধারয়াম্যহং"।

মথংদা রাসধুলী সেবন তৌবা হৌনৈ।

মন্ত্রদি,—"বন্দে নন্দব্রজস্ত্রীনং পাদরেনু মভিক্ষসো
যাসাং হরিকথোগীতং পুনাতি ভুবনত্রয়ম।
"আসামোহ চরনরেনু জুসামহংস্যাম,
বৃন্দাবনে কিমপি গুল্মলতৌষধিনাং।
যা দুস্ত্যজং সুজন-পথঞ্চ হিত্বা
ভেজু মুকুন্দ পদবীং শ্রুতিভিমৃগ্যাম।"

## ভোজন বিধি,

লোংমগী ফংগদবা চাক এনশাং তল-খানাচিংবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা কৎলগা শেষ চত্থু ফংগনি। কৎতবা বস্তু তমতা ফংবা যাদে। উৎসব-নচিংবদা ফংবা তাববদি কৎলবানিনা "জয়মহাপ্রসাদি" হাযনা খুবমলগা

ফংবা হৌনৈ। মহাপ্রসাদী ফংবা মতমদা **ভজনে জন্মার্দনং"** হায়না শোনগনি।

চাক চাদ্রিঊৈগী মমাংদা চাকলুক ময়াদা **ঈশিং খরা লৌরগা** (১) **ওঁভূপতয়েনমঃ (২) ওঁভূবনপতয়েনমঃ (৩) ওঁভূতানি পতয়েনমঃ** হায়দুনা কৎকনি। ( **নিত্যকর্ম্মসার** )

মুন্ব.নবশিংনা মুমিৎ খুদিংগী যজ্ঞ মঙা তৌবা হৌনৈ। মমুদি,—

(১) **"অহুত-যজ্ঞ"**—মানা মাদা নিংজবিবা **দেবা-দেবী** শুদুগী নাম শোনবা।

(২) "হুত-যজ্ঞ" - নোংগী থোংলিবা চাক এনশাং খরা **মৈদা হোম পিবা** (কৎপা)।

(৩) **"প্রহুত-যজ্ঞ"**—চাক এনশাং খরা খরা **তিলবাংগী**দমক পীবা।

(৪ "ব্রহ্ম হুত যজ্ঞ"- অতিথি অমসুং **ভিক্ষানিবা** লাক্লিবা মাদা চৈবা খরা দান তৌবা বেদ পাঠ, ভাগবত পাঠ তৌবনসু **'ব্রহ্মহুতযজ্ঞ'** মুই।

(৫) **"প্রাশ্রিত যজ্ঞ"**—পিতৃ তর্পন হায়বদি **রাম তর্পন** নচিংবা তৌবা। ( **মনুঃ ৩।৬।১৮** )

ব্রাহ্মননা চাবা মংমদ **চৌকোনগী** মন্দুংদা চাবা হৌনৈ। **ঈশিংনা** চৌকোন শেংগনি।



**ক্ষত্রিয়না ত্রিকোনগী** মন্দুংদা চাগনি।



**বৈশ্যগা শুদ্রগা বৃত্ত (মণ্ডলগী)** মন্দুংদা চাগনি।



খুৎ ওইনা চাবা থকপা তৌবোইদবনি। খুৎ য়েৎনা **চাবা ওমজ্ঞবদি** অয়াবা খুৎনা চাগনি বিধি নিয়ম চংদে। ( **নিত্যকর্ম্মসার** )

হৌজিক্তি মহাপ্রসাদি ফংননবা আচমম তৌবগা

১। "ওঁ প্রানায়" স্বাহা : হাযনা অহানবা চখোম হুক্কনি।

২। ওঁ অপানায় স্বাহা ঃ" হাযনা অনিশুবা চখোম হুক্কনি।

৩। ওঁ ব্যানায় স্বাহা ঃ" হাযনা অহুমশুনা চখোম হুক্কনি।

৪। ওঁ উদানায় স্বাহা ঃ" হাযনা মবিশুবা চখোম হুক্কনি।

৫। ওঁ সমানায় স্বাহা ঃ" হাযনা মঙাশুবা চখোম হুক্কনি।

মতুংদা "ওঁ অমৃতপিধানমসি স্বাহাঃ' হাযনা আচনন অমুক তৌগনি। চাক চাবিতৈংদা রা ওা ফংদে। চাবিবা পুব যস্থগ। অবেপ্পনি থন্দুনা চাবা হৌনৈ। **( নিত্যকর্ম্মসার )**

## নাম শোনবা মতমদা নিংশিংগদবা

ঐনা শোনজবিবা নাম অসি ঐগা অমসু এগা পবিবাববর্গগা কান্নবগা দমক্কনি হাযনা শোনবা হোনদে। নাম শোনবগা এগা কান্নবগা শকচিন্ননা শোন্নবদি অপবাধ ওইবে। ইবুঙোনা ( **শ্রীকৃষ্ণনা** ) পেনবিনবগাদমক্কা অহোবাত্রীদা মহাক্কী নামবু মহামন্ত্রশিংবু শোনজগদবা ওই। **( বৈষ্ণব নির্নয় ব্যবহার )**

## তৌরোইদবা .–

**তীর্থদর্শন, স্নান, পরিক্রমা** পুন্নমক্তা ঐগা অমসুং ঐগা পবিবাব পুন্নমক্কী পাপ কোকচবগে, ঐনা শেংনা চৎচথ্রগে হাযনা খন্দুনা তৌবা হৌনদে। মহুম তৌববদি পাপ কোকপগা মহুৎতা অহোইনা পাপ লংশল্লে।

## তৌগদবদি .–

ভসি ঐনা **তীর্থদর্শন, স্নান, পরিক্রমা**নচিংবা তৌজবা মতম অসিদা পাপ চেনবশিংনা, বোগ চেনবশিংনা তীর্থদা শকচিন্দুনা থনম্মা পাপ পুন্নমকপু ঐনা ভসি দর্শন, স্নান, পরিক্রমা তৌজবা অসিদা পাপীশিংনা, বোগাশিংনা

তীর্থদা থনম্বা থাদবম্বা পাপ পুম্নমক, রোগ-শোক পুম্নমকপু ননাই ঐনা খোমগৎতুনা ননাই ঐগী গর্ভমন্নংদা হাপচিনজবে, তার্থনা মহাপবিত্র ওইনা শুদ্ধ ওইনা লৈবিহৌবো শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবিহৌবো হায়না তীর্থবু খুবমজবা হৌনৈ। (বৈষ্ণব্যবহারনির্ণয়)

## যাত্রাগী মতমদা শোনগদবা মন্ত্রশিং

চৎথোক্নমদাইদা (যাত্রা তোবনদাইদা) মা অনা অসনদা ফমলগা চৎকদবা মাইকৈগী মপুবু খম্মোইদা হাপ্তনা খুকমলগা নুংশাম্বব চিংশিল্লগা "স্বস্তি-স্বস্তি" হাবহুনা রেং থবব খোনা হায় ফমমগা। কুমথগনি।

মাইকৈ মপুদি নোংপোক্কা "ইন্দ্রদেব" নি।
নোংচুপক "বরুনদেব" নি।
অরাংগী "কুবের" নি।
মখাগী "ধর্ম্মরাজ যমরাজ" নি।

১। মন্ত্রদি,—"দীগীশং হৃদয়ে ধ্যাত্বা গন্তব্যাসামুখস্থিতঃ
অন্তসমীরনে দেহপ্রবেশে সমুপাস্থিতে।
দক্ষিনং পাদমাসনাদ বস্তারয়েৎ॥

২। হনুমানগী দ্বাদশ নাম অসি অমুক্তা মরুওইনা যাত্রাগী মতমদা শোনজবদা অকি-অথং লৈদোই পুন্নমক জব ওইগনি। মহুদি

"হনুমান, অঞ্জনাসুত, বায়ুপুত্র. মহাবলী. বামিষ্ঠ
ফালগুনী, বন্দ, পিঙ্গাখ্য, অতি বিক্রমন.
উদধ্যাক্রমনশ্চৈব, সীতাশোক বিনাশনং,
লক্ষন প্রানদাতাশ্চ, দশগ্রীবস্য দর্পহা।
এতানি দ্বাদশনামানি কপিন্দ্রস্য মহাত্মনে,
প্রাতঃ কালে পঠেন্নিত্যং যাত্রাকালে বিশেষত
ভয়ানি তস্য ন্যশন্তি সর্ব্বতঃ বিজয়ী ভবেৎ॥"

৩। যাত্রাগী মতমদা উগদবা অমম্মুং নিংশিংগদবা — শল মচা চাজেনবী ( সঙ্গোম থকলিবী ), শল লাবা, শগোল, শামু, য়েৎওইননা লৈবা মৈ, ঈশিংপুন অথনবা, ব্রাহ্মন, নিংথৌ, পাঙ্গী, নিংথিনা লৈতেংলবী নুপী ( লাই জগোইশাবী ), লৈ পরেং, ফীরান, শা অতেকপা, ঘী, সঙ্গোম অফবা, খোইহী, লুপা-সনা, ফৌ অঙৌবা ( ফৌরেন ) পোৎশিং অসি চৎলমদাইদা নিংশিংলগা মমিংশিং অসি পারগা শোল্লবদি মী অদু অফবা ফল ফংই। মন্ত্রদি :—

"ধেনুর্বৎস প্রযুক্তা, বৃষ, গজ, তুরগা, দক্ষিনাবর্ত্ত বহ্নি, দিব্যস্ত্রী, পূর্নকুম্ভ, দ্বিজ, নৃপ, গনিকা, পুষ্পমালা, পাতাকা, সদ্যোমাংসং, ঘৃতং বা দধি মধু, রজতং কাঞ্চনং শুক্লধান্যং স্মৃত্বা পঠিত্বা ফলমিহ লভ্যতে মানব গন্তুকাম:।।"

৪। যাত্রা তৌরমদাইদা ( চৎলমদাইদা ) কনাগুম্বা মীনা হৈথাগোক মনাবু মনম নমদুনা চৎখ্রবদি স্বয়ং ভগবান মহাদেবনা দুর্গাগা লোই-ননা মী অদুবু মতম পুম্বদা রক্ষা তৌবিই।

মন্ত্রদি :—"বিল্বপত্রংসমাঘ্রায় যত্র কুত্রাপি গচ্ছতি
তত্র সহায়ো ভগবান পার্ব্বত্যা সহশঙ্কর ।।

( বিল্বপত্রের ঘ্রাননিয়া যে কোন স্থানে যাত্রা করিলে স্বয়ং ভগবান শঙ্কর পার্ব্বতার ( দুর্গার ) সহিত তাহার সহায় হইয়া সতত তাহাকে রক্ষা করেন )

৫। **শ্রীদুর্গাগী ত্রিকোট** - দেবীগী মন্ত্রনা ত্রিকোট শেমলগা মন্ত্রগী মন্ত্রংদা ইশাবু অমম্মুং ঐনা থমনিংবা মীশিং অদুগী মমিং হায়রগা থম্বদা মতম পুম্নমক্কা অরা অনা তাদে অপমৃত্যু চৎতে, অশোক অপন নংলোই জয় ওইনি।

**কার্ত্তিকমাস ( মেরা থা ) দা** নিয়ম সেবা, শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ পূজা শ্রবননচিংবা তৌবা হৌনে। মেরা থাদা শোনগদবা লাইগা নানদি "শ্রীদামুদর" নি। মেরা মনুংদা **নিরামিষ** ভোজন তৌবা হৌনে। করিগুম্বা কারনদগা নিরামিষ চাবা ওমদ্রবস্তু হিয়াঙ্গেগী একাদশীদগা পূর্নিমা ফাওবদংদি নিরামিষ ভোজন তৌ মসিবু "বকপঞ্চক" কৌই। নুমিৎ মঙানি অসিগী মনুংদা নোংমদি ঙারাকপা ফাওবা ঙা ফাদে চাদে হায়রি। নুমিৎ অহুমক্কু খংদবনিনা নুমিৎ ৫ অসি নিরামিষ ভোজন তৌ। মতাং অসিদা নিত্যকর্ম্মগা শমলপ্পা খরদং ইবা লোইরে ।।

# রসিকেন্দ্রমৌলি

## ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাব।

**"গোপতি তনয়া কুঞ্জে গোপবধুটি বিটং ব্রহ্ম ঃ।"**

( শ্রীরঘুপতি উপাধ্যায় )

**"শ্যামমেব পরংরূপং পুরী মধুপুরী বরা**
**বয় কৈশোরকং ধ্যেয়ম আদ্যএব পরোরস ঃ॥**

( শ্রীরূপগোস্বামী )

যমুনাগী তোর্ববান-কুঞ্জদা লৈবা নন্দগী মচানিপা গোপবধুশিংগী ( গোপগী নুপীশিংগী ) নায়কনি হায়না পরকীয়াভাবতা শান্নহনা অভিমান তৌবিবা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো অদো পরংব্রহ্মনি।

কুচুনা খন্দেংখোইবা নাপীগী মপাল মচু মানবনা ইবুংঙোগা (ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী) অথোইবা রূপনি, ইবুংঙো মাগা লীলা শান্নফমশিংগী মধুংদা শ্রী বৃন্দাবন লৈবিবা মথুরা ধামনা অথোইবনি, শ্রীকৃষ্ণগী কৈশোর মুর্ত্তিনা ( চহি ১০ দগী হেক হেনবদগী চহি ১৫ ফাওবা ) খ্বাইদগী অথোইবা নিংজগদবা মুর্ত্তিনি অদুগা রস পুম্নমক্কগী মচি ওইববা রসনা আদ্যরসনি ( হায়বদি শৃঙ্গাররসনি )। ( মথক্তা হায়বিবা শ্রীকৃষ্ণগী অবয়ব অমসুং মহাক্কী শুপচিনবা গুনা-গুনশিং অসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা পণ্ডিত শ্রীরঘুপতি উপাধ্যায়গা আড়ৈলগ্রামদা ঙাংনখিবা মতমদা শ্রীরূপগোস্বামীনা তাজহৌবনি।

## আবির্ভাব।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা পরকীয় ভাবকী গুণ পুম্নমক্কা লৈতেংলগা ঐশ্বর্য্য তরুকমক্কা তিল্লগা তবেংশুবা মন্বন্তরগী ( মনুগী যুগকী ) মনুংদা যুগ মরি মরিনা ওল্লকপগী কুনগা নিপাল্লকশুবা খোংচৎকা, দ্বাপর যুগ লোইগদবা চহি লিশিং অনিদা ঙাইববা লোইরমদাইগী চহি ২০০ ( চনি ) লৈরিঙৈদা প্রকৃতিগী খাংমদা লৈখিবা গোলোক শ্রীবৃন্দাবনগা লোইননা তেংবানবদা ইবুংঙোনা আবির্ভাব ওইবিবকই। পূর্ন আহলাদীনী শক্তি

ওইবিবা সর্ব্বকান্তা শিবনি শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মা চমস্তং মহাক্কী অংশ ওইবিবা মহাক্কা থরাই থনকমবু ওইবব। শখিশিংনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি-মক্কী লীলা গা কাবনগাদমক মতম অসিনক্দা যোংদোক্লকই ।

চহি ১২? প্রকট বিহব ওইনিখ। ..সি।। ..৭.দা চহি ২৫ না বড়লালা-কুরুক্ষেত্রদা লীলা শান্নখি। চহি ১০০ ..। ..১ -দ্ব বকাগা লীলা লানি। চহি ১২৫ চসি নাম অহু.দা হাখনাদি বজধাম শ্রীবৃন্দাবন, মথুরা অ.স্তং দ্বারকাদা প্রকট ওইবনলগ ( .ফ.দো ।.লগ। ) নালা সংবরন ওইখি। লৌকিক নাংহে বিনা চহি ৭? না শ্রীভ গ্নানদেব ওইনা নীল-গিবিদগা লৌবগা শানা থ। ৬ লাইনা থা ৬ সেনা চৎনবকপনা ৬সি ফাওবা ইবুংঙোনা শ্রীনীলাচলক্ষেত্রদা পুবাধানদা ) নিব জ ওহ নদি ।

খৃষ্টাব্দ ১২ শুনা চহিদা পুবাগ .জগন্নাথদগা নন্দিব অসি উৎকলগা নিংথৌ গজপ.তি শা.গি অ.ঙ্গ ভি.দান শ.বগ কৎলবনি। নন্দিব অসি ন.ক্র গে.ব শদগি মাইল ৩.রোন লপা নিলাচলদা লৈ, ফুট ..২ ? ।

## ইবুংঙোনা আবির্ভাব ওইরকপা মফম অমসুং মতম ।

শ্রীকৃষ্ণগী নপা ইবুংঙো বসুদেব অসি নুপা অনি লোল্লি। অহানবা নুপী রোহিনীনা গোকুলদা নন্দ.হা.জগী ম.।.। লে। অকোনবা লৌবা নুপীদি মথুরাগা কংশ মহারাজগী মচল নুপী দেবকীনি। দেবকীগা মচা নিপালশুবনা কংশ নংথোব হাৎলগনি হায়বা দেববানা অমা লখিবদগা বসুদেব-দেবকীবু কংশগা কারাগারদা ( কৈশুমশংদা ) থমই। বসুদেব দেবকীগী হান্না পোকখিবা মচা তরেৎমক হাৎখ্রবনি। হন্দক পোক্কদোলিবা অডা, এ সনা নিপালশুবা মচানি। দিব্যলীলা অডবপনি আধিভৌতিক, আধিদৈবিক, আধ্যাত্মিক শক্তি অতমনা পূর্ণ ওইনা তিল্লবা পরংব্রহ্ম ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি দ্বাপর যুগবা মনৈদা,

নন্দপত্নী যশোদানা মচা অনি ফাইবোক ওইনা পোকখিবা নিপানা **গোপাল** হায়না কৌবে, নুপীমচানা যোগমায়ানা ওইবনি। যশোদাগী গর্ভদগী পোকপা গোপালদি দ্বিভুজনি, বসুদেবনা থৈবকপা চতুর্ভুজ মূর্তিগী অঙাংগা হায়বদি কংশ কিতুনা বসুদেবনা পুবকপা চতুর্ভুজ মুর্ত্তি ওইবা বাসুদেবগা নন্দগা মচা দ্বিভুজ গোপালগা অনি তিন্নখিবা অসি নোংগা নোংথাংগা তিন্নবওয়া তিন্নখি হায়না তবং তবংনা বর্নন তৌরি, মথুদি :—

**"বসুদেব সমানীত বাসুদেবোহ খিলাত্মনি।**
**লীনো নন্দসুতে তাবৎ ঘনসৌদামিনী যথা॥"**

( শ্রীগোপাল সহস্রনাম )

**শ্রীভাগবতনা** নন্দস্য বসুদেবস্য **শ্রীকৃষ্ণগী** মপানি হায়না বর্নন তৌই। তৌইত্বস্সুং নন্দনা **কৃষ্ণ** পোকইদি হাযবগা বসুদেবনা পোকপা মকম ফোংনদি হায়দে ভঙ্গি ওইনা **"নন্দস্ত্ব স্বাত্মজোৎপন্নে"** হায়তুনা **সুপচিনন**া ব্যাখা তৌই, মাতুং যাম্না ফোংদোকনা মপুগ্রন্থদা ভাগবতকী ব্যাখা তৌই। কংশগী বাবাগাবদা বসুদেবগা মচানা **চতুর্ভুর্জ মুর্ত্তি** ওইনা অবতাব তৌই, নন্দালয়দা যোগমাযানা নুপীমচাগী মূর্ত্তি লৌবগা, নিপা-মচানা **দ্বিভুজমুর্ত্তি** ওইনা ফাইবোক পোকমিন্নে।

অবতাব **পুরুষমক্কী** অবতারী ওইববা ভগবান **শ্রীকৃষ্ণদি** বৃন্দাবন থাদোকতুনা খোংযম অমতা লেংথোকতে হায়না **তন্ত্রশাস্ত্রনা** হায়রি, মথুদি :—

**"কৃষ্ণোহন্যো যদুসম্ভূতো যস্তু গোপেন্দ্র নন্দন:।**
**বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য পাদমেকং নগচ্ছতি॥"**

ভাবকী বিচাবদা অমসুং বসগী বিচাবদা নন্দনন্দন **শ্রীকৃষ্ণদি** যদু শাগৈগী বসুদেবগী মচা ওইবা শ্রী**কৃষ্ণদগী** তোঙানবা ওইনা উনৈ,

মহুদি, — **"যদু কুলোদ্ভব কৃষ্ণ একজন এবং নন্দসুত কৃষ্ণ অন্যজন।"** ( চৈতন্যচরিতামৃত অন্তলীলা )

ভাবকী অয়োবা নিংথিজবা ঙাক্লবগীদমক **শ্রীকৃষ্ণদি** বৃন্দাবন থাদোকতুনা খোংফম অমতা লেংথোকতে হায়বসে গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী অচেৎপা ৱাফমনি, অতৈ অতোপ্পনা য়াব-য়াদবগী ৱাফম লৈতে। রসগী গুণ য়েংহনা গোস্বামীশিংনা অসিগুম্বা লীলাগী থোইদোকপা গুণ অসিবু ঙাকনা চৎনৈ। ইবুংঙোনা বৃন্দাবন থাদোকতুনা খোংফম অমতা লেংথোকতে হায়বগী ২বমদা প্রমান অমসু পরমলি। মহুদি ময়াই কারবা শামুগা মান্নরবা কৃষ্ণবু রাধাগী প্রেমগী য়োৎহিলংনা পুনবদগী কৃষ্ণ খোংফম অমতা লেংথোকতে, মহুদি —

**"রাধাপ্রেম শৃঙ্খলাস্যাৎ কৃষ্ণমতগজভবেৎ।**
**রাধাপ্রেম বন্ধনকৃৎ কৃষ্ণপাদমেকং নগচ্ছতি॥"**

( সাধু-সঙ্গদগী )

ঋগ বেদনা হায়রি জীব পুম্নমক্কী মমা দ পৃথিবিনি ( পৃথিবী মাতা ইতি শ্রুতি )। পৃথিবীনা জীব পুম্নবু পোকপী অহুগা মথক্তা হাপ্প্রনা য়োকপী। মহুগুম্না জীব পুম্নমক্কী পরমাত্মা ওইবা শ্রীগোপালবু যশোদা মাতাগী মতমপাক্তা পমহনা য়োকই। মহুগী তাৎপর্য্যার্থদি, শ্রীনন্দমহারাজনা পূর্ব্বজন্মদা "দ্রোনবসু" ওইনা পোকলিঙৈদা যশোদানা "ধরা" হায়না কৌহনা পোকলকই। মতম অহুদা **শ্রীকৃষ্ণনা** মখোয় অনিগী মচা ওইনা পোক্কে হায়না বর পিখি। নন্দমহারাজ অসি "দেবমীঢ়ুষ" কৌবা নিংথৌগী মগুনি। দেবমীঢ়ুষ মহারানী অনি লোল্লি, অমনা ক্ষত্রীয় নিংঙোলনি, অতোপ্পনা বৈশ্য নিংঙোলনি। ক্ষত্রীয় নিংঙোলনা "শূর" পোকই, শূরনা "বসুদেব" পোকই, বসুদেবনা ভগবান "কৃষ্ণ" পোকই। বৈশ্য নিংঙোলনা "পর্য্যন্য" পোকই, পর্য্যন্যনা "নন্দ' পোকই নন্দনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ পোকই।

বসুদেব-দেবকীনা পূর্ব্বজন্মদা "পৃশ্নিগর্ভ" অমসুং "সুতপা" ওইনা পোকলিরমদে। শ্রীকৃষ্ণনা মখোয় অনিগী মচা ওইনা পোক্কে হায়না বর পিরিবি। মরম অদুদগী হন্দক মচা ওইনা পোকলে।

( শ্রীগোপালসহস্রনাম )

## শ্রীকৃষ্ণগী জন্মকুণ্ডলী

ইরুংতোনা লিংলবা ওইবা মতমদা আকাশতা লৈরিবা গ্রহশিংনা করম্না ময়মদা লৈরম্মি হায়বা, অসি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা মথং মথং ওইনা ফোংদোকই। "খমানিনা" কৌবা জ্যোতিষকী লাইরিকনা খরা মপুং ফানা উত্নরি, অদুগা সুংগা চানবি, মতু দি

"দ্বাপরযুগশেষে ভাদ্র কৃষ্ণাষ্টম্যাং রোহিণী নক্ষত্রে
দেবকী গর্ভে আবির্ভূতঃ। তস্য জন্মসময়ঃ তথা উচ্চস্থাঃ
শশিভৌমচান্দ্রি শনয়ো লগ্নং বৃষো লাভগো জীবঃ
সিংহ তুলাদিষু ক্রমবশাৎ পূষোশনোরাহবঃ। নৈশীথঃ
সময়োহষ্টমী ব্রহ্মাক্ষ নক্ষত্রে শ্রীকৃষ্ণাভিধমম্বুজেক্ষনমভু-
দাবিঃ পরব্রহ্মাতদিতি ॥"

দ্বাপরযুগকী মরোমদা থবানথাগী শিথবকপা থাখাইগী নিপান্নিশুবা নুমিৎতা রোহিণী নক্ষত্রদা থানা লৈবা মতমদা অহিং নোংয়াই চরুকতা দেবকীগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণ আবির্ভাব ওইখি। মহাক্কী পোকপগী মতমদি মতৌ অসুম্না ওই,- চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ অমসুং শনি গ্রহ মরি অসি মখোয়গী উচ্চস্থানদা লৈরই ( চন্দ্রনা বৃষভ রাশিদা, মঙ্গলনা মকর রাশীদা, বুধনা কন্যা রাশিদা, শনিনা তুলা রাশীদা লৈরম্মি ) লগ্ন বৃষভ রাশীনি, বৃহস্পতি গ্রহনা লাভগা ময়মদা লৈরম্মি : সিংহ, কন্যা, অমসুং তুলা রাশীদা সূর্য্য, শুক্র অমসুং রাহু মথং মথং লৈরম্মি। অহিং নোংয়াইগী

মতমনি, য়ুমশকৈশা নুমিৎনি, ব্রহ্মা মাগী স্বামী ওইবা রোহিনী নক্ষত্রনি। অসিগুম্বা মতমদা সাক্ষাৎ পরংব্রহ্মনা কমল নয়ন শ্রীকৃষ্ণ হায়বা মিং লৌঙ্খনা আবির্ভাব তৌখি। মসিগী মতুংইন্না ভগবান **শ্রীকৃষ্ণগী জন্মকুণ্ডলী** (**জন্ম** কোষ্ঠি) মখাগী অস্মুম্না ওইগনি। মসুদি :-

(শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রনন্দ গিরি,
সিদ্ধান্তজ্যোতিষ আচার্য্য)

| | | |
|---|---|---|
| ৩ / ৪ | ২ লগ্ন, চন্দ্র | ১ কেতু / ১২ গুরু |
| ৫ সূর্য্য | | ১১ |
| ৬ বুধ, শুক্র / ৭ শনি, রাহু | ৮ | ৯ / ১০ মঙ্গল |

নন্দমহারাজগী নাক্তা লৈবী বসুদেবগী **নুপী** রোহিনীসু মতম অদুদা মচা নিপা অমা পোকই। বসুদেবগী মচা অনিমক হায়বদি কংশগী কারাগৃহদা দেবকীনা পোকপা মচানিপা অসিগা, রোহিনীনা পোকপা মচাগা অঙাং অনি অসিবু নন্দনা য়োকই। মতম অসিদা যদু শাগৈগী পুরোহিত **গর্গরাচার্য্যনা** গোকুলদা লাক্লগা বসুদেবগী মচা অনি অসিগী মমিং থোল্লি। রোহিনীগী মচাবুনা "**বলদেব**" অমসুং দেবকীগী মচাবুনা "**কৃষ্ণ**" হায়না থোল্লমই, মতুদি—

"আসন বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্যগ্রহ্নতোনু যুগং শুক্লোরক্তস্তথা
ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ।" (শ্রীভাগবত ১০।৮।১৩)

"শুক্লো রক্তস্তথা পীতো বর্ণোস্যানুযুগং ধৃতঃ।
দ্বাপরান্তে কলেরাদৌ বর্ণোয়ং কৃষ্ণতাং গতঃ।

তস্মাৎ কৃষ্ণইতি খ্যাতো নাম্নায়াং নন্দনন্দনঃ।"

(গর্গসংহিতা গোলোক খণ্ড ১৫।৩১-৩২)

সত্য যুগতগী মথং মনাও নায়না অবতাব লৌবা মতমদা শ্রীভগবানগী অঙৌবা, অঙাংবা, নাপু মচু ওইখি। হৌজিক দ্বাপবগী মমৈ কলিযুগ হৌরমদাই অসিদদি অবতাব লৌবিবা নন্দগীমচা অংাং অসি অমুবা মচু ওইরে। মবম অসিদগী অঙাং অসিগী মমিং "কৃষ্ণ" হায়না ফাওগনি। উজ্জয়িনীগী সান্দীপনী মুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী শিক্ষাদাতা গুরুনি।

"এতে চাংশকলাঃ পুংস কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম।"

(শ্রীভাগবত ১।৩।২৮)

অবতার পুম্নমকসে ইবুংঙো মহাক্কী অংশ কলাদগী ওইবনি, মহাক্না মতেং পাংবনি। শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক্তি স্বয়ং ভগবাননি।

শ্রীকৃষ্ণতনা পবিপূর্ণতমাবতাবনি। গোপীশিংগা লোয়নম্বনা শান্নবা মতমদদি "পূর্ণষোডশকলা" ওই। পূর্ণিমাদা থানা মপুং ফাবগুম্না শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপীশিংগা লোয়নবগা ইবুংঙো মহাক্কী পবিপূণ কলা ওইবিবনি। "সচ্চিদানন্দ পরংব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনি।" "কৃষ" কী অর্থ "সৎ" নি, "ন" গী অর্থ "পরমানন্দনি।

ভক্ত ওইবা যোগীশিংগী পাপপু মাংহল্লি হায়হ্না "হরি" কৌই। অমুক মাগী নামবু শোঙবগা ভক্তশিংনা নুংঙাইবা ফংজববু "রাম" কৌই।

"নন্দকিমকরোৎ ব্রহ্মাণ শ্রেয় এব মহোদয়ম।
যশোদা বা মহাভাগা পপৌ যস্যাঃস্তনং হরিম ॥
নেমং বিবিঞ্চো ন ভবো ন শ্রীরপ্যঙ্গসংশ্রয়ঃ।
প্রসাদং লেভিরে গোপী যত্তৎ প্রাপ বিমুক্তিদাৎ ॥"

(শ্রীভাগবত ১০।৮।১৩)

পরিক্ষিত মহারাজনা শুকদেব মুনীদা হায়খি – হে ব্রহ্মণ শুকদেব ! নন্দনা করম্বা অথোইবা পুণ্যবু তৌখ্রিগবা ? লাইবক ফবী যশোদানা করি পুণ্য তৌরক্লুনা **শ্রীহরিনা** মহাক্কী স্তনামৃতবু থকখিবা ? গোপী যশোদানা ফংলিবা **শ্রীকৃষ্ণগী** থোজাল অসিবু ও,ইবংশেম্বা ব্রহ্মানা, প্রলয় তৌবা মহাদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা লৈবিবা লক্ষ্মীনসু ফংবা ঙমদে ।

**"অহোভাগ্যমহোভাগ্য নন্দগোপ ব্রজৌকসম**
**যস্মিন্ত্রং পরমানন্দং পূর্ণব্রহ্মসনাতনম ॥"**

( শ্রীভাগবত ১০ । ১৪ । ১৩ )

কযাদা ওকখ্রবা পরমানন্দগী মশক ওইববা **সনাতন পূর্ণব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনা** নন্দনচিংবা ব্রজবাসী পুম্নমক্কী মরুপ মপীজা ওইনা প্রকাশ তৌবিরিবসি কযাদা মরাইবক ফখ্রবনো শিংথাবা ঙমফদবনি ।

**"তুণ্ডে তাণ্ডবিনী রতিং বিতনুতে তুণ্ডাবলীলব্ধয়ে,**
**কর্ণক্রোড়কড়ম্বিনী ঘটয়তে কর্ণর্বুদেভ্য স্পৃহাম ।**
**চেতঃ প্রাঙ্গনসঙ্গিনী বিজয়তে সর্বেন্দ্রিয়ানাং কৃতিং,**
**নো জানে জনিতা কিয়দ্ভিরমৃতৈঃ কৃষ্ণেতি বর্ণদ্বয়ী ॥"**

( বিদগ্ধমাধব )

উজ্জয়িনীদগী শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগীদমক বৃন্দাবন্দা লাকপী সান্দীপনী মুনিগী মচানুপী, দেবর্ষি নারদকাদি অথোইবা শিষ্যা **পৌর্ণমাসীনা** হায়খি, – বিধাতানা অমৃত কয়া য়াম্না হাপ্তুনা "কৃষ্ণ" হাম্নবা ময়েক অনি অসিবু শেমখ্রিবনো হায়বসে খংবা ঙমদে । মবমদি নাম অসিবু চিন্দা অমুক্তং শোনখিবদা চিন লিশিং লিশিং পান্নিংই, নাকোংদা হেক চংখিবদা নাকোং ক্রোড় ক্রোড় পান্নিংই, থম্মোইনুংদা চংখ্রবদি নাম অসিনা ইন্দ্রি পুম্নমক্কী মথৌব মাইথিবা পি ।

## ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা আবির্ভাব ওইবগী ইতিহাস অমসু বৃহদবামনদা হায়রি।

মক্কম পুম্নমক্তা শিনথুংনা লৈবা বৈকুণ্ঠ কৌবা লোক অমা লৈ, অদুগুম্বা বৈকুণ্ঠ লোকতা লৈবা পরাৎপর ওইবা পরমেশ্বরবু বেদশিংনা মতম কুইনা ভজন তৌবকপা অসিদা তাইবংমপুনা পেল্লহনা বেদশিংবু উহন্দনা য়াথং পিবকই, হে বেদশা! নখোয়না পাম্বা বর নিযু অস্তুম্না তাকপিবে, মতুদা শ্রুতিশিংনা খুমই, — কামগী মশক ওইররা নংবু ইপুবোইবা ওইনা সেবা কীর্তণ তৌজগে হায়ররদা ভগবাননা হায়খি, — নখোয় পুম্নমক্কী অপাম্বা অসিদি ফংঙমদরনি, মতুবু ওইনা শেম্বসু ঙমফদরনি অদুবু এনা যাররদি বর অদু ওইগনি। মতম অসিগা ব্রহ্মাগা পুন্সি অসি লোইবগা (ত্রেতা যুগ লোইবগা) মথংগী ব্রহ্মাগী হাক্কতা (দ্বাপর যুগতা) মথুরা বৃন্দাবন কৌবা মফমদা রাসলীলা শান্নফম ওইগনি, নখোইনা বৃন্দাবনদা গোপ শাগৈগী গোপী রুপী ওইনা পোকুনা এবু নখোযগা লোন্না চান্নবা ওইনা রাস কৌবা কুৎদা এগী থৌগল ফংউ। মরম অসিদগী বেদশিংনা তাইবং মপুবু মপুবোইবা ওইনা নিংহনা। শ্রীভগবান ফংববু শ্রীভাগবতকী দশমস্কন্ধগী অধ্যায মবিস্তুতবেৎতা (শ্রীভাগবত ১০।৮৭) বর্নন তৌবি। মসিগী তাৎপায্যদি শাইব মপুবু বেদনা মপুবোইবা ওইনা নিংলগা ভজন তৌববু তাকই। মরম অসিদগী বস পুম্নমক্তগী বাম্লাবসনা পুমহেন হেল্লি হায়ববু শাস্ত্র পুম্বনা তাকলি।

## শ্রীকৃষ্ণগী মিং অসি লাররনি হায়রগী প্রমান খরদং

"কৃষ্ণ" হায়বা মিংফম অসি য়াম্না লাখ্রবনি। পানিনি ব্যাকরনগী (খৃ. গী মমাংশতাব্দী মরি হায়বদি বি সিঃ ৪০০ গী অহুরাইদা) মফম অমদা যাওই, অর্জুনগা মনিংসু পল্লি।

মথংদা খৃঃ গী মমাং শতাব্দী অহুম হায়বদি বিঃ সিঃ ৩০০ গী অহু-ৱাইদা গ্রীককী লমকোইবা মেঘাস্থিনিষনা ভাবতবর্ষ য়েৌবকপদা ভাবতকী অৱাং থংবা শবকতা লৈবা মথুবা কৃষ্ণপুব কৌবা মফম অমদা "কৃষ্ণবু" ইহান হান্না পূজা তৌবম্বা থেংনৈ হাযরমই।

অহুম শুবদা বিঃ সিঃ ২০০ বোমগী অহুৱাইদ। মহানাবায়ন উপনিষদতা "কৃষ্ণ" অসি বিষ্ণুগী অবতাবনি হাযনা প্রমাণ তৌবি।

মবিশুবদা বিঃ সিঃ ১৫০ বোমগী অহুৱাইদা পাতঞ্জলীদা ভগবান ভাষপনসু বাসুদেববু আর্য্যজাতিগী মশক ওইনা ফংডি।

মণিপুবদদি খৃষ্টগী মতুং কাইনথংদা হাযবদি চহি চা তবামগাগী তৌগৎলকপা অহানবা তবাগা মন্নুংদা মৈদিঙু ক্যাম্বাগী স্নাহাক্তক্তা (খৃ. ১৪৬৭ – ১৫০৮) বিষ্ণুবু লাংপা হৌখি। বিষ্ণুবু "কৃষ্ণনি" হায়না লৌনখি।

মথংদা হৌজিকমক কোন্নদা লাংলিবা শ্রীগোবিন্দ অসি শ্রীযুৎ ভাগ্যাচন্দ্রজয়সিংহ মহাবাজগী স্নাহাক্তক্তা (খৃ: ১৭৫৯ ৯৮) খৃঃ ১৭৭৬ তা নিরূপন তৌবিবম্বনি। ওসি ফাওবা শ্রীবিগ্রহ (শ্রীকৃষ্ণ) অসি মণিপুবদা বিবাজ ওইবিবি। ভক্ত লিশিং লিশিংনা অংৎ অথম লৈতনা প্রেমভক্তিগা লোযননা দর্শন ফংজরি, সেবা তৌজবি। (হিন্দুপর্ব্বদিন)

## ভগবান কদায়বু কৌই।

"ঐশ্চর্য্যস্য সমগ্রস্য ধর্ম্মস্য যশস: শ্রিয়ঃ।
জ্ঞান বৈরাগ্যয়োশ্চৈব ষন্নাং ভগ ইতীঙ্গনা॥
উৎপত্তিং প্রলয়ঞ্চৈব ভুতানামাগতিং গতিম।
বেত্তি বিদ্যামবিদ্যাঞ্চ স বাচ্যো ভগবানিতি॥"

(বিষ্ণুপুবান)

ঐশ্চর্য্য পুম্নমক, ধর্ম্ম পুম্নমক, মিংচৎ পুম্নমক, লৈতেং পুম্নমক, জ্ঞান পুম্নমক, বৈরাগ্য পুম্নমক তরক অসিবু "ভগ" কৌই। জীব পুম্নমকী পোকপা-শিবা, লাক্কদবা অরা-ন্থংঙাই পুম্নমক অমসুং জ্ঞান-অজ্ঞান পুম্নমকী মবম পুম্নমকপু খংবা মহাকপু "ভগবান" হায়বা রাহৈ অসিনা ফোংদোকই।

"একং শাস্ত্রং দেবকী পুত্র গীত,
মেকো দেবো দেবকী পুত্র এব।
একমন্ত্রস্তস্য নামানি যানি,
কর্ম্মাপ্যেকং তস্য দেবস্য সেবা॥"

(গীতা পরমহংস যোগেন্দ্রনন্দগিরি)

সংসার অসিদা শাস্ত্র অমথক্তং লৈ মহুদি দেবকীগী মচানুপানা (শ্রীকৃষ্ণনা) শকপা ঈশৈ গীতানি, লাইসু অমতংদনি মহাকসু দেবকীগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি, মন্ত্রসু অমথক্তনি মহুদি দেবকীগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী মমিং-শিংনি অদুগা কর্ম্মসু অমথক্তনি মহুদি ইবুংঙো মহাকপু সেবা তৌবনি।

শ্রীকৃষ্ণগী চহী মতাং মতাংগী লীলা।

১। বাল্য লীলা (পোকপদগী চহি মঙা ফাওবা)

বসুদেব-দেবকী, নন্দ যশোদাগা লৈমিন্নহুনা লালন-পালন তৌবা মতম অসিবু "বাল্যলীলা" কৌই।

২। পৌগণ্ড লীলা (চহি মঙা হেক হেনবদগী চহি তরা শুরা ফাওবা)

মতম অসিদা সখা শিংগা লোয়নহুনা শান্নহুনা ইবুংঙোনা লৈবরু পৌগণ্ড লীলা কৌই। পৌগণ্ডদা বাল্যসু যাওরি।

৩। কৈশোর লীলা (চহি তরা হেক হেনবদগা চহি তরামঙা ফাওবা)

মতম অসিদা ইবুংঙোনা শ্রীমতি রাধিকানচিংবী

সখী ময়ামগা লোয়নহ্না শ্রীবৃন্দাবন্দা মতম পুম্ন-মক্তা শান্নবব্ কৈশোব-লীলা কৌরে। কৈশোবদা বাল্যস্থ পৌগণ্ডস্থ অনিমক তিল্লবনি।

## শ্রীনন্দমহারাজনা কৃষ্ণবু পুহ্না খুল হোংবা।

১। অহানবদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা কংশগী কাবাগৃহদা আবির্ভূত হেক ওইবগা কংশনা হাৎখ্রগনি হায়না কিবদগী বসুদেবনা শ্রীকৃষ্ণবু "গোকুলদা" (নন্দালযদা) পুবকখি। গোকুল মহাবন অসি মথুবাগী খা থংবদা মাইল ১১।১২ বোম লাপ্না লৈ। মফম অসিদা ব্রহ্মাণ্ডঘাট, চিন্তাহবন ঘাট, উলখোল (উদুখোল), মাখল মাটি, চৌবাষি খম্বা, পুটনা বধগী মফম পুম্নমক লৈ।

২। অনিবক শুবদা "শক্তিকরদা" খুল হোংই।

৩। অহুমলক শুবদা "নন্দগ্রামদা" হোংলকই।

মতাং অসিদা নন্দমহাবাজনা ইবুংঙো পুহ্না খুল হোংবা লোইবে। ওসি ফাওবা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ মযম অসিদা বিবাজ ওইবিবি।

নন্দমহাবাজনা খুল তোইনা হোংলগী কাবনদি —

শ্রীনন্দমহাবাজনা যশোদা মহাবানীগা বসুদেবগী মচানিপা অণ্ডাং ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণবু মখোযনা পোকচবমক্তি খন্দুনা নুংশিনা যোকই। মতুংদা কংশনা খংলকলে। মহাক্না বসুদেবগা মচাবু হাৎনবগীদমক মহাক্তী মনাই হিংচাবা ময়াম ময়ামবু হন্না হন্না গোকুলদা থাবকই। অহুবু বসুদেবগী মচা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবুদি হাৎপদি ওমখিদে, অহুমনদি ওইবগা গোকুলদা হিংচাবগী উপদ্রব ময়াম অসি খাংবদা রাবহনা নন্দমহাবাজনা মহাবানীগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু গোপ-গোপী পুম্নবু গোবৃন্দ খিবিকপু পুরহনা বৃন্দাবন্দা চেল্লকই। মতম অসিদা ইবুংঙোদি চহি ৭ চংলকপদা মণ্ডাইরি। অসুম তৌহনা

শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা লৈরবা মতম অসিদা ব্রজগী মুপীমচা কুমারীশিংনা কৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইনিংদুনা চহি অদুগী পোইন্ন থাগী পূর্ণিমা নুমিৎতগী হৌরগা থা অমা চুপ্পা "কাত্যায়নী দুর্গাবু" পূজা তৌই। চহি ৫।৬ তা ওাইরিবী মুপীমচাশিং অদুনা অয়ুক্কী অহানবা চীংখৈ হুনবা মতমদা হৌগৎলগা মহৈ মহৈ হৌনদনা যমুনাদা চৎলগা লৈপাক মতুম মতুম তারগা মখুবাক মখুবাক্তা হাপ্তুনা "কাত্যায়নী দুর্গাবু খুরুমখি -

'কাত্যায়নী মহামায়ে মহাযোগীন্যধীশ্বরী :
নন্দগোপসুতংদেবী পতিং মে কুরুতে নমঃ॥"

( মন্ত্র ভাগবত মৈ: কীর্তন )

দেবী কাত্যায়নী মহাযোগীনি পুম্বগী মপু ওইবিবী ইবেম্মা! নন্দগোপগী মচানিপা অসিবু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ঐগী ইপুরোইবা ওইহনবিয় খুরুমজবি।

অসুম তৌদুনা থা অমা ফারবদা ব্রজগী শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিংনা হৌনবী মতুংইন্না পূজা লোইবগীদমক মফী য়াওদনা যমুনাদা ইরুজরিঙৈগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মফম অদুদা লেংলক্লগা যমুনাগী তোব্বান্দা থমলিবা গোপীশিংগী মফা পূম্নমক লৌবগা যমুনা মপান্দা হৌরিবা কদমগী মশাদা য়ানশিন্দুনা বস্ত্রহরন লীলা শান্নখি। মফম অসিবু "চৌরঘাট ( বস্ত্রহরন ঘাট ) হায়না খংনি। বস্ত্রহরন লীলা নুমিৎ শুসিদা ইবুংঙোনা গোপীশিংদা বর পিবিরমই, "ঐগা লোয়ননা অহিংদা রাস শান্নগনি, গোপী নখোয়না নিংবা পুম্বা থুংহনগনি।" মতৌ অসুম তৌনা ইবুংঙোগী চহি ৭ মপুং ফাবা ফাউবা লেনখি। ইবুংঙোগী চহি ৮ শুরক্লবদা কাত্যায়নী পূজা লোইবদা ( বস্ত্রহরন লিলাদা ) গোপীশিংগা লেপ্পখিবা মতুংইন্না মেরা থাগী পূর্নিমা নুমিৎতা শরৎ ঋতু ওক্টরকপনা মালিকানচিংবা মখল মখলগী লৈ পুম্নমক্কা নিংথিনা শাৎলবী অহিংবু উবগা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস শান্নগে নিংখরে। শ্রীকৃষ্ণদি মতম অদুদা নরলীলাদা চহি ৮ তা

মও ইরবস্থ ঈশ্বর পক্কদদি ভগবাননি। ঐশ্বর্য্য, বীর্য্য, যশঃ, সৌভাগ্য, জ্ঞান, বৈরাগ্য তরুক অসিনা তিল্লবনি অত্থগা শ্রীরাধানচিংবী গোপী কোটি চহুমগা লোয়ননা বাস শান্নবা মতমদদি ইবুংঙো মহাক্তি ষোড়শ কলানা ( কলা তবাতকক্কা ) সমপূর্ণ ওইবিবনি। অহুম অতুম ওইথুনমকপু পরা কৌবী যোগমায়াগী অচিন্ত্যশক্তিদা চংতুনা থোকহনবা ঙমদববু থোকহনবদা হৈশিংলবী পরাশক্তিনা মবম ওইতুনা বাস শান্নগে নিংখি। মেবাগী মপুং ফাৱবা পূর্নিমা থানা থোবকপা, বনগী নিংখিজববা লৈগু পুম্নমকপু স্থ উবগা "চন্দ্রশালিকা" কোবা সংগাইদা ইবুংঙোনা লৈবিতৈদা বাস শান্নগে নিংবদগী "রাসস্থৌলী" কৌনা মফম অত্থদা লেংথোক্লগা গোপী পুম্নকপু আকর্ষন তৌনবগীদমক ( ফাজিন্দুনা শ ন্নবগীদমক ) "বেনুগান" তৌখবে। মতমনা সায়্নংনি ( পুং তবেং মথায়বোম ত বা মতমদনি )। ব্রজদা লেবিবা অচৎশতু পুম্নমক ব্রহ্ম ঙাক্তনি, মখোয় অত্থদি মশিং লাকওমল্লবা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ডগী মপুশিংনা মহাক্কী শ্রীঅঙ্গদা লৈ। মখোয পুম্নমক অতুনা ব্রজবৃন্দাবন্দা উ নচিংবগী মশক ওইথুনা গোপী পুম্নবু কৌনবগীদমক মুবলী খোংহল্ল, "উদ্বংশমিব যেমিরে॥" ( ঋগঃ ১। ০। ১০ )

শ্রীমদ্ভাগবতকী দশমস্কন্ধদা বাসক্রীড়া কৌবা ৩৩ শুনা অধ্যায়গী পঞ্চমঅধ্যায়দা ( মঙাশুবা অধ্যায়দা ) বনন তৌবি। খোংলিবা মুরলা ধ্বনি অহু ব্রজপুম্বদা যৌগ্রবনি অত্থবু শ্রীকৃষ্ণবুতা থম্মোয়ংদা হাপ্তুনা থমজখ্রবা গোপীশিংগী নাকোংতদা মতাই, "কৃষ্ণগৃহীত মানসাঃ" ( শ্রীবাসপঞ্চধ্যায়ঃ ) কনাগুম্বা ব্রজবাসী অমম্না মুবলী খোঞ্জেনবু তাবা ফংখিদে, ব্রজগোপীশিংতনা তাবনি।

## শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মগী আবির্ভাব।

শ্রীমতি বাধাবানী ইবেম্মা অসি গোলোকধামদা লৈবী ওইববস্থ শ্রীকৃষ্ণগী স্নায়াথংদগী কলাবতীগী ( কৃত্তিকামহারানীগী ) গর্ভদগী

প্রকাশ ওইহনবনি, মপা ইবুংঙোনা বৃষভানু মহারাজনি। ইবেম্মদি শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং তংখাই অমদগী ওইবনি, পঞ্চভূতনা শেম্বা নত্তে । মায়ানা ওইবা মায়িক দেহনি । মহাক মমাগী গর্ভদা চংলগা গুপ্তাঙ্গদগী অবোনবা হকচাংদগী-যোনীদগী ) পোকপা নত্তে, মমাগী পুকপু ফুংশিৎনা থলহল্লগা ( কংখৎহল্লগা ) থা শুবকপা মতমদা ফুংশিৎ অদো থাদোবকপগা লোয়ননা ময়ানা শেম্বা হকচাং লৌরগা অঙাং মুপীমচা অমা ওইনা ফোংদোকখি,

"মাতুগর্ভ বায়ুপূর্ন কৃত্ব চ মাময়া সতী।
বায়ু নিঃসারেন কালে ধৃতা চ শিশুবিগ্রহম ॥"

( কৃষ্ণ জন্ম খণ্ড—অঃ ১৩ )

শ্রীনন্দমহারাজনা শ্রীকৃষ্ণবু পুন্ডনা খুল অহুমলক হোংবগুম্বা বৃষভানু মহারাজসু শ্রীমতি রাধাবু পূরগা খুল অহুমলক হোংই–

১। রাউলগ্রামদা ইবেম্মা পোকই । খুল অসি মথবাগী মনাক্তা লৈ। যমুনাগী ৱাংমদনি।

২। অনিবক শুবদা বসতি-জনৌতি ( বসতি জুলেন্দী ) দা হোংই। শ্রীরাধাকুণ্ডগী নোংপোক্তা মাইল মঙামলোম চংলগা লৈ।

৩। অহুমলক শুবদা বরসানাদা হোংই। ঙসি ফাওবা ইবেম্মদি মফম মসিদা বিরাজ ওইবিবি। মফম অসি শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভূগী পার্বদ গোস্বামীনা শ্রীনারায়ন ভট্টনা পুনরুদ্ধার তৌবিবমই। হোরি (হোলী) লীলাসু মফম অসিদা শ্রীভট্টনা পুংথোক্লম্বনি।

ইবুংঙোগী চহি মতাং অহুমলক ওইবগুম্বা
ইবেম্মগীসু চহি মতাং মতাং অহুম শুরি।

১। নব্য যৌবন—মশা মউদি তচাও তচাও চাওজববসু কামদি ফাওত্রিবী ব্রজবালাশিংগী অবস্থাবু নব্য যৌবন হায়না খংনৈ। শ্রীরূপমঞ্জরী-নচিংবী মঞ্জরী ময়ামগী চহি মতাংবু নব্য যৌবন হায়না খংনগনি।

২। **ব্যক্ত যৌবন**—মঞ্জরীগী চহিদগীদি খর হেল্লবী কামম্নু ফোংদোক্লব্রী গোপীশিংগী চহি মতাংবু ব্যক্ত যৌবন হায়না খংনগনি। **শ্রীমতি রাধিকা, ললিতা, বিশাখা** ( বিশাখিকা ) নচিংবী ইবেম্মাশিংগী চহি মতাং অসিনি।

৩। **পূর্ণযৌবন**—কাম মপুংফানা ফোংদোক্রবা ইবেম্মাশিংগা চহি মতাংবু পূর্ণ যৌবন কৌরে। **চন্দ্রবলী, পদ্মা, সেব্যানচিংবী** ইবেম্মাশিং অসিনি। ইবেম্মাশিং অসিদি **শ্রীরাধাগী** য়েরুবা **সখীশিংনি।**

**শ্রীমতি ইবেম্মা রাধিকানা ব্রজগোপীকা 'পুম্নদগী হেনবা গুনা-গুন খরদং।**

**"মহাভাবস্বরুপেয়ং গুণৈরতি বরীয়সী**
**নবকৃষ্ণ্মারুনং নবনুরাগচর্চ্চিত রাধিকে!**

( উজ্জলনীলমনি )

**শ্রীকৃষ্ণগী** খায়দগা অথোয়বা মপুং চনবা মশক ওইরাবিদি **শ্রীমতি** রাধিকা ইবেম্মতনি। **শ্রীকৃষ্ণগী** কান্তা মখল অহুমনি,—বৈকুণ্ঠগা লক্ষ্মী, দ্বারকাগী রুক্মিনী সত্যভামানচিংবা মহিষীশিং অমসুং বৃন্দাবনগী গোপীশিং, মখল অহুম অসিসু ইবেম্মাদগা ওইবা ভাক্লনি, লালাগা কারনদগা ওইবনি। ইবেম্মাদি ইবুংঙোদগা তোঙাল্লবানি লীলাগা কারনগাদমক্তা "কৃষ্ণ" "রাধা" হায়না অনি থোকপতনি,

**"একাত্মানাবপি দেহভেদং গতৌ তৌ॥"**

শ্রীমতি ইবেম্মাদি স্বকীয়া ( অযোংবা পুশী ) শক্তি ওইরিবি ইবুংঙোগা খায়দগী হেনবী কান্তানি। ইবেম্মাদি **"সর্ব্বকান্তাশিরমনি"** ইবে য়াশিং পুম্নমক্কী কোক্কী লৈতেংনি হায়না শাস্ত্র-পুরান পুম্নমক্তা বাখান তৌরি। গোপী পুম্নমক্কগী পুমহেন হেনবা মরমদগী ইবেম্মা য়াওদনদি রাস শান্নবা

য়াদবনা রাস হৌরিভৈদা রাসস্থলীদগী গোপী 'পুম্ববু থনম্লগা ইবেম্মা মাবুতা থিবা লেংখি,—

"অনয়া রাধিতোন,নং ভগবান হরিরীশ্বরঃ।
যন্নোবিহায় গোবিন্দ প্রিতোযামনয়দ্রহঃ ॥,'

( শ্রীভাগবত ১০ ।৩০।২৮ )

শ্রীমতি ইবেম্মদি স্বকীয়া শক্তি ওইববস্থ বসগী খমথেংবা থাক্তা মপুং ফাহন্নবগীদমক অমসুং মতুগীদমক ওইফদববু ওইহনবদা চংখোন্না হৈ শিংলবী পরাশক্তি যোগমায়ানা ( পৌর্নমাসী বৃন্দানচিংবী খিবিক্লা ) পরকীয়াগী মশক ওইনা ইবেম্মবু উহল্লি। মতাং অসিদা স্বয়ং ভগবান শ্রীনন্দনন্দন ইবুংঙোমকস্থ বৃষভানুসুতা শ্রীমতি বাধিকা ইবেম্মাবু যোগমায়ানা অসুম ওইহনগে হায়না শিল্লকপা ব্রজলীলা 'পুম্ববু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্লা তঙায় ফদনা ইনর্বিরি। শ্রীকৃষ্ণনা থাঙৈশেংনমক থোইদোক হেন্দোকপা রস চুপ্পীগে খনবিহনা ব্রজগোপীশিংবুস্থ অবতাব তোহনবনি।

যশোদাগী যোকচবী মুখবানা মগুন্নুপী রাধাবু গোকুলদা পুবক্লগা জাটিলাগী মচানপা অভিমন্যুদা ( অয়নদা ) শিন্নখি ( পাখি )। যোগ-মায়ানা মখোয়বু লুহোংবনি হায়হনা ওইদবা থোদোকতুবু অওইবা ওইনা উহনব'ন। অয়ননদি ইবেম্মগী মমি ফাওবা শোকপা ভম'খদে। ইবেম্মাদি ইবুংঙোগী লেংদবী চান্নবীনি। লীলাগী মুংঙায়নবগী খমথেংবা থাকতা মপুং ফাহন্নবগীদমক্তা ওইফদববু ওইহনবদা চংখোন্না হৈ শিংলব যোগ-মায়ানা অতোপ্পা নিপাগী নূপী ওইনা ( পরদাব ওইনা ) উহল্লগা রস খম থেংনা চুপ্পিগে নিংবদগী বসকাব্যনস্থ পরদার ওইনা উহনবদনি। ইবুংঙো ইবেম্মাগী নব লীলা অসিদি শ্রীব্রজধাম নত্তনা মফম অতৈদা খক শান্নদে, শ্রীরকৃষ্ণগী বাঙ্গা পুঃমক শ্রীর,ধাদা লৈ, রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী বাঙ্গা পুম্নমক থুংহনবনি। শ্রীকৃষ্ণনা য়োৎচাবিমনিনি, গোপীশিংনা য়োৎনি;

য়োৎপ, য়োৎচাবীনা মতম পুন্নমক্তা ফাজিনবা ওম্বগুন্না শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজসুন্দবী 'পুম্ববু ফাজিন্দুনা থম্নগা শান্নে।

"পরকীয়া ভাবে অতিরসের উল্লাস,
ব্রজবিনা ইহাব অন্যএ নাহি বিকাশ।
কৃষ্ণের সকল বাঞ্ছা রাধাতেইরহে,
রাধিকা করেন কৃষ্ণের বাঞ্ছিত পূরন॥"

(চৈতন্য চবিতামৃত অদিলীলা)

"কৃষ্ণ চুম্বকমনি লোহা গোপীগন।
যথা তথা ক্রীডা করে তথায় ভ্রমন॥"

(হবিভক্তি বসামৃতসিন্ধু)

ব্রজধামদা মতম পুন্নমক্তা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শেংলবা মাধূর্য্যগী মশক ওইনা ভাম্বোযবিবি, শ্রামতি রাধিবা ইবেম্মানা হ্লাদিনীগী খম থেংবা ভাব ওইবা মহাভাব স্ববপীনি ওইনা ইবুংঙোগা লোযননা ভাম্বোযরি। ইবুংঙো ইবেম্মগী লালাদ নিত্যনি, লেংদবনি, অহুমক শান্নহনা লৈবনি, হৌরকপগী মতম লৈতে, লোযগদবা তোক্কদবা মতমসু লৈতে, প্রলযদসু অহুমক লৈ, মতমনা মফমনা, যুগ যুগকী ওল্লবপনা মাংহনবা ঙম্বা ইবুংঙো ইবেম্মা নক্তে, বেদ-বেদান্ত পুন্নমক্তা শাক্ষিনি। ভক্তিতনা ইবুংঙো-ইবেম্মবু ফংগনি, মবৈ মবাং তৌবনা ইবুংঙো-ইবেম্মবু ফংনবগী মার্গ থাপ্না লৈখ্রগনি।

"ভক্তিতে মিলয়ে কৃষ্ণ।
তর্কে বহু বহু দুর॥" (বৈষ্ণব ব্যবহাব নির্ণয়ঃ)

## শৃঙ্গার রসঃ।

"রতির্যা সঙ্গমাৎ পূর্ব্বং দর্শন শ্রবনাদিজা।
তয়োরুন্মীল্যতে প্রাজ্ঞৈঃ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে॥"

(উজ্জ্বলনীলমনি)

"একস্য শ্রুতমেব লুম্পতি মতিং কৃষ্ণেতি নামাক্ষরং,
সান্দ্রোন্মাদপরম্পরামুপনয়ত্যন্যস্য বংশীকলঃ।
এষ স্নিগ্ধঘনদ্যুতির্মনসি মে লগ্নঃ পটে বীক্ষনাৎ,
কষ্টং ধিক পুরুষত্রয়ে রতিরভূন্মন্যে মৃতিঃ শ্রেয়সী ॥"

( বিদগ্ধমাধব-নাটকম )

নায়ক নায়িকানা অমতা ওইনা তিন্নদ্রিঙৈগী মমাংদা উবা তাবদগি পোকপা রসবু পণ্ডিতশিংনা "পূর্ব্বরাগ" ( "শৃঙ্গাররস" ) কৌই।

ললিতা বিশাখানা ইবেম্মগী পুক্নিং খংনিংহনা তকশিল্লক্লবা মতমদা শ্রীমতিনা খুমখি,—ইতা! ওম্মোকপগী লাইবক্তি—নোংমনা কৃষ্ণ কৌবা নিপা অমগী মিং অসিগী ময়েকসিনা নাকোংদা হেক চংখ্রবদা ঐগী পুক্নিং অসি ইলাং লাংখ্রে, নোংমা অমনা কনানো অমগী হুংশিখ্রবা, মিরবা বংশী খোঞ্জেল হেক তারুবতদা ঐ অসি নুংঙায়বনা ঙাওখ্রে অহুগা নোংমা অমনা ফুইনা হৌরকপা নোংগী কুহুবু ঙমজরবা নিপা অমগী মুর্ত্তিবু চিত্রপট্টা হেক উরুবমক্লদা ঐগী থম্মোয়নুংদা ( হৃদিদা ) লানা য়েক্লুনা লৈখ্রে। ওম্মোক-পনি! মতম অমতদা ঐগী পুক্নিংনা নিপা অহুমগী মফমদা লুপখ্রে, ওম্মোক্লা ইকায়খ্রবা থম্মোয় শোকখ্রবা রানি, অসিগী শরুকপুদি শিজাখবনা ফরে।

ইবেম্মগী রা অসি তাবদা লালিতা বিশাখানা খুমখি,—ইবেম্মগুম্মি নুপীগী মফমদদি শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা অতোপ্পা নিপা অমদা অনুরাগ পোকপা হৌনদে, ইবেম্মনা তারিবা মিং, তারবা বংশী খোঞ্জেন অমসুং চিত্রপট্টা উরিবা শকফম অহুম অসি তোঙান তোঙানবা নিপা অহুমগী নত্তে, ইবুংঙো মহাক অদো রসিকেন্দ্রশেখর ব্রজরাজনন্দন শ্রীগোবিন্দনিনে ইবেম্মা!

"প্রত্যাহৃত্য মুনিঃক্ষনং বিষয়তো যস্মিন্মনো ধিৎসতে
বালাসৌ ঘিৎসতি-ততঃ প্রত্যাহরন্তি মনঃ।

যস্য স্ফুর্ত্তিলবায় হন্ত হৃদয়ে যোগী সমুৎ কণ্ঠতে
মুগ্ধেয়ং কিল পশ্য তস্য হৃদয়ান্নিষ্ক্রান্তিমাকাঙ্খতি॥"

(বিদগ্ধমাধব নাটকম ২য়অঙ্কঃ)

শান্দীপনি মুনিগী মমা অহল ওইববা, দেবর্ষি নারদকী অচানবী শিষ্যা পৌর্নমাসি দেবীনা হায়খি,—

মুনিশিংনা মার্গ মাগী পুকনিংবু বিষয়দগী চিংথোক্লুনা মিকুপ অমতং ওইববসু **শ্রীকৃষ্ণদা** চঙহন্নবা হোৎনবিবনি, অদুবু নুপীমচা অসিদি **(শ্রীরাধাদি)** মাগী পুক্নিংবু ইবুংঙো মঙোন্দগী চিংথোক্লগা বিষযদা হাপকে হোৎনবি। ওস্থোকপনি! যোগীশিংগী থম্মোইন্দুংদা ইবুংঙো মাগী মশেক মঙান্দংদা ওইববসু ফাওহন্জবা ঙম্লবদি হায়না হোৎনবিবদো অনুবাগনা (অপাম্বনা) থুনহংখ্রবা নুপীমচা (শ্রীরাধা) অসিদি মাগী থম্মোযন্দুংদগী ইবুংঙো মহাকপু তান্থোক্কে নিংলি। ইবেম্মনা বয়া কন্না হোৎনহনসু ইবুংঙো মহাকপু থম্মোযদগী তান্থোকপদি ঙমদে।

## শৃঙ্গাররসগী মখল, বিপ্রলম্ভন্, সম্ভোগ্

১। **বিপ্রলম্ভন,**—ইবুংঙো ইবেম্মা অনি উন্ননদগী "বতি" (থাদোকপা ঙমদবা থংশিন) যাম্না হেঙ্গৎলকই উন্ননিংনগা খৌবাংবা অদুবুদি কে ক-হনবা ঙমদে। মতুংগুম্বা ভাব অদুবু "বিপ্রলম্ভনবস" কৌই। বিপ্রলম্ভনদি মখল ৩২ শুবি।

২। **সম্ভোগ**—চান্নবা চান্নবী অনির্গী কাযনবা কোক্লুনা লৈমিন্নবনা মতমদা অনিমক্কা যাম্না হবাওবগী মশক ওইবা পুক্নিংদা পোকপা নুৎঙাযনা ভাবপু "সম্ভোগ বস" কৌই। সম্ভোগসু মখল ৩২ শুবি।

বিপ্রলম্ভনগা সম্ভোগকা অনি পুল্লগা বস ৬৩ (চৌষটী বস) ওই। **শ্রীরাধাকৃষ্ণগী** লীলাবস ৬৪ অসি অয়াম-য়ামদ নাইনা লীলারস কীর্ত্তন

অমসুং নামকীর্ত্তনদা চংই। মসিনা চংক্রবদি (য়াওব্রবদি) কীর্ত্তন ওইত্রে চুম্নগী গানদা (ঈশৈদা) মবোইবে।

মুশী নিপাগী অপাম-শুংশিবু (বসবু) মথং মথং হেনগংলকপগী থাকপু রতি, প্রেম, স্নেহ, মান, প্রনয়, রাগ, অনুরাগ, মহাভাব কৌই। মরম অসিদগী ইবেম্মবু "মহাভাবস্বরূপিনি' হায়না পুরান পুম্নমক্কা বাখান তৌরি (লাওরি)।

## রতিগী মখল অমসুং ভাবার্থ।

তাইবংপানবা মপুবু মীওইনা জীবনা কান্তাভাবনা (মুপী ওইবগী ভাবনা) ভক্তি তৌববদি মহুগা ভাবপু "রতি" কৌই। রতি মখল অহুম শুই,—

১। **সাধারনা রতি,** তচম্না বতিনি। মথুরাগী কুবুজামহারানীগী ভাবপু "সাধারনা রতি" কৌই।

২। **সমঞ্জসা রতি,** মযাই ওইবপ্পা বতিনি। দ্বারকাগী রুক্মিনী সত্যভামানচিংবী পটমহিষী নিপালনা ওইবিবা ভাবপু "সমঞ্জসা রতি" কৌই।

৩। **সমর্থা রতি,** খ্বাইদগা ততথোইনা-অহেনবা রতিনি **শ্রীব্রজ-বৃন্দাবন্দা** গোপীশিংদা ওইবিবা ভাব অসিবু "সমর্থা রতি" কৌই।

মনিদা প্রমান তৌবগা শ্রীবৃন্দাবন্দা "**কৌস্তুভমনিনি**"। দ্বার-কাদা "**চিন্তামনি**" নি। মথুরাদা "**মনিনি**"।

"কৃষ্ণস্য পূর্ণতমতা ব্যক্তবৎ গোকুলান্তরে।
পূর্ণতা পূর্ণতরা দ্বারকা মথুরাদিষু॥"

(ভক্তি রসামৃতসিন্ধু)

ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ অসি বৃন্দাবন্দা পূর্ণতমনি, দ্বারকাদা পূর্ণনি, মথুরাদা পুর্ণতর ওই।

"ত্রৈলোক্য পৃথিবী ধন্য তত্র বৃন্দাবনং পুরী।
তত্রাপি গোপীকাঃ পার্থ যত্ররাধাভিধামমা॥"

(গোপী প্রেমামৃত - ৪৩)

হে অর্জুন! মরোল অহুম অসিদা পৃথিবীনা অথোয়বনি। পুরী পুন্নমক্তগী মধুপুর শ্রীবৃন্দাবন্না অথোয়বনি। মত্তুদগী গোপীশিংনা অমুক্তা হেনগ্রে. গোপীশিংগী মন্নুংদগী রাধানা খ্বায়মক্তগী অহেনবনি, মহাক্কা ঐগা (শ্রীকৃষ্ণ ঐহাক্কা) খ্বায়মক্তগা পুনহেন হেনবা চান্নথোইবীনি।

## স্বকীয়া লীলা।

শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা ইবেম্মশিংগা লোয়নননা ফোংনা শান্নববু স্বকীয়া লীলানি খংনগনি মত্তুদি দ্বারকাদা রুক্মিনী সত্যভামানচিংবী মহারানী ৮ গা লোয়নননা ফোংনা শান্নবনি। মহারানা ৮ অহুদি ১। রুক্মিনী ২। সত্যভামা ৩। নাগ্নিজিতি ৪। সুনন্দা ৫। মিত্রবৃন্দা ৬। সুলক্ষনা ৭। জাম্ববতী ৮। সুশালা অমনি। মথুরাদা কুব্জা রানীগা শান্নে। ইবুংঙোনা ফোংনা হায়রদি গুরুজনশিংগা ভয়-লজ্জা লৈতনা বেদবিধিগী নিয়ম মতুংইন্না ফোংনা বিবাহ তৌহুনা লোবগা পান্নবা ইবেম্মশিংনি। স্বকীয়া রসত শান্নরিবা ইবেম্মশিং অসিগী মশিংদি ১৬০০০ (লিশিং তরাতরুকনি) হায়না শ্রীহরিভক্তিরসামৃতসিন্দুনা উৎলি।

## পরকীয়া লীলা।

ইবুংঙোনা শ্রীবৃন্দাবন্দা ব্রজগোপীশিংগা (পরাঙ্গনময়ী ওইবীশিংগা) শান্নববু পরকীয়া লীলা কোই। শ্রীভাগবতনা স্বকীয়া রতিদগী পরকীয়া রতিনা হেন্নি হায়না তাকপ্রে। পরকীয়া রতিদা শান্নরিবা গোপী মশিংনা কোটি চহুমনি (শ্রীভাগবত ১০।৩২)।

"পরকীয়া রস অতিরসের উল্লাস।
ব্রজবিনা নাহি ইহার অন্যত্রবিকাশ॥"

রস পুন্নমক্তগী পরকীয়ারসনা মহেল্লে অহুবু রস অসি ব্রজদদা বিকাশ ওইবনি মফম অতৈদা ওইদে। বৈধপ্রেমদগী (স্বকীযা কান্তা ভাবতগী) অবৈধ প্রেমনা (পরকীযা কান্তা ভাবনা) হেল্লি হায়রসি শ্রীরূপগোস্বামীগী উজ্জল নীলমনিদস্ত নিংথিনা উৎলি।

শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণনা পুন্না লাংকনি।

শ্রীনন্দনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী মুত্তিবু ইবেম্মা শ্রীরাধাগা লোযননা স্বকীযাকান্তা ভাবতা পুন্না লাংকনি। রুক্মিনীনচিংবা পট্টমহিষী নিপালগা লোযননা ইবুংঙোবু লাংপা যাদে হায়না শ্রুতিনা তাকলি। শ্রীমতি রাধিকাবু ইবুংঙোগা পুন্না স্বকীযা কান্তা ভাবতা লাংকনি হায়রবা অসি শ্রীভাগবতকী একাদশ অধ্যায়দা তাকখ্রে। (শ্রীহরিভক্তিবিলাস-তগা) মহাবানা ৮ দি মপান্দা চুন্না পূজা তৌগনি। ইবুংঙোগা লোযননা লাংপদি যাদে।

"ন পারয়েহহং নিরবদ্যসংযুজাং স্বসাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপিবঃ।
যা মাহভজন দুর্জরগেহশৃঙ্খলাঃ সংবৃশ্চ্য তদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা"।
(শ্রীভাগবত ১০।৩২।২১)

পরকীযা ভাবতা শান্নরবা ইবেম্মশিংগী মফমদা ইবুংঙোনা হাযখি,— হে গোপীশা! ঐনা দোষ লৈতনা তিন্নরবী নখোযগী লমনবু ঐনা লাইগী পুন্সি অমা চুপ্পা হিংতুনসু শিংবা ঙম্লবোই। নখোযদি মীনা থাদোকপা ঙমকত্রবা যুমগী অফা-অপুন 'পুস্বরু থাদোকতুনা ঐবুতা নখোযনা নিংখ্রবনি, সেবা তৌখ্রবনি। মরম অসিনা নখোযগা নিংখিবা অসিগী নখোযগী লমন শিংবা ওইবসন্ন।

"এবং পরিষ্বঙ্গকরাভিমর্ষস্নিগ্ধেক্ষণোদ্দামবিলহাসৈঃ।
রেমে রমেশো ব্রজসুন্দরীভির্যথার্ভকঃ স্বপ্রতিবিম্ববিভ্রমঃ ॥"
(শ্রীভাগবত ১০।৩৩।১৭

ইবুংঙোনা ব্রজগোপীশিংগা লোয়নদুনা রাসকী মতমদা গোপীশিংবু আলিঙ্গন তৌবিই হায়রবদি ইবেম্মা তমমমদংগা লোয়ননা ভগোই শামিংবা খেংচৎ খুদিংমক্তা ইবুংঙোগী হেৎথংবা শ্রীহস্তনা প্রিয়াগী বক্ষস্থলদা তাল ওাবগা অথুপ্পা মথম খদিংমক প্রেমগা লোয়ননা য়েংই। পুন্নমক অসি অঙাংনা মিংশেলদা য়েংলগা মমি তাবিবা অদুদা য়েংলগা শান্নবগুম্বনি, গোপী পুন্নমক্তা সৌগন্ধ, লাবন্য মাধুর্যানিচিংবা লৈহন্দনা ইবুংঙো মহাকতনা শান্নবনি।

'এবং শশাঙ্কাংশুবিরাজিতা নিশাঃ স সত্যকামোহনুরতাবলাগণঃ। সিষেব আত্মন্যবরুদ্ধসৌরতঃ সর্ব্বাঃ শরৎকাব্যকথারসাশ্রয়াঃ ॥"
(শ্রীভাগবত ১০।৩৩।২৬)

অস্তুম্মা শরদ পূর্ণিমাদা ইবুংঙোগা ইবেম্মশিংগা মহাবাস শান্নবা অসিদা শরৎঋতুগী কাব্য লেংইবা কথাগী রসনা থিল্লবা অপাম্বা পুম্ববু থুংদবা লৈখিদ্রবা অবলা ওইবী গোপীশিংগী অত্তবাগনা ইবুংঙো মঙোন্দা ওইরি। আলিঙ্গন-চুম্বন পুম্নমক্তি মসিং লবঙংদনা ওইনা রাসলীলা শান্নবস্থ ইবুংঙোদস্থ ইবেম্মশিংদস্থ বীর্যাদি (চর্ম্মধাতুদি) তাখিদে থিংদুনা থমই হায়বদি বীর্যা য়াওদনা আলিঙ্গননচিংবা তৌখি হায়বনি। অসিগুম্বা রাসলীলা অসিদা "কামদেবনা শাস্তিতা ওইদুনা লৈ, মহাকতি য়াওদে অদুবু মহাক্কী পঞ্চবানদি ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী শান্নবা মতম 'পুস্বদা থোগল তৌদুনা লৈ। **পঞ্চবান হায়বদি** ১। **রূপ** (শকক্কা শকক্কা উন্নবা ২। **রস** (প্রেমগী মহাও লৌনবা) ৩। **গন্ধ** (অঙ্গগন্ধ লৌনবা) ৪। **স্পর্শ** (হকচাং শোক্লবা) ৫। **শব্দ** (খোঞ্জেন তান্নবা-রারি-রাতাই শান্নবা) মঙা অসিবু পঞ্চবান (পাচঁবান) কৌই।

**"দুহু কেরি মিলনে মধ্যত পাচঁবান।"**

**( রায়রামানন্দকবি )**

রায়রামানন্দকবিনা ইবেম্মগী **প্রেমবিলাসবিবর্ত্ত** হায়বা পদ্য অসি লেংবদা য়াওরিবা পদনি।

**শ্রীমতি রাধিকা** অমসুং **শ্রীকৃষ্ণ** অনিগী প্রেমদি ভমখৈ লৈতে, হেনগৎলকপনা ভমখৈ য়ৌববদি পাথবা হৌনবে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী প্রেমগী মহাসমুদ্রদা লীলানা পাথবকপনা মবম ওইহনা মতম অদুদা ঐনা নিপানি ( পতিনি ), ঐনা নুপীনি ( পত্নিনি ) হায়বা পুমকাও কাওখিববু রায় বামানন্দ কবিনা ইবা ইবেম্মাগী প্রেমবিলাসবিবর্ত্তগী মখাগী পদ খবা অসিনা ফোংদোকই মথুদি,—

**"না সো রমন না হাম রমনী।"**

( বায়বামানন্দকবি )

ইবেম্মাশিংনা ইবুংঙোবু মতম 'পুম্বদা ইতোক তোক্তনা সেবা যংজগে পেলহনজগে নিংখিবা মবমদগী নুপী ওইবগী লৈ শাৎতে ( ঋতুমতি ওইদে ) অদুগা ইবুংঙোগী প্রেমসেবা অদু যংলুবদগী ইবেম্মাশিংদা প্রস্তুতিকাসু ওইহনদে ( মচাসু পোকহনদে ) মবমদি "আত্মণ্যববন্ধ সৌবতঃ" (বীর্যাবু থিংহনা থম্বদগীনি )। বেদ বিধিগী মতুংইন্না ফোংনা স্বকীয়া ভাবতা পান্নবিবী দ্বাবকাগী বক্মিনীনচিংবী ইবেম্মাশিংদি মচা ১০।১০ পোকই। ( মৈতৈ কীর্ত্তন— অতোম্বাপু বিদ্যবত্ন )

মথুবাদা **শ্রীকৃষ্ণনা** নিংথৌ ওইহনা লৈখ্রবা মতমদা ইবেম্মানা ইবুংঙোদা ইবকপা **চিঠীবু** "চৈতন্য চন্দ্রোদয়নাটক" তা **কবিকর্ণপুব** গোস্বামীনা সংস্কৃততা লেংথোকই। **ইবেম্মাগী চিঠি অদুদি,—**

ইবেম্মানা ইবুংঙোদা ইবা চিঠি ॥

"অহং কান্তাকান্তস্ত্বমিতি ন তদানীং মতিরভূৎ,
মনোবৃত্তিলুপ্তা ত্বমহমিতি নৌধীরপিহতা।
ভবান ভর্ত্তা ভার্য্যহমিতি যদীদানীং ব্যবসতি,
স্তথাপ্যস্মিন প্রানঃ স্ফুরতি নন চিত্রং কিম্পরম।"

ইবুংঙো নহাক্কা ব্রজদা লৈরিবৈদা, ঐখোয় অনিনা শয্যা অমতদা লৈমিন্নরিবৈদা (তিন্নবিবৈদা) এনা চান্নবিনি ইবুংঙো নহাক্কা চান্নবনি অস্তুম্না তোঙান তোঙান্না খংদে। ঐখোয় অনিমক্কী পুক্নিং লৌশিং মাওই, হৌজিক ঐখোয় অনিনা কায়নবগা তোঙান তোঙান্না লৈববা মতম অসিদদি ইবুংঙো নহাক্কা ঐগী ইপুবোইবনি ঐনা নহাক্কী পত্নীনি হায়বা খংলে। রাধা ঐগী থব্বায়না হৌজিক ফাওবা শিদবিবসে করিননে? অস্তুপ শুকপা অতোপ্পা অগুকপা অমা খংদবি হায়বব ইবেম্মাগী রাহে ওইনা বায়গী ঈশৈনা হায়বি, মতুদি—

"দুহুমন মনোভব পেখলজানি ॥"

ঐখোয় অনিগী পুক্নিংবু কামনা কুপ্পা থুগ যত্নুনা অমতা ওইনা তিন্নশিনখরে অহুননি হায়বা ঐনা খংই। ইবেম্মগী "প্রেম বিলাস বিবর্ত্ত"বু (নুংশিবগা নুংশিবিগা শান্নবদা মপুং ফানা মুল্লববু) রায়না ঈশৈ ওইনা **শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা** দক্ষিনাত্যদা **শ্রীকৃষ্ণগী** প্রেমবু শন্দোকপা লেংবা মতমদা কানেবা তুবেলগা মপান্দা **মহাপ্রভুগী** মফমদা শকখিবনি। **শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী** মতাংদা বায়গী ঈশৈ শুনা য়াওবিদনি।

পরদার অমসুং অধর্ম্ম।

**শ্রীকৃষ্ণনা** ব্রজদা পরাঙ্গনায়ী গোপীশিংগা লোয়নননা শান্নবগী মতাংদা **পরীক্ষিৎ মহারাজনা শুকদেব মুণিগী** মফমদা হংখি —

"সংস্থাপনায় ধর্ম্মস্য প্রশমায়েতরস্য চ।
অবতীর্ণো হি ভগবানংশেন জগদীশ্বরঃ॥
স কথং ধর্ম্মসেতূনাং বক্তা কর্ত্তাভিরক্ষিতা।
প্রতীপমাচরদ ব্রহ্মন পরদারভিমর্ষম॥"
(শ্রীভাগবত ১০।৩৩।২৭-২৮)

ভগবান **শ্রীকৃষ্ণনা** ধর্ম্মবু লেপহনগে (কনগে) যৎতবা মীবু মাংহনগে হায়বগীদমক আবির্ভূত ওইবিবগা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী পংস্থ ওইবিবিবা অদুগা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী কর্ত্তাস্থ ওইবিবিবা ইবংঙো মহাত্মা অতোপ্পা নিপাগী নুপী পরদারশিংগা লোয়ননা শান্নবিবা অধর্ম্ম অসিং করম তৌবিদনো হংবদা শ্রীশুকদেব মহামুনিনা খুমখি -

"অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ।
ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যা শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ॥"
(শ্রীভাগবত ১০।৩৩।৩৭)

মীবমলেন্দা অস্নুপ ওন্না তৈনবা থৌদো অসিব লোক্কী লমচৎ অদুগুম ওইবা **শ্রীকৃষ্ণনা** তৌখিবা অসিদি মনাই ভক্তশিংবু নুংশিবিবনা হাকমন-খিদুনা ঐগী প্রেমরস অসি আস্বাদন তৌজসনু হায়দুনা নীংঙইনা পোকপিদুনা তৌবিবনি, মরম অসিনা লোক্কী কায়-কায়দে হায়বা লৈতে। অসি তাবগা মীওইবনা অস্নুংবা অকাইবা। চংহ হৌরংস্থ নোকপা মীওইবা জবনা লীলা অসি তাবগা **"রাগানুরাগ-ভক্তি"** ওইদুনা গোপীগী অদুগা ওইনা চংজগনি অদুগা মধুর প্রেমরসতা মাই পাশিনগনি মঙ্গ তৌঙবদি দোয়নি হায়বস্থ খংহল্লি। রাফম অসি **শ্রীকৃষ্ণবু** চেৎনা ফনা নুংশিনা নিংননবগীদমক্তনি হায়বসি শ্রীশুকদেব মহামুনিগী মুখদগা থোরকপা শ্রীভাগবতকী য়াথংনি।

শ্রীকৃষ্ণ বিষয়ভোগী নত্তে দুর্ব্বাশামুনি কবিমতা চাদে।
(গোপালোত্তর তাপিনী উপনিষৎ)

**শ্রীকৃষ্ণ** "কাম বিষয়ভোগী" নত্তে (নুপী নিপা ত্রিনবগী রাফম লৈতে)। দুর্ব্বাশা মুনিস্থ কবিমতা চাদে হায়বগী মতাংদা "গোপালোত্তর তাপিনী

উপনিষৎ" কী শমলপ্পা শাস্ত্রগী রাবি অমসু লৈ। মহাদি—মহাবাসকী সাঙ্গ ওইননবগীদমক বেদ হৈবা ব্রাহ্মনবু ব্রহ্মভোজন তৌবা হৌনৈ, মহাগী-দমক শ্রীমতি রাধিকানচিংবা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা হংবদা "দুর্ব্বাশা মুনী যমুনাগী রাংমদা চংম াস তৌরনা লবনি মতোংদা পিজো" হায়না তাকপি। মতম অদি লোংজ্রুপাশ্বানি যমুনা ঈমায চোন্না পাহুনা লৈবা মতমনি। গোপীশিংনা যমুনা কবল্লা লাম্বোইনি হংজনদা ভগবাননা অমুম্না হায,—"কৃষ্ণো ব্রহ্মচারীতি উক্ত্বা মার্গং বো দাস্যতি" কৃষ্ণ ব্রহ্মচারীনি অমুম্না হাযদুন যমুনাগী নিববাদ মানা নখোযবু লম্বী পিগনি, গোপীশিংনসু কৃষ্ণনা তাক।। মহুইনা হু যজনদগী যমুনানা লম্বী পিহুনা লাম্বোম্লগা দুর্ব্বাশাবু অথুম শহাও পাজৈ। মহুংদা দুর্ব্বাশাদা হংই "ঐখোয কবল্লা যমুনা লানদনা হনখিবা ঙমগনি? মহুদা দুর্ব্বাশানা অমুম্না হায, "দুর্ব্বাশি নং মাংস্মৃত্বা বো দাস্যতীতি" দুর্ব্বাসা ঐবু কবিমতা চাদবনি নি হনা হংবু যমুনানা লম্বী পিগনি। মসি তাবগা অহল ওইবনী গোপী অমনা হংখি, হে মুনে! কৃষ্ণ মহাকসু ব্রহ্মচাবানি হায, অহুগা নহাকসু ঐখোযগা মাংমক্তা অংব যান্না চাথোকখ্রগা কবিমতা চাদে হাযবিবা অসিগা মন্নংগী অথুম্বা ঐখোযনা খংজনিংই, "কথং কৃষ্ণো ব্রহ্মচারী, কথং দুর্ব্বাশিনো মুনারিতি? মতৌ কবন্না কৃষ্ণ ব্রহ্মচাবা ওইবিবনো হমসুং মতৌ কবন্না মুনা নহাক কবিমতা চাদবনো হংবদা দুর্ব্বাসানা খুমখি "কৃষ্ণদি কাম বিষয ভোগবা রাংমদা লৈবা ব্রহ্মচাবীনি অহুগা ঐদি আত্মানি কবন্না ভোক্তা ওইগনি চাবথকপা পুম্নমক তৌবিবদি প্রান মঙা অমসুং কর্ম্মেন্দ্রিয মঙাগী থবকনি ঐনা চাবা নওে হাযনা গোপী-শিংদা খংহল্লি।

মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগা পবঙ্গনামধা ব্রজগোপীশিংগা শান্নবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণদি কাম-বিষয ভোগকা রাফম লেতে, মহাকপু জগৎ জাব 'পুম্বনা কান্তাভাবতা নিংজবগা ইবুংঙো মহাকপু ফংগনি হাযবা অসিবু

মহাপুরান শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা উপনিষৎ কয়ানা শাস্ত্র কয়ানা ময়েক লানা তাকপিরি। মবম অসিদগী এখোয়স্থু রাগানুবাগা ভক্তি ওইহুনা গোপীগী অনুগা ( তুংইনবী ) ওইনা চংজবগা মধুরপ্রেমরসতা ( কান্তারসতা ) চংজ-গদবা ওই। অসিগুম্বা অমূল্য ধন শ্রীমদ্ভাগবতকী য়াথংবু অহোরাত্রীদা কাওফদে, পুম্নমক অসি গুরুগা কৃপাদগী সৎসঙ্গদগী ফংগদবা ওই।

## ইবুংঙোনা ইবেম্মাদা ইরকপা দাসখত।

শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লিংথো ওইহুনা লৈবিরৈদা ইবেম্মনা মহাক্কী প্রেমবিলাস বির্বক্তগা ৱাফমবু ইবকই। ইবুংঙোনু ইবেম্মগী মফমদা ইবকপা চিঠিবু কবি শশিশেখরদাসনা মখাগী "দাসখত" ( স্বীকার পত্র ) অসি ওইনা ফোংদোকই মহুদি,—

"ইয়াদি কৃত, প্রানসান্ধং শ্রীল শ্রীমতি, রাধিকে,
স্বর্কায়া ধাম যাবটগ্রাম ভানুভূপতি বালিকে!
লেখিতমিদং দাস খতং নন্দনন্দন কানু,
বসতি-গোকুল নন্দগ্রাম প্রতিশ্রুতিমিহকাজে,
অগ্রেতত্তব প্রেম দুর্লভ, দুল্লভা রতন মাঝো,
জানি স তুল্য গ্রহনে মূল্য বিক্রিতক্রিতদেহ,
ত্বামুপাস্য দরনেন দাসৎরাখত সতত নেহা,
অত্যাচার কদাপী আরনহিসে অধীন হুইতে,
মন-মান যাবৎ প্রানরহল তোহারি সাইতে,
মাল্য দ্বন্দ মদনানন্দরহল ইহাতে শক্তি,
এতদর্থে দাসখতে বিলাস তোহারি লেখি।
ইদং পত্রামিতি অত্র বরাহকল্প দ্বাপরে
চৌরাশীনে নবমীদিনে।"

( শশিশেখরদাস সাক্ষরে )

ইবুংঙোনা ইবগী মওংদা ইরিবা মথক্কী দাসখত অসিগা মরি লৈন-রিবদি **শ্রীজয়দেব** গোস্বামীগী গীতগোবিন্দগী তৃতীয়সর্গঃগী শ্লোক মাপল শুবদা **"ক্ষম্যতামপরং কদাপি তবেদৃশং ন করোমি। দেহীসুন্দরি দর্শনং মম মন্মথেন দুনোমি হরি হরি।"** (গীতগোবিন্দ-জয়দেব)

মসিগা ভাবথদি হে সুন্দরী! **ঐনা** লাল্লিবসি অস্তুম্না অমুক্তা তৌজ-খিদ্রিবনি, ঐনা তৌবা অপরাধ ঙাকপিথু। নহাক য়াওদবদা ঐবু কন্দর্পনা চাকলে নহাকপু উহনবিহুনা ঐবু কনবিযু। অর্থাৎ মখা পোনবা মীনা লাল্লববস্থ ঙাকপিহৈবা গুননা ঙাকপিবা হৌনৈ **"অত্যাচার কদাপী আর নাহিবে অধিন হইতে"** তাহ্মোকপিবদি চুমদে, নহাক্না ঐবু উহল্লনা লৈহুনা ননাক্ত ঐবু থম্বিদবসে কনমল্লি তৌবিনু হায়বা ভাবনি।

## শ্রীকৃষ্ণগী উনবিংশতি রেখা।

শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীগী "স্তবামৃত রূপ চিন্তামনিদা বর্নন তৌবা ইবুংঙোগী **শ্রীচরন রেখা** ১৯ গা শ্লোকনি। য়েৎথংবা শ্রীচরন্দা রেখা ১১ ওইদা ৮ লৈ। চিহ্নশিং অসি মশক মাল্লি হায়বনি অহুমক্তি হায়বদি নত্তে।

পদ্মপুরান, ববাহপুরান, হয়শার্ষপঞ্চবাত্র, ক্রমদীপিকা, গোপাল তাপনীনশিংবা নানা পুবান শাস্ত্রশিংদা শ্রীকৃষ্ণগী পাদচিহ্নগী ব্রা থেংনৈ ত্থুবু কবিগুম্বা গ্রন্থ অমতদা বেখা ১৯ অসি পুল্লপ্না ইহুনা য়াওরম্বদি উদে। শ্রীমদ্ভাগবতকী দশম স্কন্ধদা বাম নাবায়নগী ভাব-ভাব-বিভাবিকা কৌবা টিকাদা শ্রীকৃষ্ণগী চবন চিহ্নগী মহাত্ম্যমদি উৎলি।

শ্লোক,

**"চন্দ্রার্দ্ধং, কলশং ত্রিকোন, ধনুষা, খং, গোষ্পদং প্রোষ্ঠীকাং শঙ্খঃ সব্যপদেথ। দক্ষিনপদে কোনাষ্টকং, স্বস্তিকং চক্রং ছত্রং যবাঙ্কুশং, ধ্বজ, পবী, জম্বুৰ্বং, রেখাম্বুজং বিভ্রানং হরি-মুনবিংশতি মহালক্ষ্যার্চিতাঘ্রিং ভজে॥"**

(শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি কৃত রূপচিন্তামনি)

১। **চন্দ্রার্দ্ধং** থা তংখাই মানবা।
২। **কলশং** চফু ( সনাবুল ) মানবা।
৩। **ত্রিকোন** চিথেক অহুম ,, ।
৪। **ধনুষী** লিরি য়াওদবা লীরুং মানবা।
৫। **খং** আকাশ মানবা।
৬। **গোস্পদং** শন খোংগুল মানবা।
৭। **প্রোষ্টিকাং** ঙা পোকলাওবা মানবা।
৮। **শঙ্খং** মোইবুং মানবা।

সব্যপদেহথ ওইবং। চরন্দা।

দক্ষিন পদে - য়েৎথংবা চরনদা—

১। **কোনাষ্টকং** চিথেক নিপাল নাইবা মানবা।
২। **স্বস্তিকং** স্বস্তিক চিহ্ন ,, ।
৩। **চক্রং** চক্র ( কাংগা কাংখোং ) ,, ।
৪। **ছত্রং** পে ( শাত্তিন ) ,, ।
৫। **যবং** যব ( ফোমানবা ) ,, ।
৬ **অঙ্কুশং** শামু কাত্তৌ ,, ।
৭। **ধ্বজ** ফীরান ,, ।
৮। **পবী** বজ্র ( নোংমৈ শিংজং ) ,, ।
৯। **জম্বু** হেইজাং মত্তে ,, ।
১০। **উর্দ্ধরেখা** মখকলোমদা কাখৎপা লয়া মানবা।
১১। **অম্বুজং** থম্বাল মানবা।

বিভ্রানং পুরিবা।

**হরিমুনবিংশতি** মহালক্ষ্যাচিত্তাংঘ্রিং **ভজে=মহালক্ষ্মীনা অর্চ্চা পূজা** তৌজরিবা **শ্রীহরিগী চরনচিহ্ন** ১৯ বু ওইনা নিংজরি।

## শ্রীমতি রাধারানিগী উনবিংশতি রেখা।

**শ্রীমতি ইবেম্মাগীস্** ইনুংঙেগী চপ মান্নবা **শ্রীচরন্দা রেখা** ১৯ লৈ। ওইথংবা চরন্দা রেখা ১১ যেংবা ৮ লৈ। চিহ্নশিং হাসি মশক মাল্লি হায়বনি মথমক্তি হ যবদি নাত্তে।

( শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিবু রূপচিন্তামণি )

শ্লোক,—

"ছত্রারি ধ্বজবল্লিপুষ্পবলয়ান পদ্ম উর্দ্ধরেখাঙ্কুশং
মর্দ্ধেন্দুঞ্চ যবঞ্চ বামমনু যা শক্তিং গদাং স্যন্দনংবেদী
কুণ্ডলমৎস্যপর্ব্বতদরং ধত্তেহন্য সব্যাপদংতাং রাধা
চিরমুনবিংশতি মহালক্ষ্মার্চ্চিতাং ভজে।"

১। **ছত্রং** পে ( শান্দিন ) মান্নবা।
২। **অরি** চক্র ,, ।
৩। **ধ্বজ** ফীবান ,, ।
৪। **বল্লি** উবি ,, ।
৫। **বলয়ান** শিতোক শংচা যানা খুজা মান্নবা।
৬। **পুষ্প** লৈ ,, ।
৭। **পদ্ম** থম্বাল ,, ।
৮। **উর্দ্ধরেখা** মথক্রোমদা ক শংপ লয়া ,, ।
৯। **অঙ্কুশং** শামু কাঙ্গী ,, ।
১০। **অর্দ্ধেন্দু** থা তংখাই ,, ।
১১। **যব** ফোমান্নব ,, ।

বামমনু ওইথংবা চরন্দা ( রেখা ১১ )

যা—অদুগুম্না।

ধত্তেহ সব্যপদং— যেংথংবা চরন্দা ( রেখা ৮ ) রো

১। শক্তিং তা মানবা।
২। গদাং গদা ,, ।
৩। স্যন্দনং দোলাই মানবা।
৪। বেদীং লৈত্তোং ,, ।
৫। কুণ্ডলং নাগী লৈতেং মখল অমা মানবা।
৬। মৎস্য ঙা মানবা।
৭। প্রর্ব্বতং চিং ,, ।
৮। দরং মোইবুং মানবা।

রাধাং চিরমুনবিংশতি মহালক্ষ্ম্যর্চ্চিতাং জিয়ুংভজে

মহালক্ষ্মিনা অর্চ্চা-পূজা তৌজরিবা ইবেম্মাগী শ্রীচরনচিহ্ন ১৯ বু ঐনা নিংজরি।

## শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমসুং লৈতেং।

সত্যযুগতা শ্রীভগবানবু বিষ্ণু ওইনা ধ্যান তৌই, "কৃতে-যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণু" ( শ্রীভাগবত ) মতম অদুদা চতুর্ভুজ ওই। শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্মনা শ্রীহস্ত মরিবু লৈতেংই। দ্বাপর লোইরমদাই কলিযুগকীসু হৌগৎলমদাইদা গোলোক শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বিভুজ ওইনা আবির্ভূত ওই। মতম অদুদা ধরা-চূড়া বেনু বাঁশী কৌস্তুভনচিংবনা লৈতেংই। চতুর্ভুজ মুর্ত্তিগী শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, কৌস্তুভনচিংবা অমসুং দ্বিভুজগী মুরলীনচিংবনা শ্রীমুর্ত্তিগী মরি ওইদুনা শ্রীচরন্দা শ্রীহস্তদা পকতুনা মাগী মাগী তৌগদবা থবক্কী মতম ঙাইদুনা লৈখি ( শ্রীগোপাল সহস্রনাম )

## শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি মখল।

শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা ইবুংঙোগী মুর্ত্তি মখল নিপালবু তাকই মদুদি,— "শৈলী, দারুময়ী, লৌহী, লেপ্যা, লেখ্যাচ সৈকতা। মনোময়ী মনিময়ী প্রতিমাষ্ট বিধামতা। ( হরিভক্তিবিলাস-কন্য )

হে উদ্ধব ! ঐগী ইশক অসিবু মখল নিপাল থোক্না প্রতিষ্ঠা তৌবা য়াই মতুদি চিংদগী থোকপা হুংনা শাবা, উনা-শাবা, সনানচিংবা থাতুনা শাবা, লৈপাক নক্ৰগা চন্দননচিংবনা শাবা, য়েকপা, লৈতোইনচিংবনা শাবা, পুক্লিংনা শাগৎপা অমসুং মণিনা ওইবা অসিনি। অদুবু যুগ অসিদদি শ্রীগোপালগী মুর্ত্তিবু মরু ওইনা দারুবিগ্রহ, ধাতু বিগ্রহ, মনি বিগ্রহ অমসুং অয়েকপা চিত্রপট ওইনা প্রতিষ্ঠা তৌরে। শ্রীগোপালগী মুর্ত্তিবু "অষ্টাদশ অক্ষর" মন্ত্রনা লিংখৎলু হায়বনি। মরম অসিদগী কলিদদি আগমনা লুচিংবা ওইনা শ্রীভগবানবু লাৎকনি। শ্রুক্তিনা তাকপা দ্বারকাগী পাটমহিষী রুক্মিনীনচিংবী ইবেম্মা নিপালগা লোইনবা শ্রীমুর্ত্তিবু নত্তবা ব্রজগোপীগা লোয়নবা নন্দনন্দনগী মুর্ত্তিবু স্বকীয়া বা ভাব ওইনা লাৎকনি হায়না শ্রীভাগবতকী একাদশ স্কন্ধদা ময়েক লানা তাকখরে।

( হরিভক্তিবিলাস কনা )

"নায়কানাং শিরোরত্নং কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম।
যত্র নিত্যতয়া সর্ব্বে বিরাজন্তে মহাগুনা॥"

( হরিভক্তিরসামৃতসিন্ধু )

নায়ক পুরুমক্কী বোক্কী লৈতেং ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো অদু স্বয়ং ভগবাননি। চাওর চাওরবা গুন পুরুমক্না ইবুংঙো মঙোন্দা নিত্য ওইনা লেংদনা লৈ।

## শ্রীকৃষ্ণগী বেশ-ভুষন।

শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা থোনবা ফীজোনদি "নটবরবেশনি।" মচনা কদম মপালগী মচু নাপু হায়রপ চংবা স্নাফীগে, সনাদা মনি মুক্তা। হৎপা লিকপরেং, কোক্তা খোইরি-খোইরিবা মুরৈনবা শমলাং, থাহোংমতুনা লৈতেংবা মনি-মুক্তানা য়োম্লবা ফজরবা লুহুপ, নাদ ফজরবা মনিমুক্তা হৎপা কর্নিকা নাইল, নাতোন্দা গজমুক্তা য়ানবা, থবাক্তা ফজথ্রবা সনাও মচা হকপা কৌস্তুভমনিগী পরেং, ওকশমদা বৈজয়ন্তি মালা ( লৈ মচু মঙানা

৪। **কিঙ্কিনী**—ইবেম্মাগী খ্বাংদা থোনবা নৈতেং মখল অমা।

৫। **রঙ্কু**—ইবেম্মনা লেংশিননবা য়াম্না মোনথ্রবা মৃগলোমনা মসৃন ওইনা শাথ্রবা আসনবু "**রঙ্কু**" কৌই।

৬। **নীল শারী**—ইবেম্মনা থোনবা বেশনি।

**"কৃষ্ণের বরন লভে রাইএর নীলশারী।**
**রাইএর বরন লভে কৃষ্ণের পীতবাস॥"**

**শ্রীকৃষ্ণগী** কুচুবু পামজবদগী ইবেম্মনা ঙশংবা শারী থোল্লি। ইবেম্মগী কুচুবু পামজবদগী ইবুংঙোনা কদম মপালগী মচু মানবা ম্নাফীগে থোল্লি।

৭। ইবেম্মগী অহিংগী ফীজোল অনি—"**তামসিতসিতনিশাযোগ্য বেশ্যাং**" ইবেম্মনা শুক্লাপক্ষগী অহিংদা অপ্রকত ওইনবগীদমক (ময়াম্না থংদনবগীদমক) ঙাঔবা ফীজেল থোল্লি। কৃষ্ণাপক্ষদদি অমুবা ফীজোল থোল্লি। ইবুংঙো ইবেম্মগী নিশাগী র্লালাদা খুদোং চাননবা থোনবনি। (শ্রীরূপগোস্বামী)

## ইবেম্মনা ইবুংঙোগী লুক হৌবগী মতাং।

যশোদা বানীনা নুমিৎ খুদিংমক্কী ইবেম্মবু লুক হৌনবা **কুন্দলতা** থাবক্তুনা কৌবৈ। ইবেম্মসু সংগাযদা চায়থবগা নিংথিনা নৈতেংলগা যশোদাগা গৃহদা লেংলক্লগা বোহিনীগা লোয়ননা নুক হৌমিন্নৈ লুকতি তুলশী কৌবা অবিনা ফৌগী চেংনা হৌই। **রোহিনীনা** পবিবেশন তৌই, ইবেম্মনা লানথোক লানশিন তৌই। সখী মঞ্জবীশিংসু ইবেম্মনা হৌবা লুক অদু **শ্রীকৃষ্ণগী** হাননবা লানশিল্লি। ইবুংঙোনা হাবা লোইঙ্গ দ্রিবা ফাওবা সখী মঞ্জবীশিংনা ঙাইহনা নৈবগা হাবা লোয়বগা ফেলামৃত শেষপ্রসাদী অদু পুবক্লগা ইবেম্মনা হায়, তুংদা সখী মঞ্জবীশিংনা প্রসাদী অহুবু ফংজে। (শ্রীসাধনপ্রেমভক্তি-তরঙ্গিনী)

**ইবেম্মনা ইবুংঙোগী হাননবা লুক হৌবদা শিজিন্নবা কাষ্ঠশিং।**

১। আগরু, সরল, দেবদারুনচিংবা শীংনা ইবুংঙোগী মিষ্টান্ন পাকান্ন হৌই। মিষ্টান্ন পাকান্ন মখল ৪৮৪, বেঞ্জন মখল ৩৬৫, অহাওবা অথুম্বা মখল মখলগী উহৈ ৫০৬ নিংথিনা ফজনা শেমই।

**( কৃষ্ণভাবনামৃত )**

ছাপান্ন ভোগ, ছত্রিশবেঞ্জন হায়রুনা মৈতৈশিংনা ভোগ আরতিগী মতমদা শকলিবা অসিদি আরতিনচিংবা য়াওবা "পদাবলী" কৌবা লাইরিক মচা অমদগী লৌহুনা শকপনি। হায়রিবা ভোগ অসিদি মপুং ফাবা নত্তে য়াম্না রাংলি।

**শ্রীকৃষ্ণদা কৎকদবা রাজভোগশিং।**

"শালীভক্তং সুভক্তং শিশিরকরসিতং পায়সং পূপসূপং।
লেহ্যং পেয়ং সুচূষ্যং সিতমমৃতফলম ঘারিকাদ্যং সুখাদ্যং ॥
আজ্যং প্রাজং সমিজ্যং নয়নরুচিকরং বাশিকৈলমরিচ।
স্বাদীয়ঃ শাকরাজী পরিকরমমৃতা হারজোষং জুষস্ব ॥"

**( হরিভক্তিবিলাসকনা )**

শ্রীকৃষ্ণদা লুক ( ভোগ ) কৎপা মতমদা নিংথিনা য়ুখল খনজিনগনি। য়ুখলগী মপান্দা শ্রীগোপালভট্ট গোস্বামীনা তাকপা মতুংইন্না শ্রীভাগবতকী "কলৌ-তন্ত্র বিধানেন" গা মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণদা লুক কৎকনি। মথক্তা হায়রিবা শ্লোক অসি চিন্না পাঠ তৌহুনা ধ্যান তৌগনি।

**শালীভক্তং**—ওয়া লোকপা অবিবা তুলশী কৌবা ফৌ জাৎকী চেংনা থোংবা চাক

**সুভক্তং** য়াম্না ফজবনা হাওববা নিংথিবনা চাক।

**শিশিরকরসিতং**-থাগুম্না ঙৌবা চাক।

**পায়সং** - সঙ্গোম ক্ষীর—ঈশিংনা শেংনা চামথোক্লবা চেংবু ঘীদা ডৌরগা চিনি শর্কবা হাপ্লগা শঙ্গোমদা মুলহনববু পায়সভোগ ( শঙ্গোম ক্ষীর ) কৌই।

**পুপসুপং** পুপ মকুপ বেশননচিংবনা হৌবা বোবা পুপ হন্নাই থোংববু কৌই।

**লেহ্যং**—শঙ্গোম অনৌবদা শঙ্গোম অফম্বগী মপংগা চিনিগা হাপ্তুনা শেম্বা শিখরিনীনচিংবা।

**পেয়ং**—চম্প্রা মহিগা চিনিগা শেম্বা অম্বোল।

**চুষ্যং**—চুনচিংবনা শেম্বা।

**সিতম**- অঙৌবা।

**অম্রতফলম**—অমৃতগুম্না থুম্বা মহৈ।

**ঘারিকাদ্যং**—ঘুবী মকুপনে ঘীনে চিনিনে নোইহুনা তোৎলগা ঘীদা অমুক মুলহনবা মতুমবু ঘ বিকা কৌই।

**সুখাদ্যং**—চাবদা থোংপা কন্দনবু কৌই।

**আজ্যং**—ঘী।

**প্রাজ্যং**- ঘী যাম্না হাপ্পা পোৎ।

**সমিজ্যং**—অথোইবা অচা·পোৎ।

**নয়নরুচিকরম**- যেংবদা হেক পাম্ব-চানিংবা পোকপা পোৎ।

**বাজিকৈল মরিচস্বাদীয়:** এল,ইচী গোলমবিচনচিংবনা শেম্বা পোৎ।

**শাকরাজী পরিবরং** -এনশাং মনা মশিংনা থোংবা কুংনা হাপ্পা মথেলগী পবেং পরেং।

**অম্রতহারজোমং**—অমৃতগুম্বা চিঞ্জাকপু।

**জুষস্ব**—হাবিয়ু হায়না যাম্না দৈন্যভক্তিগা লোয়ননা কচ্চগদবা ওই।

লুক হান্নিডৈ মহুংদা অখংবা সাধুশিংগা গান-বাদ্যনচিংবা তৌগনি। লুক হাবদা লেংশিননবা আসন থাগনি। মৈ ভালহনগনি। লুক হাবা লোয়রে অমুম্না নিংলগা আচমনগী ঈশিং কৎক'ন, য়া শেংনবা নাপী অকুপ্পা কৎকনি'তুংদা শ্রীমুখ শ্রীহস্ত শেংদোক্লবা ঈশিং কৎকনি।

ইবুংঙোনা হাননবা মখল মথেলগী মিষ্টান্ন পাকান্ন বেঞ্জন সুস্বাদু ফলমূল অসি মশিং লাকঙমদে অদুবু গোস্বামীশিংনা কুপনা থিবদা শ্রীকৃষ্ণদা কৎননবা মিঠাই সন্দেশ অন্ন মখল ৪৮৪, বেঞ্জননা মখল ৩৬৫, অহাওবা অথুম্বা উহৈ মখল ৫০৬ অসি মমুংচনবা লাইরিক্তগী ফংই।

ভক্ষ্যদ্রব্যশিং অসি চাওরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই মহুদি ·
১। চুষ্য—চুপতুনা চাবা চুগুম্বা ২। চর্ব্ব—শায়দুনা চাবা। ৩। লেহ্য—লেক্তুনা চাবা আচারগুম্বা, চুহী লেকপগুম্বনি।

ইবুংঙোনা য়াম্না পাম্বসি "মৎস্যণ্ডিকা মিশ্রিত সুগন্ধিহয়ঙ্গবীন" সিতামিশ্রি হাপ্তুনা য়ানশিন্নরবা মনম মুংশিরবা মাখলনি।

ইবুংঙোনা লুক হাবা লোয়রগা "মুখবাস" কৎকনি। মুখবাস হায়বদি "পাচক বস্তুনি," চাখি থকখিবা পুঃমক তুম্নবা পোৎনি মহুদি কর্পুর, এলাইচী, লোং, খদির ( ফবো'খজী ) মরি অসিগী মকুপ্পা তিনশিন্নদুনা শেম্বা হাননবনি।

মুখবাসগা লোয়ননা সুস্বাদু সুমিষ্ঠ ফল ৫০৬ কৎশিনগনি। মথংদা স্বর্নকান্তি পান বীটিকাদা কর্পূর সংযুক্ত তাম্বুলনা সেবা তৌগনি।

শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা সাধকদেহনা আত্মাগোপগী মশক লৌজরগা—ভৃত্য ওইনা চংজবা হৌনৈ। চোকশিন্না খংগদবদি শ্রীকৃষ্ণবু নিংজরিবা ভক্তদগী শ্রীকৃষ্ণবু হকথেংননা সেবা তৌজরিবা ভৃত্যবুনা ( বুমনাইনা ) হেন্না মুংশিবিরকই।

শ্রীমতি ইবেম্মাগী সেবাদদি ঐগী গুরুনা পিনবিরিবা গোপ মিংওোলগী মশক লোত্নুনা "সিদ্ধমঞ্জরী" ওইনা চংজগনি। নিপানা (নিপা ওইনা) সেবা চংউবা য়াদে। "সিদ্ধমঞ্জরী" হায়বদি হুপীংচা পুংককতি চাওজরবা কামদি ফোংদোকত্রিবা চহি মতাংগী অবস্থানি। সেবা চংবা মতমদদি গুরুরূপা সখীগী অনুগা ওইনা চংজবগা মঞ্জরীশিং অত্নুনা মানা মানা তৌজগদবা সেবাবু তাকপিগনি, অবুপ্পা সেবাগী থবক পুম্নমক সাধুসঙ্গ তৌজরগা খংজবা ঙমগনি নত্তনদি ইবাই ন।ইনা খংবদি ওইথোক্কে।

শ্রীহরিভক্তিবিলাসনা তাকপা মতুংইন্না ইবুংঙোগী লক হাবগী মতাং অসিদা সেবাগী মকওইবা মতেক খবদং খংহৌনবা হাপ্পনি। মথংদসু সখী মঞ্জরীগী মতাংদসু যাওবরুনি।

শ্রীকৃষ্ণগী সেবাবু শাস্ত্রগী মতুংইন্না মতিকচাবা সেবা মীওইবনা ঙম্বা হৌনদে। থম্মোযশেংনা ভক্তিগা লোয়ননা ঙমজবা উনা (মনা মশিং), মপাল, মহৈ (উহৈ) নত্রগা ঈশিংতনা ওইববসু কৎচববু ইবুংঙোনা লৌবিই (হাব্বিই) হায়না গীতাদা তাকলি

"পত্রংপুষ্পংফলং তোয়ং যোমেভক্ত্যাপ্রয়চ্ছতি তদহং ভক্ত্য প্রহৃত মশ্নামি প্রয়তাত্মনঃ॥" (গীতা) প্রেম সেবা অত্নুতবু ইবুংঙোনা লৌবিবনি।

## মানসিক সেবা অমসুং ব্রহ্মবৈবর্ত পুরানগী রারি (শ্রীজীব গোস্বামী)

শ্রীকৃষ্ণদা কৎননবা নৈবেদ্য পুম্নমক ইলৈমক লৈত্রবদি উহৈ মহৈ-মরোংনা ইবুংঙোগী লুক কৎকনি। উহৈ লৈত্রগা অথোৎপা, চেং মবমবাং ওইরবসু অফংবা পোৎ অত্নুদা ঘী হাপ্পগা কৎকনি। মক মবাং লৈত্রগা ঈশিংতনা লুক কৎকনি। মত্নুনা পুমহেন হেনবনি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা

পুম্বদগী "মানসিক সেবা" অসিনা অহেনবনি। ভক্তি গা লোয়ননা থম্মোয় শেংনা পুক্লিংতনা শাগৎচদ্নুা ভাবনা বৎংবিবা পুম্ববু লৌবিরিবা ইবুংঙো "ভাবগ্রাহী জনার্দনঃ" শ্রীকৃষ্ণনি হায়রি।

"মানসিক সেবাগী" মবমদা ব্রহ্মবৈবর্ত পুরানগী ৱারি অমা পুথোবতুনা শ্রী জীব গোস্বামীনা তাকপিরমই। বৈষ্ণবনা তৌগদবা লম্বেলবু অমুক হেন্না চোকশিনহল্লি মহ্নদি—প্রতিষ্ঠানপুর কৌবা মফম অমদা মপুক্তি য়াম্না শেংজবা ঈশ্বরবু ভক্তি লৈজবা লাইরবা ব্রাহ্মন অমা লৈরমই। লাইরবনি খন্দুনা মহাক কবিমতা তৌদে। নোংমদি ব্রাহ্মন ময়াম ফম্বা সভাদা বৈষ্ণব ধর্মবু তাকই। বৈষ্ণবকী ধর্মদি—পুক্লিংতনা তৌবরম্ব সিদ্ধি ফংই হায়না তায়। মুমিৎ অমুদগী হৌতুনা লাইরবা ব্রাহ্মন অমুনা মুতিগী গোদাবরী তুরেল মপান্দা পুরিংতনা ইরুবগা অচিকপা মযমদা যমহ্নুনা ভুতশুদ্ধি প্রানায়ামচিংবা তৌহ্নুনা মশাগী হকচাংবু শেংদোক্লগা মমিৎ উইশিন্দুনা মপুরিং চপহ্নুনা মানা পামজবা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্তিবু পুক্লিংনা লিংখৎতুনা বাজসেবা ওইনা নিত্যসেবা তৌই, পুক্লিংতনা ইবুংঙোগী মন্দিব শেংদোকই, যন্ত্র মখল মখানা ইবুংঙোবু থৌগলহল্লি। নোংমদি মহাক্না ইবুংঙোদা কৎনবা পুক্লিংনা শঙ্গোমক্ষীর হৌবগা সনাগী পাত্র অমদা হাপ্তুনা কৎনবগীদমক শ্রীমন্দিরদা পুশিন্দুনা চংবদা সামনখিহ্নুনা মখুৎ পোক্লে। ঐগী খুৎ তসি পোক্তুনা ক্ষীর অসি মাংলে কৎপা য়াদবে হায়না ৱাবমত্তুনা সমাধী কাযখি। মপান্দা মমিৎ পাংহ্নুনা য়েংবদা মখুৎ অমু মপাম্সু পোকলমই। ব্রাহ্মনগী মতৌ অসি উবদা বৈকুণ্ঠদা শ্রীকৃষ্ণনা নোকই, লক্ষ্মীনচিংবী ইবুংঙেবু থৌগল তৌরিবী ইবেম্মশিংনা হংবদা ব্রাহ্মন অদুনা তৌববু শ্রীকৃষ্ণনা তমহ্নুনা মনাই লায়রবা ব্রাহ্মন অদুবু বিমাননা লৌবিবহ্নুনা চংনা চংনা ভাগবততমু ওইহ্নুনা সংসংনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংখি।

শ্রীমদ্ভাগবতকী তৃতীয় স্কন্ধদা হায়রি মদুদি—

"যঃ পঞ্চহায়নো মাত্রা প্রাতরাশায় যাচিতঃ।
তন্নৈচ্ছদ রচয়ন যস্য সপর্য্যাং বাল্যলীলয়া॥" ইতি

উদ্ধবনা চহিমঙা শুরকপা মতমদা শান্নবব শ্রীকৃষ্ণগা শান্নবনি নিংহৌনা শান্নৈ। মহৌদা মপুক্লিং চংমনখিহৌনা চরা রান্নবা কৌবব তাদে। মরম অতুদগী ব্রহ্মানন্দচিংবনা ফংবা শুমজবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমসেবাব উদ্ধবনা ফংজহুনা নিত্যপার্ষদ ওইখি। মরম অসিদগী বৈষ্ণবাচার্য্যশিংনা ভক্তিগা লোয়নননা মানসিক সেবানা সেবাপুস্বদগী পুমহেন হেল্লি হায়না তাকপিরমই।
( শ্রীহরিভক্তিবিলাস কনা )

## নুপীনা সেবা তৌবা য়াব-য়াদবগী মতাং।

নুপীনা শালগ্রামনচিংবা শিলামূর্ত্তিব শেবহৈদে সেবা তৌহৈদে হায়বা অসিদি বেদমার্গগী চারিজাতিগী মথক্তা জ্ঞানকাণ্ড কর্ম্মকাণ্ডগী রানি। ভাগবত কাণ্ডদদি নুপীমক্না শালগ্রামনচিংবা শ্রীমূর্ত্তিব সেবা তৌগনি হায়না শ্রীহরিভক্তিবিলাসনা হায়রি মদুদি—

"এবং ভগবান সর্ব্বৈঃ শালগ্রাম শিলাত্মকঃ।
দ্বিজৈঃ স্ত্রীভিশ্চ শূদ্রৈশ্চ পূজ্যা ভগবতঃ পরৈঃ॥"
( শ্রীহরিভক্তিবিলাস·৫ম বিলাসঃ )

"শূদ্রম্বা ভগভক্তং নিষাদংশ্চবচং তথা
বীক্ষতে জাতি সামন্যাৎ সজাতি নরকং ধ্রুবং॥"
( বৈষ্ণবব্যবহার নির্ণয়ঃ-তুলশীদাস )

শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা জনবু বৈশ্যনি, শূদ্রনি, নুপীনি অমসুং হুইচাবা চণ্ডালনি হায়দুনা জাতি ব্যবহারবু য়েংঙুরবদি লেপ্পা নরক তারে।

প্রমানদি—"কাঞ্চনতাং যতি কাংশ্যারসন্নিধানতঃ।
তথা-দীক্ষা প্রভাবেন দ্বিজত্বংজায়তে নৃনাং ॥"
(বৈঃ ব্যঃ নির্ণয়)

নব ধাতু হায়বদি য়োং, কোবি, কোঙৌ, মিসি, পিথ্রাই শেঙ্গেংন-চিংবা ধাতু মাপল অসি সনা ওন্ননবা বস অদু হেক থারুবদা সনা ওনখি-বগুম্না শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র দীক্ষা হেক ফংবদা ব্রাহ্মনগী মতৌ ওইবে অচ্যুত গোত্রদা তিনখ্রবনি।

"শুচী হইয়া মুচীহয়,
যদি কৃষ্ণ ত্যেজে।
মুচী হইয়া শুচীহয়,
যদি কৃষ্ণ ভজে॥" (বাঙ্গলাপদ্য)

শ্রীকৃষ্ণবু থাদোক্লবদি (নিংত্রবদি) অশেংবা মীসু অমাংবা মুচী ওই। অমাংবা মুচীসু কৃষ্ণবু নিংলবদি অশেংবা মী ওইরকই।

## ভক্তশিংগী অথোই-অহেল।

শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা রতি প্রেম লৈবশিংগী মনুংদা ব্রহ্মান্দ অসিদা গোপী-শিংগী প্রেমনা পুমহেন মহেল্লে। অদুগা যুগলবু (শ্রীরাধাকৃষ্ণবু) উপাসক তৌবা (নিংজবা) ভক্তবৈষ্ণব কয়ানা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তিবতি চেৎনা থমজতুনা নুংঙাইহিরি। অদুগুম্বা ভক্তশিংগী মনুংদসু শিংথাবা য়াবা ভক্ত কয়াবু থনগৎলি। কৃষ্ণ নিংবা ভক্তশিংগী মনুংদা প্রহ্লাদনা হেল্লি মতুদি

"এতেষামেব সর্ব্বেষাং প্রহ্লাদপ্রবরস্মৃতঃ।
যৎ প্রোক্তংতস্য মাহাত্ম্যং স্কন্ধভগবতাদিষু॥"
(মার্কণ্ডেয় পুরান)

প্রহ্লাদদগীসু পাণ্ডবনা অমুকসু হেল্লি হায়রি
"পাণ্ডব সর্ব্বতঃ শ্রেষ্ঠ প্রহ্লাদাদীদৃশাদপি।"

পাণ্ডবতগীস্থু যদুবংশনা অমুকস্থু হেল্লি হায়রি

"পাণ্ডবেভ্যোঽপি যাদবাঃ কেচিৎ শ্রেষ্ঠতমা মতাঃ।"

যদুবংশগী মনুংদগীস্থু উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণদা প্রেমভক্তি লৈবা ইহেন হেল্লি হায়রি

"যদুভোঽপি বরিষ্ঠোঽহ সৌ সর্ব্বেভ্য শ্রীমদুদ্ধবঃ।
শ্রীমদ্ভাগবতে যস্য শ্রূয়তে মহিমাদ্ভুতঃ॥"

## শ্রীকপিল ভগবানগী বাক্য, সেবাতনা পুমহেন হেনবা

**শ্রীকপিলভগবাননা** মমা দেবহুতিগী মফমদা হায়, ইমা! কনাগুম্বা মীনা ভক্তি যোগতা লৈখ্রবদি ইবুংঙো মহাক্কী সেবা নত্তনা করিগুম্বা অপাম্বা অমতা লৈখিদ্রে। মহাক অদো ঈশ্বরগী লোক্কা তিম্ননা লৈবা, ঈশ্বরগা চপ মান্নবা ঐশ্বর্য্যগী রূপ ওইবা, ঈশ্বরগা রূপ মান্নবা, ঈশ্বরগী মনাক্তা লৈবা, ঈশ্বরগা মশা অমতা ওইশিন্নখিবা পুম্নমক অসি মী মহাক অদুদা পিরবস্থু মী অদুনা লৌখিদ্রে, ঐহাকপুদা সেবা তৌবা নত্তনা অতে করিগুম্বা অমতা পামখিদ্রে, মদুদি,

"সালোক্য, সার্ষ্টি, সামীপ্যেক একত্বমপ্যুত।
দীয়নানং ন গৃহ্নন্তি বিনা মৎ সেবনং জনাঃ॥"
(শ্রীভাগবত ৩।২৯।১৩)

মহাক্কী সেবাতবু তৌজরগা মহাক্কী নামবুতা শোঞ্জরগা শরৎ ঋতুনা চংলকপদা ঈশিংনা মথন্তা লুজরকপগুম্না পুক্লিং লুরকই। মতম অদুদা মোক্ষ ফংববু নরক তাবগা মান্ননা নিংলকই, "কৈবল্যং নরকায়তে"। স্বর্গবু অতিয়াগী লৈনি নত্তবদা পংশা শাজিনবনি হায়না শিংলকই, "ত্রিদশ-পূরাকাশ পুষ্পায়তে।" ব্রহ্মা, শোরারেননচিংবা লাইবু নাপী মতোম্মা পকপা তিনকাংগা মান্ননা নিংলকই, "বিধিমহেন্দ্রাদিশ্চকীটায়তে॥" ভক্তিযোগকী খম থেংবা থাকনি।

আরাধন তৌবা পুম্নমক্কী বিষ্ণুবু আরাধন তৌবনা পুম্নমক্কী হেন্না হেল্লি। অদুবু বিষ্ণুবু আরাধন তৌবদগীদি মথক্তা হায়রিবা মহাক্কী মনাই ভক্তবু আরাধন তৌবনা অমুকম্মু হেল্লি হায়না শিবনা দুর্গাদা তাকই, —

"আরাধনা সর্বেষাং বিষ্ণোরারাধনং পরম।
তস্মাৎ পরতরং দেবী তদীয়ানাং সমর্চ্চনম॥"

( পদ্মপুরান )

## শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিনবগী ভক্তিঅঙ্গ।

শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিনবগী চৌষট্টি ভক্তিঅঙ্গ ( ভক্তিঅঙ্গ ৬৪ ) লৈ। ভক্তি অঙ্গ ৬৪ অসিদি শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মা, শ্রীগৌরচন্দ্রমহাপ্রভু, অমসুং মীগী মনুংদা অম্বরীশ মহারাজ নত্তনা কনাগুম্বা মীওইবা অমতনা চৌষট্টি ভক্তিঅঙ্গবু চংশা ঙমখিদে। মবম অসিদগী গোস্বমীশিংনা ভক্তিঅঙ্গ মাপলবুনা পুম্নমক্কী অথোইবনি হায়না খনগৎপিরমই। মদুদি,— ১। শ্রবনং ২। কীর্তনং ৩। বিষ্ণোস্মরনং ৪। পাদসেবনং ৫। অর্চ্চনং ৬। বন্দনং ৭। দাস্যং ৮। সখ্যং ৯। আত্মনিবেদনং। ( শ্রীভাগবত ৭।৫।২৩ )

১। শ্রবনং—শ্রীকৃষ্ণগী নামবু ইবুংঙো মহাক্কী গুনাগুন ময়ামগী রাবব তাবা তানিংববু "শ্রবনং" কৌই। উদাহরনদি শ্রীপরীক্ষিত মহারাজ।

২। কীর্তনং—মী অদুনা মচিননা ইবুংঙো মহাক্কী নামবু গুনা-গুন ময়াম্বু শকচবা শোনজববু "কীর্তনং" কৌই। খুদম্দি— শ্রীব্যাসদেব।

৩। বিষ্ণোস্মরনং—ইবুংঙো মহাকপু মতমপুম্বদা নিংশিংদুনা লৈজববু "বিষ্ণোস্মরনং" কৌই। খুদমদি শ্রীপ্রহ্লাদ।

৪। পাদসেবনং—মতম'পুম্বদা ইবুংঙো মহাকী শ্রীচরনসেবাবুদা তৌজববু "পাদসেবনং" কৌই। খুদমদি শ্রীলক্ষ্মীদেবী।

৫। অর্চ্চনং—ইবুংঙো মঙোন্দা ওমজবা পোৎচৈ খরদং কৎচরগা পূজা তৌজববু "অর্চ্চনং" কৌই। খুদমদি পৃথু মহারাজ।

৬। বন্দনং—ইবুংঙো মহাকপু খুরুমহুনা ভক্তি কচ্চববু "বন্দনং" কৌই। খুদমদি অক্রুর।

৭। দাস্যং—ইবুংঙো মাগী মনাই ওইজববু "দাস্যং" কৌই। খুদমদি হনুমান।

৮। সখ্যং—ইবুংঙো মাবু মরুপ মপিজা ওইনা তিন্নববু "সখ্যং" কৌই। মহুদি অর্জ্জুন।

৯। আত্মনিবেদনং—ইবুংঙো মঙোন্দা মনাই অহুগী মশাবু পুমকং কৎথোকপবু "আত্মনিবেদং" কৌই। মহুদি বলিমহারাজ।

মথক্কী ১দগী ৬ ফাওবা—শ্রবনং, কীর্ত্তনং, বিষ্ণোস্মরনং, পাদসেবনং, অর্চ্চনং, বন্দনং অসিবু সাধারন ভক্তি কৌরে। অহুগা ৭ তগী ৯ ফাওবা হায়বদি দাস্যং, সখ্যং, আত্মনিবেদনং অহুম অসিবুনা "প্রেমভক্তি" কৌই হায়না "বৈষ্ণব দর্শন শাস্ত্রনা" খংহল্লি। "প্রেমভক্তি" অসিবু বৈষ্ণব দর্শন শাস্ত্রনা অমুক্কা মঙা থোক্লা খায়দোকই। মহুদি—শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাসল্য অমসুং মধুররস (কান্তারস) অসিনি।

## পঞ্চ রসঃ।

শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাসল্য, মধুররস মঙা অসিনি।

১। শান্তরস—শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবা অসি অথোয়বা ধর্ম্মনি হায়না লাইরিক্কা হায়রি হায়রুনা পুক্লিংদি ইচং চংদনা প্রেমভক্তি য়াওদনা, সাধুসঙ্গ তৌদনা ইচম চম্না কাবোক-কাবোক ভজন তৌববু "শান্তরসকী"

লক্ষননি। উদাহরন, ভীষ্ম, দ্রোন, সনক, সনন্দন সনৎকুমারনচিংবা ভক্ত-শিংনি। ব্রজদা পৌর্নমাসীনচিংবীনি। শান্তরসতগী মথাগী অনিশুবা দাস্যরসনা হেল্লি।

২। দাস্যরস - এদি কৃষ্ণগী মনাইনি হায়না খঙ্গনো মনাই অমনা মপুগী মফমদা চৎলকপা লৌচৎ-শাজৎ, মপুগী নুংঙায়নবা, মপুনা পেনবিনবা তৌবা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবা অহু "দাস্যরসকী" লক্ষননি উদাহরন ব্রহ্মা, নারদ, উদ্ধব, দারুক, শ্রুতদেব, কপিপতি, হনুমান, ব্রজদা রক্তক পত্রকনচিংবা অসিনি।

দাস্যরসকী মনুংদা শান্তরসসু অহুমক য়াওরে। দাস্যরসতগী মথাগী অহুমশুবা "সখ্যরসনা অমুক হেল্লে।

৩। সখ্যরস—শ্রীকৃষ্ণ অসি এগী সুহৃদনি ( নুংশিরবা মরুপনি ), চহি মতাংসু মান্নবা এগা অথোয়বা মরুপনি হায়না খঙ্গহুনা তিন্নরবা অসে 'সখ্যরসনি"। শ্রীকৃষ্ণবু জগৎকী মপুনি হায়না খন্দনা, চান্নবা মরুপ্পি খনখিবদগী গেন্দুখেলদা ( ফীকুন হাবী শান্নবদা ) কৃষ্ণনা থোয়রগা সখাসু মরেংবান্দা তোংখৎলি, সখানা থোয়রগা কৃষ্ণগী মরেংবান্দা তোং-খৎলি, এসু কৃষ্ণগা করিমতা খেন্নদে কৃষ্ণদগী করিমতসু তাদে হায়না খনবনচিংবা বনদসু করিগুম্বা উহৈ অমা চাবদা হাওরবদি শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্তমক্তা সখাগী ময়াদা ইনবিই। সখানসু হাওরবদি মহাক্কী লুখাক তংখায় অহু শ্রীকৃষ্ণদা ইনবিই। অসুপকী মতিক ইতিং তিংথ্রবা নুংশিনখ্রবা রস আসিবু সখ্যরসনি হায়না বেদ-পুরান খিবক্কা হায়রি।

সখ্যরসকী মনুংদা শান্তসু, দাস্যসু য়াওরে। উদাহরন—ব্রজদা মধুমঙ্গল, শ্রীদাম, সুদাম সুবলনচিংবা, ব্রজগী মপান্দদি পাণ্ডবকী অর্জুন সখানি। শ্রীকৃষ্ণগী সখাশিংগী মগুন থারকপদদি অর্জুনদগী ব্রজগী

সখাশিংনা হেল্লি। পাণ্ডবতগী যাদবনা অমুক হেল্লি, যাদবশিংগী মনুংদগী মথুরাগী উদ্ধবনা অমুকসু হেল্লি হায়রি।

সখ্যরসতগী মবিগুবা "বাসল্যরসনা" অমুক হেল্লে।

৪। **বাসল্যরস**—মচাবু মমা মপা ওইবনা চ্যেকশিন্না লুনা লুংশিনা তৌবা মরোং অদুগুম্না মীওইবনা কৃষ্ণবু মচাগী মতৌগুম্না নিংবা লুংশিবা অদু "**বাসল্যরসকী**" লক্ষননি। নন্দ যশোদানা **শ্রীকৃষ্ণবু** পরমেশ্বরনি হায়না খনখিদে। ইচম চম্বা মচানি হায়না লালন-পালন তৌই। মবম অদুদগী মচাগী কবিগুম্বা লীচৎ-শাজৎ খজিকুং উবদা মচাগী ফনবগীদমক ৱাবক-ৱাতেম্মি। মাখল হুদুনা চারুবগী হাত্তক্তা মতুং মনাও তৌদনবা হায়দুনা ইবুংঙোব মমা ইবেম্মা যশোদানা উলুখোলদা (উদুখোলদা-গুম্বলদা) পুল্লি।

মতাং অমদা **শ্রীকৃষ্ণনা** অঙাং ওইরিঙৈদা লৈপাক চারম্মি, মদু উবদা যশোমতি মাতানা থুনমক মচাগী ময়াদগী খুদোম্বীনা লৈপাক কোংথোকপি। লৈপাক কোংথোকপা মতমদা ইবুংঙোগী শ্রীমুখ মনুংদা বিশ্বব্রহ্মান্দ পুন্নমক উখি। ওসি ফাওবদা মফম অদুবু "ব্রহ্মান্দঘাট" হায়না ফাওরি। মচাগী মচিন মনুংদা বিশ্বব্রহ্মান্দ হেক উবদগী মমা ইবেম্মা যশোমতীনা পুংওক ওকুনা মদুনা চিন্তা অমা ওইখি, অদুদগী অতোপ্পা কুণ্ড অমদা স্নান তৌবদগী চিন্তা পুন্নমক কোকখি, মফম অদুবু হৌজিক ফাওবা চিন্তাহরনঘাট হায়না লৈবি। তীর্থ অমনি।

বাসল্যবসকী মনুংদা শান্ত, দাস্য, সখ্যরস অহুপ্পক য়াওবে। উদাহরন,

ব্রজদা নন্দমহাবাজ যশোদা বানীনি, মথুরাদা বসুদেব দেবকীনি। ব্রজদা নন্দ যশোদানা শ্রীকৃষ্ণবু মচামক্তি লাই নত্তে মানি খনখিবদগী ব্রজ ফংখি। মথুবাদা বসুদেব-দেবকীনা মচাবু লাইনি (ঈশ্বরনি) খল্লবদগী ব্রজ ফংখিদে শাস্ত্রগী বচননি।

বাসল্য রসতগী মখাগী মওঙবা অয়োইবা "মধুররসনা" (কান্তারসনা) পুন্নমক্তগী পুমহেন হেল্লি।

৫। **মধুররস (কান্তারস)** পতিগী ( মরা মপুবোইবগী ) মফমদা পত্নীনা ( মহাক্কী মুপীনা ) লৈবা প্রেম, ব্যবহার আচরন পুন্নমক অসি মধুররসক্কী লক্ষননি। মথক্তা হায়খ্রিবা রস মরিমক হায়বদি শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাসল্যবস অসি মধুররসতা ( কান্তারসতা ) তিল্লে। মরম অসিদগী রস পুন্নমক্তগী **শ্রীকৃষ্ণবু** মধুররসকী ভাবতা নিংজগদবা ওই। ব্রজগোপী-শিংগী প্রেমদি মধুররসনি, গোপীগী অনুগা ( তুংইনবী ) ওইনা **শ্রীকৃষ্ণবু** নিংজবা নত্তনা ঐশ্বর্য্যনা নিংলবদি ব্রজেন্দ্রনন্দন **শ্রীকৃষ্ণবু** ফংবা ঙমদে। **শ্রীকৃষ্ণগী** লীলা পুন্নমক্তগী হন্দক্কী পবকীয়া ভাবত, ব্রজদা নবলীলা ওইনা শান্নরিবা অসিনা ইবুংঙোগী লীলা পুন্নমক্তগী মুকুটমনিনি অতৈ অতোপ্পা অমা লৈত্রে। ( চৈঃ চবিতামৃত )

শ্রীকৃষ্ণ নিংনবগী লম্বেল অসি মখল অনি থোকই, মচুদি "**বিধিমার্গ**" কৌবা অমা "**রাগমার্গ**" হায়বা অমনি। "**মার্গ**" হায়বদি লম্বেল হায়-বনি। বিধি মার্গদা চৎতুনা নিংববু "**বৈধিভক্তি**" কৌই, মাধুর্য্যসু য়াওইদি হায়ববু ঐশ্বর্য্যনা মপুং ওইনা নিংই, বৈকুণ্ঠ ফংই। **রাগমার্গ** চৎপা ভক্তশিংনা মাধুর্য্য ঙাক্তুনা ইবুংঙোবু নিংবদগী ব্রজ ফংই। বিধিমার্গ চৎতুনা নিংববুদি "বাগানুরাগা ভক্তিনা" নিংবনা শ্রেষ্ঠনি।

( সাধু সঙ্গদগী শিতা বাবাজীনা তাকপিরম্বনি )

## নন্দগ্রাম, যাবট, বর্ষানা।

**নন্দগ্রাম** নন্দগ্রামদা নন্দমহাবাজগা যশোদা বানীগা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোবু লালন-পালন তৌতুনা লৈবা মফমনি। মফম অসিদা বসুদেবগী ইবেম্মা অহল রোহিনীসু বলবামবু যোকতুনা লৈ। শনবী শনাও বৃন্দ বৃন্দ লৈবা গোষ্ঠ অমসুং গোপশিংশু, গোপীশিংশু য়াম্না লৈবা মফমনি।

**যাবট**—শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মাগী শ্বশুরালয় লৈবা (মকুবোক্কী য়ুম লৈবা) মফমনি-নিপা ময়ুমনি। মফম অসি নন্দগ্রামগী অৱাং থংবদা লৈ।

**বর্ষানা**—শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মাগী পিত্রালয়নি (ইবেম্মাগী মপাগী য়ুম) মফম অসিদা বৃষভানু মহারাজগী কোনুং লৈ। নন্দগ্রামগী মখা থংবদা লৈ।

**গোষ্ঠ মথল অনি, উত্তর গোষ্ঠ অমসুং দক্ষিন গোষ্ঠ।**

শ্রীনন্দমহারাজগী গোষ্ঠ অনি শুই। অমনা "**উত্তর গোষ্ঠ**" (অৱাং থংবা গোষ্ঠ) কৌই। অতোপ্পা অমবুনা "**দক্ষিন গোষ্ঠ**" (মখা থংবা গোষ্ঠ) কৌই।

ইবেম্মনা যাবট্টা শ্বশুরালয়দা লৈবা মতমদা ইবুংঙোনা (শ্রীকৃষ্ণনা) নন্দগ্রামগী অৱাং থংবা মায়কৈদা শনশেনবা লেংই।

ইবেম্মনা বর্ষানদা পিত্রালয়দা লৈবা মতমদা ইবুংঙোনা নন্দগ্রামগী মখা থংবা মায়কৈদা শনশেনবা লেংই।

ইবেম্মনা লৈবা লৈবা মায়কৈদা ইবুংঙো ইবেম্মা শান্নবদা মতেং ওইনবগীদমক্তা ইবুংঙোনা মায়কৈ তোংনা হোংন শনশেনবা লেংবনি

ইবেম্মনা যাবট্টা লৈবা মতমদা ইবুংঙো-ইবেম্মগী "বিচ্ছেদস্থানবু" (কাইনফমবু) "দেরাবদম" কৌই। বর্ষানদা লৈবা মতমদনা বিচ্ছেদ স্থান অসি "**সঙ্কেট কুঞ্জ**" নত্রগা, "**ভ্রমরবনদা**" (ভুমিনবন্দা) ওই।

চহি খুদিংমক্কী শ্রীমতি ইবেম্মনা যাবট্টা (শ্বশুরালয়দা) থা তরক, বর্ষানদা (পিত্রালয়দা) থা তরক লৈ। হয় ববা অসি ব্রজগী সহজ বিতীনি, ইবুংঙো-ইবেম্মাগী লীলাগী মতেং ওইনবগীদমক্তনি। থা তরক তরুক্কী সুমিং মশিংদি নুমিং ১৮০ নি। চহি অমদা নুমিং ৩৬ নি হায়না নির্নয় তৌই।

হৌজিক্তি কবিকর্নপুর গোস্বামীনা লেংবা ব্রজপস্থি কৌবা গ্রন্থদা ইবেম্মগী গমনা-গমনবু নিংথিনা উংলি।

## শ্রীরাধারানীর স্থিতি স্থান নির্ণয়ঃ।

### যাবট (শ্বশুরালয়), বর্ষান (পিত্রালয়)।

### গমনা গমন। (কবিকর্ণপুর গোস্বামী কৃত ব্রজপদ্ধি)।

| শ্রীরাধারানীর যাবটে স্থিতি দিন সংখ্যা | | | শ্রীরাধারানীর বর্ষানে স্থিতি দি সংখ্যা | | |
|---|---|---|---|---|---|
| মাঘ (রাকচিং) | ২ | দিন। | মাঘ (রাকচিং) | ২৮ | দিন। |
| ফালগুন (ফাইরেন) | ০ | ,,। | ফালগুল ফাইরেন | ৩০ | ,,। |
| চৈত্র (লমতা) | ০ | ,,। | চৈত্র (লমতা) | ৩০ | ,,। |
| বৈশাখ (শজিবু) | ১৪ | ,,। | বৈশাখ (শজিবু) | ১৬ | ,,। |
| জ্যেষ্ঠ (কালেন) | ৩০ | ,,। | জ্যেষ্ঠ (কালেন) | ০ | ,,। |
| আষাড় (ইঙা) | ১৭ | ,,। | আষাড় (ইঙা) | ১৩ | ,,। |
| শ্রাবন (ইঙেন) | ০ | ,,। | শ্রাবন (ইঙেন) | ৩০ | ,,। |
| ভাদ্র (থরান) | ০ | ,,। | ভাদ্র (থরান) | ৩০ | ,,। |
| আশ্বীন (লাংবন) | ২৭ | ,,। | আশ্বীন (লাংবন) | ৩ | ,,। |
| কার্ত্তিক (মেরা) | ৩০ | ,,। | কার্ত্তিক (মেরা) | ০ | ,,। |
| অগ্রহায়ন (হিয়াঙ্গৈ) | ৩০ | ,,। | অগ্রহায়ন (হিয়াঙ্গৈ) | ০ | ,,। |
| পৌষ (পোইন্থু) | ৩০ | ,,। | পৌষ (পোইন্থু) | ০ | ,,। |
| দিন সংখ্যা ১৮০ দিন | | | দিন সংখ্যা ১৮০ দিন। | | |

শ্রীরাধার যাবটে ছয়মাস স্থিতি ব্রজস্য সহজ রিতী ইতি জ্ঞেয়ং। ছয়মাস দিন সংখ্যা ১৮০ দিন বর্ষানে ছয় মাস স্থিতি দিন সংখ্যা ১৮০ দিন। এক বৎসরস্য দিন সংখ্যা ৩৬০ দিন।

অসুম্না ইবেম্মগী গমনাগমন, থা ৬ না নিপা মম্মমদা লৈবা, থা ৬ না মপামদা লৈরিবা অসিনা ইবুংঙোগা ইবেম্মগা শান্নবদা মতেং ওইরিবনি।

ইবেম্মগা ইবংঙোগা উন্নবগীদমক্তা চয়োল অমগী হায়বদি নুমিৎ ৭ অসি মখম হোংনা হোংনা ইবেম্মনা স্বর্ষ্য পূজা তৌবা লেংই, সূর্য্য পূজাদা ইবুংঙোনা **পুরোহিত** ওইনা হেক হেক লেংঙকই।

ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলাবু মপুং ফাহন্নবা যোগমায়ানা মতম পুম্বদা শিন্নি. ইবুংঙোসু ইবেম্মসু যোগমাযাগী থৌশিনবু তঙায় ফদনা ইনবিরি। ওইফম্বব, ওইহনবদা মপুং ফাহন্নবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণভগবানসু শ্রীমতি ইবেম্মসু যোগমাযাগী মতেংবু লৌবিরি।

## ইবেম্মগী সূর্য্যপূজা।

| নুমিৎ | স্বর্য্য পূজা তৌবা মখম |
|---|---|
| নোংমাইজিং নুমিৎতা | অবন্য কুণ্ডদা ( সূর্য্য কুণ্ডদা ) |
| নিংথৌকাবা নুমিৎতা | মানস সরোবরদা। |
| লৈপাকপোকপা নুমিৎতা | পাতাল গঙ্গাদা |
| য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা | কাম্য বনদা। |
| শগোলশেন নুমিৎতা | গ্রহিলা বনদা। |
| ঈরাই নুমিৎতা | দক্ষিন গোষ্ঠদা। |
| থাংজ নুমিৎতা | যাবট গ্রামদা। |

শ্রীমতি ইবেম্মা বাধাবানীবু বর্নন তৌবা অমসুং ইবেম্মনা নিশান্তদা শরুকপা গীত খবদং নুংশিহুনা ইশিনবনি, লীখ্রবা গুবজনশিংনা শকলম্বনি হায়না পিতাবাবাজীগী কলমদগী ফংজবনি।

"চলিল ধনী রাজনন্দিনী সঙ্গে ব্রজকামিনী
প্রান বন্ধু ভাবিয়া ভাবিয়া, কতদূর আছে
নন্দের কানাই, গুনিতে গুনিতে দ্বিগুন
জ্বালা, বন্ধু দরশন কৃষ্ণ দরশন লাগি ॥"
"চলিল রাধিকা, নৃপতি বালিকা,
ভুবন কালিকা, বকুল মাল্লিকা, ॥১॥
চপল কুণ্ডল, চলিতে চঞ্চল,
নয়ন চঞ্চল, কুন্তল কুন্তল ॥২॥
ভুবন সুন্দরী, মদন মঞ্জরী,
অতি কৃষ্ণ তার ঘন পয়োধরীরাই
রূপে দেখলে মন হারাইলে ॥৩॥"

নোংঙাল্লমদাইদা (নিশান্তদা) ইবুংঙো ইবেম্মা কায়নরমদাইদা ইবেম্মনা ঙাংলকপনি—

১। "প্যারি প্যারি চরনরে,
প্যারি প্যারি চরনরে,
নখ-কিরন নিন্দিয়ে,
শশিভাতি বরন,
তহি-পর মনিমঞ্জরী
রুনু ঝুনু রুনু ঝুনু বাজে নুপুর।
কিবা পাদ-পদ্ম গন্ধ লোভে
গায়ে ভ্রমরা ভ্রমরি ॥"

মথংদা কায়নরমদায়দা ইবেম্মনা ইবুংঙোবু থাদোক-থাদোকনিংদনা বিদায় তৌবা মতমদা ইবেম্মনা শকলকপা ঈশৈনি—

২। "যাও যাও প্রাননাথ প্রানের বন্ধু,
যাও যা প্রাননাথ প্রানের বন্ধু,

দাসী হামু বিদায় দেওরে বন্ধু!
প্রান সমর্পিনু এই নিবেদিনু,
মম পঞ্চপ্রান সঙ্গে চলগ বন্ধু!
ছাড়িওনা মোরে সঙ্গেরাখ বন্ধু,
হামু কুলবতী নারী জনপরাধিনী,
গুরুজন ভায়ে সঙ্গে যাইতে নারে বন্ধু,
আজু বিদায় দেওগো প্রান নাথ,
কল্য যমুনা স্নানে দেও দরশন।"

৩ "বন্ধু প্রেমভরে চলে ধীরে ধীরে কৃষ্ণপ্রেমতরঙ্গিনী যাবট বাসিনী, নন্দিশ্বর বিজয়িনী, মহাভাবস্বরুপীনি, কৃষ্ণমন আহ্লাদিনী, কৃষ্ণসুখদায়িনী, কৃষ্ণবাঞ্ছা পুরায়িনী।"

৪। "শ্রীবৃন্দাবন স্বর্ন ভুমি স্বর্ন পথেতে স্বর্ন মৃগীনী যেন রাজার-ঝি। শ্রীকৃষ্ণ সহিতে নিকুঞ্জ কাননে খেলিতে এইত মর্ন ভাবে রাই মন্দ মন্দ গামিনী।"

## রসোদগার

রাসলীলাদদি য়াওরুদবা ইবেম্মগী সংগায়দা লৈহৌবা "শ্যামলা" "বিমলা" কৌবী সখী অনিনা নিশান্তদা ইবেম্মনা লেংঙকপা মতমদা রাস করম্না শান্নখিবগে হায়না হংজরকপদা ইবেম্মনা খুমলকখিবা শৈরেংনি।

৫। "সজনিগো সোই পাশরিতে নারি বালা কানুর পিরিতি,
সুঙারতে প্রাস কাঁন্দে করিব পিরিতি।
হিয়ার হইতে পিয়া শেজেনা শুয়াই।

মুখে মুখে বুকে বুকে রজনি গোঙাই।
তনু পরশন লাগি আভরন তেজে।
নিশি অবসান কালে কাতর হইয়া দৃঢ় করি,
বান্ধি মোরে ভুজলতা দিয়া।
অরুন উদয় কালে পড়ে প্রেম ফাঁশ।
তৈশ এমন ঋত কহে জ্ঞানদাস ॥"

অষ্টকাল মিলন স্থান।

অষ্টকালদা (কাল নিপালদা) যুগল কিশোর কিশোরীগী মিলন স্থানব (উন্নফমব) গোস্বামীশিংনা পুথোক্লমই।

(পিতাবাবাজীগী কলমদগী)

"নবশিশলয় তল্পে কলপয়ন্তৌ বিচিত্রাং,
স্মরত সমর লীলা উন্মদানঙ্গ ললিত বলয়
কাঞ্চি ন্যুপর ধ্যান রম্যৌ স্মরঃ ॥"

১। "স্মর নিশান্তকালে নিভৃতনিকুঞ্জে শ্রীরাধিকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ।
(নিশান্তদা নুমিদাং পুং ১০ মিনিট ৩দগী নোংয়াই মতুং পুং ২ মিনিট ৫১ ফাওবা নিভৃত নিকুঞ্জদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা পুন্না মিলন ওইনবু নিংশিংউ। দণ্ড ১২ নি)

২। "স্মর প্রাতঃকালে মদনানন্দ কুঞ্জে শ্রীরাধিকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ"
(প্রাতঃ দা (অয়ুকা) নুমিৎ থোকপদগী দণ্ড ৬ অসুক পুং ৭ মিনিট ৩২ ফাওবা মদনানন্দ কুঞ্জদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মিলনবু নিংশিংউ)

৩। "স্মর পূর্ব্বাহ্নকালে দর্শনানন্দ কুঞ্জে শ্রীরাধা কৃষ্ণচন্দ্রৌ।"
(পূর্ব্বাহ্নদা-অসুক দণ্ড ৬ পুং ৭ মিনিট ৩৯ দগী পুং ১০ মিনিট ৩ ফাওবা দর্শনানন্দকুঞ্জদা (নন্দগ্রামদা) ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মিলনবু নিংশিংউ)

৪। "স্মর মধ্যাহ্নকালে অনঙ্গাম্বুজকুণ্ডে (রাধাকুণ্ডে) শ্রীরাধিকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ।"

(মধ্যাহ্ন—দণ্ড ১২ নি। অযুক পুং ১০ মিনিট ৩দগী নুংথিল পুং ২ মিনিট ৫১ ফাওবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা উন্নহুনা শ্রীরাধাকুণ্ডদা শান্নবা লীলাবু নিংশিংউ।)

৫। "স্মর অপরাহ্নকালে বিচ্ছেদানন্দকুঞ্জে (অরন্যকুণ্ডে) শ্রীরাধিকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ।"

(অপরাহ্ন—দণ্ড ৬—নুংথিল পুং ২ মিনিট ৫১ দগী নুমিৎ তাবা ফাওবা সূর্য্যকুণ্ডদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি উন্নবা লীলাবু নিংশিংউ।

৬। "স্মর সায়ং কালে সেবা কুঞ্জে শ্রীবাধিকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ।"
(সায়ং দণ্ড ৬—নুমিৎ তাবদগী নুমিদাং পুং ৭ মিনিট ৩৯ ফাওবা সেবা কুঞ্জদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লীলাবু নিংশিংউ।)

৭। "স্মর প্রদোষকালে উচ্চকুঠা সমাসীন নিভৃতনিকুঞ্জে (শ্রীরাধীকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ।"

(প্রদোষ-দণ্ড ৬—নুমিদাং পুং ৭ মিনিট ৩৯ দগী পুং ১০ মিনিট ৩ ফাওবা নিভৃতনিকুঞ্জগী উচ্চকুঠা কুঞ্জদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মিলনবু নিংশিংউ।

৮। "স্মর নক্তকালে (নিশা, মহানিশা, পরমনিশা) নিভৃত-নিকুঞ্জে শ্রীরাধিকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ।"

(নক্ত-দণ্ড ১২—নিশাদগী পবমনিশা ফাওবা নুমিদাং পুং ১০ মিনিট ৩দগী নোংযাই মতুং পুং ২ মিনিট ৫১ ফাওবদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা নিভৃতনিকুঞ্জবনদা পুন্না শান্নবা লীলাবু নিংশিংউ)।

দ্রষ্টব্য ( য়েংশিনগদবা ):— নিত্যগী সেবাগী মতমদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কা পুন্না পুন্না লীলা শান্নহুনা ( বতি ক্রীড়াগী ) লৈবা মতম য়েংহুনা মফম মতম চানা চানা শ্রীযুগলকিশোর-কিশোরীবু উপাসনা তৌগনি, ধ্যান তৌগনি অমসুং পত্র-পুষ্পনচিংবা কচ্চগনি।

মতাং অসিদা ইবুংঙো ইবেম্মনা নুমিৎ খুদিংগী কাল নিপালমক্তা অমসুং মফম নিপালদা চুঁহু মিলন ওইবগী নির্ণয় তৌবা লোয়রে। নিত্য সেবাদা কাওরোইদবনি।

## অষ্টকাল সেবা ভজন।

ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা নোংমগী কাল নিপালমক্তা শান্নবা লীলাবু সেবা অমসুং ভজন তৌজগনি।

"শ্রীরাধাপ্রানবন্ধোচরনকমলয়ো কেশশেষাদ্যগম্যাঃ
যা সাধ্যা প্রেমসেবা ব্রজচরিতপরৈর্গাঢ় লোলৈকলভ্যা।
সা স্যাৎ প্রাপ্তা যয়াতাং প্রথয়িতুমধুনা মানসীমস্যসেবাং,
ভাব্যাংরাগাব্ধ পন্থৈব্রজমনুচরিতং নৈত্যিকং তস্য নৌমি॥"

( সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ )

শ্রীরাধাগী প্রানবন্ধু শ্রীকৃষ্ণগী চরনাববিন্দবু প্রেমভক্তিগী থোংদা সেবা তৌববু ব্রহ্মা, মহাদেব- অনন্তনচিংবনা খল্লুদনমকপু ফংবা ঙমদে। মহাকপুদি ব্রজবাসীজনগী চরিতপু থাজবা সাধুশিংতনা ফংই। হায়রিবা অসিগুম্বা প্রেমসেবা অসিবু ফংজবর। মীনা রাগানুবাগা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী চরনবু মানসিকনা সেবা তৌজবা, অসিগুম্বা মানসিক সেবা অদুবু ফোংদোক্লবগীদমক শ্রীব্রজবৃন্দাবন্দা অতৎপা লৈতনা নুমিৎ খুদিংগী শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু খকমজে।

## পরম মহানুভাব শ্রীরূপ গোস্বামীনা লেংবা অষ্টকালগী স্মরন মঙ্গল স্তোত্রম। (হরেদৈনন্দিনী লীলা) (গোবিন্দলীলামৃত)

ইবুংঙোগী লীলাগীদমক নোংমবু কাল নিপাল থোক্না খায়দোকই মঙ্গদি, প্রাতঃ, পূর্ব্বাহ্ন, মধ্যাহ্ন, অপরাহ্ন, সায়ং, প্রদোষ, মহানিশা অমসুং নিশান্ত অসিনি, দণ্ড ৬০ নি। মধ্যাহ্নগী মহানিশাগী মতম অনি অসিদি দণ্ড ১২। ২ না ওই, অতৈ কাল তবকতি দণ্ড ৬।৬ তনি। ভারতবর্ষগী পুংফমদা মনিপুরদদি পুং ৫ মিনিট ৫৫ দা নুমিৎ থোকই অমসুং নুমিৎ তায় হায়না অনুমান তৌবা য়াই, মতুংগী মতুংইন্না পুং ৭ মিনিট ৩৯ ফাওবগী "প্রাত" হায়না লৌগনি। মথংদা পুং ১০ মিনিট ৩ ফাওবগু "পূর্ব্বাহ্ন হায়না লৌবে, নুমিৎসুংবা মতুং পুং ২ মিনিট ৫১ ফাওবগুনা "মধ্যাহ্ন" কৌবে অদুদগী নুমিৎ মশক উদবা ফাওবগুনা "অপরাহ্ন" কৌরে। মথংদা থৱানমিচ ক মশক উবদগী পুং ৭ মিনিট ৩৯ ফাওবগু "সায়ং" হায়রে। অদুদগী নুমিদাং পুং ১০ মিনিট ৫ ফাওবগুনা "প্রদোষ" হায়না খংনগনি। মথংদা নোংয়াই মতুং পুং ২ মিনিট ৫১ ফাওবগু "মহানিশা" কৌবে, অদুদগীদি নুমিৎ মশক উবা ফাওবগুনা "নিশান্তদা" চিংলে।

অষ্টকালগী ভজন হৌবদি নিশান্তদগী হৌগনি। কবিগুম্বা সংসারিক্কী অচিনবদগী মতম চানা ভজন ঙমহৌদ্রবদি অসংবা মতমদগী অবোয়বা ফাওবা হেক্তা হম্বনা লোয়শিনবদি য়াদে। অসংবা মতম অদুদগী হঙ্গৎনা ভজন তৌবদি য়াই (সাধু সঙ্গদগী তাজহৌবনি)।

নিশান্তদি নোংয়াই মতুং পুং ২ মিনিট ৫১ দগী হৌবে, মতম অদুদা "দন্তধাবন" তৌদুনা ইরুজবদি যাগ্রি। "ব্রাহ্মমুহূর্ত" পুং ৩ মিনিট ৪০ তাদরিমখৈ ঈরুজবা য়াদে, নুমিৎনা চিংখৈ হুনবা উদবিমখৈদি ঈরুজবা শেংদে হায়না খংনগনি।

নোংপোক চিংখৈগী মঙাল উরগা মৈত্র ( মাংশোয়বা ) অমসুং দন্তধাবন ( চিন-য়া শেংদোকপা ) নচিংবা লোয়রগা ঈকজগনি। প্রাতঃ গী ক্রিয়া কর্ম্ম পুম্নমক লোয়রবা মতুংদা শ্রীগুরুবু থুরম্নগা শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীগুরুরূপা সখীগী নাক্তা ঐগী মঞ্জরীনা লৈহৃনা নিশান্ত লীলাদা শ্রীগুরুনা তাকপিবা প্রেমসেবাবু তৌজগনি, সাধকদেহনা ( হিংলিবা হকচাং অসিনা ) মঙ্গলার্ত্তি নচিংবা সেবা তৌহৃনা শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শন তৌজগনি।

## পরম মহানুভাব শ্রীরূপগোস্বামীগী অষ্টকাল সূত্র।

"কুঞ্জাদগোষ্ঠাং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নশনাদ্যাং,
প্রাতঃ সায়ংচ লীলাং বিহরতি সখীভিঃ সঙ্গবে চারয়ন গাঃ
মধ্যাহ্নে চাথনক্তং বিলসতি বিপিনে রাধয়াদ্ধাপরাহ্নে,
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রময়তি সুহৃদো যঃ স কৃষ্ণোহবতান্নঃ"

নিশান্তদা নিভৃতনিকুঞ্জবন্দগী ইবেম্মগা থাদোক্নম্নগা নন্দগী যুমদা গোষ্ঠদা লেংঙকই, প্রাতঃ অমসুং সায়ংদা শঙোম শুমহই অতৃগা লুক হারে। পূর্ব্বাহ্নদা সখাশিংগা লোয়নহৃবা শন শেন্দুনা শানৈ, অপবাহ্নদা বনদগী নন্দগী যুম গোষ্ঠদা লেংলকই, প্রদোষতা সুহৃদ পুম্নবু ( মমান্নবশিংবু ) নুংঙাইহল্লি।

অসিগুম্বা কাল নিপালমক্তা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা ঐখোয়বু ঙাকপিসন্নু।

## শ্রীরূপগোস্বামীকৃতাষ্টকলিন স্মরনমঙ্গল স্তোত্রম।

১। অহানবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিশান্ত লীলাবু নিংশিংবা :—

"রাত্র্যন্তে এস্তবৃন্দেরিত বহুবিরবৈর্বোধিতৌ কীরশারী,
পদ্যৈর্হৃদ্যৈরহৃদ্যৈরপি সুখশয়নাদুত্থিতৌ তৌ সখীভিঃ।

দ্বন্দ্বৌদ্ধ থৈতয়া ভ্রোদিত রতি ললিতৌ ককখটীগী সশঙ্কৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজ নিজ ধাম্ন্যাপ্ততল্পৌ স্মরামি ॥"

মুমিং থোকদবা দণ্ড ৬ রাংলিঙৈদা নিশান্তদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি-মক্কা মুংঙাইনা রতিশয্যাদা চেপতুনা লৈরি, মতম অদুদা মুংশাথিরবী বৃন্দাসখীনা উচেকশিংদা ঈনশিন্দুনা উচেকশিংগী খোঞ্জেননা থোইদোক্লমক ইবুংঙো ইবেম্মদি মুংঙাইতবা রাহৈ ওইদুনসু ফজরবা চোংঙা-তেনরাগী পদ্য ওইবা রাহৈনা ইবুংঙো ইবেম্মবু হৌদোক্লে, অদুগী তুংদা মুংঙায়না চেপ্পদগী অমিরুকলা লেংখৎলি। সখী পুম্নমক্কা অনিমকপু য়েংই। অনিমক্কা হয়াওই, মতম অদুদা থম্মোয়দা থোরকপা রতিলীলানা অনিমকী মুংঙায়বা ওই, মতম অদুদা ককখটী বানর অমোম্না খোংবা তারগা জাটিলা লাক্লবোই মিংদুনা চিংনখি, অনিমক্কা থাদোক-থাদোকনিংদনা মহাক মহাক্কী মন্দিরদা লেংল্লগা মহাক মহাক্কী শয্যাদা চেপতুনা লৈরুবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু নিংশিংজে।

২। অনিশুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রাতঃলীলাবু নিংশিংবা ঃ—
"শ্রীরাধাংস্নাত বিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগে,
তদ্গেহে বিহিতান্নপাক রচনাং কৃষ্ণাবশেষাশনাং।
কৃষ্ণং বুদ্ধমবাপ্তধেনুসদনং নির্ব্যূঢ় গোদহনং,
সুস্নাতং কৃতভোজনং সহচরৈস্তথতাথতাঞ্চাশ্রয়ে ॥"

মুমিং থোকপদগীনা দণ্ড ৬ (অমুক পুং ৭ মিনিট ৩৯ ফাওবা) প্রাতঃদা শ্রীমতি রাধানা ইবেম্মগী য়ুমদা চাইথবে, লৈতেংলে, যশোদানা কৌরে, সখীশিংগা লোয়নদুনা যশোদাগী গৃহদা লুক হৌরে, শ্রীকৃষ্ণসু চেপ্পদগী লেংখৎলগা শঙ্গোম্দা লেংদুনা শঙ্গোম শুমই অদুগা চাইথৈ। সখাশিংগা লোয়ননা লুক হায়, শ্রীকৃষ্ণগী মহাপ্রসাবু ইবেম্মনা হায়। অসি-গুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিবু ঐনা চংজে।

৩। অষ্টমশুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী পূর্ব্বাহ্ন লীলাবু নিংশিংবা ঃ-

"পূর্ব্বাহ্নে ধেনুমিত্রৈর্বিপিনমনুশ্রিতং গোষ্ঠলোকানুযাতং
কৃষ্ণং রাধাপ্তিলোলং তদভিস্‌তিকৃতে প্রাপ্ততৎকুণ্ডতীরং।
রাধাঞ্চালোক্যকৃষ্ণং কৃত গৃহগমনায়াকার্চ্চনায়ৈ,
দিষ্টাং কৃষ্ণপ্রবৃত্তৈ প্রহিতনিজসখীবর্ত্মনেত্রাং স্মরামি॥

প্রাতঃ গী মথং দণ্ড ৬ ( অযুক পুং ৭ মিনিট ৩৯ দগী পুং ১০ মিনিট ৩ ফাওবা ) পূর্ব্বাহ্নদা শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠদগী শনশেনবা বনদা লেংই অদুগা শ্রীমতিবু অভিসার তৌহন্নবগীদমক শ্রীরাধাকুণ্ডদা লেংবা, শ্রীরাধাবু ফংনিংবা মক্তনা পুক্নিং লাংতুনা ঙাইবা অমসুং শ্রীরাধানা নন্দগী যুমদা লুক হাবগা ইবেম্মগী সংগ ইদা লেংবা, জাটিলানা ইবেম্মবু সূর্য্যপূজা তৌবা চৎলু হায়না থৌদাবা অদুদগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবগীদমক পাও চৎহনবী সখীবু লাকপ্রা হায়না য়েংহনা ঙাযহুনা লবা অসিগুম্বা লীলাবু শান্নবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ।

৪। মবিশুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধ্যাহ্ন লীলাবু নিংশিংবা ঃ—

"মধ্যাহ্নেঽন্যোন্যসঙ্গোদিত বিবিধবিকারাদি ভূষা প্রমুগ্ধৌ,
বাম্যোৎকণ্ঠাতিলোলৌ স্মরমখ ললিতাদ্যালিনর্মপ্তেশাতৌ।
দোলারন্যাম্বুবংশীহৃতি-রতিমধুপানার্ক পূজাদি লীলৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরিজন ঘটয়া সেব্যমানৌ স্মরামি॥"

পূর্ব্বাহ্নগী মথংদা দণ্ড ১২ ( অযুক পুং ১০ মিনিট ৩ দগী নুংথিল পুং ২ মিনিট ৫১ ফাওবা ) মধ্যাহ্নদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক উন্নববদা অনিমকী শ্রীঅঙ্গদা প্রেমবিকার ময়ামনা অনিমক ওকতুনা লৈ। ইবেম্মগী বামা ( য়াদবা ) ইবুংওগী উৎকণ্ঠা ( থৌরাংবা ) অনিদুনা থোইদোক্না তথক তথকপা নুংশিনবগী প্রেমযজ্ঞদা ললিতানচিংবী সখীশিংনা নোক্‌হায়নবগী কুম্মৈ তৌবা, দোল শান্নবা, বন্দা শান্নবা, জলকেলী, বংশীহরন, মধুপান,

সূর্য্যপুজানচিংবা লালা তৌবা মুমিৎচুপ্পা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মথং মথং হেঙ্গৎলকপা প্রেমবু খৌরাংবনা তিল্লবা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিবু সখীশিংনা সেবা তৌজববু ঐনা নিংশিংজৈ।

৫। মঙাশুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অপরাহ্ন লীলাবু নিংশিংবা :—

"শ্রীরাধাং প্রাপ্ত-গেহাং নিজরমনকৃতেকপ্তনা নোপহারাং,
সুস্নাতা রম্যবেশাং প্রিয়মুখকমলালোকপূর্ণ প্রমোদাং।
কৃষ্ণংচৈবা পরাহ্নে ব্রজমনুচলিতং ধেনুবৃন্দৈর্বয়স্যৈঃ,
শ্রীরাধালোকতৃপ্তং পিতৃমুখমিলিতংমাতৃমৃষ্টং স্মরামি॥"

মধ্যাহ্নগী মথংদা দণ্ড ৬ (নুংথিল পুং ২ মিনিট ৫১ দগী নুমিৎ মশক উদবা ফাওবা) অপরাহ্নদা ইবেম্মনা ইবুংঙোগা বন্দা শান্নবদগী লেংলক্লগা চায়থবে, ইবুংঙোগাদমক খুদোলপোৎ ময়াম শেমই, ফাজেৎ লৈতেংই অতুগা আট্টালিকাদা (য়ুম অরাংবগী মতোন্দা) কাখৎতুনা ইবুংঙোনা বন্দগী গোষ্ঠ তান্না লেংলকপা য়েংহুনা ইবেম্মনা পেনজৈ। শ্রীকৃষ্ণসু শননে সখানে লোয়নহুনা বনদগা গোষ্ঠ তান্না লেংঙবলে। আট্টালিকাদা য়েংলিবী ইবেম্মবু উবদা নুংঙাইবে। মথংদা নন্দ যশোদাগা শ্রীকৃষ্ণগা উন্নরে, নুংঙাইরে। যশোদানা মচাবু বন্দা চৎলুবগী অমোৎ-অকায় শেংদোকপি অসিগুম্বা লালা শান্নরিবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ।

৬। তকৎশুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সায়ংলীলাবু নিংশিংবা :-

"সায়ং রাধাংস্বসখ্যা নিজরমনকৃতে প্রেষিতানেক ভোজ্যাং,
সখ্যানীতেশ শৈষাশন মুদিতহৃদাং তাংচ তংচ ব্রজেন্দুং।
সুস্নাত রম্যবেশং গৃহমনু জননী লালীতং প্রাপ্তগোষ্ঠং,
নির্ব্যূঢ় স্রালি দোহং স্বগৃহমনু পুনর্ভুক্তবন্তং স্মরামি॥"

সায়ং—নুমিৎ মশক উদবদগীনা নুমিদাং দণ্ড ৬ (নুমিদাং পুং ৭ মিনিট ৩৯ ফাওবা) শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগীদমক সখীশিংবু অচা অথক

থিলহল্লি। মতুবু শ্রীকৃষ্ণনা হারগা অবেম্বতু সখীশিংনা পুরক্লগা ইবেম্মনা হাতুনা মুংঙাই। শ্রীকৃষ্ণসু গোষ্ঠ য়ৌবগা চাইথৈ, বেষ ভূষন তৌই, যশোদানা মচাবু লালন তৌই অদগা শঙ্গোম শুমই। মতুংদা মন্দিরদা লেংশিন্দুনা লুক হাই, অসিগুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ।

৭। তবেংগুবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রদোষলীলাং নিংশিংবা :-

"রাধাং সালীগনাং তামসিতসিতনিশাযোগ্যবেশ্যাং প্রদোষে,
দূত্যা বৃন্দোপদেশাভি সৃতযমুনাতীর কল্পাগকুঞ্জাং।
কৃষ্ণ গোপৈঃ সভায়াং বিহিতগুনিকলালোকনং স্নিগ্ধমাত্রা,
যত্নাদানীয় সংশায়িতমথ নিভৃতং প্রাপ্তকুঞ্জং স্মরামি।"

প্রদোষ - দণ্ড ৬ (নুমিদাং পুং ৭ মিনিট ৩৯ দগী পুং ১০ মিনিট ৩ ফাওবা) শ্রীরাধানা সখীশিংগ লোয়নতুনা নিন্দুং অমম্বা অহিংগী অমুবা বেষ, নিমাংগী অঙানবা অহিংদা থোনবনা বেষ অঙৌবা থোল্লি। দূতীনা বৃন্দাগী পাউতাক লৌরুবগা ইবেম্মা অভিসার তৌতুনা যমুনা মপানগী কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণবু ঙাইতুনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা নন্দালয়দা গোপ মযাম্ব নুংঙাই-হন্দুনা পুংয়ৈবা, ঈশৈশকপা, যন্ত্রখোংবনচিংবগী কলা মযাম য়েংতুনা তাংনা লৈ। মতুংদা মমা যশোদানা মচাবু নুংশিনা শয্যাদা পুশিন্দুনা সুমই, অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা নিভৃতনিকুঞ্জ তান্না লেংতুনা অভিসার তৌবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু ঐনা নিংশিংজৈ।

৮। নিপালগুবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মহানিশাগী লীলাবু নিংশিংবা :-

"তাবুৎকৌ লব্ধ সঙ্গৌ বহুপরিচর্ব্বৈন্দয়ারাধ্যমানৌ,
গানৈমব প্রহেলী সুলপননটনৈঃ রাস লাস্যাদি রঙ্গৈঃ।
প্রেষ্ঠালিভিলসন্তৌ রতিগত মনসোমৃষ্ট মাধবীকপানৌ,
ক্রীড়াচার্যৌ নিকুঞ্জে বিবিধরতিরনৌদ্ধত্য বিস্তারিতান্তৌ
তাম্বুলৈগেন্ধমাল্যৈর্ব্যঞ্জন হিমপয়ঃ পাদ সম্বাহনাদ্যৈঃ,

প্রেম্না সংসেব্যমানৌ প্রনয়ী সহচরী সঞ্চয়েনাপ্তশাতৌ।
বাচা কান্তৈবনাভিনিভৃত রতি রসৈঃ কুঞ্জসুপ্ত নিসঙ্ঘৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ নিশায়াং কুসুমশয়নে প্রাপ্তনিদ্রৌ স্মরামি।"

সুমিৎচুপ্পা উন্ননিংবগী খৌবাংবনা খাংডমদবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা মহানিশা দণ্ড ১২ (অহিং পং ১০ মিনিট ২ দগী নোংঙাল্লমদাই পুং ২ মিনিট ৫১ ফাওবা) দা উন্নবে বৃন্দনা খৌগল তৌই মথংদা নোঙ্কা হাযনতুনা শান্নবা, জগোই শাবা, মন্থখে না ওংযৈবনচিংবা পন্নঃক তৌদুনা সখীশিংগা শান্নে, বিহারগী তিক্ক চাবরা নিংথান শেম্লনা মধুপান তৌই। কন্দর্প লীলাগী আচার্য্য ওইবনা অনিমক্কী মখল মখা যাম্নব কৃষ্ণ লীলাবু শান্নে, শিচবনব খৌগল তৌই। সখী অদি নক মাগী মগী নখদা মখ্রবদা রতি শয্যাদা চেপলিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা রতি লীলাগী অথুপ্পা রাহে রাতা ফজবনা রাবি শান্নবা মতুংদা লৈগী শয্যাদা চেপখিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমকপু ঐনা নিংশিংজ।

মতাং অসিদা শ্রীরূপগোস্বামীনা লেংবা নিত্যলীলা অষ্টকাল লোইবে।

কাল নিপালগী লীলা অসি নুমিৎ খুদিংগী ইকায খদনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ ইবুংঙো ইবেম্মানা শান্নে। শ্রীকৃষ্ণজন্ম, নোংমা কোনবদা নন্দউৎসব, শ্রীরাধাজন্ম মতুং নোংমা কোনবদা বৃষভানু উৎসব, নুমিৎ ৪ অসিদি অষ্টকালগী লীলা অসি শান্নদে মাতুমনা শিপঞ্চমীদগীনা পূর্ণিমা ফাওবা নুমিৎ ১১, মথংদা লমদাগী নোংমা পানবদগীনা পুর্নিমা ফাওবা নুমিৎ ১৫ পুন্না নুমিৎ ১৬, মথক্কী জন্মদিন অমসুং উৎসবকী নুমিৎ ৪ অসিগা পুন্না নুমিৎ ৩০ অসিদি গোচারন লীলা, শ্রীমতি ইবেম্মগী সুর্য্যপূজানচিংবা তৌদে হায়না গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী বৈষ্ণবশিংনা চৎনৈ।

(সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞ)

## সাধক দেহ অমসুং সিদ্ধদেহ

খংজিনগদবা—ঐগী সিদ্ধমঞ্জরীনা শ্রীগুরুরূপা সখীগী অনুগা ওইনা চংজরগা ( তুং ইনজরগা ) সখীশিংনা তৌ-তৌ হায়না থৌদাবা সেবা মখে দৈন্য ভক্তিগা লোয়ননা তৌজহনা ইবুংঙো ইবেম্মগী সামীপ্য ( নাক ) য়োনবা হোৎনগনি। সাধক দেহনা ( হিংলিবা দেহনা ) হোৎনজবা সাধন পুম্নমক সিদ্ধ দেহনসু সেবা ফংজৈ। সাধকনা সাধন লেপ্লবদি সিদ্ধ দেহসু লেপখি। সাধক দেহনা নুমিৎ খুদিংগী নিশান্ত অমদগী নিশান্ত অমা ফাওবা মতম চানা চানা সাধন তৌজগদবা ওই। সাধক অহুনা সংসরিক্কী থবকনা সাধন মতমচানা ঙমহৌদ্রবসু অঙম্বা মতমদা হৌখ্রিবা কালশিং অহুগী দৈনসাধন সেবা অহু লাকশিন্দুনা তৌবদি য়াই অহুগা তুংদা ওইরক্কদৌরিবা কালগী সাধন সেবাদি লাকথৎতুনা তৌফদে। মথক্তসু হায়খ্রে।

## ওঁক্লীং গী ভাবার্থ ॥

"ওঁ"নে, "ক্লীঁ"নে" (কামবীজনে) অসি অসিবু বেদবাদ ঋষি-শিংনা মশা অমতনি হায়ঃ—"ক্লীমোঙ্কারস্যৈ কত্বং পঠ্যতে
ব্রহ্মবাদিভিরিতি শ্রুতেঃ ॥"

(তাপনীয শ্রুতি)

"ক্লীঁ"=ক+ল+ঈ+ং মযেক ৪ অসিনা তিল্লগা "কামবীজ" ওই।

"ককারঃ পুরুষঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ।
লশ্চানন্দাত্মকং প্রেমসুখং চ পরিকীর্ত্তিতম ॥
ঈকারঃ প্রকৃতিঃ রাধা নিত্যা বৃন্দাবনেশ্বরী।
চুম্বনাশ্লেষমাধুর্য্য বিন্দুনা চ সমন্বিতম ॥" ইতি

(নারদ পঞ্চরাত্র)

"ক" না শ্রীকৃষ্ণনি।
"ঈ" না বৃন্দাবনেশ্বরী শ্রীমতি রাধিকানি।
"ল" না প্রেমসুখ ওইবা গুপ্তাঙ্গনি (মদন-মাদননি)।
"ং" নাদনা ভুজে-ভুজে (পাম্বোমগা-পাম্বোমগা) আলিঙ্গন তৌবনি।
"ঃ" বিন্দুনা মুখে-মুখে (চিনগা-চিনগা) চুম্বন তৌবনি।
"ক্লীঁ" কামবীজ অসিব যুগল মুর্ত্তি ওইনা ধ্যান তৌগনি।

## তান্ত্রিক সন্ধ্যা।

"কাম গায়ত্রী" অসিবু শোন্দুনা খুমিৎকী মযাইদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংববু "তান্ত্রিক সন্ধ্যা"-উপাসনা"নি হায়না খংনগনি।

## কাম গায়ত্রী।

"ওঁ ক্লীঁ কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবানায় ধীমহী তন্নোঽনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ ॥"

"কাম গায়ত্রী হয় মন্ত্ররূপ হয় কৃষ্ণস্বরূপ।
সার্দ্ধচব্বিশ অক্ষর তার হয় সে অক্ষর চন্দ্রহয়,
কৃষ্ণে করি উদয় ত্রিজগতে কৈল কামময়।"

(কৃষ্ণদাস কবিরাজ)

"কাম গায়ত্রী" অসি মন্ত্রগা মশকনি। শ্রীকৃষ্ণমক্সি, ময়েক ২৪॥ (কুনমরি মখায) না ওইবনি। ময়েকশিং অসিনা থা ওইবগা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা মবোল অহুম অসিদা (ত্রিভুবন অসিদা) কামগী মশক ওইনা ঙাম্বোয়বিরি।"

"কাম গায়ত্রী" অাস ময়েক ২৭॥০ নি হায়বে। মতাং অসিদা "শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি" হায়বা মহাভাগবত অসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা থুপখ্রবা তুংদা শ্রীরাধাকুণ্ডদা ইকোন কোন্না লৈহৌবা মহান্তনি। শ্রীবৃন্দাবনদনা শ্রীজীবপাদনা প্রভুগা তুংদা ইকোন কোন্না হিংহৌবা অহল ওইববা পরম ভাগবতনি। শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা কামগায়ত্রীগী ময়েক ২৪ দি খংগগা ময়েক॥ তংখাই অসিবু কবন্বা ময়েক্না ওইবিবনো হায়বসি খংবা ঙমখিদ্রতুনা শ্রীকুণ্ডগা সঙ্গমদা জ্ঞান মাংতুনা ঈষৎনিদ্রা হেক ওইরকপদা (মিৎ কুপক্কেৎ তৌবকপদা) গুন চেল্লবা নুপী অমনা (ইবেম্মা রাধারানীনি) বিশ্বনাথবু "হরিবল্লব" হায়না সম্বোধন তৌরগা তাকপিরমই, "ময়েক তংখাই" অহুদি "বর্ণাগম ভাষ্যৎ" কোবা ব্যাকরন অহুদা য়াওরিবনি মহুদা য়েংউ, হায়বন্নগা গুনচেনবী নুপী অহু উখিদ্রে। মতুংদা চক্রবর্ত্তিনা বর্ণাগম ভাষ্যৎ কোবা ব্যাকরন অহু ফংলহুনা য়েংবদা রাহে অসিমক য়াওরমলে। "বিকারান্ত" "য়" কারেন সার্দ্ধইক্ষর পরিকীর্ত্তিতা" হায়রবদি "বিদ্মহে"গী "বি" না লোম্বা 'কামদেবায়"গী "য়" অহু ময়েক তংখায়নি হায়বা তাকপিবমই।

(সাধুসঙ্গদগী পিতা বাবাজীনা তাকপিবম্বনি)

তস্যা অনুচরী অষ্টমঞ্জরী, যথা : –

নাম।

১। শ্রীনবীন মঞ্জরী। ( শেষ কর্নিকাতে শ্রীসানন্দ মঞ্জরী )
২। শ্রীভানুমঞ্জরী। ( ব্রঃ পঃ শ্রীসুনর্ম্ম, শেঃ কঃ শ্রীধীরমঞ্জরী )
৩। শ্রীতুরঙ্গমঞ্জরী। ( ব্রঃ পঃ শ্রীসুরঙ্গ, শেঃ কঃ শ্রীসরম )
৪। শ্রীকলা মঞ্জরী। ( শেষ কর্নিকাতে শ্রীমৃদুমঞ্জরী )
৫। শ্রীরম্য মঞ্জরী। ( ,, ,, শ্রীচারুমঞ্জরী )
৬। শ্রীচন্দ্র মঞ্জরী। ( ,, ,, শ্রীগৌর মঞ্জরী )
৭। শ্রীসুবর্ন মঞ্জরী। ( ,, ,, শ্রীসুপ্রিয়া মঞ্জরী )
৮। শ্রীনলিন মঞ্জরী। ( শেঃ কঃ শ্রীকিশোরী )

বায়ুকোনে ( কৌরুলাইজীদা )– যূথেশ্বরী শ্রীকাম মঞ্জরী
(শেষ কর্নিকা, ব্রজপশ্চিতে )

শ্রীকামমঞ্জরী গৌরঙ্গী, চিত্রবসনা, গন্ধসেবা, বর্ষ ১২ মাস ৭ দিন ৭, গন্ধ নাগেশ্বর, যাবট বাসিনী। পিতা ভদ্রকীর্ত্তি, মাতা মেনকা, শ্বশুর বঙ্ক, শ্বাশুরী বঙ্কা, পতি পৃথুক, স্বামীনা ৭ দিনাধিক, চেষ্টা উৎকণ্ঠারস, পূর্নিমা সুবর্না, শরৎ ঋতু, শ্রীকামোল্লাস কুঞ্জ। তৃষনির্ব্বন্না খগমৃগাদিশ্চ। তস্যা অনুচরি অষ্টমঞ্জরী তস্যা তুল্য চেষ্টা।

তস্যা অনুচরী অষ্টমঞ্জরী, যথা :–

নাম।

১। শ্রীকান্তি মঞ্জরী। ( শেষ কর্নিকাতে শ্রীসুচারুমঞ্জরী )
২। শ্রীরসাল মঞ্জরী। ( শেষ কর্নিকাতে শ্রীকৌতুক মঞ্জরী ব্রজ পশ্চিতে–শ্রীবসন মঞ্জরী )
৩। শ্রীশ্যাম মঞ্জরী। ( শেঃ কঃ শ্রীকেলী মঞ্জরী )

শ্রীকর্ন মঞ্জরী। ( শেঃ কঃ শ্রীবিচিত্র মঞ্জরী )
ব্রঃ পঃ শ্রীগৌর মঞ্জরী।

৫ শ্রীসুদ্ধম মঞ্জরী। ( ব্রঃ পঃ শ্রীকুণ্ড মঞ্জরী, শেঃ কঃ শ্রীকরুনা )

৬। শ্রীচম্পক মঞ্জরী। ( শেঃ কঃ শ্রীহেম মঞ্জরী
ব্রঃ পঃ শ্রীচম্পা মঞ্জরী )

৭ শ্রীস্নিগ্ধ মঞ্জরী। ( শেঃ কঃ শ্রীহরিমঞ্জরী )

৮ শ্রীকন্দর্প মঙ্গরী। ( ,, ,, শ্রীচম্পক মঞ্জরী।

ইষ্ট যুথেশ্বরী মঞ্জরী ও চৌষটি মঞ্জরীর সেবা সমাপ্ত ঃ ॥

## প্রধান মহান্ত অমসুং গোস্বামী।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলাগী সখী, মঞ্জরীশিং অদুনা শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী অবতারগী মতমদা, প্রভুগী লীলাদা ওইরক্লিবা মহান্তশিং, গোস্বামীশিং অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী গ্রন্থশংদা ইমান মান্নদে, য়াম্না খেন্নবা উবা ফংই, অদুবু ভজনীয়া ভক্তশিংগীদি করিসু অকাইবা লৈরোই হায়না সাধু সঙ্গদগী মহানুভাব ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী শ্রীমুখদগী তাজহোই। কনানবু অচুম্বনি অরানবনি হায়বা ওমগদগে ? শ্রীরাধাকৃষ্ণ ইবুংঙো ইবেম্মদনা খংবিগনি, উবিগনি। প্রেমভক্তিতনা শ্রীকৃষ্ণগী অভয় চরনবু ফংগনি, চুমই চুমদে ঙাংনদুনা তর্ক তৌনদুনা লৈরিঙৈদা মতম হৌখিবা তারে। মরম অসিনা সাধক ভক্তশিংনা মতম মাংহন্দনা মহাক মহাক্না থেংনরুবা গ্রন্থগী মত লৌবিরগা সাধন তৌবিবনা হেন্না কান্নবা ওইরগনি। গ্রন্থশিংগী খেন্নবা মখাদা উৎচরি।

"ভক্তিতে মিলয়ে কৃষ্ণ।
তর্কে বহু বহু দুর ॥"

## সখী অমসুং প্রধান মহান্ত ( বৈষ্ণব ইতিহাস )

| (৮) অষ্টসখী (কৃষ্ণগী লীলাদা) | (৮) অষ্টমহান্ত (গৌরাঙ্গ প্রভুগী লীলাদা) |
|---|---|
| ১। শ্রীললিতা সখী। | ১। শ্রীস্বরূপ গোস্বামী। |
| ২। শ্রীবিশাখা সখী (বিশাখিকা) | ২। শ্রীরামানন্দ রায়। |
| ৩ শ্রীচিত্রাসখী (সুচিত্রা) | ৩। শ্রীশিবানন্দ সেন। |
| ৪। শ্রীচম্পকলতা সখী | ৪। শ্রীরাঘব পণ্ডিত। |
| ৫। শ্রীরঙ্গদেবী সখী। | ৫। শ্রীগোবিন্দ ঘোষ। |
| ৬। শ্রীসুদেবী সখী। | ৬। শ্রীবাসুদেব ঘোষ। |
| ৭। শ্রীতুঙ্গবিদ্যা সখী। | ৭। শ্রীমাধব ঘোষ। |
| ৮। শ্রীইন্দুরেখা সখী। | ৮। শ্রীগোবিন্দ দাস। |

( "শ্রীবৃহদ্ভক্তিতত্ত্বসার" অমসুং "শ্রীগৌরগনোদ্দেশকী" মত )।

| | |
|---|---|
| ১। শ্রীললিতা সখী। | ১। শ্রীস্বরূপ দামোদর।<br>( মতান্তরে ধ্রুবানন্দ ব্রহ্মচারি ) |
| ২। শ্রীবিশাখা সখী (বিশাখিকা) | ২। শ্রীরায় রামানন্দ।<br>( মতান্তরে শ্রীস্বরূপ দামোদর গোস্বামী ) |
| ৩। শ্রীচিত্রাসখী (সুচিত্রা) | ৩। শ্রীগোবিন্দানন্দ ঠাকুর।<br>( মতান্তরে বনমালী ঠাকুর ) |
| ৪। শ্রীইন্দুরেখা সখী। | ৪। শ্রীবসু রাম নন্দ।<br>(মতান্তরে কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারি ) |
| ৫। শ্রীচম্পকলতা সখী। | । শ্রীসেন শিবানন্দ।<br>( মতান্তরে রাঘব গোস্বামী ) |
| ৬। শ্রীরঙ্গদেবী সখী। | ৬। শ্রীগোবিন্দ ঘোষ।<br>( মতান্তরে গদাধর ভট্ট ) |

৭। শ্রীতুঙ্গবিদ্যা সখী — ৭। শ্রীবাধব ঘোষ।
( মতান্তরে প্রবোধানন্দ সরস্বতি )

৮। শ্রীসুদেবী সখী। — ৮। শ্রীবাসুদেব ঘোষ।
( মতান্তরে আনন্তচার্য্য গোস্বামী )

## সখী অমসুং প্রধান মহান্ত।

("শ্রীসাধন প্রেমভক্তি তরঙ্গিনি" অমসুং "শ্রীগৌরগনোদ্দেশদীপিকাগী মত)

| (৮) অষ্টসখী (কৃষ্ণগী লীলাদা) | (৮) অষ্ট মহন্ত (গৌরাঙ্গ প্রভুগী লীলাদা) |
|---|---|
| ১। শ্রীললিতা সখী। | ১। শ্রীস্বরূপ দামোদর। |
| ২। শ্রীবিশাখা সখী (বিশাখিকা) | ২। শ্রীরায় রামানন্দ। |
| ৩। শ্রীচিত্রা সখী (সুচিত্রা) | ৩। শ্রীসেন শিবানন্দ। |
| ৪। শ্রীচম্পকলতা সখী। | ৪। শ্রীরামানন্দ বসু। |
| ৫। শ্রীতুঙ্গবিদ্যা সখী। | ৫। শ্রীমাধব ঘোষ। |
| ৬। শ্রীইন্দুরেখা সখী। | ৬। শ্রীগোবিন্দানন্দ ঠাকুর। |
| ৭। শ্রীরঙ্গদেবী সখী। | ৭। শ্রীগোবিন্দ ঘোষ। |
| ৮। শ্রীসুদেবী সখী। | ৮। শ্রীবাসুদেব ঘোষ। |

## মঞ্জরী অমসুং গোস্বামী (বৈষ্ণব ইতিহাসকী মত)"

| (৮) অষ্ট মঞ্জরি (কৃষ্ণ লিলা) | (৮) অষ্ট গোস্বামী (গৌরাঙ্গ লীলা) |
|---|---|
| ১। শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরী | ১। শ্রীগোপাল ভট্ট |
| ২। শ্রীরস মঞ্জরী | ২। শ্রীরঘুনাথ ঘোষ |
| ৩। শ্রীবিলাস মঞ্জরী | ৩। শ্রীজীব গোস্বামী |
| ৪। শ্রীপ্রেম মঞ্জরী | ৪। শ্রীভুগর্ভ |
| ৫। শ্রীরাগ মঞ্জরী | ৫। শ্রীরঘুনাথ ঘোষ |

| | |
|---|---|
| ৬। শ্রীলীলা মঞ্জরী | ৬। শ্রীলোকনাথ গোস্বামী |
| ৭। শ্রীকস্তুরী মঞ্জরী | ৭। শ্রীকৃষ্ণদাস গোস্বামী |
| ৮। শ্রীরতি মঞ্জরী | ৮। শ্রীসনাতন গোস্বামী |

## মঞ্জরী অমসুং গোস্বামী

( "শ্রীসাধন প্রেমভক্তি তরঙ্গিনী শ্রীগৌরগণোদ্দেশদ্বীপীকা" গী মত )

| (৮) অষ্ট মঞ্জরী (কৃষ্ণ লীলা | ( ) অষ্ট গোস্বামী (গৌরাঙ্গ লীলা) |
|---|---|
| ১। শ্রীরূপ মঞ্জরী | ১। শ্রীরূপ গোস্বামী |
| ২। শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরী | ২। শ্রীসনাতন গোস্বামী |
| ৩। শ্রীরস মঞ্জরী | • শ্রীরঘুনাথ ঘোষ |
| ৪। শ্রীবিলাস মঞ্জরী | ৪। শ্রীজীব গোস্বামী |
| শ্রীগুণ মঞ্জরী | ৫। শ্রীগোপাল ভট্ট |
| ৬। শ্রীরতি মঞ্জরী | ৬। শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী |
| ৭। শ্রীমঞ্জুলালি মঞ্জরী | ৭। শ্রীলোকনাথ গোস্বামী |
| ৮। শ্রীপ্রেম মঞ্জরী | ৮। শ্রীভুগর্ভ গোস্বামী |

( "অন্য শ্রীগৌরগণোদ্দেশদ্বিপীকাগী মত )'

| | |
|---|---|
| ১। শ্রীরূপ মঞ্জরী | । শ্রীরূপ গোস্বামী |
| ২। শ্রীরতি মঞ্জরী | ২। শ্রীসনাতন গোস্বামী |

। পণ্ডিতগন নাম ভেদে যাহাকে লবঙ্গ মঞ্জরী বলিয়া উক্ত করেন ।

| | |
|---|---|
| ৩। শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরী | ৩। শ্রীশিবানন্দ চক্রবর্ত্তি |
| ৪। শ্রীঅনঙ্গ মঞ্জরী | ৪। শ্রীগোপাল ভট্ট ( কেহ কেহ বলেন গোপাল ভট্টক গুনমঞ্জরী বলেন ) |

৫। শ্রীরাগ মঞ্জরী — ৫। শ্রীরঘুনাথ ভট্ট

৬। শ্রীরস মঞ্জরী (কেহ কেহ বলেন রস মঞ্জরী কে রতি মঞ্জরী বলেন) — ৬। শ্রীরঘুনাথ দাস

৭। শ্রীপ্রেম মঞ্জরী — ৭। শ্রীভূগর্ভ গোস্বামী

৮। শ্রীলীলা মঞ্জরী — ৮। শ্রীলোকনাথ গোস্বামী

## মধ্যাহ্ন লীলাদা মাইকৈ ৮দা লৈবা সখাশিং।

কুঞ্জ অমমদা সখা অমমল লৈ হায়দুনা চুম্না খংহন্নলম্বদনি। বৈষ্ণব গ্রন্থশিংদা সখাশিংগী সেবাদি উবা ফংদে। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংগা (গোপীশিংগা) শান্নবা ললাদা কনাগুম্বা সখা, গোস্বামী, ভক্ত পুরুষ অমতা চংউবা য়াদে। মরম অসিদগী ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী লীলাদা সখাশিংগী সেবাগী রাফম ইরমদ্রে। সখাশিংনা লৈজবা মফমদংদি চম্না উৎলম্বদনি।

## মায়কৈ ৮গী সখা ৮গী লৈফম।

১। উত্তরে — শ্রীমধুমঙ্গল সখা
২ ঈশানে — শ্রীউজ্জল সখা
৩। পূর্ব্বে — শ্রীঅর্জ্জুন সখা
৪। অগ্নিতে — শ্রীগন্ধর্ব সখা
৫। দক্ষিনে — শ্রীকুকিল সখা
৬। নৈঋাতে — শ্রীবিদগ্ধ সখা
৭। পশ্চিমে — শ্রীদক্ষনন্দন সখা
৮। বায়তে — শ্রীসুবল সখা

## সংক্ষিপ্ত নিত্যলীলা ।। (অশম্বা নিত্যলীলা)

চৌরাষী ক্রোশ শ্রীব্রজভূমিদা— শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী নিত্য-লীলাদা য়াওরিবা সখীশিং, মঞ্জরীশিং, অষ্টকাল, দণ্ড, রস, ভক্তি-অঙ্গনচিংবা সেবা খরদং উৎপনি, মখুদি :

১। সখী,— প্রধান সখী নিপাল (৮), তুংইনবী সখী হুমফুমরি (৬৪) নি।

২। মঞ্জরী—যুথেশ্বরী মঞ্জরী নিপাল (৮), তুংইনবী মঞ্জরী হুমফুমরি (৬৪) নি।

৩। কাল,— নিত্যলীলা খুদিংমক কাল নিপাল নিপালনা ওই। কাল নিপাল অসি নিশান্ত অমদগী নি-শান্ত অমদা লোই।

৪। দণ্ড,— নিশান্ত অমদগী হোরগা নিশান্তা অমদা লোই-বিবা লোংমা অসিবু দণ্ড হুমফু (৬০) না ওই। মধ্যহ্নগা নক্তগদি দণ্ড তরানিথোই/তরা-নিথোইনা (১২/১২ না) শাই, অতৈ কাল তরুক্তি (৬ তি) দণ্ড তরুক/তরুকনা (৬/৬) না ওই

৫। রস,— রস হুমফুবিনা ( ৬৪ না ), চৌষটিরসনা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী লীলাবু থৌগল্লি। বিপ্রলম্ভান কুন্থ নিথোই (৩২ নি), সম্ভোগরস কুন্থানিথোইনি (৩২ নি) রস অনি পুল্লগা রস হুমফুমরিনা (৬৪ না) ওই। অসিবু চৌষটিরস হায়না খংনবে।

৬। ভক্তি অঙ্গ, – ভক্তি অঙ্গ হুমফুমরি (৬৪) নি। অসিগী মনুংদা দেবর্ষিশিংনা অথোই অহেন খল্লগা ভক্তিঅঙ্গ মা াল (৯) দংবু লোখৎপিবমই। ভ ি অঙ্গ মাপল (৯) অসিনা ইবুংঙো ইবেম্মদা ভক্তি কচ্চগদবা ওই।

৭। দিন সংখ্যা – ইবুংঙো ইবেম্মাগী লীলাগা কবিনগা দমক চহি অমবু নুমিৎ চহুম হুমফুনিনা (৩৬০ না) ওইহল্লি। ইবেম্মগী গমনা-গমনদা উৎ'ল।

৮। গমনা-গমন ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলাদা খুদোং চানবগীদমকতা ইবেম্মনা মপামদা, (পিত্রালয়দা) নুমিৎ চা। মরিফুনি (৮০ নি) লৈ। নুমিৎ চাঃ মা ফুনিনা, (১৮০ নিন) নিপা মমু দা (শ্বশুরালয়দা) লৈ। মাসি ব্রজগী সহজবাণিনি। ধা ন ন'পুং গো স্বামী কৃত ঘুঙ্গ পাঁন্থগ্রন্থ)

আত্মা সমর্পন ॥

নলাই ঐগী দেহ, ইন্দ্রি, মন, বাক্য, চিত্ত, ধন, সম্পতি, শক্তি, বল, বুদ্ধি, বিদ্যা, ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্তমানদা তৌজবা ইচ্ছা, চেষ্টা, পরিশ্রম, অভ্যাস, ধর্ম্ম, কর্ম্ম, দুখঃ সুখঃ লজ্জা, ভয়, ত্রাস, মঙ্গল, অমঙ্গল, সকাম, নিস্কাম, কপট অকপট, ভাব, ভজন, সাধন, ভক্তি অঙ্গ, ধর্ম্ম, অধর্ম্ম, শুভাশুভ, লাভ ক্ষতি, পাপ-পুন্য, দোষ গুন, অপরাধ শুদ্ধাশুদ্ধ, বিধি-নিয়ম, কর্ত্তব্যাকর্ত্তব্য, সময়-অসময়, অন্তর-বাহিব,

স্থূল-সূক্ষ্ম ঐশ্বর্য্য, মাধুর্য্য, যৎ কিঞ্চিৎ বিন্দু-বিসর্গঃ অমতা চিথবা লৈতনা ভুতকালদা ওইখ্রবা, বর্ত্তমান কালদ ওইরিবা ভবিষ্যৎতা ওইরক্কদবা পুম্নমক "হে নন্দনন্দন! হে গোপীভর্ত্তু! ইবুংঙো নহাক্কী শ্রীচরন্দা ননাই তোল্লবা ঐনা সমর্পন তৌজরবনি, ননাইবু শ্রীচরনার বন্দদগী জন্ম-জন্মান্তরদা থাদোকপিগনু, ইবুংঙোগী অভয়চরন্দা চংজরবনি" হায়না সাধক দেহনা অহোরাত্রীদা সাধন তৌগগদবা ওই। ভক্তি মাপলগী মমুংদা "আত্ম-সমর্পন" না খ্বাই পুম্নমক্তগী ইরাং ব্রাংবা সোপান (কৈরাক্কী থাক) নি। কাওরগনু।

শ্রীকৃষ্ণগী নরলীলা শান্নফম অসি ধাম অহুমদা ওই, মথুদি,—দ্বারকা (দ্বারাবতী), মথুরা (মধুপুরী) অমসুং শ্রীবৃন্দাবনদনি। শ্রীবৃন্দাবনগী লীলানা পূর্ণতমনি (কৌস্তুভমনিনি)। গ্রন্থাকারনা বিন্দুবিসর্গঃ খরদং ইজরুবা অসাদা গোপীভর্ত্তু শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা শ্রীব্রজগোপীকাশিংগা লোইননা শ্রীবৃন্দাবন্দা নিত্যলীলা শান্নবিরিবা অসিগী মতাংদনি। ইবুংঙো মহাক্পু মুংশিনা নিংনবগী খরদং ইজবা মতাং অসিদা লোইরে।

ওঁ তৎ সৎ ওঁ॥

শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু ।।

( শকাব্দ ১৪০৭ – ১৪৫৫ )



শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু।

শ্রীগৌরচন্দ্রায় নমঃ।

"অজানুলম্বিতভুজৌ কনকবিদাতৌ,
সংকীর্ত্তনৈক পিতরৌ কমলায়তাক্ষৌ।
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগধর্ম্ম পালৌ,
বন্দে জগৎপ্রিয় করৌ করুনাবতারৌ॥"

(চৈতন্যভাগবত)

পাম্বোম্মা খুৎউ য়েৌনা চোনবা, কুচুনা ম্নাঅহিংবা গুমনা ফজবা, সংকীর্তনগী অমতা ওইরবা মপানি। মিৎনা থম্বাল লৈকাগুম্না শাংবা, ভাইবংবু য়েংকপিবা ভ স্নন মচা অথোইবনি। যুগ ধর্ম্মব ঙাকপিবা, তাই-বংপুম্ববু চানবিবা, মাংশি হৈরবা অবতারনি। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণমহাপ্রভুবু খুৎমজৈ॥

"নানা তন্ত্রবিধানেন কলাবপি তথা শৃনু,
কৃষ্ণবর্নং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদং।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ॥"

(শ্রীভাগবত ১১/৫/৩২)

কলিযুগতা বেদনা মক ওইরগা তন্ত্রগী বিধাননা উপাসনা তৌগনি। মতুংবু তাউ — কুচু (মচু) মুবা, মঙাম্না ঙৌবা, শ্রীঅঙ্গ, খুংলাই অমসুং ভক্তগা লোইনবা শ্রীহরিবু মীয়াম তিন্দুনা চলম, মুদ্রা পুম্নমক যন্ত্রনচিংবগী খোঞ্জেনগা লোইননা মহাক্কী গুণ লীলা, নামবু শকপনা পূজাগী পোৎলম ওইদুনা জ্ঞান লৈবা সাধুশিংনা উপাসনা তৌগনি॥

"কলিকালে নাম রূপে অবতার।
নাম হৈতে হয় সর্ব্বজগৎ বিস্তার॥

নাম বিনা কলিকালে নাহি আর ধর্ম্ম।
সর্ব্ব শাস্ত্র সার নাম এই শাস্ত্র মর্ম্ম ।।
কৃষ্ণ মন্ত্র হৈতে হবে সংসার মোচন,
কৃষ্ণ নাম হৈতে পাবে শ্রীকৃষ্ণ চরন।"

( চৈতন্যচরিতামৃত )

কলিগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা নামগী মশক ওইনা অবতার তৌই নাম আসনা শ্রীকৃষ্ণবু পাক চাওনা জগৎপুম্বদা শন্দোকই। কলিদা নাম নত্তবা অতোপ্পা ধর্ম অমা লৈতে, মন্ত্র পুম্নমক্কী মচী ওইরিবদি নাম অসিতনি হায়বসি শাস্ত্রগী অথুপ্পা রানি। শ্রীকৃষ্ণমন্ত্রদগী সংসার অসিবু লাম্থোকপা ঙমগনি অদুগা মহাক্কী শ্রীচরনবুস্মু ফংবা ঙমজগনি।

সত্য যুগতা মীওইবগী পুন্সি অসি চহি ক্লিশিং চ'মনা ওইরম্মি, সনাগী যুগ কৌই। ত্রেতা যুগতনা চহি লিশিং তরাদ মওইরে, লুপাগী যুগ ওইরম্মি। দ্বাপর যুগতন চহি লিশিং অমতা মওইরে, কোরীগী যুগনি। কলি যুগ অসিদদি চহি চামথক্কা মওইরে শেংদবা-য়ানশিন্নবা ধাতুগী যুগ ওইরে।

সত্যযুগতদি মতম য়াম্না শাংনা ধ্যান তৌদুনা ইবুংঙো মহাকপু নিংদুনা আত্মাজ্ঞান ফংবা ( self realisation ) ঙমজরমই, (কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং)। ত্রেতাদদি মতমনা তেনশিনখিবনা শাংনা ধ্যান তৌনবা মতম ফংদবদগী যজ্ঞ তৌদুনা মহাকপু ফংনবা আত্মাজ্ঞান ফংনবা ( self reali-sation ) হোৎনরমই, ( ত্রেতায়াং যজতোমখৈঃ )। দ্বাপরদদি মতম অসি অমুক্কা য়াম্না হেন্না তেনশিনখিবনা শাংনা ধ্যান তৌবগী অমসুং যজ্ঞ তৌবগী মতম লৈরক্তবনা মহাকপু সেবা তৌদুনা নিংন্দরম্মি, (দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং)।

কলিযুগ অসিদদি মতমনা পুমতেন তেনখিবদগী অমসুং অনাচার – অত্যাচারনা খমথেংনা ব্রাংখৎলকপদগী কলিগী তাইবংপানব। জীববু লানবিনবগীদমক অমসুং তাইবং মপুবু ফংজনগী লম্বেল পুথোকপিরমগে হায়বগীদমক্তা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ইবুংঙোনা মগ অসিদা আবির্ভূত ওইবিরমই। মহাক্না তাকপিরমই – শ্রীহরিগী গুণাগুনবু শকপা, শোন্ববা অমসুং তান্দনা ইবু ঙো মহাকপু ফংগনি হায়বা ভাগবত ধর্ম্মনা তাকপা শ্রীহরিসংকীর্তনবু বিশ্বজগৎ অসিদা জাৎ বিজাত খায়দনা, নুপী-অঙাং খাকতনা, চারিজাতিগী ( ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য শূদ্রগা বিনাব শৌদন ) অর্থ-য়াদ খায়দনা সংকীর্তন হায়বা মহাযজ্ঞ অসিবু য়েন্থোকপিবমই, ( কলৌ তদ্ধবি সংকীর্তনাৎ )।

অনাদিকালদগী 'খংননবগী ব্রাংমদা লৈখ্রবা মতমদগী হৌদুনা) শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রী কৃষ্ণ অমসুং শ্রীরাধানা আত্মা অমত। ওইববস্ল লীলাগী কারনগী-দমক্তা অতোপ অতোপ্পা দেহ লৌবিদনা প্রেমবিলাস তৌদুনা। লৈবিরি, ( একাত্মানাবপি দেহভেদং গতৌতৌ )।

হৌজিক্কি কলিযুগ অসিদদি শ্রীরাধা অমসু শ্রীকৃষ্ণ অনি পুল্লগা ইবেম্মগী ভাব কান্তি লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী তিনবাঞ্ছাবু পুরন ওইহন্নবগীদমক ( মপুং ফাহন্নবগীদমক ) শ্রীচৈতন্যপ্রভু ওইনা অবতার তৌবিবনি. ( অন্তরে কালা বাহিরে গৌর )।

"শ্রীরাধায়াঃ প্রনয়মহিমা কীদৃশো বা নয়ৈবা—
সাদ্যো যেনাদ্ভুত মধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।
সৌখ্যং চাস্যা মদনভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভা
ত্তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভ সিন্ধৌ হরীন্দুঃ।

( শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত )

শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা রাধাভাবকান্তি— পুন্থনা অঙৌবা কুচু ওইখ্রে। মসি সাধারন মীচমনা খংদে, রায় রামানন্দনচিংবা ভক্তশিংনা খংই। শ্রীভাগবতনা হ'য়রি, কলিদা "এবীভূত মুর্ত্তিব" সংকীর্তননা যজ্ঞ ওইন্থনা ঈরাংলি। যমুনাচার্য্যনচিংবা বৈষ্ণবাচার্য্যশিং বৌদ্ধগী ভক্তিবাদপু শেংদোক লগা অহানবদা দক্ষিণ ভারত্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুরপ্রেমরসবু কীর্ত্তন তৌরমই। চহি ১০০০ লিশিং অমরোমগী মতুংদা উত্তর ভারত অমসুং পূর্ব্ব ভারতলোমদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুরপ্রেম রসবু শন্দোকখিবনি।

মথংদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পোক্লবা (অবতার) তৌগদবা চহি ২০০ (চ'ন) রোমগী মমাংদা শ্রীজয়দেব কবি বঙ্গদেশতা পোকখি। মহাক্না বৌদ্ধ সহজীয়াগী অচম্বা নিপা রুপাঁদ পাননা কাব্যদগী লৌথোক্লগা মহাক্না ফজরবা পদাবলীনা শ্রীগীতগোবিন্দদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুরপ্রেমরসবু পরকীয়া ভাবতা শকই, তাইবং পানন্দব শুন্দাংলি। অমরোমদা, কবি জয়দেবগী মতুংদদি বঙ্গদেশ অপুম্বা মহাক্না মেংলবা পরকীয়া ভাবতা ইবা গীতগোবিন্দগী পদাবলী অসিনা মরম ওইন্থনা বঙ্গ অসি একতবী নুপী নুপানা অমসুং তান্ত্রিক সাধনাগী শায় চবনা ফেৎ-ফেং হাইখ্রে। মতম অসিদা শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা ভাগীরথী গঙ্গাদা হুঙ্কার তৌন্থনা তাইবং পুম্ববু কৌই অদুদগী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা অবতার তৌই অসুম্না গৌড়ীয় বৈষ্ণবাচার্যশিংনা হায়। (মৈতৈ কীর্ত্তন)

"যঃ শ্রীবৃন্দাবন-ভূবি পুরা সচ্চিদানন্দ-সান্দ্রো,
গৌরাঙ্গীভিঃ সদৃশ-রুচিভিঃ শ্যামধামা নমর্ত্ত।
তাসাং শশ্বদ্দৃঢ়-পরীরম্ভ-সম্ভেদতঃ কিং,
গৌরাঙ্গঃসন জয়তি স নবদ্বীপ মাসন্নমানঃ।।

থাইনা মমাংঙৈদা (দ্বাপর যুগতা) শ্রীবৃন্দাবনদা সচ্চিদানন্দবিগ্রহ শ্রীশ্যামসুন্দরগা মগুন মণ্ডলদা চপ মন্নরবা সনাবু হন্না হন্না ফুদোংবগী

কুচুগুম্না নিংথিজরবী গোপসুন্দরীশিংগা ইবুংঙোগা লোয়ননা নিত্যবাস শাগ্নে। মতম অসিদা ইবুংঙোনা সনাঅহিংবা মচু মানদী ৎোবেক ঙোরবা ইবেম্মশিংবু তোয়না তোয়না চেৎনা চেৎনা আলিঙ্গন তৌরদগী। (কোনশিন্ন বদগী) অঙৌবী গোপবধূশিংগী মচু অদু ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গদসু পকাথ। মরম অসিদগী চন্দক্কী কলিযুগ অসিদা ইবুংঙোনা অঙৌবা কুচুগী রূপ লৌরগা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইদুনা আবির্ভূত ওইরগা শ্রীনবদ্বীপ্তা জয় ওইবিবি।

( শ্রীগৌরগনোদ্দেশ দীপিকা )

## শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী জন্ম ( শকাব্দ--১৪০৭ )।।

শকাব্দ ১৪০৬ (খৃষ্টাব্দ ১৭৮৪) গী রাকচিংগী থাশিরনদাইদা নদীয়াদা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা শচারানীদা শ্রীকৃষ্ণবু প্রকাশ ওইহল্লি, ( গর্ভ পূহল্লি )। থা ১৩ গর্ভ পুবগা শকাব্দ ১৪০৭ ( খৃঃ ১৪৮৫ ) গী ফাইরেন পুর্নিমা ঈরাই হুমিৎকী সন্ধ্যাগী শুভক্ষনদা সিংহ রাশী, সিংহ লগ্ন, উত্তরফাল্গুনি নক্ষত্র; উচ্চগ্রহ ওইবা মতমদা শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু ইবুংঙোনা আবির্ভূত ওইখি ( পোকখি )। ভুত-প্রেত, যক্ষদক্ষবু শঙ্কা তৌবদগী ভুত-প্রেত চংবা ঙমদনবা হায়দুনা "নিমাই" হায়না কৌখি। (চৈতন্যচরিতামৃত)

নাম করনগী মতমদদি "বিশ্বম্ভর" কৌখরে। ইবুংঙোগী স্নাহকচাং অসি ঙৌই হায়দুনা "গৌরচন্দ্রসু" কৌই। সন্ন্যাষ ওইখ্রবা মতুংদদি ইবুংঙোনা জগৎপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু চেতন ( খংহনবা, ফাওহনবা, রাখলচংহনবা ) পিবীই হায়দুনা ইবুংঙোবু "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু" হায়না কৌখরে, হান্নগী নিমাই, বিশ্বম্ভরনচিংবা নাম অদু লৈখিদরে।

### লক্ষন।

ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গ অসি লক্ষন কুন্থ্রা নিথোইনা লৈতেংই। মদুদি,

"পঞ্চদীর্ঘঃ, পঞ্চসূক্ষ্মঃ, সপ্তরক্তঃ, ষড়ুন্নতঃ, ত্রিহ্রস্ব, ত্রিপৃথু, ত্রিগাম্ভীর, দ্বাত্রিংশল্লক্ষনো মহান।

( চৈতন্য চরিতামৃত আদিখণ্ড )

নাতোন, পাম্বোম লাইপক মথক, খুকউ - শাংই ; উনশা, শম খুৎশাগী মতোন, য়া, হকচাংগা তু কুপই ; মিৎ, খুয়া, ভো, চিনবান মথক মথা, খুজীন ভাংলি ঙ ংলি তৌই ; ওকশম, ফৈবাক, ফৈবোম তে ল্ল ; থ্বাং, লাইবক, থবাক পাকই ; খেইদৌ, স্বর অমসুং সত্ত্ব আসনা গম্ভির ওইনা লক্ষন কুম্থানিথোইনা মহ পুরুষ অসিগী লৈহ্নেং ওই।

শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুগী জন্ম কুণ্ডলা ( কোষ্ঠী )

শকাব্দ ১৪০৭, ১৯শে ফাল্গুন পুর্নিমা তিথি শুক্রবার জন্ম ॥




যোগ কারক মঙ্গলের সহিত পঞ্চমস্থানে শঞ্চম পতি বৃহস্পতি ৪র্থ সমন্ধ করায় ইনি বাকশক্তি সম্পন্ন মহাপণ্ডিত বলিয়া খ্যাত ছিলেন। বৃহস্পতি ও মঙ্গলের সম্বন্ধ নিবন্ধন ইনি ন্যায়, দর্শন, স্মৃতি, বাক্য ও ব্যাকরন শাস্ত্রে সুপণ্ডিত, মেধাবী এবং শ্রুতিধর ছিলেন। ইহার কেন্দ্রস্থানে ৭ টী গ্রহ থাকায় এবং বৃহস্পতির সহিত মঙ্গল ৪র্থ ভাবে সম্বন্ধ করায় পরন্তু নবম ভাবে বৃহস্পতির পুর্নদৃষ্টি থাকায় এবং যোগকারক মঙ্গল বলযুক্ত হওয়ায় ইহার প্রবল সন্ন্যাস যোগ ও ধর্ম ভাবের সূচন করিয়াছে। ইতি ॥

## ইবুংঙোগী বেদশাস্ত্রগী আভাস ॥

মপা ইবুংঙোনা অথোইবা পণ্ডিত জগন্নাথ মিশ্রসি-ব্রাহ্মননি, মমা ইবেম্মনা শচী রানীনি। নিলাম্বরচক্রবর্তীগী মচানুপীনি। নিলাম্বর চক্রবর্তী অফাওবা সামুদ্রিক বিদ্যা হৈবা (খুবাক ময়া য়েংবা হৈবা) পণ্ডিতনি। মখোয় অনিনা মচা নিমাইগী লাকওম ফাওমদবা উবদগী মচাবু লাইরিক লাইশু তমহল্লোই লাইরিক হৈত্তবা অপংবা অঙাং ওইনা থমগে নিংখি। মরমদি মচা নিপা অহল বিশ্বরূপসু লাইরিক লাইশু তমলগা মশাগী চহি ১৬ শুরকপদা সংসার থাদোক্তুনা লম্বোইদুনা চংখি। বেদ শাস্ত্র হৈরগা মপা মমাগী অরাবা ওইহল্লি হায়না খনখি। অদুবু মচানিপা নিমাইদি লাকনা-ফানবা য়াবা অঙাংদি নত্রে, মহাকপু লাইরিক তমহনদবা ওমদ্রে। ওস্থোকপনি বিধাতাগী খুংশেম ! নিমাইনা চহি ১২ হেক শুরকপদা মপা ইবুংঙো জগন্নাথ মিশ্রসু নোঙ্গাখিরমই, মমা ইবেম্মা শচীরানী বিধবা ওইরে। মচাবুতা য়েংদুনা লৈজববা মমানি। নিমাইদি মপুক্কিং অনি লোংদনা অঙকপগী মশক ফংনা লাইরিক তমখি। মতুংদদি নবদ্বীপতা অথোইবা পণ্ডিত অমা ওইরবলে। মরম্নাইগী সংস্কৃত টোল লিংখৎলে মতুদা নদীয়াবাসী অঙাংশিংবু লাইবিক নিংথিনা তম্বিবা হৌরে।

## ইবুংঙোগী বিবাহ ( শকাব্দ—১৪২৯ )

শকাব্দ ১৪২৯ ( খৃঃ ১৫০৭ ) দা ইবুংঙোগী মশাগী চহি ২২ শুরকপদা লক্ষ্মীদেবীগা লোইননা ইবুংঙোনা শুভ-বিবাহ তৌই। কুম অসিদা দিগবিজয়ী পণ্ডিত কাশ্মীরাবু বেদ বেদান্তনচিংবা শাস্ত্র কয়াদা জয় তৌখি। ইবুংঙোদি বেদবিৎনি কনাগুম্বা বিদ্বান অমতনা ইবুংঙোবু মাইথিবা পীবা ঙমখিদে। ইবুংঙোগী বিবাহগী চহি অসিমক্তদা নিমাই পণ্ডিত অসি স্বর্গীয় মপাবুং ইবুংঙো জগন্নাথ মিশ্রগী পিণ্ডদানন

চিংবা জাতিগী তৌফম থোকপা সংকার পুন্নমক তৌরুনবগীদমক গয়াদা চৎখি। গয়া য়ৌরগা নিমাই য়াম্না কন্না নারে। মতম অসিদা নিমাইনা খংখি,— বেদঅভ্যাস মপুংফানা তৌরবা ব্রাহ্মন বৈষ্ণবকী পদরজনা (খুয়াগী উফুলনা) কোক্তা হাপ্লবদি অনাবা, অৱাবা লাইবকথিবা মশাগী পাপ পুন্নমক কোকই, অমত্তা গুন পুন্নমক মী অতুদা চংলকই হায়বা 'শ্রীভাগবতকী ৪ র্থ' স্কন্ধদা, বর্নন তৌরিবা বেদবিৎ ব্রাহ্মন বৈষ্ণবকী দিব্যগুণশিংবু নিমাইনা কাওখিদে। মতুগী মতুংইন্না নিমাইনা বেদভ্যাসী ব্রাহ্মনগী পদরজবু লৌরগা মকোক্তা হাপ্লদগী মশাগী অনাবা ফখরে। গয়াদা লৈরম্বা বিষ্ণুপাদ দর্শন তৌবদগী নিমাইগী থম্মোইদা ইহান হাম্না প্রেমগী উদয় ওইখি। মফম অদুনা শ্রীঈশ্বর পুরীদগী পণ্ডিত নিমাইনা বিষ্ণুদীক্ষা ফংখি।

## শ্রীবিষ্ণু দীক্ষা (শকাব্দ–১৪২৯)॥

শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীনা অনৌবা নোংছো উবদগী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা উন্মাদ ওইখি, মধুরপ্রেমরসবু ফংখি। মহাক্কী শিষ্য শ্রীঈশ্বর পুরীদগী নিমাই পণ্ডিতনা শ্রীবিষ্ণুদীক্ষা ফংবদগী শ্রীকৃষ্ণগী মধুর প্রেমবু ফংখি। লোইনা লোইননা শ্রীহরিগী সংকীর্তনসু তমলকখি।

শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীনা প্রেমভক্তিগী মহাবল্লতরুনি, ঈশ্বর পুরীনা অঙ্কুরনি (ময়োলনি), শ্রীমন্মহাপ্রভুনে, শ্রীনিত্যাইনন্দনে, শ্রীঅদ্বৈতনে, অদুম অসিনা মহাকল্প বৃক্ষগী অচৌবা মশা অদুমনি।

শ্রীমন্মহাপ্রভুদগী ওইবা শাখা শ্রীলোকনাথ গোস্বামী মাঙোন্দগী শ্রীনরোত্তমদাস ঠাকুর, শ্রীনরোত্তমদগী মথং মথং লাক্লুনা শ্রীরূপ-পরমানন্দদগী লাক্লুনা রাজর্ষি শ্রীভাগ্যচন্দ্র জয় সিংহ ফাওবা লাকপা মধুর প্রেম রস, প্রেমভক্তিনা শতাব্দী কয়াচুপনা মনিপুরবু যোগীন্দ্র

মুনিন্দ্রনা খল্লুদুনসু লাম্বা ফংখিদ্রবা বাখলগীসু বাংমদা লৈখুবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুর প্রেমরসকী অমৃত্তবু পীথকলি।

হৌজিক নিমাই পণ্ডিত গয়াদগী হল্লকলে। ইবুংঙোনা য়ুম য়ৌরকপা মতমদদি নহা ওইরিবী ইবুংঙোগী মনাই মুপী লক্ষ্মী ঠাকুরানীদি লিললা চিকতুনা লোঙ্গাখিরমলে। মতম অসিদা নিমাই চহি ২২ হেন্দরি। মমাগী য়াথং মতুং ইন্না মতম অদুগী ফাওরবা রাজ পণ্ডিত সনাতনগী মশক মতৌ ফজরবী, গুণচেন্নবী মচানুপী বিষ্ণুপ্রীয়াগা লোয়ননা অমুক হন্না লুহোংখি। শচীরানীনা মচা-মমৌ য়েংজদুনা অরাবা পুন্নমক কাওদুনা ঈংনা মতম লেনজখি। অদুবু নিমাইদি য়ুম্বানবগী মওং অসি মুংঙাইবনি হায়রবা কুইনা নিংবা ওমলকত্রে। মখমদি মাইকৈ মরিমক্তা হিংসানা থল্লবা শাঙ্ডা, য়ুনা খুংলাই ওইনা ঈরাং পুজা তৌনবিবা শাক্তশিংগী ওং-নৈবনা বৈষ্ণবশিংগী খুদোংথিবা ধর্ম্মগী মরাই চাইথরকপা অসি খল্লুবদা তপথনা লৈবা ঙমলকত্রে। মতম অদুদা নবদ্বীপতা ভক্তি প্রেম নত্তবা পুন্নমক্তি শুনা লৈরমই ভারতা নবদ্বীপকুম্বা অনি শুদে।

বাসুদেব সার্ববভৌম, নৈয়ায়িক শিরোমনি রঘুনাথ. স্মার্ত শিরমনি রঘুনন্দন আগম বাগীশ কৃষ্ণানন্দ, প্রেমভক্তিনিধি শ্রীমন্মহাপ্রভু মখোয় অসি নবদ্বীপতা থোকুনা মাগী মাগী কক্ষদা ( লম্বেলদা ) চৎলম্বনি। তৌইগুম্বমুং শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা রূপতা, গুণদা, বিদ্যা। নবদ্বীপতা ফাওমিন্নখিবশিং অদুগী মরক্তা পান্দমনবা য়াবা অমতা য়াওখিদে। মহাক্তি থাঙ্গৈশেংলমক পরমভাগবত দিব্যশক্তিনি। ভারতভুমি অসি পাপা মমশিলক্রবা, ধর্ম্মনা ময়েং তাশিল্লক্রবা মতম অসিদা জ্ঞানগী থাওমৈ পাইদুনা মীওইবনু মাগী চান্নবা মশক তাকপা ইবুংঙো অদুদি সংসংবা শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু অসিনি।

নিমাইনা শ্রীঈশ্বরপুরীদগী শ্রীকৃষ্ণমন্ত্র দীক্ষা হেক ফংলদগী হৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা পুংঙাও ঙাওখ্রে। মতম অদুদগী হৌবদুনা মহাক

নিমাই পণ্ডিত ওইখিদরে। গয়াদগী মহুম নদ্বীপতা হল্লক্লগা কপতুনা, কপহনহুনা, জগোই শাহুনা, শাহনহুনা শ্রীবাসকী প্রাঙ্গনদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা ইথক হৌহন্দুনা তাইবংদ। ওইথোক্কবা "সংকীর্তনবু হৌখি। প্রভুগী টোল অপুম্বা থংজিনখ্রে, শিষ্যশিংনা কোইরহুনা কীর্তন তৌই। নাম সঙ্কীর্তন তম্বি, ময়ামগা লে'ইনহুনা নাম কীর্তন শকই। নাম কীর্তন তৌবা মতমদা তারক ব্রহ্মনাম ষোলনামবুদি- "জপনীয়নি" (জপ তৌনবা মন্ত্রনি) "গেয়" নত্তে (শকনবা নত্তে) হায়হুনা ইবুংঙোনা লাওনা শকখিদে। "জপনিয় মন্ত্রবু ফোংনা শকলুবদগী স্বামী রামানন্দনা মন্ত্র অসিগী সিদ্ধি ফংবা লেপখি। কনাগুম্বশিংনা মন্ত্র অসিনা কীর্তন তৌই, ফত্তে হায়বদি হৌনদে, শ্রীভাগবতনা তাকপদা লৌবনি, শিষ্টগী আচাব ঙাকশতনি। স ধক, সিদ্ধকনা লাওনা কীর্তন তৌগদবা নামদি,--

"হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন
গিরিধারী গোপীনাথ মদনমোহন॥ অসিনচিংবা॥

(সঙ্কীর্তন মহাযজ্ঞ)

শ্রীগৌরাঙ্গগী সংকীর্তনদা নিত্যাইনন্দসু তিল্লবে। অদ্বৈতচার্য্যাদি হাম্লনা লৈবমহুনা থেংনরে॥ মথংদা যবন হরিদাস লাকই মহাকপু কাজীনা (মুসলমানগী জমিদারনি) কৈথেল ২২ দা লীচৈনা ফুহুনা চিংলবসু প্রহলদগুম্না হবিনাম কচীবু থাদোকখীদে। জগাই মধাই-গুম্বা মহাপাতকশিংশু শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা লানবিরে। তৌইগুম্বসুং মীগী ফৎতবা ঙাংবদা হালেংবা লৈত্রবা, মীবু নিন্দা তৌবনা নুংঙাইজবা ওইরবা নিন্দুকশিংগী মরৈদি অরেপ্পা লৈখিদে, মথোয়না হায়রিবদি,

"ময়ুমদি মশক মতৌ ফজরবী যুবতীব থমজিল্লগা মহাক্লা করমনা হরিভক্তি প্রচার তৌগনি" অসিনি। পণ্ডিতশিংশু নিন্দুকশিংদ. তোংশিনখ্রে মগুংদসু মপান্দসু ত্যাগব্রত তৌরবা নিপাগী মচিন্দগী প্রচাব তৌবা নত্তনা, করম্বা ফিদমবু লোক সমাজনা মান-মর্য্যাদা তৌগদগে ? মতাং অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা মী ওইবা পুগমকপু চিংনবা লৈহন্দন। শ্রীহরিগী নামামৃতবু অথাকপা লৈতনা য়েনবিগে হায়বগীদমক অমসুং নিন্দুকশিংগী নিন্দাবু কোকহনগে হায়বগীদমকতা ইবুংঙোনা সংসার ত্যাগ তৌখ্রে।

## ইবুংঙোনা সংসার থাদোকপা

( শকাব্দ—১৪৩২ খৃঃ ১৫১০ )

নোংমা অথেংবা শুক্রবা অহিংদা ইবুংঙোগী চান্নথোইবী যুবতী পত্নী বিষ্ণুপ্রিয়া ঠাকুরানীবু, অহল ওইববী লুখ্রাসু ওইববী মমা শচী ঠাকুরানীবু, মহাক্কী পেননম ওইরবী ভাগীবথী গঙ্গাবু, মহাক্কী নুংশিরবা পোক্নফম নবদ্বীপ ধামবু হুন্দোক্রম্লগা শগোলশেল নুমিৎতা গঙ্গা পার তৌখ্রে, য়ুম থাদোকতুনা লেংখ্রে। নুমিৎ চুপ্পা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেমনা, কপ্পা মক্তনা তপথবা ভমখিদ্রবা বৈষ্ণবকী পুকনিংনি। নুমিৎ খুদিংগী অনৌবদগী অনৌবতা ওইরবা শ্রীযুগলা কিশোরগী প্রেমানন্দদা ইবুংঙো ডাওখবে। শ্রীমন্মহা প্রভুগী প্রেম তত্ত্বদ অসান। অসিগুম্বা প্রেমতত্ত্ববু মমল য়াওদনা অথাকপা লৈতনা জগৎজীবপুম্বদা পাগে য়েনগে হায়রগীদমক্তা প্রভুনা সংসাব ত্যাগ তৌখিবনি

## ইবুংঙোনা সৈন্ন্যাস লৌখিবা।

( শকাব্দ ১৪৩২ খৃঃ ১৫১০ )

শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা য়ুম থাদোকপা মতম অসি চহি ২৪ দা মঙাইরি, শকাব্দ ১৪৩২ ( খৃঃ ১৫১০ ) দনি। ব্রাকচিংগী ১৭ ন পানবা শগোলশেন নুমিৎনি। মথংগী ঈরাই নুমিৎকী অযুকতা কাটোয়া য়োরে, নুমিদাংবাইদা

শম কোকখোক্লে খুজিল খুয়া ককথংলে। বাকচিং ২৯ ন্নি প'নমা থাংজ হুমিত্তা প্রভু "কেশবভারতীদগী শাস্ত্রীয় সন্ন্যাস লৌখ্রে। হুম্নিং অসিদগী ইবুংঙে'বু নদের নিমাই কৌখিদরে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু কৌখ্রে।

"রূপ লাগি আঁখি ঝুরে গুণে মন ভরে।
প্রতি অঙ্গ লাগি কাঁদে প্রতি অঙ্গ মোর॥
হিয়ার পরশ লাগি হিয়া মোর কাঁদে।
পরান পিরিত লাগি থির নাহি বাঁধে॥"

(জ্ঞান দাস)

শকতা য়েংউরে মীং অসি ইপেন পেল্লি, গুণদা য়েংলুবে পুক্লিং অসি পেল্লি, হকচাংগী কায়াৎ পুম্নমক য়েংলুবগা ইশাগী হকচাং পুম্বা কপনিংই, মিংকী পী উরুরগা ঐস্মু কপনিংই, মহাকপু মুংশিকবদগী ঐগী থবাই অসি পুবা (থাংবা) ভমদ্রে।

মতাং অমদা, দ্বাপরগী লোইরমদাই কলিগী প্রথম সন্ধ্যা ওই-শিল্লকুবদা কংশগী ধনুর্যজ্ঞগীদমক কংশনা "রামকৃষ্ণ" মচিনমনাওবু পুরক্নবা অক্রুরবু বথগা লোইননা থারকই। অক্রুর রথগা লোইননা থুংলরে। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ বলরাম মচিন-মনাওদি নন্দ যশোদাগা লোইনন। বল্লুলাবনদা অমস্তুং শ্রীরাধাকুণ্ডগী মরকতা লৈবা মঘেবা বনদা লৈবল্মি। মফম অসিদগী অক্রুরনা মচিন-মনাওবু রথদা পুখিবনি। যশোদা (নন্দরানী), ব্রজবালক, গোপ, ব্রজবালিকা পুম্বা ইবুংঙো মচিন মনাওগী করি থোক্লগদগে থনবদা বাবনা ভমখৈ লৈখিদরে, মযাম পুম্নমক কপ্লরে। শ্রীমতি ইবেম্মা রাধিকা অমস্তুং লোইনবী সখীশিংশু কপ্লরে। মতম অসিদা রথগী মমাংদা লেপ্পুনা রাধানা ঐ শিজবগে হায়না রথগী চাক্কাবু ইবেম্মগী শম্না যেৎতুন থাম্মি, কাংদি লেপখিদবে, শমখোংদা ঈ থোকলে, নমথাংনচিংবস্থ শেগাইরে। শ্রীমতি ইবেম্মগী অবস্থা অসি উবদা বথ খামলগা ইবুংঙোনা বথদগী লেংথরকলে, ইবেম্মবু

কোনখৎলগা হায়রকই,— "ইবেম্মনা ঐগীদবক রাবসি ইহদ্বাপর অসিদগী ইবেম্মগী লমনশিংবা গুম্মরোই, হয়েং কলিযুগতা শিংগেকো। লমন করম্না শিংগদগে হাযববু ইবেম্মগী শমখোংদা থোকখিবা ঈগী লমন ওইনা ঐগীশম কোক থোকে, ইবেম্মগী নমখাং শেগাইরিবা অসিগী লমন ঐনা ঐ ফীজেৎ মচেৎ মচেৎ ওইনা শেৎকেকো, মতিক চাই চাদে খনবিগনুকো রাধে।" অসি হায়রম্লগা ইবুংঙোদি রথদা কাখৎলগা লেংখ্রে। মবম অসিদগী "রাধার ঋন শোধিবারে" হন্দকী কলিযুগ অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গদেব ওইনা পোক্লগা লূ কোকথোক্তুনা, শেড়াকাম্বা পুত্থুনা, কৌপীন শেৎতুনা সন্ন্যাস আশ্রমদা চংখ্রিবা অসিনি।

মতাং অসিগা মরি লৈননা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাদা হায়খি,—

"অহমেবা কচিচদ্ব্রাহ্মন সন্ন্যাসা শ্রমা শ্রিতঃ।
হরিভক্তি গ্রাহয়ামি কলৌপাপহতান্নরান॥"

( চৈতন্যা চরিতামৃত আদি খণ্ড )

হে ব্রহ্মান। শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি, - ঐনা করি করিগুম্বা মতমদা খল্লি, কলিগী মীওইবগী পাপপু মাংহন্নবগীদমক সন্ন্যাস আশ্রামদা চংহুনা হরিভক্তিবু মীয়ামদা লৌহনগনি॥

ইবুংঙোনা চহি ২৪-৩০ ফাওবা
খা ভারত, অৱাং ভারত অমসুং নোংপোক
ভারত্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রসতত্ত্ব তৌবা॥

শ্রীচৈতন্যমহা প্রভুনা অহানবদা পুরীধামদা বাসুদেব সার্ব্বভৌমবু শিষ্য ওইনা লৌশিনবিখি। মথংদা গৌরদেশগী বাদসাহ হুসেন সাহগী মন্ত্রী "রূপ" পু প্রয়াগতা লৌশিনবিরে। খরা লৈরগা রূপকী ময়াম্বা "সনাতন" বু বারানসীদা লৌশিনবি। অম্সুম তৌত্থুনা চহি ৬ চুপ্পা ন্নোংপোক, অৱাং, খাংভারত কোইত্থুনা ধর্ম্ম প্রচার তৌখি। ইবুংঙোগী

মশকগী চহি ২৪ দগী (সন্ন্যাস লৌখিবদগী) চহি ৩০ শুবা ফাওবা অসি মধ্যলীলাগী মতম নি। চহি ১৮ না পুরীধামদা লৈরগা ভগবৎ ভক্তিগা মরি লৈনবা শাস্ত্র অপুম্বা নৈনরম্মি।

## দক্ষিনভারত্তা রামানন্দরায়গা উন্নবা

ইবুংঙোনা চহি ৬ অসিগী (চহি ২৪-৩০ ফাওবা অসিগী) মদুদা শ্রীরূপ-সনাতন মচিন মনাও অনিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অবৈধপ্রেমতত্ত্ব পুম্নমকপু তাকপিরগা গৌরদেশতা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু প্রচার তৌহল্লি। ইবুংঙো মশানা খা-ভারত্তা লেংলগা গোদাবরী তুরেল মপান্দা "রামানন্দরায়"-গা উন্নখি অদুগা মনাইদা পাঙ্গল পিবিরগা মহাক্কী মচিন্দগী শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী রসতত্ত্ববু হায়হল্লগা হন্না হন্না আলোচনা তৌখি। শ্রীমদ্ভা-গবততা প্রেম পুম্বদগী গোপীপ্রেমনা অহেনবা ওইনা তাকই, "বৈধ প্রেম-দগী" (স্বকীয়া প্রেমদগী) "অবৈধপ্রেমনা" (পরকীয়া প্রেম্না), হেনববু য়াম্না নিংথিনা বর্নন তৌই। অদুমনদি ওইরগা কনাগুম্বা গোপী অমতগী মিংবুদি পন্দুনা হায়দে। ইবেম্মাগী (শ্রীরাধাগী) প্রেমদি থুম্লাদগী থুপথ্রবা কনাগুম্বা অমতনসু থল্লুদুনা ফংবা ঙমদবা অবৈধ প্রেমনি। অসিগুম্বা থুপথ্রবা ইবেম্মাগী প্রেমবু নামগা লোইননা জগৎজীব পুম্বদা পিবিগে হায়দুনা ইবুংঙোনা অবতার তৌরগা মনাই রামান-ন্দদগী প্রেমতত্ত্ববু হায়হল্লগা ইবুংঙোনা প্রচার তৌবনি। বেদ'পুম্বা ইবুংঙো মহাক্কী য়াথংনি অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মতিক মগুনদি সাধুগী মচিন্দগী প্রচার তৌহনবা হৌনৈ। মরম অদুনা প্রচার তৌনবগীদমক মনাই রায়বু হায়হনবনি। শ্রীমদ্ভাগবতকী দশমস্কন্ধদা ব্রহ্মানা স্তুতি তৌবদা হায়,— হে ইবুংঙো! নহাক্কী ননাইশিংগী চিন্দগী থোকপা নহাক্কী নতিক নগুনবু তারুবা জীবশিংনা পুক্নিং হকচাং অমতা ওইনা লৌজবতনা জ্ঞান ফংগে হায়না তাল্লুদ্রবসু নহাকপু ফংবা ঙমই। মরম অসিদগী ইবুংঙোসু রামানন্দগী মচিন্দগী শ্রীকৃষ্ণগী গুনা গুন ময়ামবু হায়হনখিবনি।

প্রভুনা গোদাবরী মপান্দা রামানন্দরায়বু হেক উম্নবা মতমদা নোক্নুনা হায়,— "সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা নংগী নগুনবু ঐঙোন্দা হায়, মরম অদুনা ঐনা নহাকপু উম্নগে হোৎনরিবনি, হৌজিক্তি উম্নরে।" রায়না হায় "ঐদি নিংথৌ খনবা বিষয়ীনি অতোনবা শূদ্রনি, ইবুংঙোদি সংসংবা ঈশ্বর নারায়ননি, নংমী থৌজালনা ঐবু উহনবিরে, রায়রামানন্দদি মহাভাগবতনি।। প্রভুনা মহাকপু সাধ্য নির্নয় তৌনবা ( নিংগদবা মপুবু শংলনবা ) বেদপুরান কয়ামুক্তী শ্লোক্ পু হায়হল্লি। বায়গা প্রভুগা অনিনা শাংনখিবা খরদংবু পাঠক্ শিংনা নুংঙাইনবা উৎলি। মাদুদি, :—

মী ওইবনা পোক্লগা ফংগে হায়না তান্ গদবদি শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিতনি। শ্রীকৃষ্ণবু নিংনবগী ভক্তি অঙ্গ ৬৪ নি। মাদুগী মনুংদগী ভক্তি অঙ্গ ৯না অথোইবনি, মাদুদি ১। শ্রবনং, ২। কীর্ত্তনং, ৩। বিষ্ণোস্মরনং, ৪। পাদসেবনং, ৫। অর্চ্চনং, ৬। বন্দনং, ৭। দাস্যং, ৮। সখ্যং, ৯। আত্মনিবেদনং। মাপল অসিগী মনুংদা মথক্তী তরুকপুনা চুম্নগী ভক্তি কৌই। মখাগী অহুম হায়বদি দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদনবুনা "প্রেমভক্তি" কৌই হায়না বৈষ্ণব দর্শন শাস্ত্রনা শংহল্লি। প্রেমভক্তি অসিবু অমুক মখল মঙা থোক্না খাইদোকই, মদুদি—
১। শান্ত, ২। দাস্য, ৩। সখ্য, ৪। বাসল্য, ৫। মধুররসনি। গুন মঙা অসি অমুক মথং মথং হেনগৎলকতুনা মঙাশুবা গুন "মধুররস" তা পুমতিন তিল্লে। শান্তদগী দাস্য, দাস্যদগী সখ্য, সখ্যদগী বাসল্য, বাসল্যদগী মধুররস, মধুররসনা পুংহেল হেল্লি, মধুররস হায়বদি 'কান্তারস'-নি। মধুর, উজ্জ্বল, শৃঙ্গার অহুম অসি মশা অমতনি।

১। শান্তরস কী ভক্তশিংদি— সনক, সনন্দন, সনাতন, সনৎকুমারনা চিংবনি।

২। দাস্যরস কী ভক্তশিংদি — ব্রহ্মা, মহাদেব, উদ্ধব, দারুকশ্রুতদেবনা চিংবনি।

৩। **সখ্যরস** কী ভক্তশিংদি— ব্রজদা সুবল সখা, হস্তিনাপুরদা অর্জুননা চিংবনি।

৪। **বাসল্যরস** কী ভক্তনা— মথুরাদা বসুদেব-দেবকী, বৃন্দাবনদা নন্দ-যশোদানি।

৫। **মধুররস** না — মথুরাদা কুবুজা, দ্বারকাদা রুক্মিনী সত্যভামানা চিংবী অস্ট মহিষী, ব্রজদা শ্রীমতি রাধীকানা চিংবী ব্রজগোপী শিংনি।

অসুম তৌহুনা ভক্তনা তানগদবদি কান্তাপ্রেমরসতনি হায়বা অসি রায়না প্রভুদা হঙ্গৎলি।

শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম হায়বাদ "কৃষ্ণবু পাম্ববু" কৌদে, শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিববু" কৌই। অপাম্বগা মুংশিবগা চাংদমুবা য়াদে, ফদিগা সনাগা গুম্বনি। ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ইপুরোইবনি হায়না নিংলিবা অহুবু মধুর প্রেমভক্তি কৌই। মধুর প্রেমভক্তিনা পুমহেন হেল্লি, শ্রীকৃষ্ণবু ফংই। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি, ঃ--

"ময়ি ভক্তির্হি ভূতানাম মৃতত্ত্বায় কল্পতে।
দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎ স্নেহো ভবতীনাং মদাপনঃ॥"

(শ্রীভাগবত)

হে গোপীশা! এঙোন্দা ভক্তি তৌবা জীবনা তাইবংপানদগী (পোকপা শিবা, পোকপা শিবা নাইবা সংসার অসিদগী) লান্দুনা মোক্ষ ফংই, নখোইদি লাইবক ফহুনা ঐবু মুংশিরে, মরম অহুদগী নখোয়না ঐবু ফংলিবনি।

"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহং।
মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ॥"

( গীতা )

শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনদা হায়, - হে পার্থ! মী করুম্না ঐবু নিংবা মনিং অদু ওইনা ঐনাশু মী অদুবু নিংই। মী অপুম্বা ঐগী লম্বেলদা লাকপা ওাক্তনি। অতোং অসিদা ইবেম্মশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুবোইবনি হায়না নিংই, শ্রীকৃষ্ণনসু ইবেম্মশিংবু ইবুংঙোনি কা হায়না চাননীনি হায়না নিংই।

"না পারয়েহং নিরবদ্য সংযুজাং,
স্বস সাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।
যা মাভজন দুর্জ্জরগেহ শৃঙ্খলাঃ,
সংবৃশ্চ্য তদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা।"

( শ্রীভাগবত ১০ । ৩২ । ২১ )

হে গোপীশা! বরিগুম্বা দেবতা মশাগী ওদনা ঐগী শিন্নবী গোপী নখোয়গী লমনবু ঐনা কাইদনা পুম্নমক অমা চুম্বা হিংলবসু নখোয়গী লমনদি শিংবা ঙম্নবোই। থাদোকপা ঙম্বা তৌনদ্রবা যুমগী অফা অপুন পুম্নবু থদথুনা ঐবুতা নখোইনা নিংথ্রবনি। ঐনদি মতুংগী লমন থুম্বা ঙমদ্রবনিনা নখোয়গী ফজবা অতুমক্তনা নখোয়গী লমন খুদা ওইবসন্ন।

"অনয়া রাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ।
যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ॥"

( শ্রীভাগবত ১০ । ৩০ । ২৮ )

ভক্তনা তানাগদবদি কান্দুনদনি। হায়না হায় তাবিয় প্রভু! শ্রীরাধাগী প্রেমগা মাননবা অইত চাংদমনিংঙাই লতে। রাস তৌবমদাইদা গোপী ময়ামনা ইবুংঙোব কোক্তই শিন্দুনা লৈখিগা উবদগী শ্রীরাধাদি শাওহুনা চৎত্রে। মাগী যাখদনদি রাস শাননবদি যাদবে। রাস মণ্ডলীবু কোইদুনা

লৈরিবী গোপী কোটি চহুমবু থাদোক্রম্লগা কৃষ্ণনা রাধাবু থিবা লেংগ্রে। মসিদগী খংলে শ্রীরাধানা গোপী পুম্নমক্তগী অসুপ য়াম্না হেল্লি হায়বসে কান্তপ্রেম পুম্নমক্তগী শ্রীরাধাগী প্রেমনা সাধ্যশিরমনিনি "রাধিতো" হায়বদি রাধা+ইতঃ - রাধিতেঃ (রাধানা ইহেলঃ হেল্লি) হায়বনি।

"নাসূয়ন খলুকৃষ্ণায় মোহিতাস্তস্য মায়য়া।
মন্যমাণ্যঃ স্বপাশ্ব স্থান স্বান স্বান দারান ব্রজৌকসঃ।"

(শ্রীভাগবত ১০।৩৩।৩৮)

ব্রজবাসী পূম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণব দোষ তৌদে মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা শুম্নাৎতুনা গোপশিংনা মাগী মাগী ভার্য্যাবু (নুপীবু) মনাক মনাক্তা লৈ হায়না খংই! শ্রীকৃষ্ণগী নাক্ত চংখ্রবী ইবেম্মাশিংবুদি চংখি হায়বা খংদে। অস্পুম্ন তৌত্বনা ওইথে ক্তবনু ওইথে কত্তনবদা মতিক চারবী পরকীয়া রতিনা পুম্নমক্তগী হেল্লি হায়বদা করি গুম্বা অহোবা অমতা লৈতে। ব্রজগোপীশিংগা ইবুংঙোগা শান্নবা লীলা পুম্নমক্তা মপান্দদি পতি লৈ হায়না হান্নশিন্দুনা পরকীয়া রতিগী রসবু খম থেংনা হেনগৎহন্নবা অতুগা রস অতুবু চুম্লিগে হায়বগীদমক্তা শান্নবনি।

লক্ষ্মীদেবীবু মথুত্তা লৈ পরেং পায়হল্লগা মানা পাম্বা নিপাদা লৈ হুক্তুনা বরিয়ু হায়না থাদোকপা মতমদা মহাক্না থ্বাই পুম্নমক্তগী পাম্বদি মিষ্ণুনি শায়ত্নুনা বরিবনি। লক্ষ্মীগা দ্বারকাগী রুক্মীনীনচিংবী ইবেম্মাশিংগা পাবা য়াবা নত্তে। অতুবু দ্বারকাগী ইবেম্মাশিংদগী ব্রজগোপীশিংনা কয়াদা হেনগ্রবনো! ইবেম্মশিং অত্তুনা মখেং থোংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চেন্নকপদি ঙমদে, ঐবু লৌবিরো লাও হায়না "অনঙ্গ লেখা" ইদুনা অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ দুতী অমবু শ্রীকৃষ্ণদা য়ৌহনখি মখোয়গী মশাদা গুরুজনশিংগী অকিবা, অমদি ইকাইবা অতুদি কোকতে, লোকনা হৌনবী পামই, অচোপ অরেংবু কিরি, দ্বারকা য়ৌরগা বিবাহ তৌবসু পামই।

ব্রজগোপীশিংশীদি লোকভয়, গঞ্জনা, বঞ্চনা পুম্বগী মনম ফাওবা ফাওখিদে। শ্রীকৃষ্ণগী রেম্ব খোঙ্গেন হেক তাবদা কৃষ্ণগী নাক্তা হেক্তা চৎখিবনি। মতোন থৌখ্রবা থৌ মতোনদা ইবেম্মাশিংগী নৌখ্রবা শ্রীচরননা থাত্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎপদা ধম্বালগী মন্নুংদা চৎপগুম মুংঙাইবরী, চান্নবা মুংশাদা, বন মগ্নুংদা চৎপদা উননা কোকতা হাপ্পগুম নিংলবী ইবেম্মা শিংনি। শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচবনবু চেংনা কোল্লগা মখোয়গী অকনবা থবাক্তা হাপ্পবু ইবুংঙোনা নাখিগনি হায়না রাত্নুনা জ্ঞান মাংব ইবেম্মাশিংনি। মতাং অসিদা গোপী গীতকী ১৯শুবা শ্লোক-পু পাঠকশিংনা পাবিবদা মুংঙাইনবা অমম্মুং শ্লোক অসিগী মগুনম্মু খংবিনবা হাপচবি।

"যত্তে সুজাতচরনাম্বরুহং স্তনেষু ভীতাঃ শনৈঃ
প্রিয়দধীমহি কর্কশেষু
তেনাটবীমতসি তদ্ব্যথতে নকিংস্বিৎ কুর্পাদিভির্ভ্রমতি
ধীভবদায়ুষাংনঃ॥"

( শ্রীভাগবত ১০।৩১।১৯ )

অষ্টাদশ পুরানগী মন্নুংদা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপবাননা মহেললে। মরম অসিদগী পুবাননা "মহা" হায়বা শব্দ অসিবু অম্বয তৌবিবনি মহা পুরান অসি দ্বাদশ স্কন্ধনা ( স্কন্ধ ১২ না ) সমপূর্ণ ওই। স্কন্ধ ১২ অসিগী মন্নুংদগী ১০ম স্কন্ধনা মগুন ইহেন হৈল্লি॥ স্কন্ধ অসিগী মন্নুংদগীম্মু পঞ্চম অধ্যায়না অমুক্ত হেল্লি, পঞ্চম অধ্যাযগা মন্নুংদগী "গোপী গীত" হায়বা অধ্যায় অসিনা মগুন অমুক্তা হেল্লি, গোপী গীতকী মন্নুংদগী মথক্তা হায়খ্রবা ১৯শুব, শ্লোক অসিনা পুমহেল হেল্লে। শ্লোক অসিবু পাঠ তৌবনা শ্রীমদ্ভাগবত সম্পুর্ন পাঠ তৌবগী মহৈ ফংই হাযবি

গোপী গীতকী মহিমা।

শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবা পামখ্রবী ব্রজগোপীশিং মথক্কী শ্লোক ১৯শুবা অসি নিংথিজনা স্ববগা লোয়ননা শক্তুনা কপ্পদগী শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা কপল্লিবী

বিচার তৌহুনা হায়খ্রবনি। হৌজিক ইবুংঙোনা ( প্রভুনা ) মখা হায়থখো হায়না তাকপিরিবা অসিদি ইবেম্মগী (শ্রীরাধাগী) প্রেমবিলাসবিবর্ত্তবু ওইবা তারে।

"ঐদি প্রভুনা হায়হনলিংবতা হায়জবনি। ঐনা লেংজবা ঈশৈ অমতং লৈজরি মহু তাবিরগা প্রভুনা মানি-নত্তে হায়বা খংবিগদবা মঙাইরে মতম অসিদা প্রভুনা নংগী ঈশৈ অহু শকউ ঙাগে হায়না তাকপিরবদা রায়গী কবিতা অহু শকখি মহুদি ঃ—

ইবেম্মগী প্রেমবিলাস বিবর্ত্ত॥

"পহিলহি রাগ নয়ন ভঙ্গ ভেল।
অনুদিন বাড়ল অবধি না গেল॥
না সো রমন না হাম রমনী।
দুহুমন মনোভব পেশল জানি॥
এ সখি সে সব প্রেম কাহিনী।
কানু ঠামে কহবি বিছুরল জানি॥
না খোজলু দূতী না খোজলু আন।
দুহুঁ কেরি মিলনে মধ্যত পাঁচ বান॥
অব সোই বিরাগ তুহুঁ ভেলি দূতী॥
সুপুরুখ প্রেমকি এসন রীত॥"

বর্দ্ধন রুদ্র নরাধিপ মান।
রামানন্দ রায় কবি ভান॥

( মৈতৈ কীর্তন )

ঈশৈ অসি শকলকপা মতমদা প্রভুনা চক খাওৎতুনা তাই। লিন জগোই শারগী তুম্বা মখোল হেক তাবদা লিননা লিন হাপ্পা লুপাকুগী মঙক

থাজৎভুনা তাবগুন্না প্রভুনা ওক থাজৎভুনা তাই, ঈশৈ শকপা লোইদরি,
"না সোরমন না হাম রমনী। দুহুঁ মন মনোভব পেখল জানি।"
হায়বা মতাং অসি হেক য়োবকপদা প্রভুনা লেংশিলক্কুনা "ওক্লে-ওক্লে" হায়রগা বায়গী মচিন মেন্দুনা খামখি। রায়গী ঈশৈ অসিগী অর্থ মখাদা ইরি :—

অহানবদা মিৎচিগা মিৎচিগা যেংনবদগী রাগ ওইখি।
নুমিৎ খুদিংগী বাগনা হেনগৎলকপগী অরোইবা লৈত্রি ॥
মহাক্না ( কৃষ্ণনা ) নিপানি ( পতিনি ) ঐনা নুপীনি ( পত্নিনি ) খংদ্রে।
এখোয় অনিগী পুক্লিংবু কামনা কুপনা থুগাইবগা তিনশিনখ্রে ॥
হে সখী! পুন্নমক অসি মুংশি মুঙোলগী বারিনি।
কাহ্নগী মফমদা তন্বিয়ু মহাক্কি কাওন্নিনি ॥
ঐখোয় অনিনা শান্নবদা দূতী অমতবুসু থিরুদে, অতৈ অতোপ্পা কনাবুসু থিরুদে।
ঐখোয় অনিনা তিন্নবদা ( কামগী ) তেনজৈ মণ্ডাদি য়াওই কামদি য়াওদে ॥

হৌজিক্কি বিরহগী মতম ওইরে।
বিবহনা ঐখোয অনিমক্কী দূতী ওইবরে।
অফবা নিপাগী লিচৎতি অসিনি।
প্রতাপ রুদ্র নিংথৌগী সম্মান হেনগৎহনবা বামানন্দ কবিনা হায়খি।

ইবুংঙো ইবেম্মগী লিলা পুন্নমক্তা মরুওইনা রাসলীলাদা "কামদেব-দি" শাক্তিতা ওইদুনা লৈবনি মহাক মশাদি য়াওদে অদুবু মহাক্কী বান মণ্ডাদি (তেন মণ্ডাদি) হায়বদি রূপ (শককা-শককা উন্নবা, য়েংনবনচিংবা),

রস, (প্রেমগী মহাও লৌনবা), গন্ধ (অঙ্গ গন্ধ লৌনবা), স্পর্শ (হকচাংগা হকচাংগা শোক্নবা), শব্দ (খোঙ্গেস থোকনা রারি-রাতাই শান্নবা) না মশিং লাকঙমদনা ইবুংঙো-ইবেম্মা অনিগী লাল্লাবু থৌগল্লি।

"কামদেবনা" ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলাদা মশাদি য়াওদনা শাক্ষীতা ওইহুনা লৈবা মরমদগী ইবুংঙোদসু ইবেম্মশিংদসু চর্ম্ম ধাতু, (বির্য্য) বু থিংহুনা থমখি। শ্রীভাগবতা হায়রি,—

"এবং শশাঙ্কাংশু বিরাজিতা নিশাঃ
স সত্যকামোঽনুরতা বলাগনঃ।
আত্মন্যবরুদ্ধ সৌরতঃ সর্ব্বাঃ শরৎকাব্যকথা
রসাশ্রয়াঃ॥
(শ্রীভাগবত ১০।৩৩।২৬)

শরৎ ঋতুগী নিংথিংবা পুন্নমক্না তিল্লগা অমসুং অহিং পুন্নমক্সু তিল্লবা, গোপীশিংগী অপাম্বা পুন্নমক্সু থুংদবা লৈনবা ইবেম্মা পুন্নমক্কী অনুরাগসু ইবুংঙো মাঙোন্দা ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগা ইবেম্মশিংগা মহারাস শান্নে। মশিং নাইদনা আলিঙ্গন চুম্বনসংবদি তৌই অদুবু বীর্য্যদি তাখিদে (থিংহুনা থমই)॥

ইবেম্মশিংনা ইবুংঙোবু মতম শম্দা পেলহনগে নিংবা মরমদগী ইবেম্মশিংদি নুপী ওইবগী ঋতু তা ওন্দে (লে শাৎতে) ঋতু ওইরবদি ইবুংঙোগী সেবা ওইদে অহুনা প্রস্তুতকাসু ওইদে। বেদ বিধিগী মতুংইন্না খোংনা বিবাহ তৌহুনা লৌবা দ্বারক। ইবেম্ম শ দি ঋতুমতী ওইবা মরমদগী অমমমনা মচা ১০/.০ পোকই। (মতে কাতন)

শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধাগা অনিমক মশ অমতনি "একাত্মানাবপি দেহ ভেদং গতৌ তৌ" প্রেম লীলানদমক্তা অনি থোকই। অমনা রাধা

অমনা কৃষ্ণ হায়না লৈবনি। লীলা শান্নবা অহুতনা অনীগী মরক থরুবনি। ইবুংঙো ইবেম্মদি নিত্যনি, লেংদবনি, তোক্কদবা মতম লৈতে, লীলাদি প্রলয়দস্থ অহুমক লৈগনি, মতমনা মফম্না মাংহনবা ঙমদে। মতম অমুথবী ইবুংঙো ইবেম্মা লীলা শান্নদে, মফম অহুদদি লীলা লৈতে হায়বা লৈতে।

## রাগ॥

রায়গী পদাবলীগী অহৌবমক্তদা "পহিলহি রাগ নয়ন ভঙ্গভেল"। মুপীনে নিপানে অনিগী মুংশিনবগী ওইরবপা পুক্নিংগী অপেংশবু "রতি" কৌই। মাতুদগী মথং মথং হেন্‌ংক্তু-। শক্তকশুবা থাক য়োরকপবু "রাগ" কৌই। শ্রীরাধাকৃষ্ণদি অহানবা হেক উনবমক্তদা রতিগী তক্তকশুবা "রাগ" অসি ওইখি।

## রতিনচিংবা॥

রতিবু মখল অহুম খে কনা থায়দে, কই মহুদি ১। সাধারন রতি, ২। সমঞ্জসা রতি, ৩। সমর্থা রতি। মথুরাদা কুব্‌জারানীগা ইবুংঙোগা লৈনবিবা রতিবু "সাধারন রতি" (প্রথমা রতি) কৌই। দ্বারকাগী রুক্মিনীনা চিবী তেমহিষা নিপালগা লৈনরিবা রতিবুনা "সমঞ্জসারতি" (মধ্যমারতি) কৌরে। ব্রজগোপীশিংগা লৈনরিবা রতিদি সমর্থা রতিনি (উত্তমা রতিনি)। মখোয়দি পরঙ্গনাময়ী (অতোপ্পা নিপাগী মুপী ওইনা) রস হেনগংহল্লবগীদমক্তা উহনবনি।

রতি, — নাহালমুক্তী মপোক্তগী ওইরবস্থ হন্দক্তী মপোক্তা তারুবা, উক্তবদগী ওইরবস্থ পুক্নিংদা পেনবমক্তনা থাদোকপা তুরেন-তুনা মাঙোন্দা নপতুনা লৈববু রতি হায়না থংনগনি।

প্রেম, — রতিনা অমুম অহুম হেনগৎলকপবু প্রেম কৌরে।

মোদন অধিরূঢ়,— মদন অধিরূঢ় মহাভাবতি ইবেম্মগী লোইনবী লীলা, বিশাখানচিংবী ইবেম্মশিংতদা মরোই। মতম মুদা ইবেম্মশিং অসি যাম্না লাংতক্লে।

সাত্বিক বিকার,— মচপ লেপ্পা, তুচুংবা, হুমাংকাবা, পীতাবা, কুচু-ওনবা, স্বরবাইবা, হকচাংনিকপা ম্রাম্বা অস্তুমনা স্বাত্বিক বিকার ওইরকই (ফাওবকই)। হকচাংদা মওং যাওংকপ সাত্বিক বিকার হাযনা খংই।

মাদন অধিরূঢ়, মাদন অধিরূঢ় মহাভাবতি বিরহগী মতমদা শ্রীমতি ইবেম্মা মাথিনাদদা ওই অতে সখী-শিংদ থেইদে মাদুগী ভাব লাক্লবদি শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোস্ম নম্মানীনাচংবী ইবেম্মশিংগা আলিঙ্গন তৌরিবৈংমক্তস্মু লাক্লে। যোক্তা মৈ অশাবা চংলগা শাই, মাদনা খমথেংনা চংখ্রবদি মৈগী অশাবদগী হোংকা অশাবনা হেন্না শাই, মতম অদুদদি ইবুংঙো ইবেম্মা অনক কোক ঙাওদুনা চোইবোন লোন্দবনচিবা তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মাবু পেল-হনগে হায়বস্মু ইবেম্মানা ইবুংঙোবু পেলহনগে হায়বস্ম উৎকণ্ঠা অনি অদু হন্ননা ঙমথৈ য়ৌখ্রবা মতমদদ অমক উন্নবগা উৎকণ্ঠা অদু হান্নদগী অমকস্মু হেনগংলকই লোইবা লৈতে। চন্দ্রগী বানহস্মা অ ফংনি বদি ফংনিংলিবা অদু ফংলগা ফংনিংবদু কোকই। মাদন অধিরূঢ় মহাভাবতি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী উৎকণ্ঠা অদু ফংনরবস্মু

ফংনবিবা অতুদগী ফংনিংবা অমুকস্থু হেনগৎলকই। হেনগৎলকপা অসি অতৈগীদি ওমখৈ য়েরগা লেপই, ইবুংঙো ইবেম্মগীদি হেনগৎলক্লুনা পাথবকপনা ঐনা নিপানি 'পতিনি' ঐনা নুপীনি (পত্নীনি) হায়বা পুমকাও কাওখিবরু বায়গী ঈশৈ "না সো রমন, না হাম রমনী" হাযবা পদ অনি অসিনা ফোংদোকই। ইবুংঙো ইবেম্মগী রহস্যদি গোপনীয়নি (থুপনা থমগদবনি ফোংদোকপা য়াদবা, মপান্দা ওইবা য়াদবা হায়দোকপা য়াদবরু অথুপ্পা কৌই। চিননান্নকপু পননা যাদনা তৌনদবা অথুপ্পা পুম্নমকংগী থুপখ্রবন "মাদন অধিরূঢ় মহাভাব কৌই। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিতদা ওইবা গোপনীয় প্রেম রহস্যনি।

ইবুংঙোগা ইবেম্মগা নৈগয্যা অমতদা লৈমিন্নরিবৈদদি দূতী অমতবুস্থু থিকদে, অতৈ কনাগুম্বা অমতবুসু হায়রবদে "না খোজলু দূতী, না খোজলু আন" হায়বা রায়গী ঈশৈ অসি না খঙহল্লি। অতুগা হৌজিক কাইনরবা মতম অসিদদি হাযবদি - ইবুংঙো-ইবেম্মা পুন্না লৈমিন্নদ্রবা মতম অতুদদি "বিরাগনা" (বিরহনা) অমননকী দূতী ওইরে হায়ববু রায়গী ঈশৈ "অব সোই বিরাগ. তুহু ভেলী দূতী" পদ অনি অসিনা ফোংদোকই। অসুম তৌহুনা প্রভুনা রামানন্দ রায়বু শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমবিলাশ বিবর্ত, শ্রীমতি রাধারানী ইবেম্মগী প্রেমবিলাস বিবর্ত অতুগা অতৈ ইবুংঙো ইবেম্মগী রসতত্ত্ব, প্রেমতত্ত্ব পুম্নমক হায়হনখি। মপু মনাই অনিমক শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিগূঢ় প্রেমগী ইথক হৌখি।

মতুংদা মপু মনাইনা শাম্নখিবা প্রেম তত্ত্ব, রস তত্ত্ব 'পুম্বা প্রভুনা মনাই রূপ সনাতন অনিমক্তা খংহনৰিবে। গোস্বামী অনিবুনা গৌড়দেশতা গৌরধর্ম্ম শন্দোকহনখি। মতুংদ' গোস্বামী পাদ অনিমক্তা ভক্তবৃন্দবু খংহননবা ভক্তিগ্রন্থ লক্ষ লক্ষ লেংথোকতুনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু

## প্রভুনা লুপ্তবৃন্দাবনব পুনরুদ্ধার তৌবিরম্বা ।।

শকাব্দ ১৪৩৬ (খৃঃ ১৫১৪

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা দক্ষিনাত্যদা রামানন্দগা লোইননা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী নিগুঢ় প্রেমভক্তি অযাম্বা রা ব শামহন। আলোচনা তৌনববগী তুংদা শ্রীনীলাচল ক্ষেত্রদা (পুরীদা) লেংলক্লে। মথংদা পুরিদগী শ্রীব্রজ-মণ্ডলগী লুপ্ত ওইরুববা লীলাস্থল পুম্নমক পুনরুদ্ধাব তৌবিগে খন্দুনা ব্রজমণ্ডলদা লেংলকখি। মতম অসি চাওবাকপা ইবুংঙোগী, চহি ২৯ শুরকপা লম্বোইরবা মতুং চহি ৫ শুবা অহুরাইদনি, ইবুংঙোনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লেংওকপা অসি শকাব্দ ১৪৩৬ (খৃঃ ১৫১৪) দনি। শ্রীব্রজমণ্ডলগী লুপ্ত ওইরুরবা লীলাস্থল মযাম অসিবু পুনরুদ্ধাব তৌবিরম্বা অসি ওসি চহি ৫০০ হেল্লে। ইবুংঙোনা অমসুং ইবুংঙোগী যাথং মতুংইন্না গোস্বামীপাদ শিংনা পুনরুদ্ধার তৌবিরমগ্রবদি মীওইবা জীবনা কলিযুগ অসিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা লোইনহনা শাম্নরমলিবা শ্রীব্রজ মণ্ডলগী লীলাস্থল পুম্নমক কনাগুম্বা অমত্তনা খংলমলোইদবনি। শ্রীরাধাকৃষ্ণনা দ্বাপরযুগকী শেষ কলিগীদি প্রথম সন্ধ্যাদা ইবুংঙো ইবেম্মনা আবির্ভূত ওইবিরগা ব্রজগোপীশিংগা লোইননা শাম্নবিরমলিবা কলিদদি লুপ্ত ওইরুরবা লীলা ক্ষেত্রমক্তনি।

প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবনদা লেংঙকপা অসি সেকেণ্ডর লোদীনা পাম্নবা কুম্নদনি। মতম অসি ব্রজভুমিদা লৈরম্বা লীলাস্থল পুম্নমক অশোম্বা, অশংবা বন ওাক্লো ওইহ্নুনা লৈরম্লে। পুম্নমক অসি উকরগা ইবুংঙোদি প্রেমোন্মাদ ওইখিরমই (শ্রীকৃষ্ণপ্রেমদা ডাওখিরমই)। মিৎকুপ খুদিংগী মশিং ল্যাকওমদনা রাগ্ধরম্মী, অদুম ওইনমক লীলাস্থল অয়াম্বদি পরিক্রমা তৌখিরমই। শ্রীরাধাকুণ্ডনা চিংবা লীলাস্থল খরদি ইবুংঙো মশামকনা পুথোকতুনা তাকপিরমই। লুপ্ত ওইহ্নুনা লৈহৌরিবা তীর্থশিং অদুদি ইবুংঙোনা শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন, শ্রীনারায়ন ভট্টনচিংবা গোস্বামী পাদশিংদা পাওতাক পাওমেন, ভক্তিরসকা সিদ্ধান্ত য়াওবা গ্রন্থশিং অমস্তুং বরাহপুরাণ-চিংবা মরিলৈনবা পুরান পুম্নমক লৈনরগা লীলাস্থল পুম্নমক পুথোক্তুনা ভক্তিগ্রন্থ পুম্নমকস্তু লেংথোকউ হায়না তাকপিরমই। মতম অসিদা ইবুং-ঙোদি প্রেমোন্মাদ ওইবা দশাশিং অসি নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকপদা মরম ওইরদুনা প্রভুগা নীলাচলদগী লোইনরকপা মনাই বলভদ্রভট্টনা য়াম্না হায়জদুনা কাশী-প্রয়াগ য়োরুরগা নীলাচলদা অমুক লেংখি।

শ্রীরূপ সনাতননাচিংবা গোস্বামীশিংনা শ্রীব্রজমণ্ডল য়োরকপা মতমদদি বৃন্দাবনদা গৃহস্থ য়ুম অমতা লৈরমদ্রে, বনমক্ত ওাইরমলে। প্রভুগী ইচ্ছা মদুং ইম্না বরাহ পুরাননাচংবা নৈনরগা লুপ্ত তীর্থস্থান ২৫০০ (লিশিং অনি চামঙা) পুথোকলমই। গোস্বামীশিংগী মতুংদা শ্রীনারায়ন ভট্ট গোস্বামীনা তীর্থ অয়াম্বা পুম্নমক পুথোকখি। মহাক অসি প্রভুগী পার্ষদ শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী শিষ্য কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারীগী শিষ্যনি, দাক্ষিনাত্যদা লৈবা মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবা অফাওবা ব্রাহ্মনগী কুলদা পোকপা গোস্বামী ওইরম্মী। হৌজিক ফাওবা বর্ষানা নন্দগ্রামদা শান্নরিবা হোরি লীদা (হোলি লীলা) অসিসু শ্রীভট্টনা পুথোক্লম্বানি হায়রি। শ্রীভট্টনা লুপ্তবৃন্দাবনবু পুনরুদ্ধার তৌরগা রাসমণ্ডল কয়া, দেবালয় কয়া, কুণ্ডনাচিংবা কয়া অসি শেমগৎলকপদা

মতম অদুগী সম্রাট আকবর সাহগী মুখ্যমন্ত্রী ওইরম্বা তোডরমলনা শেমগৎ শাগৎপগী অযাম্বা ভাব পুম্নমক পুবিবম্মি দৈব্যগতিনি। লীলাস্থল অয়াম্বদি প্রভুনা লীলা সম্বরন ওইখ্রবা তুংদা ইথিন থিন্দনা পুথোকখিবনি। ইবুংঙোদি পুরীগী গুণ্ডিচা মন্দিরদা চাহ ৪৮ শুবদা শকাব্দ ১৪৫৫ (খৃঃ ১৫৩৩) গী আষাডগী সপ্তমী তিথি ববিবার (নোংমাইজিং) লুমিন্তা লীলা সম্বরন ওইখি (শিখি)।

শ্রীমদ্ভাগবতনা শ্রীবাধাকৃষ্ণগী প্রেমলীলাবু খমথেংনা বর্ননদি তৌরগা "রাধা" হায়বা নামবুদ শেংনা হায়দে অদুগা স্বকীয়া রসদগী পবকীয়া রসনা হেল্ল হায়ববুস্থ ফেংনা হান্নদে। ভঙ্গিদ ওইনা খংহল্লি। অতৈ অতোপ্পা পুরানশিংদাদ ইবেম্মগী নামবু ফোংনা লেংথোকই।

শ্রীরূপগোস্বামীদা প্রভুনা শাকপিখিবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রসতত্ত্ব প্রেমতত্ত্ব অয়াম্বা পুন্নমক গোস্বামীগী উজ্জ্বলনীলমনি, বিগন্ধমাধব নাটক, ললিতমাধব নাটক্চিংদা পুন্নমক্তা বৈধ প্রেমদগী (স্বকীয়া কান্তা ভাবতগী) অবৈধ প্রেম্না (পবকায়ারসনা) হেল্ল হায়বসি তশেং তশেংনা ময়েক শেংনা হায়রি।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমাবতার ওইবা শ্রীগৌরহরিগী অবতারনা পুমথোই থোইবা মবমদগা ইবুংঙোবু "প্রেমদাতা শিরমনি" হায়না কৌরিবনি। সাধ্যসাব ওইরবা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা দ্বাপরযুকগী শেষদা শ্রীব্রজ-মণ্ডলদা শান্নখিবা লীলা আস অবতারী অতৈনদি তৌখিদে। অসিগুম্বা ইবুংঙো ইবেম্মা অংগী প্রেমলীলাবু শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী অবতারগী মতমদা, হায়বা থোকত্রবা প্রেমবু জগৎকী থরাই পানবা পুন্নমক্তা জাৎ-বিজাত খায়দনা বর্ন খায়দনা খাকচবা লৈতনা "সংকীর্তননা" শাদোং ওইহনা জগৎজীব পুম্বদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমতত্ত্ব, রসতত্ত্ব

য়েম্বোকপিরি। যাগ-যজ্ঞ, দান, তপস্যা, ধ্যাননা চহি কোটি কোটি সাধন তৌহনস্থ প্রেম পোকহনবদি ওমদে, সংকীর্তননদি ওাহাক্তদা মিৎকুপ খরগী মনুংদা প্রেম পোকহনবা ওমই, মীৎকী পিবু ইরা চেলহনবা ওম্বা সংকীর্তন নি।

"কলৌ সংকীর্তনেনৈব সর্ব্বস্বার্থোঽ ভিলভ্যতে"॥

( শ্রীভাগবত )

কলিযুগতদি সংকীর্তননা সিদ্ধি পুন্নমকপু জীবদা ফংবা ওমহল্লি। মরম অদুদগী শ্রীমন্মহাপ্রভুনা কলিদা সংকীর্তননা মবম ওইদুন প্রেমবু থরাইপানবা জীব পুন্নমক্তা পিরমই॥

"কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুঃ,
ত্রেতায়াং যজতোমখৈঃ,
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং,
কলৌ তদ্বহরি সংকীর্তনাৎ॥"

( শ্রীভাগবত )

"সত্যেতে বিষ্ণু ধ্যানে জীবমুক্ত হয়,
ত্রেতাতে যজ্ঞে মুক্ত জানিহ নিশ্চয়,
দ্বাপর যুগেতে মুক্ত কৃষ্ণের সেবনে,
কলিতে কেবল হরিনাম সংকীর্তন।

সত্যযুগতা বিষ্ণুবু ধ্যান তৌবনা জীবনা মুক্তি ফংই, ত্রেতাদা যজ্ঞনা মুক্ত ওই, দ্বাপরযুগতা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবনা মুক্তি ফংই, কলিদদি হরিনাম সংকীর্তননা লাম্নবা ফংগনি।

কীর্তন হায়ধসি অমুক মখল অনি থোকনা থাইদোকই,— ১। নাম কীর্তন, ২। লীলাকীর্তন (রসকীর্তন) অনি অসিনি।

## নাম কীর্তন ।।

"অন্তরঙ্গসনে লীলারস আস্বাদণ,
বহিরঙ্গ লৈয়া হরিনাম সংকীর্তন ।।

( প্রেমদাস বংশীহরণ )

অন্তরঙ্গ ওইবা ভক্তশিংগা লোইননা "লীলারস" বু আস্বাদন তৌগনি, মপালগী অচম্বা মীগা লোইননা (মনু° হ গুনবা বস খংদ্রিবা মীগা লোইননা) নাম সংকির্তম তৌগনি ।।

শ্রীভগবানগী গুনা গুণ ময়াম অচিন্ত্য শক্তিগী মগুন ময়াম, ইবুংঙো মহাক্কী নাম ময়াম হায়রগুনা শকপা শোনবা সংগীতপু সংকীর্তন কৌই। নাম কীর্তনদা ভগবানগী নামবু স্তুব পান্দুনা খোঞ্জেন খাংনা শকপদগী মীওইবদা প্রেম পোকহল্লি অদুগা শোল্লিবা কীর্তনীযাসু তারিবা ভক্তশিংসু মপালগী তাইবংবু পুমকাও কাওহল্লি। যোগীনা যোগ সাধন তৌদুনা সমাধি ফংই, ভক্তনা নাম কীর্তন তৌদুনা ভাব-সমাধি ফংই, ভগবানবু শংশংনা উবা ফংই অদুগা ভাব-সমাধিদগী শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরনবু ফংবা ঙই। "কলৌ তদ্ধহরিকীর্তনাৎ"। নাম কীর্তননা তাল্লিবদি ইবুংঙো মহাক্কী প্রেম অদুবু ফংজবা ঙমনবনি।

শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুনা নাম কীর্তন তৌবদা রাগ রাগীনী তোঙান তোঙানবা ছন্দদা শকই, ভক্ত লিশিং লিশিংনা তিন্নদুনা নাম শোনবদা শোল্লিবা ভক্ত শিংসু তাখিবা ভক্তশিংসু হঙ্গিন হঙ্গিন শোনবদগী, তাবদগী থোয়কপা অরাবা, চোকথবা, হুইথরকপনচিংবদগী কোকনবা নোংঙানবদা "ভৈরব-ভৈরবী, হুমিং যুংখদা "বাগেশ্রী", সন্ধ্যাদা 'পুরবী-ইমন-কল্যান", অছিংদা "বেহাগ" হায়রিবা রাগ-রাগীনী অসি পান্দুনা শকই। নাম সংকীর্তন শকপদা নামগা লোইননা দৈন্য নিবেদন অমসুং প্রার্থনাসু শকই।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, শ্রীনিত্যাইনন্দ, শ্রীঅদ্বৈত প্রভু অহুম্না শ্রীকৃষ্ণনাম সংকীর্তন তৌহুনা গৌরদেশবু প্রেমগী ইচেননা পাথহনখি।

"প্রেম বন্যা নিত্যাই হইতে,
অদ্বৈত তরঙ্গেতে, চৈতন্য বাতাসে উথিল॥"

(জ্ঞানদাস)

নিত্যাইনন্দনা প্রেমগী ইচৌ হৌহল্লি, অদ্বৈতনা ইথক্তা তাওরি, শ্রীচৈতন্যনা প্রেমগী ইচৌবু মুংশিংত্তা পুখৎহল্লি।

শ্রীনাম শোল্লগা, তাবগা মীওইবগী পুক্লিংদা ভক্তগী পুকচেল চেল্লকই। শবদ ঋতুনা চংলকপদা অনৈবা ঈশিংবু মথন্তা লুবকপগুম্না পুক্লিং অসি মত্তোমদা শেংজরবকই। মহাক করিমত্তা পামলক্তে, কবি তৌবগা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিগদগে হাযবা ঝাখল অসিতা তৌহুনা ইবুংঙো মহাকপুদা মুংশিরকই, মতম অতুদা মাঙোন্দা "রতি" ওইবকই, অ দগী মথং মথং ভাব ফংলকই। মতাং অসি য়ৌরক্লবদি ভক্ত অহুনা "মোক্ষবু" (অরান খুবম ফংববু) নরক ওইনা খল্লকই, :— "কৈবল্যং নরকায়তে", স্বর্গবু অতিয়াগী পংশা শাজিন্নবা লৈগুম উবকই, "ত্রিদশ পুরাকাশ পুষ্পায়তে," ব্রহ্মা শোবাবেননচিংবা লাইবু নাপী মতোন্দা পকপ তিনগা মান্ননা খল্লকই,—

"বিধি মহেন্দ্রাদিশ্চ কীটায়তে"।

(মৈতৈ কীর্তন)।

শ্রীভাগবতনা কলিগী "তারক ব্রহ্মনাম ষোলনাম বত্রিশ অক্ষর" অসিবু জপনীয়নি হায়না তাকপা মরমদগী প্রভুনা লাওনা শকখিদে। মহামন্ত্র অসিদি মনুংতদা জপ তৌনবনি, গেয় নত্তে (লাওনা শক-শোন্নবা নত্তে)। কনাগুম্বনা লাওনা শক্লবসু শোল্লবসু মহুবু ফদে হায়বদি হৌনদে। রাযেন পুম্বা চংদে শিষ্টগী আচাব ভাকপতনি। স্বামী রামানন্দনা জপনীয় মহামন্ত্র অসিবু লাওনা ফোংনা হ য়দোকল্লুবদগী মন্ত্রগী সিদ্ধি ফংবা

লেপখি। প্রভুনা দক্ষিনাত্যয়োম্নদা ধর্ম্মপ্রচারগী লেংবা মতমদসু জপনীয় মহামন্ত্র অসিবু লাওনা শোনখিদে, মখাগী নামশিং অসিবু শোনখি।

(সংকীর্তন মাহযজ্ঞ)

"হরি হরয়ে নমো কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ॥
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন।
এই সব নাম প্রভুর আদি সংকীর্তন॥"

লীলা কীর্তন॥

মথক্তা নামকীর্তনগী শম্নপ্পা খরদং হায়খরে। লীলা কীর্তনবু রসকীর্তনসু কৌই।" "অন্তরঙ্গসনে লীলাকীর্তন" কীর্তন পুম্বা অসি ইবুংঙো ইবেম্মানা শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলাশিংবু অমসুং মখোয়গী নামবু বর্নন তৌবা মক্তনি, অতৈ অতোপ্পা অমা নত্তে। লীলাশিং অসিগা মন্নি লৈনদবা ঈশৈবুদি চুম্নগী গীত কৌই।

মতিক চাদবা মীনা লীলা কীর্তন তৌরবদি অমসুং তারবদি মীওইবগী ফনবদি লাইরবনা মাংনবা ওই। প্রেমদাস বংশীহবন শিক্ষাদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়খিবনি। অহানবদা "অন্তরঙ্গ ভক্তনা" কনানো "বহিরঙ্গ ভক্তনা" কনানো হায়বসে খনবা য়ায়া লুই মবমদি ঐখোয়না ভক্ত অশেংবা ওইরমালে হায়না উবা মীওই য়াম্না উই মাখোয অত্তুদি ব্যাকরন, অলঙ্কারনচিংবা খংবদি লায়বক্তনা বসবু সুপখং খংদে। বৈষ্ণবনি, সাধুনি ভক্তনি হায়বা য়াদবা সংসারগী বাসনাদা তাওত্নুনা লৈবা মী কয়ামকম লৈ। মখোয় অত্তুদি লীলা কীর্তনগী মহুত্তা নাম কীর্তন তৌরবদি, তারবদি রস খরমখৈদি আস্বাদন তৌত্নুনা মপুক খবমখৈদি পেৎপা ঙমই, লীলা কীর্তনগী নাম কীর্তন তৌবনা লাইবা খুৎলোইবসু হেল্লি।

লীলাকীর্তনবু আস্বাদন তৌবদদি ইন্দ্রিয়গী মিৎ, নাকোং, রাখল অমসুং থম্মোইগী রাফম য়াম্না চংই। লীলাবু উকুরগা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিগূঢ়-প্রেম-রসবু আস্বাদন তৌবা ওম্নবদি ওস্তোক্না কপ্রে, নত্তত্না শেরান্নবা মিৎকী কুম্মে অমসুং রাখল্লোমদা তাখ্রবদি অমসুং ইন্দ্রিয়বু দমন তৌবা ওমপ্রবদি অফবগী মহুত্তা অমাংবা পাপ চংবা ওইবকই। লীলাকীর্তন খরদং, :—

গোষ্ঠলীলা, রাধাকুণ্ডমিলন, নৌকাবিলাস, জলক্রীয়া, সূর্য্য পুজা, পাশাখেলা, নৃত্যরাস, মহারাস, নিশান্তকুঞ্জ, ভঙ্গ, কলহন্তবিতা, বাসক শয্যা, বংশী শিক্ষা, অসিনচিংবা অসিনি।

( মৈতৈ কীর্তন )

ধাম অমসুং লীলা ॥

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা শ্রীব্রজবৃন্দাবনদা শান্নরিবা লীলানা লীলা পুম্নমকগী ইহেন হেল্লি "পূর্নতম" নি। মথুরাদা শান্নবা লীলানা "পূর্নতর" নি দ্বারকাদনা "পূর্ননি"।

রস পুম্নমকগী শৃঙ্গার রসনা পুমহেল হেল্লি। রস অসিবু অমুক অনি থোকনা খাইদোকই, মহুদি "বিপ্রলম্ভন" হায়বা অমা, "সম্ভোগ" হায়বা অমা অনি অসিনি। বিপ্রলম্ভনদা রস ৩২ সম্ভোগতা রস ৩২ অনি অসি পুল্লগা রস ৬৪ নি। সংকীর্তন শকপদা অয়াম য়ামদনা রসশিং অসি খর খর য়াওনা শব্দবনি নত্রবদি শক্লিবা অদু হরিসংকীর্তন ওইদ্রে, চুম্নগী গীত ওইরে। সাহিত্যবিচারস্তু যাওদনা ( হৈত্রিবা ), সংগীত কলাস্তু সাধন তৌদ্রিবা, আধ্যাত্ম বুদ্ধস্তু লৈদ্রিবা এহুম্বা মীনা শকপদি লমহুই খোংবগা অম্মানি অহুবু লমহুই মযাম অসিনা খোংনা নত্তনদি মতম অসিদ ঐখোয়গী আইবং মৈচ ক কোরুবা উপাযদি লৈত্রে।

( মৈতৈ কীর্তন )

## শ্রীগৌরচন্দ্রপ্রভুগী মমাংগী বৈষ্ণবাচার্য্যশিং

শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু অমসুং রায়রামানন্দনা পোক্লিভৈগী চহি ১০০০ সিশিং অমরোমগী মমাংদা সাধক তুকারাম যমুনাচার্য্যনচিংবা বৈষ্ণব চার্য্যশিংনা দক্ষিন ভারত্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুরপ্রেম রসবু শকখ্রবনি। ইবুংঙোগী আবির্ভাবকী চহি ২০০ রোমগী মমাংদা বঙ্গদেশতা শ্রীজয়দেব কবি, বিদ্যাপতি, চণ্ডীদাস অমসুং গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মধুরপ্রেম রসবু হায়না শকখ্রবনি। মতুংদা প্রভুনা মনাই রামানন্দরায়গী মচিন্দগী সাধ্য শিরমনি শ্রীরাধাগী পরকীয়া রসবু তারগা মতম কুইমনখিহনা মাংশিনখ্রবা মধুরপ্রেম-রসবু অমুক হন্না শন্দোকখি। প্রভুনা ইনৌ নৌনা শেম্বা নত্তে।

প্রেমাবতার শ্রীগৌরহরিনা ব্রজগোয়ালিনীগী ভাবাবেসতা বৌদ্ধগী গাথা শপ্তশতীগী পদ্যবু শোন্দুনা প্রেমগী মৈচাক খাংখিবনি। ইবুংঙোদি রসিক শেখরনি। শপ্তশতীবু নাস্তিক বৌদ্ধ সহজীয়া পাষণ্ডীগী মতনি হায়দুনা হুন্দোকখিদে, শ্লোক অসিবু থিরগা প্রভু রাম্বখি,—

"কৈ অব রহিঅং পেম্মং নথি ষিঅ
মামি মানুষো লো।
অহ হোই কসস বিরহো বিরহে হোত্তামি
দোজী অই॥"

( শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত্য-মধ্যলীলা কৃষ্ণদাস কবিরাজ )

তাইবং মীওইবদা তাৎ য়াওদবা চানবী নুংশিবা লৈবা হৌনদে। নুংশিববু লৈরবদি কাইনবা লৈবা হৌনদে, কাইনরবদি হিংবসু হৌনদ্রে। ম.স সপ্তশতী গাথাগী .৪ শুবা শ্লোক্নি।

ইবুংঙোনা বিরহিনী ব্রজবধুগী ভাবতা মখাগী পল্লীগাথা (খুলং ঈশৈ) ওইনা শরুম্বই মহ্নদি ঃ

"বিরহে বিসংব বিসমা অম অম আ-হোই
সংগমে অহি অম।
কিং বিহিনা সম অং বিঅ দোহিং বিপিয়া
বিমিম্মি অআ।।"

নুংশিবদি কাইনরগা হুনি, উন্নবগা অমৃতনি, নোংদম্বনা অনি অসিবু তিনশিল্লগা করম্না শেম্লিবনে। ।।

সপ্তশতীগী শ্লোক অসি লৌবগা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা মহাকী চৈতন্য চরিতামৃতদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মতাংদা ইরম্মি,—

"বাহ্যে বিষজ্বালা ভিতরে অমৃতময়
কৃষ্ণ প্রেম সেবা অবিভূত চরিত।।"

মপান্দনা হুগুম্না চাকই (খাই) মনুংদনা অমৃতগী মশকনি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম সেবা হায়বা অসিদি মতম পুম্বদা অহোংবা লৈত্রবা মাংব লৈত্রবা চরিতনি।

চণ্ডীদাস ঠাকুরনা হায়রমই,—

"কানুর পিরিতি চন্দনের রীতি, ঘোষিতে সৌরভময়,
ঘোষয়া আনিয়া হিয়ার লইতে দহন দ্বিগুন হয়,
নিমে সুধাদিয়া একত্র করিয়া ঐসন কানুর লেহ।
পিরিতি বলিয়া এতিন অক্ষর ভুবনে আনিলকে,
মধুর বলিয়া ছানিয়া খাইনু তিতিলদে।।"

(চণ্ডীদাস ঠাকুর)

কৃষ্ণগবু নুংশিবা হায়বসিদি চন্দনগী মতৌনি, তকলা তকলগা নুংশিবা মনম অসুম অসুম হেনগৎলকই অদুগা অতকপা চন্দন অদু থম্মোইদা হাপ্লু রবদি চাকপগী মৈচাক অনি হেনগৎলকই। নিমগা অমৃতগা তিমশিনবদু

কাহ্নগী মরমচৎকা চাংদম্নবা য়াই। পি-রি-তি (নুং-শি-বা) হায়বা ময়েক অছুম অসিবু পৃথি অসিদা কনানা পুরকইবনো? অথুম্বনি খন্দুনা শেংনা হুমখোক্লগা চারুরবস্থ অখাবা মক্তা ওইহল্লি।।

বৌদ্ধ সহজীয়াশিংনা রসবু অচম্বা মুপী নিপাদা পান্দুনা ফাওরবা গাথা ৭০০ লেংলমই। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মতমদা ভারততা সাহিত্যগী খ্বাইদগী চাউখৎলম্বা মতম্নি। পৃথিবীদা অনি শুদবা কালীদাসগী "অভিজ্ঞান শকুন্তলম" গাথা সপ্তশতীদগী তমজহুনা ফাওবনি। সপ্তশতী গাথাগী মুপী নিপাদা পানবা শ্লোকপু প্রভুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভাবতা পুথোকপিহুনা মধুরপ্রেমরসকী ইথক হৌহনবিবমই। বেদান্তশিংনা ব্রহ্মাবু নিংই, যোগীশিংনা পরমাত্মাবু নিংই, প্রভুনা তাকপিরম্বা তত্ত্বিরম্বশিংনা শ্রীভগবানবু নিংই, ভগবানবু নিংবনা খ্বাই পুম্নমক্তগী পুমহেন হেল্লি।
(মৈতৈ কীর্তন)

## নাম, মন্ত্রেশানবা শকপগী মখল।

(বৈষ্ণব ব্যবহার — তুলশীদাস)

শাস্ত্রনা মন্ত্রশোনবা অমসুং শকপসি মখল ৪ থোকনা খাইদোকই, মখুদি—

১। "উচ্চৈর্গানং (উচ্চের্জপং) নিখিল
ভুবনস্তারয়ন্তিশ্চ নামঃ।"

২। "বক্ত্রাজল্পং (বাচিকজপং) প্রেমযাতি প্রকাশং।"

৩। "জিহবা জল্পং (উপাংসুজপং) শতগনগুনং
প্রাপ্তি গোপী পাদম্বা"

৪। "অন্তর জল্পং (মনসা জপং) দশ শতগুনগনং
শ্রীরাধাকৃষ্ণ পাদ প্রাপ্তং।"

১। খোঞ্জেন লাওনা শক্লগা জগৎ সংসার পুম্ববু লানবি।

২। খোঞ্জেনদি থোক্লগা লাওদি লাওদনা শক-শোনবনা প্রেম পোকহল্লি।

৩। খোঞ্জেন থোক্তনা লৈয়েংদং খৎলগা শোনবনা শকক ১০০ হেল্লি গোপীগী পাদবু ফংজে।

৪। খোঞ্জেনসু থোকত্রবা লৈ ফাওবা খৎতনা থম্মোই মন্নুংদদা শোনবনা শকক লিশিং অমা হেল্লি, শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অভয় চরনবু ফংই।

## ত্রিকচ্ছ।

শ্রীকৃষ্ণগী পূজা খুদিংমক্তা অমসুং শ্রীহরি সংকীর্তন তৌবা খুদিংমক্তা শেত্তবা যাত্রবা ফীজোনবু "ত্রিকচ্ছ" ফীজোন কৌই।

"বামে পৃষ্ঠে তথা নাভৌ কক্ষত্রয় মুদাহৃতঃ।
এভি-কক্ষৈ পরিধত্তে য বিপ্রঃ স সুচিঃ স্মৃতঃ॥"

(স্মৃতি)

নামৈনে, গুঞ্জানে, ওইগী ফীবৈচৈন, অহুম অসিনা শুনা শেৎপপু "ত্রিকচ্ছ" কৌই। ইনফী অমা য়াওদ্রবদি ফী শেৎতবগা মান্নৈ, মরম অহুদগী কীর্তনীয়াশিংনা খুদোং চাব, য়েংহুনা ইনফীবু খ্যাংয়েৎ ওইনা শিজিন্নবনি। কোকপু হাংমা থম্বদি অমঙ্গলনি মরম অহুদগী সংকীর্তনদা কোয়েৎ য়েৎপনি। কনাগুম্বা ভদ্রলোক অমনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা চেফোং অনদা ইখি। "ত্রিকচ্ছ হায়বা অসি ফৈজোম, খ্যাংযেৎ, কোয়েৎ অহুম অসিবু কৌই" হায়না। মতু পাক্লগা নোক্লিংই, ভদ্রলোক অসিনা অসুম্বা

সাধারন মীয়ামবু খংদবদগী লাননা লমজিংবদি নত্রগা চুমদববু ময়ামদা খংহন-বদি অপরাথ ওইগনি। মরমদি খংদবা মীনদি অরানবা রাফম অতুবু অচুম্বা ওইনা লৌথিগনি।

শ্রীকৃষ্ণগী পুজাগী মতমদা অমম্বু কীর্তনীয়াশিংনা (গায়কশিংনা) সংকীর্তন তৌবা মতমদা "ত্রিকচ্ছ ফীজোন" শেৎপদা নত্তনা দ্বাদশ তিলক থিনগনি, তুলশি মালা ধারন তৌগনি, মুগুন থাংগনি। তিলক ধারন্দি উর্দ্ধপৌণ্ড্র থিনগনি।

## সংকীর্তনগী মণ্ডলী।

নাট্যবেদনা তাকপা মতুংইন্না অধিবাস নুমিৎকী মুংথিলদা ফীরান অমা কংলি, ইন্দ্রদেবনা পেনবিনবা কৎপা ফীরাননি। মদুবু "জর্জর পুজা" কৌই। ইন্দ্রনা পেনবিদুনা সংকীর্তন কাইদনবা ব্রজ পাইদুনা ভাকপিনবগী দক্তনি (সংকীর্তন – মহাযজ্ঞ)।

অহানবদা মণ্ডলী ময়াইদা (মাণ্ডপ ময়াইদা) আসন অমা, হৈরুক তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা, ধূপ দীপনা মণ্ডলী পুজা তৌগনি। ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য, সঙ্কোংদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, মৈরমদা অদ্বৈত প্রভু, চিংখৈদা গদাধর প্রভু, কৌক্রদা শ্রীবাসনা চিংববু পুজা তৌগনি। অসুম তৌদুনা মণ্ডলীগী চীথেক মরিদা ঘট ৪, হৈরুক পানা ধুপ দীপনা পূজা তৌদুনা আরাতি কৎকনি। ভাণ্ডারীঘরদসু (অরাংফমগী মফমদসু) পূজা তৌগনি।

প্রভুগী সম্পত্তিদ পুং করতাল নি, মদুদা লৈ-চন্দন কৎপা হৌনৈ,—

"প্রভুর সম্পতি শ্রীখোল করতাল,
তাহে অপয়ে চন্দন পুষ্পমালা।।"

(ভক্তিরত্নাকর)

করতালগী মচুদি— "নবদুর্ব্বাদল শ্যাম" নি। মচুনা মুৰনি মণ্ডালনা মৈ, ন্নুমিৎ, নোংথাংগী মণ্ডালগুম্বনি।

মাণ্ডপ মপু ।।

"এবং বিধসভানাথঃ প্রাঙমুখো নিবিশেন্মুদা।

বর্ত্তরেন পার্শ্বয়ো স্তস্য কবি মন্ত্রি সুহৃজ্জনাঃ।

( ভক্তিরত্নাকর--সভারচনা-মৈতৈকীর্ত্তন )

মাণ্ডপ মপুনা মমাই নোংপোক ওন্না ফমগনি। মহাক্কী ওইয়েন্তা কবি, মন্ত্রি, শকমাইবা মী অমসুং মরুপ মপাং ফমগনি।

মাণ্ডপ মপু অসি কনানা ওইরিবনো হায়না হংজহৌবগী মতাংদা সাধু-সঙ্গদগী পিতা বাবাজীনা তাকপিরমই "মাধবেন্দ্রপুরীনি"। শ্রীমাধ-বেন্দ্রপুরীদি শ্রীগৌরেশ্বর সম্প্রদায়গী গুরু পরমপরাদা শ্রীকৃষ্ণদগী ২০ শুবদা লৈ, ২১ শুবদা শ্রীঈশ্বরপুরীনি, ২২ শুবদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনি। (সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ) মরম অসিদগী শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীনা শ্রীহরিসংকীর্ত্তনগী সভানাথ নি (মাণ্ডব মপুনি) হায়বা কবিমতা চিংনফম লৈতে।

হৌজিক্তি মাণ্ডব মপুনা সংকীর্ত্তন হৌরমদাইদা হবিধবনি লাওহুনা মোইবুং খোংহুনা হরিসংকীর্ত্তন হৌগনি—

( মৃদঙ্গ, তাল ললিতং কর্ত্তব্যংকীর্ত্তনংতঃ।

জয় শব্দং নমঃ শব্দংশঙ্খ শব্দং চকারয়েৎ )

( পদ্মপুরান )

হরিধ্বনি ।।

"শ্রীমদ্রাধাগোবিন্দপ্রীতি আনন্দে বল প্রেমসে

কহ শ্রীরাধাকৃষ্ণ, কহ প্রভুনিত্যাই চৈতন্য অদ্বৈত,

শ্রীরাধারানী কহত সন্ত সাধো মধুবসবানী

হরে হরে ।।"

সংকীর্তনবু য়েংবা হাযগদবনি তাবা হায়বা লাল্লি।

"ভবো ভবান্য, কমলাসস্তু তত্রাগমৎ
কীর্তন দর্শনায় ॥"

( পদ্মপুরান )

পুং, তাল, জয়, শ্রী. না হৌরগা কীর্তননা কোন্না তৌগনি, মোইবুংসু খোংগনি।

"মৃদঙ্গ, তাল, ললিতং কর্ত্তব্যং কির্ত্তন ততঃ।
জয় শব্দং নমঃ শব্দং শঙ্খ শব্দংচকারয়েৎ ॥"

( পদ্মপুরান )

রাগ হৌবা, তানচপ স্তোভ ॥

শ্রীহরিসংকীর্তন হৌবদা পুং করতালগী অমসুং ঈশৈগী হৌগৎপবু মৈতৈরলান্দা 'রাগ" হৌবা কৌই। রাগ হৌবা লোইরগা "তিন্দাল" শকতুনা ফমগনি। ঈশৈ হনবা, পুংযৈবা, দোহারনা পুংগা করতানগা তিন্নহন্দুনা খুরমনগনি অদুগা "মেল" শকনি, মেল শকপদা পালা পুরমক ওই ওইননা মণ্ডলীদা চৎতুনা বঙ্গপীঠবু কোইগনি অদুগা মেল য়ৈগনি, মথংদা "তানচপ" তৌগনি।

শ্রীমদ্ভাগবতনা হায, "একীভুত মুর্ত্তিবু' সংকীর্তননা যজ্ঞ ওইতুনা ঈরাৎকনি। শ্রীশুকদেবনা শ্রীমদ্ভাগবত কীর্তন তৌবমদাইদা কীর্তন য়েংবগীদমক পার্ব্বতীগা লোইনতুনা মহাদেব, ব্রহ্মা লাকই, মতম অদুদা প্রহ্লাদ, উদ্ধব, বলিনা চিংবসু যন্ত্র খোংতুনা জয় জয লাওই, মোইবুংসু খোংই।

শ্রীভাগবতনা নারায়নবর্ম্মদা হায়, "গরুড়ো স্তোভঃ ছন্দময় পুমান" শ্রীভগবানগী শ্রীমুর্ত্তিবু পুতুনা পাইবা মতমদা গরুড়গী মশা থপ্পা

খুদিংমকী যন্ত্রখোংবগী খোঞ্জেনগুম্না বেদ পুন্নমকী মখোল থোক্লকই মতুংবু "স্তোভ" কৌই। মনিপুরদা স্তোভপু "এ লাওবা" হায়না খংনৈ। মতম অমদা কীর্তনীয়া পুন্নমক মখোং মৈথক্তা নেৎপগুম্না নেৎলগা মশা পুন্নমক উচেকী মশা থপ্লগুম্না খপতুনা মচিন্দা "এ" "এ" হায়না লাওই। কলিদা লাইবু মিৎমক্লা উই হায়বদি সংকীর্তন মহাযজ্ঞবু উবনি। সংকীর্তন ওইনা শ্রীহরিনা অবতার তৌই,

"কলৌ ভদ্ধরি সংকীর্তনাৎ"।

(মৈতৈ কীর্ত্তন)

## সংকীর্তনবু চিংনবা ॥

কনাগুম্বনা সংকীর্ত্তনবু চিংনবা যাওই মতুংদি হৌজিক তৌরিবা সংকীর্ত্তন, চৎলিবা ধর্ম্ম অসি মৈতৈ ইপা ইপুনা হাল্লা তৌনরকপা নত্তে অতে প্না জাতি-শিংদগী (ময়াংদগী) তম্বা ধর্ম্মনি। অস্মুন্না চিংনবা হৌনদে। মৈতৈ জাতিনা নিংশিংবা থোকত্রবা মতমদগী হৌতুনা ইপা ইপুনা তৌরকপা ইপানাৎ ইপুনাৎ করিগুম্বা অমতা হোংদোক্তে। সুপনগী মমিংদা হোংদোকপনি। মতুংদসু মৈতৈগী চৎনরোনপুম্বা অমতা হোংদোক্লোই. ইতিহাসনা মসিব মুৎপা য়াত্রবা শাক্ষীনি।

## মৈতৈ লাই হরাওবা ॥

মৈতৈ লাই হবাওবগা কীর্তনগা অমতনি। মৈতৈগী লাই হরাওবদা অহানবদা লাইবুং (বঙ্গভুমি) শেম্মি। মযাইদা লা থারগা মথক্তা ফী অমা থাই। লাই শোরারেনবু ময়াইদা লাৎলি। চিংথৈদা মার্জিং, মৈরমদা রাঙবরেন. সন্ধোংদা লোয়ারাকপা, কৌব্রুদা কৌবরেনবু লাৎলি। লাইবুং মমাংদা অমাইবীনা খুবাক্তা লাংথৈ, য়েপ্লগা খুবাক অনিমক উপশিন্নৈ, মথংদা লোন্নবা খুৎ অহু হাইথবা-হাইগৎপা, অমুক

হাইগৎপা-হাইথবা অসুম তৌদুনা লৈতাই-নোংদাই জগোই শাই। মথোয়না লাইমাংদা জগোই শাগ্নিঙৈদা মাংদ তুবং চৎপা য়াদে, লাইপৌ জগোই শাগ্নিঙৈদসু অয়েংবা কাংবুনা লেং-ওংপা য়াদে। মাইবীনা হেক তৌরিবা পুম্নমক নাট্যবিদ্যাদা ওন্না য়াওই।

লৈতাই-নোংদাই জগোই হায়বদি লাইবু হৈ-লৈ কৎতুনা লাংলগা লাই চিংথোকপা জগোই শাবনি। অদুগা ওই-ওইননা হরাওকমবু কোইদুনা লাইপৌ জগোই শাবনি, লাইনা পেনবিনবা অমাইবীনা জগোই শাবনি। শেৎপা ফীজেৎসু মৈতৈগী ধর্ম্মদা শেৎপা হৌনবা ফীজেৎনি।

( মৈতৈ কীর্ত্তন )

শ্রীগোবিন্দদগী রাসকী মতাংদা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ মহারাজনা ওন্না "ববো খুবেন্দা য়াবা পাওশিন্নরগা লৈতাই-নোংদাই, খোইরগ খুম্বোক, হরাও-খুংলোন, শাথেক্না, চুকোই মপুং শেমনা তমহল্লে।"

( শ্রীগোবিন্দ নিরুপন )

মৈতৈ কীর্ত্তনদা মোইবুং খোংই, দীহুতি তৌদুনা কবোক চাই। মৈতৈগী লুহোংবদসু, নিংথৌ লাকপা মতমদসু তৌই। পাম্হোইবী লুহোংবদা খাবা মরানয়াইদা থিনবদা দীহুতি কবোক চাইদুনা ওকই।

( পাম্হোইবী খোঙ্গুল )

শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গৌড়ীয় ধর্ম্ম লৌখ্রিঙৈদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাবু কীর্ত্তন তৌবম্মি। লাইনিংথৌ লাইরেম্মা হায়বাদ শিব দুর্গা অনিবু নোংপোক নিংথৌ পাম্হোইবীগী শায়োন্দা উপাসনা তৌরম্বনি। শিব-রমাগা লোইননা বৈকুণ্ঠদা শিবলোক্তা লৈবসি সংসংবা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী বিলাস মুক্তিনি মশা অমতনি। শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বদি মমাংঙৈদগী

চৎনরক্লিবা ধর্ম্ম্ বু কাইদনা চৎপা অতুনি। মৈতৈ জাতিনা অরিবা ধর্ম্ম্ বু কৈদৌঙৈদসু থাদোক্তে অমসুং থাদোক্লোই।

( মৈতৈ কীর্তন )

শ্রীনবদ্বীপ ধাম ॥

শ্রীনবদ্বীপ ধাম অসি দ্বীপ মাপলনা ওই। গঙ্গাগী নোংপোক থংবদা দ্বীপ মরিনি, নোংচুপ থংবদা দ্বীপ মঙানি।

পূর্ব্বকূলে, — ১। শ্রীঅন্ত দ্বীপ।
২। শ্রীসীমন্ত দ্বীপ।
৩। শ্রীগোদ্রুম দ্বীপ।
৪। শ্রীমধ্য দ্বীপ।

পশ্চিমকূলে, — ১। শ্রীকোল দ্বীপ।
২। শ্রীঋতু দ্বীপ।
৩। শ্রীজহ্নু দ্বীপ।
৪। শ্রীমোদদ্রুম দ্বীপ।
৫। শ্রীরুদ্র দ্বীপ।

শ্রীনবদ্বীপ ধ্যানম ॥

"ধ্যেয়ং মহর্ষয়ঃ প্রাহুঃ শ্রীনবদ্বীপ ধামকম।
বৃন্দাবনমিদম নিত্যং বিভ্রাজ জাহ্নবীতটে ॥
শিবপঞ্চস্থিতং শক্তিসাহিতং ভক্তিভূষিতং।
অন্তর্মধ্যাদি নবদ্বীপ দিব্যম্মনোহরম ॥
তৎ পঞ্চ যোজনং কেচিদ্বদন্তি ক্রোশষোড়শম।
মায়া পুরঞ্চ তন্মধ্যে যত্র শ্রীভগবতগৃহম ॥

( ভক্তিরত্নাকর )

"নবদ্বীপ নদীয়া আর গৌরদেশ,
সহস্রযোজন বৈভব তারমধ্যে 'মায়াপুর',
যোগ মায়ার সৃজন ইতি নবদ্বীপ খ্যাত ॥"

শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী অষ্টকাল লীলা ॥

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নিশান্ত, | — | গৌরচন্দ্রস্য শয়নশ্চ নিজালয়ে। |
| ২। | প্রাত | — | কৃতোত্থান স্নানং তদ্ভোজনাদিকং। |
| ৩। | পুর্ব্বাহ্ন, | — | ভক্ত মন্দিরে পরমোৎসবং। |
| ৪। | মধ্যাহ্ন, | — | পরমাশ্চযৎ কেলী স্বরসরি তটে। |
| ৫। | অপরাহ্ন, | — | নবদ্বীপ ভ্রমনং ভুরি কৌতুকং। |
| ৬। | সায়ং, | — | গমন চারুশোভনং নিজমন্দিরে। |
| ৭। | প্রদোষ, | — | প্রিয়বর্গসঙ্গে শ্রীবাসভবনেস্তথা। |
| ৮। | নিশা, | — | স্মরানন্দং শ্রীমদসংকীর্তনাত্মকং। |

শ্রীমদনবদ্বীপ ধ্যানানন্দ বৰ্দ্ধনং সৰ্ব্বসম্পদং,
ব্রহ্মাদি মণ্ডিতং জনৈ্যকং নবধা ভক্তি ভুষিতং,
নব্য নব্যোৎসবং স্বশ বিচিত্র গৃহমণ্ডলং,
নানা রত্নগনৈ চিত্রং প্রাছিতং ভুরি ভুষিতং ॥

( পিতা বাবাজিগী কলম-১৯২০ ইং )

নিশান্তদা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী আরতি স্বরূপ দামুদরনা কংলি, শ্রীরাধাগোবিন্দগীদি শুকশারীনা লেংখৎনবা হৌদোক্লগা ললিতাসখীনা আরতি থোগলি।

বৈরাগ্য ( সাস্ত্রীয় সন্ন্যাস )।

তাইবংপানববু থাদোক্লগা তাইবংপানবগী মপুবু ঙুংশিনা পাম্বা ধর্ম্ম লৌববু বৈরাগ্য ( সন্ন্যাস ) ধর্ম্ম লৌবা কৌই।

বৈ, — ভোগাদি ইচ্ছনাস্তি নৈরাশা বৈকুণ্ঠ গতি,
বৈধিকাদি ক্রিয়া হীনং।

রা, — রাজকার্য্য পরিত্যজ্য রাগানুগা হরিপদং,
রাধাকৃষ্ণ ভজেন্নিত্যং রাকার তস্য লক্ষনং।

গি, — গিরিবরধর তস্য ভক্তি নিরন্তরং,
নৃতগীত প্রেমানন্দ গি কার তস্য লক্ষনং।

(কর্ম্ম পুরান)

বৈরাগীগী বেশগী মতাং ॥

| | | |
|---|---|---|
| হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ | — | ডরস্য। |
| কৃষ্ণ কৃষ্ণ | — | কৌপীনস্য। |
| হরে হরে | — | বহির্ব্বাসস্য |
| হরে রাম | — | ছত্রস্য। |
| হরে রাম | — | কমণ্ডলস্য। |
| রাম রাম | — | দণ্ডস্য। |
| হরে হরে | — | ভিক্ষা ঝুলিমন্ত্র। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীরাধা গোবিন্দ | ডবায়নমঃ। | শ্রীরূপগোস্বামী। |
| ২। | শ্রীরাধা মদনমোহন | কৌপীনায় নমঃ। | শ্রীসনাতন গোস্বামী। |
| ৩। | শ্রীরাধা গোপীনাথ | বহির্ব্বাসায় নমঃ। | শ্রীমধু পণ্ডিত। |
| ৪। | শ্রীরাধা দামোদর | কমণ্ডলায় নমঃ। | শ্রীজীবগোস্বামী। |
| ৫। | শ্রীরাধা রমন | ঝুলয়েনমঃ। | শ্রীগোপালভট্ট। |
| ৬। | শ্রীরাধাবিনোদ | দণ্ডায় নমঃ। | শ্রীলোকনাথ গোস্বামী। |

৭। শ্রীরাধা মাধব — ছত্রায় নমঃ। শ্রীজয়দেব ঠাকুর

৮। শ্রীরাধা বল্লভ — ভিক্ষায়ৈ নমঃ। শ্রীআনন্দচার্য্য ঠাকুর।

বৈরাগ্য ওইরবদি শম কোকথোকপনি, লুগুন থাংলরোই, গোপীচন্দন থিনগনি, তুলশী মালা ধারন তৌগনি, উর্দ্ধপুণ্ড্র চন্দন থিনগনি।

(চৈতন্য চারতামৃত-মধ্যলীলা ৮৭ শ্লোক)

থংজিনগদবা — ঐখোয়না বৈরাগ্য ধর্ম্ম লৌরগা শিরবদি চিড়াউৎসব মুনিত্তা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী অদ্বৈত ভোজন (মধ্যলীলা তৃতীয় পরিচ্ছেদ) পাঠ তোবা হৌনৈ হায়না সাধু সঙ্গদগী পিতা বাবাজীনা তাক-পিরমই। শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস হেক ওইখ্রবগী মতুংদা ইহান হান্না শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী সংগাইদা অদ্বৈতগী মনাই মুপী আর্য্যাজীনা লুক হৌরগা অদ্বৈত প্রভুনা রিফুংদা লুক ৩ থোক্না সমর্পন তৌই। অদুগা শেষ প্রসাদী অদু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ফংখি। মতাং অসিবু নিংশিংহনা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী পরিচ্ছেদ অসিবু পাঠ তৌগদবা ওই।

## প্রেম মন্ত্র॥

মীওইবনা শিত্রিঙৈগী মমাংদা অমসুং বৈরাগ্য লৌত্রিঙৈগী মমাংদা তঙাই ফদনা প্রেমমন্ত্র অসি ভাব তানা খংলগা শোনগনি, নিংশংগনি অমসুং নিংশিংবিগনি।

ধ্রুব মহারাজনা বদরীকাশ্রমদা লাইশিংহনা লৈরিঙৈদা মৃত্যুগী (শ্রিবগী) মতম লাকলে। মতম অসিদা ধর্ম্মরাজ যমনা মাহারাজবু লৌবা লাকই। মতম অসিদা ধ্রুব মহারাজনা শোনখিবা মন্ত্র অহবু "প্রেম মন্ত্র" কৌই, মন্ত্রদি :—

"ওঁ ভূঃ সংন্যস্তং ময়া,
ওঁ ভুবঃ সংন্যস্তং ময়া,
ওঁ স সংন্যস্তং ময়া ॥"

"ওঁ ভূর্ভুবঃ স সন্ন্যস্তং ময়া" মথং মথং রাংখৎন' শোনবা হৌনৈ।

ঐ ভূলোক থাদোকচরে, ভুবলোকশু থাদোকচরে, স লোকশু থাদোকচরে, শ্রীকৃষ্ণগী চরনাববিন্দদা চংজবে অসিনি, সোইদনমক তৌদবা যাদবা সাধননি।

(পিতাবাবাজীগী কলম)

পবোহিত (পবঃ+হিত)॥

ক্ষত্রীয়শিংনা মাগী মাগী ফত্তবা কোক্লনবা, ফবা হেনগৎনবা, য়েরুববু মাংহননবা, ফত্তবা পুয়মকপু কোকহল্লগা অফবা ওইররুবা যাগ-যজ্ঞনচিংবা থবকশিংবু তৌহন্নবগীদমক ব্রাহ্মন অমা মখোযগী মমাংদা থমহুনা শিজিন্নৈ। শিজিন্নরিবা ব্রাহ্মন অদুবু "পুরোহিত" কৌই। পুরোহিত অসি বেদগী বিচারদি থংদনা, উদগী তাবমুক পংলগা যজমানগী থবক তৌবিবা অদুদি যজমানগী মবল লৌথোক্কে হায়না লাইদা তিন্দা থৈজিন্দুনা মহু কৎলু, মহু ত্তৌ নত্রবদি লায়না শাওগনি, নংবু মুৎহনগনি, নপা নপুনা লাইরৈবাক্তা উগনি শাওগনি হায়জিনবিহুনা ভাইবংদা মীওইববু মাংননবা শিল্লকই। মসিবু তশেংনা শ্রুতিদা হায়রি ঃ—

"যথা হ বা ইদং নিষাদা বা মেলগা বা পাপকৃতোবা,
বিত্তবন্তং পুরুষমরন্যে গৃহীত্বা কর্ত্তমন্বস্য বিত্তমাদায় দ্রবন্তি
একমেব সঋত্বিজো যজমানং কর্ত্তমন্বস্য বিত্তমাদায় দ্রবন্তি
বিদো যাজয়ন্তি ॥"

(ঐত্তরেয় ব্রাহ্মণ ৮/১১)

বেদগী থবকপু ফীদম য়াওদনা যজমানবু তৌহনবা অসিদি হুয়ানবা অমসুং ডাকুগা মান্নবনি। মহাক্না নিংলিবদি যজমানগী মপোৎ মরলবু লৌগেতনি। মসিবু খংনা খংনা মখোযবু থবক তৌহল্লি অসুম্না শাস্ত্রশিংনা হায়রি। মতাং অসিদা মুণ্ডকোপনিষৎ শ্রুতিনা হায়.:–

( মৈতৈ কীর্তন )

"প্লবা হ্যেতে অদৃঢ়া যজ্ঞরূপা।।"

( মুং ১/২/৭ )

ফীদম যাওদবা যজ্ঞনচিংবা থবক তৌবা অসিদি তাইবং পানববু তাই-বংইপাক্তা অকাইবা হিদা তোংঙনা লানবগা মান্নৈ, মীওইনা পোকপগী থুংগে তাল্লিবা য়োঁফম অতু থুংবা ঙমগদবা নত্তে। পুরোহিতনা লান্না যাগ-যজ্ঞঃ তৌবিবদগী মীওইবগী ( যজমানগী ) মাংননবা ওইরকই। বেদ অহমনা তাকপা যাগ-যজ্ঞঃ বু চুম্না তৌরবা ফাওবদা পোক্ল-শির, পোক্ল-শির তৌত্নুনা লৈরি, মতম অতুদা মনুংগী জ্ঞান ফাওবা মাংলকই। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি,–

"এবং এয়ীধর্ম্মমনু প্রপন্না গতা গতং।।"

( গীতা ৯/২১ )

মরম অসিদগী বেদ নিংথিনা হৈরবা ব্রাহ্মনবু খল্লগা পুরোহিত ওইহনগদবনি নত্রবদি ঐখোয়গী কান্নবা অমসুং অফবা ওইরকপগী মহুৎতা মেনশিনবা ঙম্নরোইদবা অমাংবা ওইবক্কনি।

( মৈতৈ কীর্তন )

## শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুকৃত
## শিক্ষা শ্লোকাষ্টকম ।।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী অন্ত লীলাদা শ্রীনীলাচল ক্ষেত্রদা লৈবা মতমদা প্রভুনা লেংবিরম্বা শিক্ষাষ্টক শ্লোকি। মহুদি:–

(১)

"চেতোদর্পন মার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনং,
শ্রেয়ঃ কৈরব চন্দ্রিকা বিতরনং বিদ্যাবধুজীবনম,
আনন্দাম্বুধি বর্দ্ধনং প্রতি পদং পূর্নামৃতস্বাদনং,
সর্ব্বাত্ম স্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্তনম।"

পুক্নিং লৌশিংগী মশক মিংশেলগী অমকপা কোকহনবা, তাইবংপান কৌবগী লম্বেলবু মুথংপা, অফবা কৌবা থরোম্বু শাংতোরম্বা শাবল শিবা, মহৈ কৌবী মৌবু মানা হিংহনবা, মুংওাইবগী মশক ওইবা সমুদ্রদা চাওখং-হনবা মাহৈ খুদিংগী অমৃত পীথকপা, পুক্নিং হকচাং থিবিকপু শেংহনবা, শ্রীকৃষ্ণগী নামবু শক শোনবনা থোইদোক্না জয় ওইরি।

(২)

"নাম্না মকারি বহুধা নিজসর্ব্বশক্তিস্তত্রার্পিতা
নিয়মিতঃ স্মরনে নকালঃ।
এতাদৃশী তব কৃপা ভগবন্মমাপি, দুর্দৈব
মীদৃশমিহাজনি-নানুরাগঃ।"

ইবুংঙো! নংনা নমিংবু (দশনাম, শতনাম, সহস্রনাম অসিনচিংবা ওইনা) য়ামহল্লি, নহাক্কী নমিং অমুদা ইবুংঙো নংগী নত্তিক নগুন পুম্নমকপু লৈহল্লি অমগা অমগুম্বা মিং ময়াম অমবু নিংশিংবদা য়াই-য়াদে হায়বা মতমমু ককপীদে হায়বদি মতম'পুম্বদা যাহল্লি। হে ভগবন! নহাক্কী থৌজালদি অমুকতি চানবিহৈরগা, ঐবুতদি ওম্ময়ানা ল ইবক খিহনথরেদা, হৌজিক ফাওবদা নংগী নামদা অনুরাগ (অপাম্বা) পোকহনদরি॥

(৩)

"তৃণাদপি সুনীচেন তরোরপি সহিষ্ণুনা,
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদাহরি ॥"

নাপীদগীসু হেন্না তোন্না, উদগী হেন্না থাংবা কন্না মীবু ইকাইখুম্না মতম খুদিংদা শ্রীহরিগী কীর্তনবু তৌগনি ॥

(৪)

নধনং নজনং নসুন্দরীং কবিতাংশ্চ জগদীশকাময়ে।
মমজন্মনি জন্মনীশ্বর ভবতাদ্ভক্তিরহৈতুকীত্বয়ি ॥"

ইয়নইখুম লৈবস্নু পামজদে, ফজবা শৈরেংলেংবসু পামজদে, ইবুংঙো ! মপোক মপোক খুদিংদা নংগী ননাই ওইজবা নত্তোন্দা ভক্তি লৈজবা পিনাবয় ॥

(৫)

"অয়ি নন্দতনুজ কিঙ্করং পতিতং মাং বিষমে
ভবাম্বুধৌ।
কৃপয়া তব পাদপঙ্কজস্থিত ধুলিসদৃশং চিন্তয় ॥"

হে নন্দ নিংথৌগী মচা ইবুংঙো ! ঐদি লানগমদবা তাইবং ইপাক্তা তাহ্লনা লৈরে ( নংবু থাদোক্তুনা লৈরে ) ননাইবু নংনা থৌজানবিহ্লনা নংগী খুয়া উফুলগুম নিংবিউ ( থাদোকপিগনু ) ॥

(৬)

"নয়নং গলদশ্রুধারয়া বদনং গদ গদরুদ্ধয়া গিরা,
পুলকৈর্নিচিতং বপুঃ কদা তব নামগ্রহণে
ভবিষ্যতি ॥"

হে ইবুংঙো ! নমিংবু শোনবদা ইমিৎতা পী তাবা, ইচিন্না হিকনা হিকনা ঙাংবা, ইশাপুম্বা হূজুংবা করম্বা কান্না ওইবা ফংজগদগে ॥

(৭)

"যুগায়িতং নিমিষেন চক্ষুষা প্রাবৃষায়িতম।
শূন্যায়িতং জগৎসর্ববং গোবিন্দবিরহেন মে ॥"

ঐনা শ্রীগোবিন্দবু কাইনবা অসিদি মিকুপ অমবু যুগ অমা শাংবশুম নিংলে। মিৎ অনিমক নোংচুবঙ্গম পি শিম্বয়ে, অাইবং পুম্বা শূন্য ওাক্তা ওইনা নিংলে ॥

(৮)

"আশ্লিষ্য বা পাদরতাং পিনষ্টু-মা, মদর্শনা
মর্ম্মহতাং করোতুবা।
যথা তথাবা বিদধাতু লম্পটো, মৎপ্রাননাথস্তু
স এব নাপরঃ ॥"

হে সখি! ঐদি মাগী মনাই ম্নীনি, মমাংগী মখোয় শিবিবুনা ক্লোনশিনবিহনা লৌশিনবিসনু নত্রগা এবু উহন্দহনা মাহনগে মাহনসনু। ইবুংঙো মাদি লমপটনি মানা তৌনিংবতা মনিং তৌসনু, ঐগী মাইবী থরাইগী মপুদি মাতনি ॥

য়েংশিনগদবা— শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতগী অন্ত লীলাদা তাকপিরমই "শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী শিক্ষাষ্টক শ্লোক অসিবু পারবদি অমসুং তারবদি নোংম নোংমগী শ্রীকৃষ্ণ প্রেমভক্তি ফংনগনি।

(চৈঃ চঃ অন্তলীলা বিংশপরিচ্ছেদ)

শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী অন্তর্গত ওইবা শ্লোক থরদং ॥

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী মরি লৈনবা ঐগী পিতা বাবাজীনা ঙোইনা শ্রোনরকমন্নরগী জগন্নাথ হোৎরা, ঐবুসু ঙোন্নশিং অমি থিয়ু হায়না

তাকপিরম্বনি। ঐনা য়ায়া মুংশিজহনা শ্লোক ৫/১০ দং অসি হাপচবনি।
শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজগী চৈতন্য চরিতামৃতগী অয়াম্বা শ্লোকস্ থেংনজবনি।

১। "অনর্পিত চরীং চিরাৎ করুনায়াবতীর্ণঃ কলৌ,
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তি শ্রিয়ম।
হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতি কদম্ব সন্দীপিতঃ,
সদা হৃদয় কন্দর স্ফুরতু ব শচীনন্দনঃ।।"

( বিদগ্ধমাধব ১ম অঙ্ক )

২। "রাধাকৃষ্ণ প্রনয়বিকৃতিহ্লাদিনী শক্তিরস্মা
ভুবি পুরা দেহভেদঃ গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকটা মধুনা তদ্দ্বয়ং চৈক্যমাপ্তং,
রাধাভাবদ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম।।

( শ্রীরূপ গোস্বামী কৃতম )

৩। "পঞ্চ তত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপ স্বরূপকম,
ভক্তবতারং ভক্ত্যাখ্যং নমামি ভক্ত শক্তিকম।।"

( শ্রীচৈঃ চঃ আদিখণ্ড )

৪। পঞ্চদীর্ঘঃ পঞ্চসূক্ষ্মঃ সপ্তরক্তং ষড়ুন্নতঃ।
ত্রিহ্রস্ব পৃথু গম্ভীরো দ্বাত্রিংশল্লক্ষনোমহান।।

( শ্রীচৈতন্য দেবের ৩২ লক্ষন
শ্রীচৈঃ চঃ—আদি খণ্ড )

৫। "আরাধ্য ভগবান ব্রজস্য তনয়,
তৎ ধাম বৃন্দাবন, রম্যাকাশ্চিৎ উপাসনা ব্রজবধূবর্গেন

যা কল্পিতা শাস্ত্রং ভাগবত পুরান মঙ্গলং।
প্রেম পুমার্থ মহান শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুর মতমিদম
তত্রাদর নপর॥"

( চৈঃ চঃ আদি খণ্ড )

৬। হরি হরি বিফলে গেল জনম গুঙ্গাইনু।
মানুষ জনম পাইয়া রাধাকৃষ্ণ না ভজিয়া,
জানিয়া শুনিয়া বিষ খাইনু॥"

( নরোত্তম ঠাকুর )

৭। "গ্রাম্য বার্ত্ত না শুনিবে,
কৃষ্ণ কথা শুনিবে॥

( চৈতন্য মহাপ্রভু )

৮। "সুচী হইয়া মুচী হয়-যদি কৃষ্ণ ত্যজে।
মুচী হইয়া সুচী হয় যদি কৃষ্ণ ভজে॥"

( পুরান বাঙ্গালী পদ্য )

৯। "একলে ঈশ্বর কৃষ্ণ,
আর সব ভৃত্য॥"

( চৈঃ চঃ – আদিখণ্ড )

১০। নাহং তিষ্ঠামি বৈকুণ্ঠে, নযোগী হৃদয়েরবো।
মদ্ভক্তা যত্র গায়ান্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ।

( শ্রীকৃষ্ণ বাক্যম )

১১। "কলৌ সংকীর্তনেনেব
সর্ব্বস্বার্থোহ ভিলভ্যতে॥"

( শ্রীভাগবত )

১২। অদৌ শ্রদ্ধা ততঃ সাধুসঙ্গম ।।"

( ভক্তিরসামৃতসিন্ধু র্বিন্দু )

১৩। "রম্যা কশ্চিৎ উপাসনা
ব্রজবধু বর্গেন যা কল্পিতা ।।"

( শ্রীচৈঃ চঃ আদিখণ্ড )

১৪। "হরের নাম হরেরনাম,
হরের নামৈব কেবলম,
কলৌ নাস্তেব
নাস্তেব গতিরন্যথা ।।"

( শ্রীব্রহ্মনারদীয় পুরান )

১৫। "কীটপেষ সমারূঢ,
শুদ্যায়াস্তং মনুস্মরন,
সম্ভব ভয়যোগেন বিন্দতে তৎস্বরূপতাং ।।"

( শ্রীচৈঃ চঃ )

১৬। "পরব্যসনিনি নারী বাগ্রাপি গৃহকর্ম্মসু,
তাদেবাস্বাদয়ত্যন্ত নব সঙ্গরসায়নম ।।"

( শ্রীচৈঃ চঃ )

১৭। পঙ্গুং লঙ্ঘয়তে শৈলং,
মুকমাবর্ত্তয়েৎ শ্রুতিং,
য়ৎ কৃপা তমহং বন্দে
কৃষ্ণ চৈতন্যমীশ্বরং ।।

( কৃষ্ণদাস কবিরাজ )

১৮। "দীব্যদ্বৃন্দারণ্য কল্পদ্রুমাধঃ,
শ্রীমদ্রত্নাগার সিংহাসনস্থৌ।
শ্রীমদ্রাধা শ্রীলগোবিন্দদেবৌ
প্রেষ্ঠালিভি সেব্যমানৌ স্মরামি॥"

( শ্রীচৈঃ চঃ—আদিখণ্ড )

১৯। "ন গৃহং গৃহমিত্যাহু র্গৃহিনী গৃহমুচ্যতে॥"

( শ্রীচৈঃ চঃ )

২০। "তুলশীদল মাত্রেন জলস্য চুলুকেনবা।
বিক্রীনীতে সমাত্মানং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসল॥"

( হরিভক্তি বিলাস )

২১। "ভক্তপদধুলী ভক্তপদজল ভক্তভুক্তশেষ।
এই তিন মহাবল॥"

( শ্রীচৈঃ চঃ )

২২। "ক্ব নন্দকুলচন্দ্রমা শিখিচন্দ্রিকালঙ্কৃতিঃ,
ক্ব মন্দমুরলীরবঃ ক্ব নুঃসুরেন্দ্রনীলদ্যুতিঃ,
ক্ব রাসরসতাণ্ডবী ক্ব সখী জীবরক্ষৌষধির্নিধির্মম,
সুহৃদ্ তমঃ ক্ব বত হন্ত হা ধিগ্বিধিং॥"

( ললিতমাধব—৩/২৫ )

২৩। "জয়তাং সুরতৌ পঙ্গোর্মম মন্দমতের্গতি।
মৎ সর্ব্বস্ব পদাম্ভোজৌ রাধামদন মহনৌ॥"

( কৃষ্ণদাস কবিরাজ )

২৪। যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ংতথা॥
সর্ব্বগোপীষু সেবৈকা বিষ্ণোরত্যন্তবল্লভা॥

( শ্রীরাধাকুণ্ডবর্ন ন—লঘুভাগবতামৃত )

২৫। "মূকং করোতি বাচালং, পঙ্গুং লঙ্ঘয়েতে গিরিম।
তৎ কৃপা তমহং বন্দে পরমানন্দ মাধবম॥"
(শ্রীধরস্বামী)

২৬। "কদাহং যমুনাতীরেনামানি তব কীর্ত্তয়ন।
উদ্বাস্প পুণ্ডরীকাক্ষ রচায়িষ্যামি তাণ্ডবম॥"
(সাধনভক্তি লহরী শ্রীরূপগোস্বামী)

২৭। "অয়ি দীনদয়াদ্র নাথ হে মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।
হৃদয়ং তদাবলোকন কাতর দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোমহ্য॥"
(শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী)

২৮। কবে বৃষভানুপুরে আহিরী গোপের ঘরে,
তনয়া হইয়া জনমিব।
যাবটে আমার কবে এ পানি গ্রহন হবে,
বসতি করিব কবে তায়॥
(শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়)

পিতা বাবাজীনা শকচরম্বা প্রার্থনা॥

ঐগী পিতা ববাজীন মুমিৎ খুদিংমক্কী আহ্নিক পুজাগী মতমদা প্রেমগা লোম্নন্না শকচরম্বা প্রার্থনানি। প্রার্থনা ২ অসি শ্রীরাধাকুণ্ডগী শ্রীজীব-গোস্বামী ঘেরাদা তাং ২৫ / ৭ / ১৯৪৬ ইংদা পিতা বাবাজীগী খুৎমক্না ইবিরম্বনি ঐনা ফংজর-বদগী মুংশিজতুনা গ্রন্থ অসিদা হাপচম্বনি। ওসিদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমগা, পিতাবাবাজীগী প্রেমগা, প্রেম অনিমক অমতা ওইনা তিনশিন্নখ্রে। মুংশিল্লেদা! ইনাওশিংনা খংজহৌনবা হায়নি।

প্রর্থনা॥
(১)

"শ্রীরাধাগোবিন্দ যুগল চরন মাথে দিও।
অন্তকালে দুঁহা চরনে রাখিও।

যদি না করিবে দয়াময় দয়াময়ী নাম,
এ সংসার মাঝে কলঙ্ক রহিবে।
নরোত্তমদাস কয় রাধাকৃষ্ণ শ্রীচরনে,
শ্রীরূপ মঞ্জরী চামর সেবা দিবে॥"

( ২ )

হা ব্রজকুলচাঁদ মোরে নিজদাসী জানি,
হা হা প্রানেশ্বরী রাধে এ দাসিনী,
রাখ শ্রীচরনে জন্মে জন্মে দেও মোরে,
তুমাহুহা পদাম্বুজ বারে বারে নিবেদয়ে,
দুটী রাঙা চরনতলে প্রান নাথ।
দয়া করহে প্রেমসেবা দেও মোরে,
বারে বারে নিবেদয়ে দুটী রাঙা চরন তলে॥

## শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী সংক্ষীপ্ত জীবনী॥

### ( ১ ) জন্ম।

( শকাব্দ ১৪০৭-খৃষ্টাব্দ ১৪৮৫ )

শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু শকাব্দ ১৪০৭ ( খৃঃ ১৪৮৫ ) দা ফাইরেল থাগী পূর্ণিমা তিথি ইবাই ফুমিৎকী সন্ধ্যাগী শুভক্ষন সিংহ রাশী, সিংহলগ্ন, পূর্বফাল্গুনী নক্ষত্রদা উচ্চ গ্রহ ওইবা মতমদা ইবুংঙো মহাপ্রভু মদীয় শ্রী শ্রীনবদ্বীপ মায়াপুরদা নরদেহ লৌরগা আবির্ভূত ওইখি। জন্মপিতানা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনি, জন্মমাতানা শ্রীশচীঠাকুরানীনি। ইবুংঙোদি মমাগী গর্ভদা থা ১৩ লৈখি ( মীরোনখি )। ইবুংঙোগী চহি ১২ শুরকপদা জন্মপিতা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র পরলোকগত ওইখিরমই॥

## ( ২ ) বিবাহ, পিতৃতর্পন, বিষ্ণুদীক্ষা, গার্হস্থ ॥

ইবুংঙোনা চহি ২২ শুরকপদা শকাব্দ ১৪২৯ ( খৃ: ১৫০৭ ) তা মশক মতৌ ফজববী লক্ষ্মী দেবীগা লোইননা লুহোংখি। ঙকুমা অসিমক্তদা পিতৃতর্পন তৌকনবা ইবুংঙো গয়াদা লেংই। মফম অসিদা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্য ঈশ্বরপুরীদগী বিষ্ণুদীক্ষা লৌবগা সংকীর্তনস্থ তমলকই।

গয়াদগী যুমদা ( শ্রীনবদ্বীপতা ) হল্লকপা মতমদদি ইবেম্মা লক্ষ্মীঠাকুরানীদি লীননা চিকপদগী নোঙ্গাখিবম্রে। চহি ২২ হেন্দরি, কুম অসিমক্তা অমুক হন্না মশক মতৌ ফজববী, গুনাচেন্নবী বিষ্ণুপ্রিয়া দেবীগা লোইননা লুহোংখি। অসুম তৌহনা ইবুংঙোগী চহি ২৭ শুবকপা ফাওবা গার্হস্থ পুন্সি লেনখিবমই, মমা ইবেম্মা শচীঠাকুরানীস্থ মচা-মমো য়েংহনা মুংগাইনা মতম খর অসি লেনখি।

## ( ৩ ) সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌবা ॥

ইবুংঙোগী মশাগী চহি ২৪ শুরকপদা শকাব্দ ১৪৩২ ( খৃ: ১৫১০ ) য়াকচিং থাগী শুক্লাপক্ষ থাংজা মুমিস্ত্রা শ্রীকেশব ভাবতীদগী ইবুংঙো শাস্ত্রীয় সন্ন্যাস লৌখিরমই, সংসাব ত্যাগ তৌখ্রে।

## ( ৪ ) ভাগবত ধর্ম্ম শন্দোকপা ॥

ইবুংঙোগী মশাগী চহি ২৪ শুবদগী ( সন্ন্যাস ওইবগী হেক মতুংদগী ) শকাব্দ ১৪৩২—'৩৮ ( খৃ: ১৫১০ —'১৬ ) ফাওবা চহি ৬ চুপ্না খা ভারত, অরাং ভারত অমসুং নোংপোক ভারততা ভাগবত ধর্ম প্রচার তৌখি। চহি ৬ অসিগী মনুংদা দাক্ষিণাত্যদা গোদাবরী তুরেলগী মপান্দা মহাভাগবত রায় রামানন্দ কবিগা লোইননা মশিং লাকওয়রবা শাস্ত্রগী, শ্রীরাধা

কৃষ্ণগী প্রেমভক্তিরসামৃত ময়াম্ আলোচনা তৌনখি। মফম অসিদা শ্রীমতিরাধিকা ইবেম্মগী "প্রেম বিলাস বিবর্ত" গী থম থেংবা মহাভাব প্রেমামৃতবু রায়গী মচিন্দগী প্রভুনা আস্বাদন তৌরিখি। মতুংদা প্রভু শ্রীনীলাচল ক্ষেত্রদা লেংলকই।

## (৫) শ্রীব্রজভূমিদা লুপ্তলীলাস্থল পুনরুদ্ধার তৌবা।

ইবুংঙোনা লীলাচল ক্ষেত্রদা চহি ১৮ মনাই শিষ্য অয়াম্বগা (শ্রীরূপ শনাতননচিংবা) লোইননা শাস্ত্রগা আলোচনা তৌমিন্নদুনা (নৈনদুনা) ধর্ম গ্রন্থ কয়ামুকপু লেংথোকপিখি, অমসুং লেংথোকহল্লমই।

মমুং অসিদা ইবুংঙোগী মশাগী চহি ২৯/৩০ চংলকপা মতম শকাব্দ ১৪৩৬ (খৃ. ১৫১৪) গী অসিরাইদা ইবুংঙোগী মা পুক্লিংদা শ্রীব্রজ-মণ্ডলদা দ্বাপরগী লোইরমদাই কালিযুগীদি প্রথম সন্ধ্যাদা শ্রীরাধাগোবিন্দ প্রিয়সখীশিংগা লোইননা শান্নবিরম্বা লীলাস্থল পুথোকলমগে নিংবিবদগী বৃন্দাবনদা লেংবিরকখি। ইবুংঙোনা শ্রীবৃন্দাবনগী তীর্থ অয়াম্বা পরিক্রমা তৌবিরগা শ্রীরাধাকুণ্ডনচিংবা লীলাস্থল খরদি প্রভুমক্না পুনরুদ্ধার তৌবি-রমই, অতৈ তীর্থ পুম্নমক্তি গোস্বামীশিংদা পুনরুদ্ধার তৌনবা তাকপিরমলগা ইবুংঙোদি পুরীদা অমুক হন্না লেংখিরমই।

## (৬) প্রভুগী লীলা সম্বরণ॥

ইবুংঙোনা চহি ১৮ চুপনা পুরীদা শিষ্যশিংগা শাস্ত্র পুম্নমক নৈনরগা গোস্বামীশিংবু ভক্তিগ্রন্থ মশিং লাকওমদনা ইথোকহনবীরমই। মতৌ অসুম্না চহি ১৮ অসি শ্রীনীলাচল ক্ষেত্রদা লেনাখ।

ইবুংঙোগী মশাগী চহি ৪৮ শুবদা শকাব্দ ১৪৫৫ (খৃঃ ১৫৩৩) দা আষাঢ়গী (ইঙাগী) সপ্তমী তিথি নোংমাইজিং নুমিৎতা গুণ্ডিচা মন্দিরদা শ্রীজগন্নাথ দেবগী বিগ্রহদা লীন ওইখি হায়নৈ; কনা কনাগুম্না হায়নবা

অমসু লৈ মথুদি শ্রীরূপকী 'প্রেমদা ভাও খত্পা সমুদ্রদা চোংথখিবদগী' অমুক লেংথলকখিরে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ইবুংঙোগী 'লীলাদি' মতাং অসিদা সম্বরন ওইখি।

## মনিপুরদা গৌরিয়া ধর্ম্ম ॥

শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভুনা মানবলীলা সম্বরন (খৃঃ ১৫৩৩) ওইপ্রবগী মতুং চহি ২০০ মুক্তী মতুংদা অনুমান খৃঃ ১৫৩৩+২০০=১৭৩৩ গী মতুংদা বৈষ্ণব চূড়ামনি ভক্ত রাজর্ষি মনিপুরেশ্বর মহারাজ শ্রীভাগ্যচন্দ্র সিংহনা পান্‌বা কুমদা খৃঃ ১৭৫৯ গী মনুং অসিদা মনিপুরদা গৌরধর্ম চংলকই, শ্রীযুৎ মহারাজসু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অকোনবা শাখা (শিষ্য) শ্রীরূপ-পরমানন্দ দগী গৌড়ীয় ধর্মদা দীক্ষা তৌখি।

মতম অসিদা বঙ্গদেশতা মরুওইনা শ্রীনবদ্বীপ ধামদাদ গৌরধর্ম অসি পুংমুৎ মুৎলুরবদগী শ্রীযুৎ মহারাজনা হিংগৎহনবনি নত্রবদি গৌরধর্ম অসি বালাকীগী ইতিহাসতা রাতামমত্রগদবনি।

## শ্রীবৈষ্ণবসেবা আরতি কীর্ত্তন পদাবলী ॥

(সন ১৩২৫)

(শ্রীব্রজমোহন দাস নবদ্বীপ)

মনিপুরদা গৌরধর্ম চংলক্লবগী মতুংদা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা, গুরুজনশিংনা বৈষ্ণব সেবা ওইনা শরুবা শোল্লসা হৌজিক কাওবা শোয়রিবা আরতিগী ঈশৈ খরদং অমসুং কীর্তন খরদং অসি গ্রন্থাকারনা পামজত্পা শ্রীব্রজমোহন দাসকী পদাবলীদগী লৌথোক্তুনা হাপচবনি। ওসি চহি ৭০ দগী হেন্না লীরবা সংকীর্তন, গানশিংনি।

## শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী আরতি ॥

ভালি গৌরাচাঁদের আরতি বনি ।
বাজে সংকীর্তনে মধুরস ধ্বনি ।
শঙ্খ বাজে ঘন্টা বাজে বাজে করতাল ।
মধুর মৃদঙ্গ বাজে শুনিতে রসাল ॥
বিবিধ কুসুম ফুলে গলে বনমাল ।
শতকোটি চন্দ্র জিনি বদন উজালা ॥
ব্রহ্মাআদি দেব যাকে করযোড় করে ।
সহস্র বদনে ফনী মনি ছত্র ধরে ।
শিব শুক নারদ ব্যাস বিচারে ।
নাহি পরাৎপর ভাব বিভোরে ॥
শ্রীনিবাস হরিদাস পঞ্চম গাওযে ।
নরহরি গদাধর চামর দোলাওযে ।
বীরবল্লভ দাস শ্রীগৌর চরণে আশ ।
জগভরি বহু গোরার মাহিমা প্রকাশ ॥

## শ্রীশ্রীরাধিকা জীউর সন্ধ্য আরতি ॥

জয় জয় রাধেজীকো শরন তোঁহারি ।
ঐসন আরতি যাউ বলিহারী ॥
পাট পটাম্বর উরে নীল শাড়ী ।
সিথি পর সিন্দুর যাউ বলিহারী ॥
বেশ বনাও ত প্রিয় সহচরী ।
রত্তন সিংহাসনে বৈঠল গোরী ॥

রতনে জড়িত মনি মানিক মোতি ।
ঝলমল আভরন প্রতি অঙ্গে জ্যোতি ॥
চৌদিকে সখীগন দেই করতালি ।
আরতি করতহি ললিতা পিয়ারী ॥
নব নব ব্রজবধূ মঙ্গল গাওয়ে ।
প্রিয় নর্ম সখীগন চামর দোলাওয়ে ।
রাধাপদ পঙ্কজ ভকত কি আশা ।
দাস মনোহর করত ভরসা ।

## শ্রীশ্রীগোপাল জীউর সন্ধ্যা আরতি

হরত সকল সন্তাপ জনমকো,
মিটত তাপ যম কালকি ।
আরতি কিয়ে জয় জয় মদন গোপালকি ॥
গাঘৃত বতিক্ত কপূর কি বাতি,
ঝলকত কাঞ্চন থাল কি ।
চন্দ কোটি কোটি ভানু কোটি ছবি,
মুখ শোভা নন্দদুলাল কি ॥
চরন কমলোপর নূপুর বাজে,
উরে দোলে বৈজয়ন্তি মালকি ।
ময়ুর মুকুট পীতাম্বর শোহে,
বাজত বেনু রসালকি ॥
সুন্দর লোল কপোলন কিয়ে শোভা,
নিরখত মদন গোপালকি ॥
সুর নর মুনিগন করতহি আরতি,

ভকত বৎসল প্রতি পালক ।।
বাজে ঘণ্টা তাল মৃদঙ্গ ঝাঁঝরি,
অঞ্জলী কুসুম গুলালকি ।।
হুঁ হুঁ বলি বলি রঘুনাথ দাস গোস্বামী,
মোহন গোকুল লালকি ।।
আরতি কিয়ে জয় জয় মদনগোপালকি
মদন গোপাল জয় জয় যশোদা দুলালকি ।
যশোদা দুলাল জয় জয় নন্দদুলালকি ।
নন্দদুলাল জয় জয় গিরিধারি লালকি ।
গিরিধারিলাল জয় জয় রাধারমন লালকি ।
রাধারমন লাল জয় জয় রাধাবিনোদ লালকি
রাধা বিনোদ লাল জয় জয় রাধাকান্ত লালকি
রাধাকান্তলাল জয় জয় গোবিন্দ গোপালকি ।
গোবিন্দ গোপাল জয় জয় গৌরগোপালকি ।
গৌরগোপাল জয় জয় শচীর দুলালকি
শচীরদুলাল জয় জয় নিতাই দয়ালকি ।
নিতাই দয়াল সীতাঅদ্বৈত দয়ালকি ।
আরতি কিয়ে জয় জয় মদনগোপালকি ।।

## তুলশী মহারানী ।

নমো নম তুলশী মহারানী,
বৃন্দা মহারানী নমো নমঃ ।।
যাকো দরশে পরশে অঘ নাশই,
মহিমা বেদ পুরানে বাখানি ।

মাকো পত্র মঞ্জরী কমল,
শ্রীপতি চরন কমলে লেপটানি ॥
ধন্য তুলশী (মাইয়া) কোন তপ কিয়ে,
শ্রীশালগ্রাম মহা পাটরানী ॥
ধুপ দীপ নৈবিদ্য আরতি,
ফুলনা কিয়ে বরখা বরখানি ॥
ছাপান্নভোগ ছত্রিশ বেঞ্জন,
বিনা তুলশী প্রভু এক নাহি মানি ॥
শিব সনকাদি আউর ব্রহ্মাদিক,
ঢোরত ফিরত মহামুনি জ্ঞানি।
চন্দ্রশেখর মেয়্যা তেরা যশ গাওয়ে
ভকতি দান দিজয়ে মহারানী।

## কথা কীর্ত্তন গান ॥

( নাম মালা আর সেবাইতের নাম )

জয় জয় রাধামাধব রাধে,
জয়দেবের প্রান ধনহে ॥
জয় জয় মদনগোপাল, মদনগোপাল রাধে,
সীতা নাথের প্রান ধনহে ॥
জয় জয় রাধাগোবিন্দ, রাধাগোন্দি রাধে,
রূপ গোস্বামীর প্রান ধন হে।
জয় জয় গোপীনাথ, রাধা গোপীনাথ রাধে,
মধু পণ্ডিতের প্রান ধনহে ॥
জয় জয় রাধামদনমোহন, রাধামদনমোহন রাধে,
সনাতনের প্রান ধন হে।

জয় জয় রাধা দামোদর, রাধাদামোদর রাধে,
জীব গোস্বামীর প্রানধনহে ॥
জয় জয় রাধারমন, রাধারমন রাধে
গোপাল ভট্টের প্রানধনহে ॥
জয় জয় রাধাবিনোদ রাধাবিনোদ রাধে.
শ্রীলোকনাথের প্রানধনহে ॥
জয় জয় রাধা গিরিধারী, রাধা গিরিধারী রাধে,
দাস গোস্বামীর প্রান ধনহে ॥
জয় জয় রাধাশ্যামসুন্দর, রাধ শ্যামসুন্দর রাধে,
শ্যামানন্দের প্রান ধনহে ॥
জয় জয় রাধাবল্লভ, রাধাবল্লভরাধে,
হরিবংশের প্রানধনহে ॥
জয় জয় রাধাবঙ্কবিহারী রাধাবঙ্কবিহারী রাধে,
হরিদাস স্বামীর প্রান ধনহে,
জয় জয় রাধাকান্ত জয়, রাধাকান্ত জয় রাধে,
বক্রেশ্বরের প্রানধনহে ॥
জয় জয় রাধা ব্রজমোহন রাধা, ব্রজমোহন রাধে।
ঠাকুর নরোত্তমের প্রান ধন হে ॥
ইত্যাদি

মথংদা বিহাগড়া কীর্ত্তন ॥

জয় জয় গুরুগোছাঞি চরন সার।
যাহার কৃপাতে তরি এ ভব সংসার ॥
অন্ধপদ ঘুচিল যার বরনা অঞ্জনে।
অজ্ঞান তিমির নাশ কৈলা যেইজনে ॥

এ হেন গুরুর বাক্য হৃদয়ে ধরিয়ে।
অনায়াসে যাব ভব সংসার তরিয়ে ।
জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যাইনন্দ।
জয়াদ্বৈত চন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ ।।
জয় জয় গদাধর জয় শ্রীবাস।
জয় স্বরূপ রামানন্দ জয় হরিদাস ।।
জয় রূপসনাতন ভট্টরঘুনাথ।
শ্রীজীব গোপাল ভট্টদাস রঘুনাথ ।।
এই ছয় গোসাঞিও করি চরন বন্দন।
যাহা হইতে বিঘ্ননাশ অভীষ্ট পূরন ।।
এই ছয় গোসাঞি যবে ব্রজে কৈল বাস।
রাধাকৃষ্ণ নিত্যলীলা করিলা প্রকাশ ।।
এই ছয় গোসাঞি যার তার মুঞিও দাস।
তাসবার পদরেণু মোর পঞ্চপ্রান।
মুকুন্দ নরহরি শ্রীরঘুনন্দন।
খণ্ডবাসী চিরঞ্জীব আর সুলোচন ।।
ভূগর্ভ শ্রীলোকনাথ জয় শ্রীনিবাস।
নরোত্তম রামচন্দ্র গোবিন্দ দাস।
জয় জয় শ্যামানন্দ জয় রসিকানন্দ।
নিধুবনে সেবা করে পরম আনন্দ।
জয় গৌরভক্ত বৃন্দ গৌর যার নাম।
কৃপা করি দেও মোরে প্রেম ভক্তি দান ।।
দন্তে তৃণ ধরি মুঞি করি নিবেদন।
কৃপা করি কর মোর অপরাধ মার্জ্জন ।।

রাধে কৃষ্ণ গোবিন্দ যমুনা বৃন্দাবন ॥
রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড গিরি গোবর্দ্ধন।
জয় জয় রাধা কৃষ্ণ রাধাগোবিন্দ।
ললিতা বিশাখা আদি যত সখীবৃন্দ ॥
শ্রীরূপ মঞ্জরী আদি মঞ্জরী অনঙ্গ।
কৃপা করি দেও যুগলচরনারবিন্দ ॥
পৌর্নমাসী কুন্দলতা জয় বীরাবৃন্দ ॥
কৃপা করি দেহ মোরে শ্রীরাধাগোবিন্দ ॥
জয় জয় ব্রজেশ্বরী জয় ব্রজরাজ।
ভানু কীর্ত্তিমতী আদি গুরুর সমাজ ।
জয় জয় বলরাম জয় শ্রীমুকুণ্ড।
শ্রীদাম সুদাম আদি যত সখাবৃন্দ ॥
হইয়াছেন হইবেন যত—কৃষ্ণদাস।
তা সবার পদরেনু মোর পঞ্চগ্রাস ॥

মঙ্গলারতির কীর্ত্তন।

রাই জাগ রাই জাগ শারীশুক বলে।
কত নিদ্রা যাও কাল মানিকের কুলে ॥
রজনী প্রভাত হৈল বলিরে তোমারে।
অরুন কিরন হেরি প্রান কাঁপে ডরে ॥
শারী বলে ওহে শুক গগনে উরিয়া ডাক।
নব জলধরে আনি অরুনের ঢাক।
শুক বলে শারী মোরা পোষনীয়া পাক্ষী।
জাগালে না জাগালে রাই ধরম কর সাক্ষী
ডালে তে বসিয়া শুককরে উচ্চধবনি।

উঠিয়া বসিল তবে রাধা বিনোদিনী ।।
গোকুলানন্দ বলে শুক কি কার্য্য করিলি ।
তমালে কনক লতা কেন ছাড়াইলি ।।

মতাং অসিদা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী আবির্ভাবতগী লীলা সম্বরন ওইবা ফাওবগী সংক্ষিপ্ত জীবনী থরদং ইবা লোইজরে ।

ওঁ তৎসৎ ওঁ ।।



শ্রীশ্রীরাধা গোবিন্দ, মণিপুর

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী নিরুপন ॥

খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬।

( শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিরুপন )।

সর্ব্বসৌন্দর্য্যসার সম্ভূতং বন্দে নন্দসুতং মহঃ
ভক্তিযোগ বিধানার্থং কানাখ্য উদয়গিরৌ।
আবির্ভূত গোবিন্দ ভাগ্যচন্দ্রদয়াবশঃ।

## মৈদিঙু শ্রীচীংথমখোম্বা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রজয় সিংহ।

মৈদিংঙু মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রজয় সিংহ তাংকক অনিরক্তা (খৃষ্টাব্দ ১৭৫৯–১৭৬২, খৃষ্টাব্দ ১৭৬৩-১৭৯৮) চহি ৪০ মনিপুর স্নালৈপাক্তা পাল্লমই। নিংথৌয়েন য়াইকবনা পাল্লিঙৈদা গৌরধর্ম্মনা মনিপুরদা চংলকই। নিংথৌ য়েনসু শ্রীচৈতন্য প্রভুগী শাখা শ্রীরূপ পরমানন্দদগী গৌর ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌরমই। নিংথৌসু, প্রজা পুম্নসু গৌড়ীয় সম্প্রদায়দা তিনখি।

শ্রীযুৎনা অহল ওইরক্লবা মতমদা খৃঃ ১৭৯৮ শুবদা মুর্শিদাবাদত ৺নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী শিষ্য গঙ্গনারায়ন চক্রবর্ত্তি ঠাকুরগী শ্রীপাট দর্শন তৌগে নিংলকতুনা মফম অতুদা লেংখি অতুগা চহি অসিমক্তদা মফম অতুদা গঙ্গাপ্রাপ্তি ওইখি ( শিখি )।

## শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী নিরুপন।

শ্রীযুৎ শ্রীভাগ্যচন্দ্রজয় সিংহনা পাল্লিঙৈদা, খৃঃ ১৭৬৫ দা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বনা বর্ম্মাগী মতেং লৌরগা লান্দারকপদগী ভাগ্যচন্দ্রজয় সিংহ তেখাও লৈবাক্তা চেন্দুনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর মহারাজগী মফমদা চংজখি। মতম অসিদা খেলেম্বা নিংথৌনা তেখাও নিংথৌদা চিঠি অমা ইয়কখি, :—"ভাগ্যচন্দ্র হায়বা নিংথৌদা চংজরকইবা নিপা অদু মনিপুরগী নিংথৌ নত্তে রাজ বীদ্রোহীনি (নিংথৌগী মথক্তা লালহৌবা নিপানি),

য়াম্না কন্তবা মীনি, চিঠি অসিনা হেক ফংবগা মহাকপু লোইশিন্নু (হাং তোকউ)" অসিনি। চিঠি অসি হেক ফংবগা নিংথৌ স্বর্গদেবস্থ মহাক্কী মন্ত্রীশিংগা কুপনা খন্নরবা মতুংদা ভাগ্যচন্দ্রবু নিংথৌনি নিংথৌ নত্তে হায়বা লাই ৱায়েন য়েংনবা তেখাওগী শামু লমশা ফাহনশি হায়না লেপখি অতুগা ভাগ্যচন্দ্রদস্থ খংহনখি। পাও অসি তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা শিবগা মাইয়োক্নগদৌরিবনিনা অরাবগী পন্দোম লোমখি। অহিং চুপ্পা উপায় লৈবক্তব্রবদা হা কৃষ্ণ! হা গোবিন্দ! হায়না শোন্দুনা মিং হাইফেং উইথ্বকপা মতমদা শ্যাম কলেবর ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোনা ভাগ্যচন্দ্রদা দর্শন পিবিরগা তাকপিরমই "ভাগ্যচন্দ্র! নহাক ৱারুগনু, শামু লমশা অতু ঐনা ফাবিগনি," নংনা হয়েং ঐগী রূপ অসি নিশিংলগা শামুবু ফাও। শামু ফারবগী তুংদা নহাক মনিপুরদা হনখো অমুক নিংথৌ ওইহনা পাল্লুখো। ঐনা কাইনা চিংদা থৈবোং পাম্বী ওইহনা লৈরমগনি, নংনা ঐবু থৈবোং পাম্বি অহুনা, ঐনা নঙোন্দা দর্শন পিরিবা, ঐগী শকতম অসি ইকাই কাইদনা নিরূপন তৌরগা শ্রীরাধারানীগা লোইননা ঐবু সেবা ফংউ।" অসুম তাকপিরল্লগা শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোদি অন্তর্ধ্যান ওইখরে, ভাগ্যচন্দ্রস্থ সপ্নভঙ্গ ওইরে (মিকপ থোকখ্রে)।

মথংগী অয়ুক্তা ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দগী স্নায়াথংবু থম্মোইদা ভক্তিগা লোইননা চেংনা শ্রীমুর্ত্তিবু নিংশিংহনা শামু ফাবা লেংথোরকখি। তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব, পাত্র মন্ত্রী পুম্নমক অমস্থং তেথাওগী প্রজা অপুম্বস্থ শামু ফাফমদা তিল্লরে। শামুলমশা অতু মীনম হেক তাবদা ভাগ্যচন্দ্ররোমদা ঙংলহনা চেনশিল্লকপা উবদা তিঙ্কিবা মীয়াম পুম্নক কবম থোক্লগদৌরিবনো খনবদা ৱাবনা, কিবনা থরক হনগৎনখি। শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোগী অচিন্ত্য শক্তিবু কনানা খংবা ঙমগদগে? শামু অঙাওবা অদো ভাগ্যচন্দ্রগী মমাংদা কুনথরগা ভাগ্যচন্দ্রবু মনাক্তোননা মথক্তা থাংগৎলগা নিংথৌ স্বর্গদেবগী নাক তাম্না

থৌং-হাদলী পুরক্লগা ভরা এথবগী লোখখি (স্বর্গদেবদা শিমবগী মতৌংদা)। মতম অসিদা "মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংন হায়না শিন্নিবা তেথাও প্রেজা পুন্নমক্লা অয় খবনি তৌখি। দিব্যলীলাসি করদা ওকশ্রবনো? বাঙ্গালাগী পাওজৌ অমম্ মতাং অসিদা নিংশিংলকই, "রাধে কৃষ্ণ মারে চক? মারে কৃষ্ণ রাধে কে?" কৃষ্ণনা করবিরবদি কনানা হাংপা ওকপাদগে? কৃষ্ণনা হাংলবদি কনানা কনবিগদগে? অসিনি মতুংদা স্বর্গদেব নিংথৌনা ভাগ্য-চন্দ্রগু নিংথৌ অপেংবনি খংলজুনা নিংথৌ অমগী মতিক চপ চাবা সম্মানগা লোইননা অভিনন্দন তৌরগা স্বর্গদেব বাজেখবগী কোম্নুংদা নিংথৌগী মরুপ ওইনা অতিথি সেবা তৌখি।

অসিগী মতুংদা ভাগ্যচন্দ্রগী মরাম্নুং ইবুংঙো মহারাজ গৌরশ্যামগী মজাইবেন্ত মহারাজ কুমারী কুরঙ্গনয়নীবু তেথাও নিংথৌ স্বর্গদেবদা লুহোংহনা থাজখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শগোল শামু, মিনাই নাইথাং, কুঙ্গানাই মুপী নিপা ১০০/১০০ গা লোইননা নিংথৌ মচা মুপী অমগী হৌনবী আউন পোং মতিক চপ চানা উনবিখি। মতম অসিদগী হৌনা মৈতৈগা তেথাওগা মরি লৈননা হেন্না চেৎশিনখি।

মতম খর লৈবগী মতুংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু তেথাও নিংথৌনা মতিক চপ চাবা লাইনা খোগদ তৌহনগা মনিপুর তাম্না থিলকখি। পাও অসি তাবদা লাল ইতৌ তৌদনা মোইরাং নিংথৌ থেংলেবদি চেনখিরম্মি।

মনিপুর য়ৌরগা মতম খরদং লমাংদোংদা (বিষ্ণুপুর কোম্নুংদা) লেংশিন্দুনা লৈরিঙৈগী মতম খৃষ্টাব্দ ১৭৬৭ তা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রনা মংদা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌ হায়না তাকপিবা মতুংইন্না চহি অহুগী পোইন্নু থাগী ভুমনি পানবা উরাই নুমিৎ অমদা কাইনা চিংদা থৈবোং পাখি অহু কংখি। থৈবোং অহু য়াম্লগা বিষ্ণুপুর কোম্নুং তাম্না পুরক্লগা মফম

অদুদা শ্রীমুৎকী স্নায়াথং মতুং ইন্না স্নামিৎয়েং মথাদা উরুংবা ছিয়াৎপম মচা লক্ষননা উ অদু মকক মকক কক্লুনা থমখি। থৈবোং মককশিং অদুবু মুংশাদা উন্নুং থিংনা কংহনখি।

বিষ্ণুপুর কোন্নুংদগী লাংথবালকোন্নুংদা শ্রীযুৎ লেংলক্লে। মফম অসিদা শ্রীযুৎনা তেখাওদা স্বপনদা দর্শন ফংখিবা শ্রীমুর্ত্তিগী ব্রাংবা, নিনবা, মওং মতৌ পুন্নমক, ইকাই কাইদনা ওইবা য়াগদবা থৈলোং অকংবা মতুপ অমবু উরুংবা লক্ষনবু খন্দোকহনখি।

খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ (শকাব্দ ১৬৯৮) দা শ্রীযুৎ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ ইবুংঙোগী স্না মিৎয়েং মথাদা মথক্তা হায়খিবা শ্রীগোবিন্দগী অবরব মুর্ত্তি ইকাই কাইদনা লাই শাবা ব্রাংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহ পাচহনবনা শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোবু শাখি।

(শ্রীগোবিন্দ নিরুপন - মৈতৈ পুয়া)

"নিংথৌরোল কুম্বাবাদদি" ছিয়াৎপম (সাপম) লক্ষননা গোবিন্দ শাই হায়না ইরি। গোপীরামনা শাই হায়বনা চুমলিবরা, সাপম লক্ষননা শাই হায়বনা চুমলিবরা— ব্রাফম অসিদি লেখকনা মখাতানা নৈনজদ্রে। মরমদি অমনা শাববু ওইরবস্নু, অমনা শাববু ওইরবস্নু শ্রীগোবিন্দ ইবুং-ঙোদি ঙসি লেংদনা বিরাজ ওইদুনা লৈবিরি অদুগা ভক্ত ঋষি বৈষ্ণবচুড়ামনি শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নিত্যলীলাদা পবায়ন ওইনা লৈবিরম্মি অমস্তুং লৈবিরি হান্নবা অসি পুরান কয়ানা শাক্ষী ওইরি। অচুম্বা লাইশাবা অসি কনানা ওইগদগে হায়বগী ব্রাফম অসিদি পৌরানিক ঐতিহাসিক পণ্ডিত-শিংনা পুথোকপিররুবা শিন্নজরে।

## শ্রীশ্রীগোবিন্দ অভিষেক (জীবন্যাস)।।

অদুঙৈ দ্বাপরদা বক্রুবাহনগী খুৎতা মপা ইবুংঙো অর্জুননা মনিপুরদা তুরবদা শ্রীকৃষ্ণনা কুন্তী, যশোদা, দৈবকী অমস্তুং ভীমবু পুদুনা গরুড়

তোংত্তুনা মনিপুরদা লেংলবপা অসি হিয়াঙ্গৈ থাগী শুক্লা দ্বাদশীগী অযুক্তা থুংলবা থা/তিথি/পুংফম অসি মক্তদনি শ্রীগোবিন্দবু মনিপুরদা অভিষেক তৌখ্রিবা অসে।

( মৈতৈ কীর্তন )

শকাব্দ ১৬৯৮ ( খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ ) গী "গৌন কাত্তিক শুক্লা পক্ষ হিয়াঙ্গৈ দ্বাদশী ঈরাই নুমিৎতা কাঞ্চিপুর মাকোনুংদা বৈষ্ণব চূডামনি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ নিংথৌরেন যাইফবশু উপবাস তৌ-গা সংকল্প তৌত্তুনা লৈথবে। নিংথৌরেনগী পাবমশী অঙম-অথৌ পুম্নমক তিল্লরে। "অমকী যুথক যৈবা মতুং পুং অমগী মতুংদা ইবুংঙো শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউনা আবির্ভূত ওই ( অভিষেক-জীবন্যাস তৌই )। নুমিৎ অসি রেবতী নক্ষত্র, ধনু লগ্ন, মীন রাশী ঈরাই নুমিৎকী যথক যৈবা পুং অমগী মতুংদা ওইবা মতমদা অভিষেক-জীবন্যাস" তৌখিবনি।

চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি, "হেম্নাম খোঙমগী কুমাদ শক ১৬৯৮ দা শজীবু থা ঈবাইনা হলএ। .. . হিয়াঙ্গৈ থা শগোলশেন্না হলএ। ২২ নি ঈরাই নুমিৎকা অনুক যুথক মতুং পুং ১ চংলকপা নিংথৌ কাবগী শেন মাহেন্দ্রগী ক্ষেনদা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌএ।"

বিজয় পঞ্চালিদা অসুম্না ইরি, :-

পাত্র মিত্র প্রজাগন সবহু মিলিল।
ব্রত করি ভাগ্যচন্দ্র সংবল্প রহিল॥
অগ্রহায়ন মাসের শুক্লা মে দ্বাদশী
রেবতী নক্ষত্রে ধনুলগ্নে মীন রাশী॥

শুক্রবারে প্রাত্রঃ কানো এক মাম গতে।
সেই কালে শ্রীগোবিন্দ অভিষেক কৃতে॥

শ্রীবিজয়গোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু, শ্রীনিত্যাইনন্দ নিরুপন অমসুং অভিষেক॥

শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রগী স্নায়াথং মতুংইন্না লৈহৌরিবা থৈবোং মকক অতৌণং অতুনা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দ, শ্রীশ্রীগোপানাথ, শ্রীশ্রীঅদ্বৈত প্রভু, শ্রীশ্রীনিত্যাইনন্দ প্রভু নিরুপন তৌরগা অভিষেক তৌরে। ঈশ্বরশিং অসিবু নিংথৌগী চান্নরবা মতিক মগুন লৈরবা মীওইশিংবু সেবা চৎহনখি হৌজিকসু ঈশ্বরশিং অসি মনিপুরগী অতোপ অতোপ্পা লমদা বিরাজ ওইরি, ভক্ত বৈষ্ণব লিশিং লিশিংনা প্রজা অপুম্বনা চোকশিননা লুনা সেবা ফংজরি।

শ্রীশ্রীঅনুমহাপ্রভু নিরুপন, অভিষেক।

হৌজিক ইকোন কোনবা থৈবোং মতুপ অচৌবা অমদি লৈহৌরি। পুন্যচেনবী লক্ষ্মীপ্রিয়াসু (বিম্বাবতীসু) চাওরকলে, চহি ২০ ফাজিন্নক্রে।

নোংমা শ্রীগোবিন্দনা বিম্বাবতীগী মংদা তাকপিরমই, "ঐগী লৈহৌরিগা ৫ শুবা থৈবোং মকক অসিনা ঐগা ন্নাংবা, চাওবা চপ মান্নবা গৌরগী মূর্ত্তি অমা শারগা নংসু নপাবুং মহারাজগা লোইননা নবদ্বীপগী গঙ্গা মপান্দা গৌরবু সেবা তৌন্নুনা লৈরু।"

শ্রীগোবিন্দনা তাকপিবা স্নায়াথং মতুং ইন্না বিম্বাবতানা মহারাজদা হন্দলগা শকাব্দ ১৭২০ (খৃঃ ১৭৯৮) দা শ্রীশ্রীঅনুমহাপ্রভুবু নিরুপন

তৌখি। ঙসিদি ভারতপুম্বদগী অমসুং ভারতকী রাংমদগী ভক্ত বৈষ্ণব লিশিংনা অমসুং অথম চৈতন্য নবদ্বীপ্পা শ্রীঅনুবু দর্শন তৌনরি, মহাপরমানন্দগী ইপাক্তা প্রেমাবেশ ওইনরি। শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ইচ্ছাদগী হৌজিকমক ইবুংঙোনা লেংশিন্দুনা বিরাজ ওইবিরিবা মরম অসি, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গঙ্গাপ্রাপ্তি ওইখ্রবগী তুংদা, মহারাজ চৌরজিৎ সিংহনা নবদ্বীপ্তা লেংলক্লগা শকাব্দ ১৭৩৭ ( খৃঃ ১৮১৫ ) দা কৃষ্ণনগরগী ৺গিরিশচন্দ্র রায় বাহাদুরগী মফমদগী হায়জদুনা লৌবিরম্বনি। মফম অসিদা প্রভুগী মন্দির শিনক অমা শাদুনা ইবুংঙো লেংশিল্লম্মি। খৃঃ ১৯১৭ তা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জনদাসকী মচনুপী শ্রীমতি অমলা দেবীনা হৌজিক লৈরিবা মন্দির অসি শাবা হৌগৎচবমই, অদুবু মপুক্তি তেনবদগী লোইশিনবদি ওয়মদ্রে। মতুংদা খৃঃ ১৯১৭ তা ভক্ত ময়ামগী দানদগী মন্দির অসি শাবা লোইশিনখি। হৌজিক কার্ত্তাবংশগী মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সিংহগী বংশধরশিংনা ( সেবাইতশিংনা ) কাইদনা সেবা চৎলি।

## শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী রাস লীলা।

শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অভিষেকতা লোইননা শ্রীযুৎ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সিংহ নিংথৌরেননা প্রেমভক্তিগা লোইননা শ্রীরাধাগোবিন্দগী রাস লীলা কৎননবগীদমক পণ্ডিতশিংগা অত্তম-অথৌ পাত্র মন্ত্রী অমসুং ওঝাশিংগা খন্নদুনা বাসকী সুমিৎতি লেপখ্রে, ইবেমা বাবেশ্বরীগী মূর্ত্তিদি অজরাল তৌবদি কংদদুনা লৈবে। মতাং অসিদা শ্রীযুৎমু অত্তম-অথৌশিংঙ, পণ্ডিতশিংমু য়ানদুনা লৈরিঙৈ অসিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অচিন্ত্যশক্তিদগী পরংব্রহ্ম-নরাকৃতি মহাপরমানন্দ ইবুংঙোগী ইচ্ছাদগী সর্ববশক্তা শিরমনি শ্রীমতি ইবেমা রাধারানীগী শকতম লৌনবা মতাইবমা অক্সাপ্রিয়া

( বিম্বাবতী ) না ইথং থংহৌদনা চেহ্নোক্লুপা শ্রীগোবিন্দজী মুর্ত্তিগী মনাক্তা লেপখি। কনাগুম্বা অমতগী বিবেককী রাংমদনি। ইবুংঙোগী মুর্ত্তিগা বিম্বাবতীগী মুর্ত্তিগা রাংব। চপ মাম্নবে, মতম অসিদা ইরেম্ম দ চহি ৮ তা মঙাইরি। ইবেম্মনা শ্রীমাত রাধিকাগী শজম লোয়রগা ছায়না লেপখিবা মতম মেরাগী শুক্লা দ্বাদশী নুমিৎ অহুমজদা রাসলীলা কৎখি। বিম্বাবতীনা চাওথৎলক্লবা মপুং মবৈ ফারকপগা লোইননা শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোদা রতি, প্রেম, স্নেহ, মান, প্রনয়, রাগ, অনুরাগ, মহাভাব পুম্নমক অসি অমুক তোইনা পুল্লপ পুম্না ওইখি। হায়নবা অমা লৈ, নোংমা অমুক অঙনবদা বিম্বাবতীগী খুদা কাংথোল মথক্তা শ্রীগোবিন্দগী কোকথোন ফাওবা থেংনখি, মতম অহুদগী হৌনা ইবেম্মবু "শীজলাইওংবী" হায়না খংনখিবনি, ওসি ফাওবা মীয়াম্না মিং অসিবু কাওনদ্রি।

### শ্রীরাস তত্বীবা অমসুং রাসকী নিপাপালা ॥

মহারাস অসি তত্বিবদা শ্রীযুৎ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা ভেংবাংখিবা পণ্ডিত অমসুং ওঝাশিংগী মরুদা মমিং পলবা য়াবদি রূবো খুম্বোংবা ওঝা, রামানন্দ ঠাকুর অমসুং ওাংবম স্বরূপানন্দা ওঝানি। "শ্রীগোবিন্দ নিরূপন" কৌবা মৈতৈগী অরিবা লাইরিক্তা জগোই তত্বিবগী মতাংদা রাহৈ থরদং ইরমই,— "রারম অসুম পাওতাক থোনগী কবো খুবোম্বদা য়াওবা পাওশিন্নরগা লৈতাই-নোংদাই খোইয়ম খুম্বোক হরাও খুংলোন শাথেক্লা চুংকোই 'মপুং শেম্না তজ্ঞালে। য়োইব মশানৌ ওাংবম চনু হরিম তানা

চুকোই মকোক চিংলে। তমফা বাঙমলোন বিম্বাবতীনা থৌরানী শাহনা রাসলীলা মপুং ফানা তম্মল্লে। ... .... .... ....

... ... ... . . ... .. ... . ... ... ... ...

মতোন ইবুংঙো ঙৌরামশাইনা ঈশৈ হল্লে ; থরশাইনা চুহার, শ্রীযুংনা না পুং খোম্লে হায়রগা রাধাভাব সংকীর্ত্তন হোরে। ( শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা এপ্রেল — ১৯৮৬ )।

জগোই অসি হাম্রগী মৈতৈ লাই হরাওবগী লৈতাই নোংদাই জগোইগী খুৎথেক শাথেক লৌথোক্লগা শেম্লম্বনি হায়বদা করিমতা চিংননিঙাই লৈতে।

((শ্রীশ্রীগোবিন্দগী রাস লীলা অসি লাংথবাল সনা কোন্নুংগী রাসমণ্ডলদা মুমিং ৫ নি চুপনা পাংথোকখি।

শ্রীযুৎ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহগী স্নাহাক্তা খৃ: ১৭৭৬ ( শকাব্দ ১৬৯৮ ) দা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দজীউবু নিরূপন তৌবগা লোইন-লোইননা মনিপুর স্না লৈপাক্তা ইহান হাম্না জগোই রাস কংখি। ঙসিদি জগোয় রাস অসিনা মাংওইননা মনিপুরবু পৃথিবী পুম্বনা শক থংলি অতুগা মনিপুরগী শক্তমবু তাক্লি। ঐখোয়গী লাইনিংথৌ নিংথৌবেল য়াইফবা, বৈষ্ণব চুড়ামনি ভাগ্যচন্দ্র সিংহগী মফমদা মৈতৈ ঐখোয় পুম্বনা ভক্তিগী শ্রদ্ধাঞ্জলী কংতুনা লময়ানবগী মফমদা তৌবিমন খংবা উৎলসি।

## লাইশাবাশিংবু শকথংবিবা ॥

খৃঃ ১৭৭৬ ( শকাব্দ ১৬৯৮ ) দা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র জয়শিংহ মহারাজগী স্নাহাক্তা কাওরবা লাইশাবা রাংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহ পাচচহনবনা শ্রীযুৎকী স্নামিৎয়োং মথাদা শ্রীগোবিন্দপু নিরূপন তৌখি। ( শ্রীগোবিন্দ নিরূপন মৈতৈ পুরান অয়িবা )।

শ্রীরাসেশ্বরী ইবেন্দি দাকুবিগ্রহ নত্তে, (উনা শাবা নত্তে ধাতুবি-গ্রহনি (পিথ্রাইনা শাবনি)। কোনশাবা ৭ না শাখিবনি। মখোয় অহুদি,— কোনশাবা ক্ষেত্রি পানেম, নন্দসিংহ কোনশাবা, চক্রপানি কোনশাবা, আনিন্দ্রাম কোনশাবা, থেলেম্বা কোনশাবা, হাওজৌ কোনশাবা, শাম্বুরোক কোনশাবনি।

শ্রীযুৎ মহারাজনা ম্নাপুক্নিং পেনবিরহুনা লাইশাবা গোপীরাম পাচ্চ-হনববু অমসুং মথক্তা হায়রিবা কোনশাবা ৭ পু মন্তিক চানা ইকাইখুম্নবিখি।

রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম পাচ্চহনবদা সনাখুজী, ইরিল তুরেলগী রাংমদা লৈবা শামাং লাইরোদা লো পরি ৭, নাই ফুংগা ১, শগোল ১, ঈরোই ১ পিনবিহুনা ইকাই খুম্নবিখি।

কোনশাবা ৭ তনা, মী অমমমদা লো পরি ৩/৩, নাই ফুংগা অমমমগা ঈরোই অমমমগা পিবিহুনা মখোয়বু ইকাই খুম্নবিখি।

## শ্রীরাসেশ্বরী পালা॥

শ্রীরাসেশ্বরী পালা অসি শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র সিংহগী মজা ইবেম্মা বিম্বাবতীনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌনবা লিংখৎচরম্বা মুপী পালানি।

শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী রাস লীলাদা রাসেশ্বরীগী শরুক লৌখিবী (থৌরানী শাবী) মজা ইবেম্মা বিম্বাবতী (লক্ষ্মীপ্রিয়া) নোংম নোংমগী চাও-খৎলকপা, মপুং মরৈ ফাজিল্লকপা, পুর্ন যৌবন ওইরকলগা লোইন-লোইননা

শ্রীগোবিন্দদা প্রেমভক্তিদগী লৈবক্তু মথং মথং হেনগৎলকখি। নবধা ভক্তিগী ইকোন কোনবা মাপললতুবা আত্মনিবেদন কৌবা মধুররসবু শ্রীগোবিন্দ ইবুঙোদা কচ্চখি। অধিরূঢ় মহাভাব নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকলে, রস আস্বাদনগী অপেনবা লৈরকত্রে।

নোংমদি মজাইবেম্মা বিম্বাবতীনা মপাবুং ইবুংঙোদা মহাক্কী ওইনা মুপী পালা অমতং লিংখৎলগা শ্রীগোবিন্দবু থৌগল তৌজগে হায়না হঙ্গৎচখি, শ্রীযুংনস্ত লিংখৎচৌ হায়বা অযাবা মায়াথং পিবিখি। অতুগী মতুং ইন্না শ্রীরাসেশ্বরী পালা কৌবা মজাইবেম্মগী মুপী পালা অমা লিংখৎখি। মতম অতুদগী হৌনা ওসি ফাওবা চহি খুদিংমক্কী পোইন্তু থাগী ১২ নি পানবা মুমিৎতা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী অগ্রদা রাসেশ্বরী পালানা নিংথৌরেনশিংগী রচনাগা লোইননা সংকীর্তন থৌগল্লি। পালা অসি মনিপুরগী অরিবা সংস্কৃত কলাগী শরুক অমা ওইরি। পালা অসিগী ঈশৈ হনবদি কার্ত্তাবংশগী নিংথৌরেনশিংগী মজাইবেম শিং, মগুইবেম্মশিংনা হল্লি, তুহারদি বড়সেনাপতিগী কাংবুগী মচাইবেম্মা, মগুইবেম্মশিংনা পুই। হৌজিক্তি কার্তাবংশগী পু-পুগী অহল অনুল ওইববীশিংনা শিন্নহনা ঈশৈ হনবগীসু তুহারগীসু কাইদনবা শিন্নহনা পালা অসিবু মাংখিদনবা চেকশিন্না হোৎনবি। মতুংদসু মুমিৎ থানা পাল্লিবথৈ কার্ত্তাবংশগী শাগৈনা লৈরিবা মথৈ শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী কৃপাদগী মুৎখিরোই হায়বসি ঐথোয় খুৎাইপুম্বগী অচেৎপা থাজবনি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৮৩ গী পোইন্তুগী ১২ নি পানবা (শুক্লাদ্বাদশী) তাং ১৭/১২/১৯৮৩ থাংজা মুমিত্তা পূর্ব্বাশ্রমদা গ্রন্থকারগী সহধর্ম্মিনী ওইরম্বী ৺রাজকুমারী নয়নস্না দেবী (মনিপুরগী ইকোন কোনবা কার্ত্তাবংশগী

মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহগী মজা ইবুংঙো মহারাজকুমার ৺খেলেন্দ্র সিংহনা পোকপা)না শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দজীগী অমদা শ্রীরাসেশ্বরী পালাগী ঈশৈ হন্দুনা থৌগল ফংজখি। ৺রাজকুমারী নয়নস্না দেবীনা শ্রীশ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা মরুপকীস্নু ভাইস-প্রেসিদেন্টস্নু ওইজরম্মি। খৃঃ ১৯৮৮ গী মেরা থাগী গোষ্ঠ অষ্টমী, তাং ১০/১১/১৯৮৮ শগোলশেল মুমিত্তো উত্ত ৺নয়নস্নাগী বর্ষামুমিত্তো শ্রী শ্রী রাসেশ্বরী পালাগী সংকীর্তনস্নু কৎখি। মুমিৎ অমুদা ৺কুলচন্দ্র সিংহ মহারাজগী (মরুথৌ মহারাজগী) প্রার্থনাস্নু শকখি। প্রার্থনা অমুবু এনা মুংশিজহনা হাপচরনি।

## শ্রীকুলচন্দ্র মহারাজগী প্রার্থনা॥

"শ্রীরাধাগোবিন্দ পদে,
রাঙা চরন কমলপদ্ম রাধে।
যুগল চরনকে রবিচন্দ্র
রাঙা চরন কমলপদ্ম রাধে।
প্রতি জন্মে জন্মে, রক্ত
তব পাদাশ্রয় প্রতি জন্মে জন্মে।
পশু জন্ম পাপ করি
নাছাড়িহ শ্রীচরনে।
অধম জানিয়া দয়াকর নাথ আমারে
মামপি কৃপয় নিজদাসী গনয
দীনহীন কুলচন্দ্র এই রস পিয়ে॥"

( প্রার্থনা অসি শ্রীশ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা এন্সুয়েল— ১৯৮৬ তা কোংখিবা প্রার্থনানি )।

শ্রীরাসেশ্বরী পালা অসি পোইন্নু শুক্লাদ্বাদশী শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অভিষেক তাবা মুমিৎ মুমিত্তা ইবুংঙোগী অগ্রদা কৎপদা নত্তনা, কার্ত্তা-বংশগী নিংঙোল মচা মগুশিংগী শিবগী শ্রাদ্ধ মুমিৎতমু শকই, মতম অহুদদি শিরিবা নিংঙোল অদুগী শাগৈগী নিংথৌ ওইবম্বা নিংথৌ অদুগী রচনা, প্রার্থনাসু শকই। কার্ত্তা নিংথৌ পুন্নমকী অপুনবা রচনা,— প্রার্থনাদি শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা পোইন্নুগী শুক্লাদ্বাদশী(১২ নি পানবদা) শকই।

## লাইথোং হাংবা ঈশৈ॥

মজা ইবেম্মা বিম্বাবতী (শীজলাইওংবী) না মখাগী প্রার্থনা অসি হেক শকপদা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরগী থোং অসি মতোমতা হাংদোক্লকই হায়দুনা প্রার্থনা অসিবু লাইথোং হাংবা ঈশৈ কৌই হায়না অহল ওইববী শ্রীমতি চোংথাম ওংবী রাজকুমারী স্নাজাওবী দেবী; শ্রীশ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা মরুপকী ভূতপূর্ব্ব প্রেসিদেন্ট ওইবিরম্বদগী ডাঃ যামিনী দেবীনা ইশিন্দুনা লৌহৌরগা রাসেশ্বরী পালা এন্সুয়েল— ১৯৮৪ দা কোংখিবনি।

"কেবলে করুনাময় অবতার
হা হা গৌরাঙ্গবিধু রসরাজ
মুই কেনে না হইল দয়া।
নন্দসুত প্রধন্য শিলা
মুখজ মৃদু বংশীধারী

জীবন নিস্তার হেতু নদীয়া বিহরে।
মুই কেনে না হইল দয়া।
পতিত পাবন নামধর,
অঙ্ঘ্রি সরজদল,
অজি গতে মধু ভৃঙ্গচল,
মুগ্ধধিনী পামরী, বিচ্ছেদ বিরহিনী।
নমো নমঃ দেব গৌরায় ॥"

জলকেলী ॥

কার্ত্তাবংশগী মথংদা শ্রীনরসিংহ মহারাজগী মশু ইবুংঙো মহারাজ চুড়াচন্দ্র সিংহনা মনিপুরদা পানবা মতমদদি নরসিহ শাগৈগী মজা ইবেম্মশিংগীনু জলকেলী" কৌবা অনৌবা মুপী পালা অমা পুথোল্লগা কালেনগী পুর্নিমা খুদিংগী শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী অগ্রদা থৌগল তৌবা হৌখ্রে, শ্রীরাসেশ্বরী পালাদি শকহনখিস্রে অহুবু হান্নদগী চৎনরকপা মতুংইন্না কার্ত্তা বংশগী শকনাইবী ইবেম্মশিংগী শিবগী শ্রাদ্ধদিন মুমিত্তদি অহুমক কাইদনা শ্রীরাসেশ্বরী পালা শক্লি, হৌজিকসু কাইদনা শক্লি।

খৃঃ ১৯৭২ দা মনিপুরগী শ্রীশ্রীগোবিন্দ টেম্পলস বোর্ডনা হান্না চৎনরকপা মতুংইন্না অমুক হন্না শ্রীরাসেশ্বরী পালাবু পোইনুগী শুক্লাদ্বাদশী ( ১২ নি পানবা ) খুদিংমক্তা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী অগ্রদা থৌগল তৌহনবা য়াখ্রে। অভকপনি! দৈব্যগতিনি। শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোগী অপাম্বনি। শ্রীরাসেশ্বরী পালা হায়বসি ঈশৈ, খোঞ্জেন, তানমেন, জগোই শাথেক্লা শক্তম ওইবদা নত্তনা রাগানুরাগ প্রেম ভক্তিদা আশ্রয় তৌজবা পালানি, মগুনদসু পুম্নমক্কী হেনবনি, মাংজিন থাম্বিবা পালা নি।

শ্রীশ্রীগোবিন্দ টেম্পলগ বোর্ডনা শ্রীরাসেশ্বরী পালাবু শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা শকপা যানবা যাথং পিবিরে, কার্ত্তিকবংশগী নিংঙোল-পিবা পুম্নমক ইবুংঙোগী সেবা কংজবদা মুঙাইবগী ওমখৈ লৈখিদে।

অসোমদম্ব শ্রীনরসিংহ শাগেগী ইবেম্মশিংগী "জলকেলী" পালা-বুস্থ ইকাই কাইদনা কালেন পুর্নিমাদা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা থৌগল তৌবদা বোর্ডনা কয়িগুম্বা অখিংবা অমতা থমম্রে। পুম্নমক অসি ইবুংঙোগী অপাম্বা লীলাগী মখা পোনবনি। ভাক্তজনা ইবুংঙো মহাকপু ফংগনি। পাঙলনা, শক্তিন, লনথুনবা, তর্কা-তর্কিনা, মাহাকপু ফংগদবা নত্তে, পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী অচিন্ত্য শক্তিগী মখা পোনবনি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী বচনা॥

"জয় জয় রাধাগোবিন্দ,  
শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নৃপবর সেবা,  
জয় রাধে কৃষ্ণ হে,  
মযি করুনা কর হে।  
প্রনমাগি সেদ তব চরনে।  
হাত জুরি জুগি কেয়বা মঞ্জরী  
রাঙা পদতলে বিনয় করে।  
জা রাধা গোবিন্দ  
আগরা দাসী কভুনা ছাড়হ॥"

(শ্রীশ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা – এপ্রেল ১৯৮৬)

মাধবাচার্য্য সম্প্রদায়গী গুরু প্রনালীকা॥

বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলিবা ঐখোয়না শিঙ্গবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংগী থা/থাগী ওইরবস্থ, চহিগী ওইদবস্থ শিংবা তিথি (থাবাল) অস্থদা শ্রীকৃষ্ণদা

উৎসব কৎলি। মুমিৎ অতুদা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলবা প্রসাদী অতুবু প্রনালীকা তাবিযু হায়নরিবা অসি অতৈ করিস্তু ন ও, শ্রীকৃষ্ণগী শেষ প্রসাদী অতুবু গুরুবর্গ শিংদা মথং মনাও নাইনা কৎলগা ইকোন কোনবদা শিথ্রবা বৈষ্ণব নত্রগা বৈষ্ণবী অতুগী ওইখ্রিবা নাম অতু হাযবিরগা মহা মহা- শেষ প্রসাদী অতুবু ফংহনবনি (পিজবনি)। মতুমু ঐখোয়না "প্রনালীকা তাবা" হায়না খংনৈ। গুরুপ্রনালীকাদি, :

## গুরুপ্রনালী ॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুদা কৎলগা

মথংদা। ১। শ্রীলোকনাথ গোস্বামীনা ফংহনগনি।
,, ২। শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়, ,, ।
,, ৩। শ্রীগঙ্গানারায়ন চক্রবর্ত্তি, ,, ।
,, ৪। শ্রীকৃষ্ণচরন চক্রবর্ত্তি, ,, ।
,, ৫। শ্রীকুঞ্জবিহারী চক্রবর্ত্তি, ,, ।
,, ৬। শ্রীনিধিরাম আচার্য্য, ,, ।
,, ৭। শ্রীরামগোপাল বৈরাগী, ,, ।
,, ৮। ভেক গুরু (মিং হায়রগা), ,, ।
ইকোন কোনবদা। ৯। বৈষ্ণব - বৈষ্ণবী অতুগী দাস্যনাম হায়রগা মহাপ্রভুগী প্রসাদী অতু ফংহনগনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা বিধি নিয়মশিং অসি শোইদনবা সেবা ফংহৌরিবা মীশিং অতুনা চোকশিননা হোৎনগদবা ওই, মসিবদি প্রনালীকা তাবগী থবক তৌখিরিবা ব্রাহ্মন অমাম্বনা লৈখিহ্রবা বৈষ্ণব বৈষ্ণবী অতুগী নাম

ফাওবা হংদবনা অয়াম্বনি। ঈশ্বরগা মরি লৈনবা ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক্তদি অথংবা অহৈবা বেদ বিধিগী বিচাব খংবা ব্রাহ্মনবু তৌহনবনা কৈ, নত্রবদি ঐখোয়গী লম্বী লমুকবা তাগনি। বেদ বিধিগী বিচারবু শুকখং খংদনা মতৌ মালহন্নবা তৌবনদি ঐখোয়গী শিংগৎপা ঙমদ্রবা অমাংবা ওইগনি।

## শ্রীশ্রীগোবিন্দগী সেবা পুনবা লোইশং ॥

শ্রীযুৎ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল লীলা - নিশান্ত অমদগী নিশান্ত ময়া ফাওবগী সেব পু নিংথো। মশ মক্না তৌজবা ঙম্বা সেবা পুন্নমক চিংখদনা তৌখি মন্দির মার্জ্জন তৌবা, শিংপা শেংবদগী হৌনা মনাও ইবেম্মা— রানা শিংগু য়াওহল্লগা নুমিৎ খুদিংমকী তৌদবা য়াদবা ওইনা পরিং য়াংথোক্লগা নিয়ম অমগী মখা পোন্না অঙম্বা সেবা পুন্নমক তৌখি।

মতোন ইবুংঙো শ্রীআনন্দশাইনচিংবা নিংথৌগী মন্ত্রিক মণ্ডল লৈববা মন্ত্রীশিং, সেবাগী মরমদা খংলবা ব্রাহ্মন পণ্ডিতশিংগা তান্নহনা নিত্য-অষ্টকাল সেবা, থা ১২ গী মনুংদা তৌগদবা পর্ব্ব-পূজা নচিংবগী মপুং ফাবা ফিরেপ চোকশিননা য়াংথোকহুনা থমখি। অষ্টকালগী সেবাদা অপনবা থোক্তনবা মথৌপুবা লোইশং কয়া লিংথংপিহনা ওসি কাওবা শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোগী সেবাগী মথৌ পুহনা লৈরি।

## শ্রীশ্রীগোবিন্দগী সেবাগী লোইশংশিং ॥

১। পুজারি লোইশং -লোইশং অসি ব্রাহ্মন পুজারীশিংগী লোইশংনি। শ্রীগোবিন্দগী অয়ুক ভুমিদাংগী লুক হৌবা, অষ্টকালগী সেবা আরতি কংপা, মঙ্গলাবতি হৌবা অয়ুক্তা শৃঙ্গার সেবা তৌবা অসিনচিংবা মথৌনি।

২। ডুহোন লোইশং—লোইশং অসি ক্ষেত্রিময়ুম শাগেনা নমনা পুই। লাইগী সেবা পুজাগী ঈশিং হুনবা, এনশাং নাপী শেম্বা, হৈকক পানা শেম্বা, তল কংনবগী য়াম শুবা, গোয়াল আবতিদা কংনবা শঙ্গোম লোন্দুনা পেরা তানবা, আরতিগী মতমদা কাংহাই, চামর থোগল তৌবা, লৈ লেংবা, বর্ত্তি মৈ চুখৎপা অসিনচিংবগী থবক ডুহোন লোইশংগী মীশিংনা তৌই।

৩ কৈরুং লোইশং—লোইশং অসি কৈরুংবা, শেলুংবা, শংলাকপা, অহুম্না মকোক ওইনা পুই, মখোয় অহুম অসিগী মনুংদা কৈরুংবনা কামদারনি। সেবা পুজা পুম্নমক মহাক্কী মিৎয়েং মখাদা লৈ, পুক্কৈ পান্নবসু মহাক্কী থবক্তি (মথৌনি)। শেলুংবনা সেবাগী কাবকপা শেলথুম পুম্নমক পান্নে। শংলাকপনা লাইগী সেবাগী থবক খুদিংমক্তা মিৎয়েং চংই। লোইশং অসিনা শ্রীগোবিন্দগী লুক হোবগী মপোৎ মচৈ পুম্নমকসু হুল্লি লোইশং অসিগী মখাদা ভাণ্ডারী লোইশং হায়বা অমসু লৈরি।

সনাপুক্কৈদগী সেবাগী চংগনবা পোৎচৈ তাম্বোকউবা, শিংখাইবা, কোললিক ফেংবা পুম্নমক অসি ডৌননবা মীসু লোইশং অসিগী মখাদা থমই।

। কাত্তনা লোইশং—লোইশং অসি শুদ্রগী লোইশংনি। মখোয়গী মথৌদি বর্ত্তি তাবা, ঘা লুপ্পা, আরতিগী মতমদা শঙ্খিক য়ৈবা, লাইপোৎ ফেংবা, ধুপ আরত্তিগী মৈ লানশিনবা,

সেবাগী অফেংবা কোল পুম্নমক মখোয়না অমুক হন্না শেংদোকপা, মন্দিরশিং শেংবা অসিনচিংবা অসিনি।

লোইশং অসিগী মখাদা বর্ত্তিগী লশীং হুনবী, বর্ত্তি ইৎনবা রা হুনবা কাংবু অমসু লৈরি। শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা চংগদবা থুম্মক - তাইরুক, চেংজামলুক, লৈ পোলাং, তুলশী পোলাংনচিংবা অমসুং বর্ত্তি মচৈ ইৎননবা রা অসি তারিয়ান চিংদা লৈবা রারোক হায়বা খুল অহুগী মথৌনি।

৫। মোইবুং লোইশং - লোইশং অসিগী মোইবুং খোংবাশিংনা গোবিন্দগী অষ্টকাল সেবাদা আরতি কৎপা খুদিংগী মোইবুং খোংই। মাগুবতা পাংথোকপা সংকীর্তন খুদিংমক্তসু মোইবুং খোংই। নিংথৌনা লেংবদসু বিষ্ণুগী থৌগল তৌহুনা চৎলি।

৬। তানরৈ লোইশং শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকোল সেবাবু পানিঘন্টাগী মতেংনা অকক্লবা মতম্ থংহল্লি। মতম মতম অহুদা ঢোল অচৌবা অমা রৈহুনা পুংথোল হৌনা সেবাগী মতমবু তাহল্লি (থংহল্লি)।

৭। গারোট লোইশং—শং অসিদা অকল-অথৌ কাংবু অমা লৈ। মখোইনা আরতিগী মতমদা মীয়াম তিনবদা অশোই অঙাম ঙাক্লনবা থাং চুঙ্গোই, তা পাইহুনা লাইগী থৌগল তৌহুনা লৈ। নিংথৌনা স্নাকোক্সুংগী মপান্দা লেংথোকপা মতমদসু অকল-অথৌশিং অসিনা মাগী মাগী খুৎলাই

পাইরগা স্নাংগল তৌই। শ্রীনরসিংহ মহারাজগী স্না-হাকতকতদি থৌগল শং অসিগী মথৌ অমুক্তা হেন্না কনখৎহনখি।

**পালা লোইশং** — বংদেশ পালা তনি, নটপালা তনি পুন্না পালা মরিনা পানা নাইনা মাগী মাগী লালপ কাই। লৈপাক চাবা, সেবক পালাবু বংদেশ পলা হায়না খঙনৈ। পালা-হল পালানহা অনিবুনা নটপালা কৌই। পানা লালুপতি কাদবা পালা অক্তেস্নু লৈবি।

মখোই শুদুদি নিংথৌগী সনাপলা, অঙন পালা, ঢোপ-পালা, বামেন পালা লাম্বই পাল অসিনচিংবনি। বথ যাত্র মুমিংশুদি মেলা ওপা যাহন্নবগী দমক অকাবা কাদবা পাল। পুন্না পালা মখল ১২ না শ্রীগোবিন্দবু থৌগল্লি।

পালা লোইশংনা লৈপাক অসিনা জগোই ঈশৈগী বাথোক লাস্নোক পুন্ন বা বাঙেল বিচার তৌই। অষ্টকালগী মঙ্গলার্তিগী আরতিদগী হৌনা লোইশং অসিনা লালুপ নাইনা নাইনা ঈশৈ শক্তুনা লাইগী থৌগল তৌই। পালা লোইশংগী মথক্তা ব্রহ্মসভা লৈ। পুন্নমকী মথক্তা নিংথৌনা বায়েল থৌদা পি।

**ব্রহ্মসভা** — লোইশং অসিদি ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা কাবা শংনি। শ্রীগোবিন্দগী সেবা, পুজা পুন্নমক্তা শং অসিনা মিংযেং চংই। ব্যবস্থাকাবীনা লুচিংলগা হঙবা, হিংনচিবা বতন অমদি পুবোহিত অমা পুবোহিত, ব্রহ্মা, তন্ত্রধার য়াওনা শেম্ম পাল্লিবা নিংথৌগী গুরু বাহান্দি অমসুং আচার্য্য গুরু অনিস্নু য়াওই। নিংথৌগী সম্মান য়েংদুনা

গুরুনা ব্রাহ্মন ফমনাইবাশিংগী মকোক ফম্মী। শাস্ত্রগী ব্রায়েল অমসুং লমজিং মখাদা ব্রহ্মসভানা ধর্ম্মগী ব্রায়েল অমদি ব্যবস্থা পুম্নমক তৌই। গীতা থিবা হায়বা কাংবু অমসু লৈরি, মখোইনা পালি নাইনা কাইদন শ্রীগোবিন্দ-গী লুক কংজিগৈ মতমদা মন্দিরগী প্রাঙ্গনদা-গীতা পাঠ তৌই। একাদশী, থাশী থানিল অমদি নিংথৌগী ভন্দবার খুদিংমক্তা গীতা পাঠ তৌই। মেরাগী নিয়ম সেবা অমসুং চৈরাওবা নুমিৎতসু লোইশং অসিগী ব্রাহ্মননা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌই। নিংথৌনা ব্রহ্মসভাগী মথক্তা মিংয়েং চংই।

১০। জগোইশাবী লোইশং — সার চন্দ্রকীর্ত্তী মহারাজগী স্নাহ'কত্তুগী লোইশং অসিদা নিপামচা মশম শাংনা খাকপা অমসুং নুপী-মচাশিংবু তম্বীহনা ঝুলোন যাত্রা অমসুং দূর্গাপুজানচিংবা মতমদা জগোই থৌগল তৌহল্লি। ঈশোদ শ্রীরাধাগোবিন্দগী গুনা-গুণ ময়াম্বু শকপনি। সার চুড়াচান্দসিংহ মহারাজগী মতমদগী লোইশং অসি মমি শামথরকখি। বোধচন্দ্র মহা-রাজগী মতমদদি লোইশং অসি পূংমুৎ মুৎখি। গোষ্ঠ লীলা-নচিংবা তম্বিনবা অতোপ্পা লোইশং অমা লৈরমদে। জগোই শাবী লোইশংদা কারকপা ওজাশিংনা তাদুম্মক তম্বিরমই।

১১। ফুর্জ্জু লোইশং — লোইশং অসিগী মীনা শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা চংগদবা থুম্মোক-তাইরুক, চেংজামলুক, লৈ-পোলাং, তুলশী পোলাংনচিংবা শাবগী থবক তৌই। ব্রানা ভারিয়াল চীংগী ব্রারোক খুলনা হৃষ্টি। মতম পুম্বদা লোইশং অসি পুমচাই চাইহনা লৈবদগী মমৈদদি ফূর্জ্জু লোইশং হায়না খংনখি।

১২। কারিগর লোইশং শোশং অসিন লাইগী অঙ্গরাগ তৌই, দুর্গাগী মুর্তি শাই, দোল শেম্মী, রাসমণ্ডল শেম্মী। শ্রীরাসেশ্বরী অমস্তুং জলকেলীগী মতমদা শ্রীশ্রীরাসেশ্বরী গোবিন্দ ইবুংঙো ইরেম্মা অনিমকপু মাণ্ডবকা ময়াইদা লেংথোক্লগা চক্রদা লৈহনবা চক্র শাই। লোইশং শিংত্রবসু কৈবং শেলুং লোইশংগী মখাদা শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা শবক যানবা মপালগী মীওৎ কাংব কয়ামকম অমস্ত লৈবম্মী। মাদুদি,— চাইবেন থুলনা লুক হৌনবা ন্নমিং খুদিংমক্কী চক্ষু হুলমই,। শুগ্নুনা উচান কর্পুর থুলেম্না কর্পুর অশুংবা, শঙ্গেমশংনা শঙ্গোম কাইদনা হুলম্মী। সেবাগী চংগদবা শিংযেন পুন্নমক নাংমাইজিংদগী চল্লি।

সাইগী ফংগুবী নুপী পোংলোই শমপোৎ শেম্বা শাবা নুপী কাংব অমস্ত লৈবি, মখোইশিং অদুবু "ফীরিবী হাযনা খংনৈ।

১৩। সম্বাসা লোইশং— শ অসিগী মীবু "সম্ব সা" কৌই। মখোইনা মন্দিরদা পাংখোকপা উৎসব মেলানাচ বা কুম্মৈ ফীযোং খুদিংমক্তা য়েবা লাক্লিবা মীশিং অদুগী মাগী মাগী মগুন মতুং ইন্না ফমফম তাকই অদুগা ফীদা থাবগী থবক পুন্নমকসু পাংথোকই। ফমফমগী রাথোক লাকপদা লোইশং অসিগী 'সম্বাসা পরেলনা' অচুম অবান বিচার তৌই।

মতৌ অসুম তৌনা ভক্তরাজ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা রাজসিংহাসন ফাওবা শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোদা কথোক্তুনা শ্রীগোবিন্দনা লৈপাকী নিংথৌ ওইনা লাংলগা শ্রীযুৎ মহারাজনা ইবুংঙোগী মতুং শিন্দুনা লৈপাক প্রজাবু পালন তৌথি। ইনিংথৌ অসিগী মতমদা জগৎ কংবানবনা উজবা ফংলম দ্রিবা শ্রীমদ্ভাগবতকী দশমস্কন্ধদা বর্নন তোরিব। রাস লীলাগী মওংদা

পুথোকপিহনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা শ্রীরাসলীলাবু কংলগা ভক্ত বৈষ্ণব খিবিকপু ইহন হান্না দর্শন ফংহনবিরম্বা বৈষ্ণব চূড়ামনিনি, অদুগা মনিপুর স্নালৈ-পাকপুম্ব শ্রীবৃন্দাবন ধাম ওইহনবিরমই শ্রীকৃষ্ণদি বৃন্দাবন থাদোকুনা খোংফম অমতা লে খোকখিদে, "বৃন্দাবনং পরিত্যেজ্য পাদমেকং স নগচ্ছতি" মনিপুরদা শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোনা রাস শান্নবিরিবা অসিনদি মনিপুরম্ব শ্রীবৃন্দাবন ধামনি হায়না গ্রন্থকারনা লৌজে, অয়োন অরান পুম্ন-মক ইবুংঙোনা ঙাকপিসনু।

নিংথৌরেন যইফবনা নজবাজেশ্বরী ইবুংঙো ইরেম্মবু প্রেম ভক্তিগা লোইননা রাজসেবাগীদমক প্রাসভাপচিংনা মথক্তা পনজখ্রবা লোইশং কয়ামুক লিহুনা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দ ইবুংঙো ইরেম্মা অনিমক্তী সেবাবু কাইদনা চৌবিবম্মি, ওংস যওবা অষ্টকাল সেবা কাইদনা চৎথরি, ভক্ত বৈষ্ণব লিশিং লিশিংনা অতোং অথম লৈতনা শ্রীরাধাগোবিন্দবু দর্শন ফংজরি।

## শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দ নিরূপন অভিষেক তৌবদগী ইহান হান্না সাথাজখিবা পুজারিশিং॥

১। শ্রীবিষ্ণুলাংপম ঠাকুর বালকৃষ্ণ।

২। শ্রীহঞ্জবম ঠাকুর পুনানন্দ।

৩। শ্রীগুরুমবম ঠাকুর চাঁদবদন।

৪। শ্রীলাইনবুম শ্যাম ঠাকুর।

৫। শ্রীহিদংমযুম ঠাকুর গৌরচন্দ্র।

৬। শ্রীব্রহ্মচারিমায়ুম বলরাম ঠাকুর।

৭। শ্রীঅরিবম সিদ্ধার্থ ঠাকুর।

ঠাকুর অসিন শ্রীগোবিন্দগা হৌদোকখ্রকপা পুজারী ৭ নি।

(শ্রীশ্রী গোবিন্দ ব সেশ্বরী পাল এন্নয়েল – ১৯৮৬)

মতাং অসিদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দব ভক্তরাজর্ষি শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ মহারাজনা নিরূপন অভিষেক তৌরগা নিত্য অষ্টকাল সেবা তৌজখিবা অহুগা ইহান হান্না শ্রীরাসলীলাবু কচ্চখিবগী শম্ভলা পন্দুপ লোইজরে। পাঠক ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা অরান অহুই চুমথোকপিরক্বা নিজরি।

ওঁ তৎসৎ ওঁ॥

---

গোদিংঙ্ নিংথৌরেনশিং অমসুং ঈশ্বরশিং॥

গৈদিঙ্ ক্যাম্ব নিংথৌ = খৃঃ ১৪১০।

খৃষ্টাব্দ চা তরামঙাগী হৌগৎলকপা অহানবা চহি ১০ গী মন্নুংদা (খৃঃ ১৪১০ গী মহুংদা) গৈদিংঙ্ ক্যাম্ব নিংথৌগী মাহাক্তক্তা স্বর্গদগী মৈবুল ওইনা ইরং লংনা শ্রীবিষ্ণুনা শালগ্রাম ওইনা পাইথরকই। শালগ্রাম অহুবু পোং নিংথৌনা গৈদিঙ্ ক্যাম্বদা পিরকই। শ্রীবিষ্ণু অসি (শালগ্রাম অসি) নিংথৌনা লমাংদোংদা লাৎলি; ঙসি ফাওবা বিষ্ণু মন্দির অসি লমাংদোংদা লৈরি। ঙসি চহি ৫৮০ চামঙামরিস্ু শুরে। বিষ্ণু মন্দির লৈবা মরমদগী লমাংদোংবু বিষ্ণুপুরসু কৌই। ব্রাহ্মনশিংনা তাকুনা নিংথৌনা শ্রীবিষ্ণুবু শঙ্গোম ক্ষীর বৎলগা প্রসাদী অহু চাবদগী নিংথৌগী মশাদা পকপা অনাবা কোকখি।

( মৈতৈ কীর্তন )

## মৈদিঙু তুবী চরাইরোংবা=খৃষ্টাব্দ ১৭৯৭-১৭৯০ ॥
## শ্রীশ্রীজগন্নাথ অচোবা।

খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯ ফাওবগী মনুংদা মৈদিংঙু নিংথৌরেন চরাইরোংবগী স্নাহাক্কক্তা কট্টকতগী বামোন অমনা জগন্নাথ অমা পুরকখি। ওসি বামোন লৈকাইদা লাৎলিবা শ্রীশ্রীজগন্নাথ অচোবা হায়না ময়ামা খংনরিবা ইবুংঙো অসিনি ওসি চাওরাক্লা চহি ২৮০ রোম শুরকলে। ইবুংঙো অসিবু পুরকপা বামোন অত্তগী য়ুন্নাকপুনা "লাইপুবম" হায়না খংনখি।

( হিন্দুপর্ব্বদিন )

মথংদা মথুরাগী নন্দগ্রামদগী অতোপ্পা বামোন অমনা জগন্নাথ অমসু পুথোরকখি। পুথোক্লকইবা বামোন অত্তগী য়ুন্নাকনা "মথুরাবাসীময়ুম" হায়না খংনখ্রে।

( হিন্দু পর্ব্বদিন )

## মৈদিঙু গরিবনিবাজ মহারাজ=খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ ॥
## শ্রীশ্রীরামজী প্রভু ॥

খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ দা শ্রীযুৎ মহারাজ গরিবনিরাজনা পানবা কুমদা শ্রীহট্টতগী থোরকপা শান্তিদাস কোবা নিপা অমদগী মহারাজবু রামান্দী ধর্ম্মদা দীক্ষা পিখি। মতম অসিদা শ্রীরামজী প্রভুগী মুর্ত্তিবু লাৎখি। হৌজিক য়াংথৈ নিংথেম পুখ্রি অচৌবগী নোংচুপ থংবদা বিরাজ ওইরিবা ইবুংঙো অসিনি।

মথংদা শ্রীযুৎকী স্নাহাক্তকতা মহাবলী ঠাকুরসু নিরুপন তৌবিরগা হৌজিকমক মহাবলীদা লৈরিবা ফুরা অসিসু শাখিবনি। লাৎলিবা

হনুমানগী মুর্ত্তি অসিদি কৈথেল অচৌবদা ( হৌজিক জোনষ্টোন স্কুল ওই-রিবা মফমদা ) মুংলম্বা নুংনা শাখিবনি।

নোংমাইজিংদগী ব্রাংখৈ য়োংলান লৈরক্তা য়োয়াম লাক্লগা মহাবলী ঠাকুরগী উমংদা লৈখি হায়বদগী য়োংলান লৈরক কৌখিবনি।

( হিন্দুপর্ববদিন )

## ভক্ত রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ = খৃঃ ১৭৫৯-৬২, ১৭৬৩- ১৭৯৮ ॥

## শ্রীশ্রীগোবিন্দ, শ্রীবিজয়গোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথ শ্রীনিত্যাইনন্দ, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু, শ্রীঅনুমহাপ্রভু ॥

খৃঃ ১৭৭৬ শ্রীযুৎ চিংথংখোম্বা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা কাইনা চিংদগী থৈবেং পাম্বৈনা শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোবু নিরূপন তৌরগা অভিষেক জীবন্যাসকী সেবা ফংখি। লোইন লোইননা মনিপুরদা ইহান হান্না শ্রীরাধাগোবিন্দগী রাস লীলাসু কৎখি।

কাইনাগী থৈবোং পাম্বী অত্তুদগী শ্রীবিজয় গোবিন্দ, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীনিত্যাইনন্দ, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু নিরূপন অভিষেক তৌরগা নিংথৌগী চান্নবা মতিক মণ্ডন লৈববা পাত্রশিংবু সেবা চৎহনখি। ইবুংঙোশিং অসি হৌজিক-মক মনিপুরগী অতোপ অতোপ্পা লমদা বিরাজ ওইবি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা লুনা চোকশিননা সেবা চৎলি।

খৃঃ ১৭৯৮ দা কাইনাদগী পুরকপা থৈবোংগী ৫ শুবা ( ইরোইলোইবা উককনা) শ্রীযুৎকী স্নায়াথং লৌরগা মজা ইবেম্মা বিম্বাবতী (শীজ লাইওংবী)

না শ্রীঅদ্বৈমহাপ্রভু ইবুংঙোবু নিরুপন তৌবগা অভিষেক তৌখি। ঙসি নবদ্বীপতা শ্রীঅদ্বৈপ্রভু ইবুংঙোনা বিরাজ ওইবিবি। ভক্ত লিশিং লিশিংনা অতৎ-অথম লৈতনা ইবুংঙোবু দর্শন ফংজরি।

## মৈদিঙু গম্ভিরসিং মহারাজ=খৃঃ ১৮২৬-৩৪। কোনুংগী শ্রীশ্রীজগন্নাথ।।

খৃঃ ১৮৩২ দা মৈদিঙ গম্ভিরসিংহ মহারাজগী স্নাহাক্তকতা কোনুংগী শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা লাৎলিবা শ্রীজগবন্ধু ইবুংঙো অসি নিরুপন তৌরগা অভিষেক তৌখি। ইবুংঙোস্মু ময়াম্বুং ইবুংঙো শ্রীবলভদ্রস্মু মচন ইবেম্মা সুভদ্রাস্মু হৈবোক চিংদগী হৈনৌনা নিরুপন তৌখিবনি। জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা বামোন লাইশাবা কারিগর অমনা মুর্ত্তি অহুম অসিবু শাখি। ঙসি চহি ১৫৭ শুরে। মনিপুরদা ইহান হন্না শ্রীজগবন্ধগী রথ যাত্রা ( কাং চিংবস্মু ) শ্রীগম্ভিরসিংহ মহারাজগী স্নাহাক্তকতগী হৌখিবনি।

( হিন্দু পর্ববদিন )

## ঝুলন লীলা।।

মৈদিঙু শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ মহারাজগী মচাইবুংঙো মৈদিঙু মহারাজ ঈশ্বর চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী স্নাহাক্তকতা ( খৃঃ ১৮৩৪-১৮৪৪, ১৮৫০-১৮৮৬ ) শ্রীগোবিন্দজীগী ঝুলন লীলা কৎপা হৌখি।

ঝুলনগী দোল অসি অচুম্বা নিয়ম মতুংইন্নদি ফৈনা-ফৈনা হাইগদবনি, মাংতুং ওইনা হাইবা যাদে হায়না শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা লেংলম্বা "শ্রীকৃষ্ণ ভাবনামৃত" কৌবা গ্রন্থদা য়াওই। অদুমনা ফৈনা-ফৈনা হায়বা অসিনা শ্রীমতি ইবেম্মগী মোত্তিমালানা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গদা থৌগনলি, ইবুংঙোগী বৈজয়ন্তিমালানা ইবেম্মগী শ্রীঅঙ্গদা শোকহল্লি। অদুম্না

মধুররসকী প্রেম ভক্তিবু শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা নিংথিনা উৎপিরমই, দোল তুং-মাং হাইরবদি বস অসি মপুং ফাবা ওমদে, কিশোর-কীশোবী অনিনা দোলদা লেংখৎলগা শারবা ঝুলন লীলা অসিবু ললিতা বিশাখানচিংবী সখীশিংনা থোগল তৌহনা অনিমকী রসবু হুংগাইনা চুপচৈ। মতম অসিদা চোংগা তেনরানা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী গুনাগুনবু থাগৎ থাগৎনা খৎনরকই।

"শুক বলে আমার কৃষ্ণ মদন মোহন।
শারীবলে আমার রাধাপাসে যতক্ষনে,
নৈলে সুধুই মদন॥"

তেনরানা হায়, ঐগী কৃষ্ণদি মদন মোহননি, চোংগানা খুমই রাধানা মনাক্ত। লরিমথৈ মদনমোহন কৌই। রাধা য়াওদ্রবদি নংগী কৃষ্ণ অছু মদনতমক কৌবনি।

"শুকবলে আমার কৃষ্ণ জগৎগুরু শারী বলে রাধা প্রেম কল্পতরু নৈলে কার গুরু॥

তেনরানা হায়, ঐগী কৃষ্ণদি জগৎকী গুরুনি, চোংগানা খুমই ঐগী রাধাদি প্রেম কল্পতরুনি, মহাক যাওদনা নংগী কৃষ্ণ অছু কনাগী গুরুনো? অসিনচিংবা ঝুলন লীলাগী রাবিনি।

রামজী থুল।

খৃঃ ১৮১৯-১৮২৮ গী মমুংদা হায়বদি শ্রীগৎ চৌরাজিৎ মহারাজনা পালরগী তুং অমসুং শ্রীযুৎ গম্ভিরসিংহ মহারাজনা পালকপগী মনুংদা চহি ৭ খুত্তাকপা মতমদা শ্রীরামজী প্রভু অসি মাংলুবে। তুংদা তমেংলোংগী

কবুই খুল অমদগী ফংলল্লগা তেবাকৈথেলকী মনিংদা লৈবা কবুই খুল অমদা অমুক লাৎলম্মি। মবম অদুদগী কবুই খুল অদুবু বামজী প্রভু লাৎলম্বগী-দমক্তা রামজী খুল হায়না খংনখিবনি।

## থিনুংগৈ—রামজীনিংথৌ লৈপাকলৈমা ॥

থিম্নুংগৈ ( হৌজিক্না গঙ্গাপুর হায়না খংনারবা ) দা "রামজী নিংথৌ লৈপাক লৈমা" হায়বা অফাওবা উমং লাই লৈ। উমংলাই অসিবু মফম অদুগী মীয়াম্মা য়াম্না লুনা কিনা ইবাৎ পূজা তৌই। মখোয়না প্রভু রামচন্দ্রবু রামজী নিংথৌ হায়, সীতাবুনা লৈপাকলৈমা হায়না কৌই। মফম অসিদা আযোধ্যাদগী লাকপা মীওই খবনা মৈতৈ ওল্লগা রাম সীতাবু মৈতৈগী উমং লাই ওইনা লাৎখিবনি হায়নৈ।

( হিন্দু পর্ব্বদিন )

শ্রীশ্রীহরিভক্তি বিলাস,

বাসুদেব রহস্যীয়

মালা নির্ণয়ঃ ।।

## মালা নির্ণয় ।।

"ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমারূপ বেণুরন্ধ্র কর পল্লব,
গোপী মণ্ডল মধ্যস্থ শোভিত,
শ্রীনন্দনন্দন অহং ভজে ।।"

শাথেক অহুমনা লৈতেংলিবা
নৌখ্রবা উনামতোলমুক থোংখ্রবা
শ্রীহস্তনা বেনুগী মখুলদা নমলিবা
গোপী পুম্বগী ময়াইদা ওাষোইরিবা
শ্রীনন্দগী মচাইবুংডো (শ্রীকৃষ্ণবু)
ঐনা খুরুমজে ।।

হিন্দু ধর্ম্ম চৎপশিংনা পোকপা মতমদা মী অদুগী জন্মকোষ্ঠী (কুঠী) ইবা হৌনৈ। মরু ওইনা গৌড়ীয় সমপ্রদায়গী মীওইশিংগীদি তৌদবা য়াদবা থবক্নি। কোষ্ঠী ইবা মতমদা মী অহুনা পোকপা মতম অদুদা ওইবা নক্ষত্র অদুগী মখোং ৪ বু য়েংলগা পাঞ্জিনা মী অদুগী মমিং (কুঠীদা) থোন্নবা চান্নবা ময়েক অদু কোষ্ঠী অদুদা ইরকই। খুদমদি, অশ্বিনী নক্ষত্রগী মখোং ৪ নি মাদুদি "চু," "চে, "চ" "ল" নি। মী অহুনা পোকপা মতমদা করম্বা মখোং (ময়েক) ওইগদগে হায়ববু কোষ্ঠী ইরিবা পাঞ্জিনা পোকখিবা পুংফম অদু য়েংলগা পুথোকই। অণ্ডাং অদু অহুমগুমা মখোং "চ" দা পোক্রে। নিপা ওইরগা 'চৌরজিৎ থোক্লগনি নুপী ওইরগা চপলা। মী অহুনা হয়েং মতম চারক্লগা গুরুদা চংজরে, দীক্ষা পিনবিরে, মথংদা গুরু কৃপাদগী সিদ্ধমঞ্জরী ফংহনখিবা মতমদসু "চ" দগী হৌবা মঞ্জরীগী নাম থিগনি।

"চম্পক মঞ্জরী" হায়বা নাম ফংলে। মী অদু সিদ্ধমঞ্জরী ফংবা মতমদা মহাকা নাম অদু "চম্পকমঞ্জরী হায়না থোনবিরগনি।। হয়েং

মী অহুনা বৈরাগ্য ফংজগে হায়রবদি "চ" দগী হৌবা দাস্য নাম "চৈতন্যদাস" মুপীদা ওইনগা চৈতন্যদাসী" হায়না। গুরুনা দাস্যনাম পিবিবগনি। (মৈতৈকীর্তন)

সিদ্ধমঞ্জরী অমসুং জপমালা ।।

সিদ্ধমঞ্জরী ফংলবা মীনা নিপা নত্রগা মুপী। গুরুনা সিদ্ধমঞ্জরীগী নাম পিবিবগা, মালা চংপা হৌবগনি। জপমালা অসি তুলশীনা শাবা লিক মরু ১০৮না লেংবরু 'নামজপমালা" কোই। জপমালা মরু লেংলিবা - লংগুং অহুনা শ্রীমতি রাধিকানি, শাক্ষীনা ললিতা দেবীনি, সুমেরুনা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা মণ্ডোন্দা তিন্দুনা লৈ অমুম্না খংনগনি, :

'শতাষ্টগে লিকা মালা সূত্রঞ্চ রাধিকা পূরা।
শাক্ষী চ ললিতা দেবী সুমেরুঃ কৃষ্ণযুক স্বয়ং ।।"

শ্রীহরিভক্তি বিলাস বাসুদেবরহস্য)

নামমালা শাবা অমসুং লেংবগী বিধিঃ।।

"তুলশীকাষ্ঠঘটিতৈম নির্ভিন্ন পমালিকা।
সর্ব্বকর্ম্ম নি সর্ব্বেনামাপ্সাতার্থফলপ্রদা ।।"

তুলশী কাষ্ঠনা জপ তৌনব মালা শেংগনি। মাহুনা বর্ণ পুম্নমকী (ব্রাহ্মন, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র) মী থবক পুম্নমক্তা অনিংবা মহৈ পি। মালাদি তুলশী কাষ্ঠনা শাবনা অহেনবনি ।

"ধাতৃফলপমানেন শ্রষ্ঠমে তদুদাহৃতম।
বদরাণ্ডপ্রমানেন-গচ্ছেতে মধ্যমাধমে।"

লিক মরুদি হৈগ্রু মহৈমুক চাওবনা অহেনবনি, বোরোই মহৈ মরুনা ময়াইনি বোরেই মকমুক চাওদনা অহোনবনি ।।

'অষ্টোত্তরশতে: পূর্ব্ব পঞ্চাশন্তি মধ্যমা।
কন্যাসা পঞ্চবিংশত্যা পবিমানং বিধীয়তে ।।"

লিক মরু ১০৮ না লেংবনা অথোইবনি, ৫০ না লেংবনা ময়াইনি, ২৫ না লেংবনা অতোনবনি ॥

"ততো বিপেন্দ্রপূন্যাস্ত্রীনির্ম্মিতং গ্রন্থিবর্জ্জিতং
ত্রিগুনং ত্রিগুনীকৃত্য সূত্রং প্রক্ষাল্য পূর্ব্ববৎ ॥"

ব্রাহ্মন অথোইবীনা পোকপী পূন্যচেনবী মুপীনা নাইবা শমদবা লং অহুনা অহানবদা অহুমলক ফাইরগা অমুকসু অহুমলক ফাইরগা চামথোক্লগা থমগনি।

"মনি মেকৈকমাদায় সূত্রে চ যোজয়েৎ সুধী: ।
মুখে মুখন্তু সংযোজ্য পুচ্ছে পুচ্ছেন্তু যোজয়েৎ ॥"

লিক মরু পাইরগা লং অহুদা লেংগনি মচিনগা মচিনগা মমৈগা মমৈগা ওনসিন্ননা লেংগনি।

"গোপুচ্ছ সদৃশী কার্য্যা যদ্বা সর্পাকৃতি শুভা।
তৎ সজাতীয় মেকাক্ষং মেরুত্বেনাগ্রতোন্যসেৎ ।
একৈক মনিমধ্যেতু ব্রহ্মগ্রন্থিং প্রকল্পয়েৎ ।
জপমালং বিধায়েত্থং তৎসংস্কারান সমাচরেৎ ॥"

মালাগী মরু অচৌপিশক্কী পরেংদি যণমমৈগুম্না মতোনলোমদা পীকথনা লেংগনি, অহুগা লীনগী মওংগুম্না মকোক মমৈদা পীকথনা— মমৈদগীদি মকোকলোমনা চাউবা হেনবা ময়াইদগীদি মকোকনা পিকথহননা লেংবসু কৈ।

লিক মরু অমমম শম্নফদে, মরক্তা ব্রহ্মগ্রন্থি হায়বদি কিঁশি অমমম হাপ্পা হৌনৈ, অহুগা ময়াইদা তুলশী কাষ্ঠনা শাবা "সুমেরু" অহুদি মচিন মথকলোমদা ওনথৎনা হাপকনি, অসুম্না লেংবা লোইরগা মালাবু সংস্কার তৌগনি ॥

## মালাবু সংস্কার তৌবা

"ওঁ সদ্যোজাতং প্রপদ্যামি সদ্যোজাতায়বে নমো নমঃ।"

মন্ত্র অসি শোন্দুনা নাম মালাবু পঞ্চগব্যনা ঈশিং অকবদা চামথোক্নি ॥

"ওঁ বামদেবায় নমঃ জ্যেষ্ঠায় নমঃ শ্রেষ্ঠায় নমঃ
রুদ্রায় নমঃ কলায় নমঃ কলাধিকরনায় নমঃ ॥"

মন্ত্র অসি শোন্দুনা মনম মুংশিবা চন্দন আগরুনচিংবনা মালা মরু খুদিংমকপু তকথোক্নি।

"ওঁ ঘোরেভ্যো ঘোরতরেভ্য সর্বেভ্যোঃ সর্বসর্ব্বেভ্যো
নমস্তেঅস্তু রুদ্র রূপেভ্যঃ শিবেভ্যঃ চ॥"

মন্ত্র অসি শোন্দুনা মালাবু ধুপনা মনম মুংশিংহনগনি॥

"ওঁ তৎ পুরুষায বিদ্মহে মহাদেবায় ধীমহি তন্নো রুদ্র প্রচোদয়াৎ॥"

মন্ত্র অসি শোন্দুনা মালাবু চন্দন তৈগনি॥

"ওঁ ঈশানঃ সর্ব বিদ্যানামীশ্বরঃ সর্বভুতানাং
ব্রহ্মাধিপতিব্রাহ্মণোহ বিপতিব্রহ্মা শিব নমেহস্তু শিবায॥"

মন্ত্র অসি লিকমরু খুদিংগী চাম চামবক শোনগনি॥

"ওঁ ঈশানঃ নমো ওঁ ঘোরেভ্য নমঃ॥"

মন্ত্র অসি শোন্দুনা মুমেরুবু প্রান হাপকনি॥

## শ্রীগুরুদা মালা কৎপা অমসুং লৌবা

"শ্রীগুরুসংপূজ্যতদ্ধস্তাদ গৃহ্নীযাৎ সর্বসিদ্ধয়ে॥"

অস্মুম্না মথক্তা হাযগ্রবা বিধিগী মতুং ইন্না মালাবু সংস্কার তৌববা, প্রান হাপ্লগা, শ্রীগুরুদা মালাবু কৎকনি অদুগী মতুংদ শ্রীগুরুগী মখুত্তগী মালাবু লৌগনি।

## মালিকা

হৌজিক মহামন্ত্র হরিনামবু জপ তৌনবগী নিযম হাযরগে।

মহামন্ত্র হরিনাম অসি অমুক শোনবদা লিক মরু অমা লৌগনি,

অমুম্না শোল্ল শোল্লগা মক ১০৮ শুনা লৌবব ' মালিকা" অমা কৌরে। মালিকা মরিনা "গ্রান্থি" অমা কৌরে বৈষ্ণবশিংনা মালিকাগ "ফের" হাযনস্থ হায়নৈ। ফের অসিনা সুমেরু যৌবগা অমুক হঙ্গৎনা চৎলকই। মতাং অসিদা সাক্ষি অমা ওইহৌবে। লিক চৎপদা সুমেরু য়ৌবগা সুমেরুবু লাম্ফোক্তুনা চৎপা য়াদে অমুব হঙ্গৎনা চৎপা হৌনৈ।

শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রি কলিদদি সংকীর্তননা যজ্ঞনি, হরিনাম মহামন্ত্রবু দিবানিশিদা জপ তৌবনা মহাযজ্ঞনি, মসি অসি শোনবদা কালগী নিয়ম লৈতে, অযুক মুংথিল অহিং পুন্নমক্তা শোনবা যই। হকচাং অশুদ্ধ ওইনা (মাংনা) মালা জপ তৌবদি য়াদে।

## মহাজপযজ্ঞগী মখল ॥

মহাজপযজ্ঞ অসিবু অখল অহুম থেক্লা খাযদে কই, মতুদি -(১) বাচিকজপ (২) উপাংশুজপ (৩) মানসজপনা। লাওনা শোনববু "বাচিকজপ" কৌই, খেনদি থোক্তনা চিলনানদং লেংহনা শোনববু "উপাংশু জপ" কৌই। খোঙ্গেনস্থু থোকতনা চিনবাল যাওবা লেংদনা পুক্লিংদা শোনবব "মনসাজপ" কৌই। জপ পুন্নমক্তগী মানাসক জপনা উত্তমনি পুংহেন হেনবনি।

## মালা চংপগী নিয়ম ।।

"তর্জ্জন্যা ন স্পশেৎ সত্রং কম্পযেন্নবিধুনযেৎ।
অঙ্গুষ্ঠে পরবমধ্যস্থং পবিবর্ত্তং সমাচরেৎ ।।
অশুচিনা ন শেদেনং করভ্রষ্টাং ন কারযেৎ।
জপান্যকালে কালক্সপূযিত্বা সুগোপযেৎ ।।

খুদোম্বীনা মালাব শোকফদে. নিকফদে. নোমফদে, খুপীগী ময়াই থংবা পবর্বদা হাপ্তুনা চৎকনি, হকচাং শেদনা মালা শোকফদে, খুত্তগী

নাম্থোক্তুন্না তাহনফদে, খুৎ ওইনা শোকফদে। মালাবু জপ তৌবা মতমদা মী উহনফদে, লোৎলগা মালাজপ তৌগনি।

—"কম্পনং সিদ্ধিহানি স্যাৎ ধূননং বহুদুঃখম
শব্দেজাতে ভবেদ্রোগী করভ্রষ্টাদ্বিনাশবৎ
ছিন্নে সূত্রে ভবেন্মৃত্যুস্তস্মাদ যত্নোপরোভবেৎ॥

মালা নিক্লগা সিদ্ধি মাংই; হাইরগা অহাবা লংই, মখোল খোকহল্লগা নাই, খুত্তগী নাম্থোক্লগা অনাওবা ফংঙি লং তৎলগা মশি। মধম ভাসিদগী মালাজপ তৌবা মতমদা য়াম্ন চেকাশনগদবা ওই।

"জীর্নে সূত্রপুনঃ সূত্রং গ্রথয়িত্বা শতং জপেৎ।
প্রমাদাৎ পতিতে হস্তাৎ শতমষ্টোত্তরং জপেৎ॥
তাবন্নিষিদ্ধ সংসপর্শে ক্ষালয়িত্বা যথোদিতম॥"

মালগী লং তংলবদি লং অহনবা অমুক লেংথোক্কনি। মহ মন্ত্র ১০০ রক জপ তৌগনি। জপ তৌনবা মালানা থাদ্রৎপদা নাম্থোক্তুনা তারবদি মহামন্ত্রবু ১০৮ লক জপ তৌগনি। ফংতবনা শেংক্রুরবদ পঞ্চগব্যন-চিংবনা চামথোক্কনি।

## জপাঙ্গুলী (খুংতা জপ তৌবা)।

জপাঙ্গুলী হায়বদি খুৎতা খুৎশনা নামজপ তৌববু জপাঙ্গুলী কৌই।

খুৎতা নামজপ তৌবদি খুৎপানা খুদোল মহমগী খুৎশাগী পর্ব্ব পর্ব্বদা (অথোৎপা তোংশিংদা) তৌগনি। খুংগা য়াংদ্রবদি মহৈ লৈতে। খুৎয়াইগীদি মথক থংবা পব্ব দা মরোগানি, মথাহ অমসুং মখা থংবা পববদি লৌরোই। খুৎনাওবী, খুৎনিংথৌ অমসুং খুদোনবীগা পবব পুম্নমকতি লৌগনি।

খুৎয়াইগী ময়াই অমসুং মখা থংবা পর্ব্ব অনী অদুবুদি "সুমেরু"নি হায়না ব্রহ্মানা শেম্লমলে।

করমালা জপ তৌবা মতমদা খুংমতোনশিং অতু হোইনফদে, অহোবা অতুদা নাম লিংথখি হায়রি, মতোনশিং খজিক্তং কোম্থরগা জপ তৌগনি।

"অঙ্গুলীলাং বিয়োগেতু ছিদ্রেষু স্রবতে জপঃ
অঙ্গুল্যাগ্রেষু যজ্জপ্তং যজ্জপ্তং মেরু লঙ্ঘনে,
অসংখ্যাতঞ্চ যজ্জপ্তং তৎসর্ব্ব নিষ্ফলংভবেৎ ॥"

খুংকী মতোনদা জপ তৌবা, মালা অমস্তং করমালাদা সুমেরুবু কান্দুনা জপ তৌবা, মশীং থিদনা জপ পংতৌ তৌবা, অমুম্না জপ তৌবা মন্ত্রদি মহৈ লৈতে হায়রি।

## মালাবু ধ্যান তৌবা, বন্দনা তৌবা ॥

"ঘনবিদ্যুৎ সমাযুক্তং নীলপীতাম্বরং ধরম।
সর্ব্বাঙ্গসুন্দরবরচি হরিনাম নমোস্তুতে ॥১॥
মত্তকেশরি কিশোরবিক্রমঃ
প্রেমসিন্ধু জগদাপ্লবোত্তমঃ
কোহপি দিব্য নবহেমকন্দলী কোমলো জয়তি গৌরচন্দ্রমাঃ ॥২॥
দন্তে নিধায তৃনকং পদযোর্নিপত্য,
কৃত্বা চ কাকুশ তমেতদহং ব্রবীমি।
হে সাধবঃ সকলমেব বিহায় দূরাদ,
গৌরাঙ্গচরনে কুরুতানুরাগম ॥৩॥

জ্বলিত কনকগাত্রী রাধিকাপ্রেম পাত্রী,
যুগলরতিবিধাত্রী প্রেমহেমপ্রদাত্রী
অমল কমলনেত্রী কামবানাবিজেত্রী,
জয়তি নিগম পূর্ব্বা মঞ্জরী রূপপূর্ব্বা ॥৪॥

অবিঘ্নং কুরু মালেত্বং হরিনামজপেষু চ।
শ্রীরাধাকৃষ্ণয়োর্দাস্যং দেহিমালে চ প্রার্থয়ে ॥৫॥

ত্বমেব তুলশীমালা সর্ব্বতত্ত্ব স্বরূপিনী।
ভক্তি তত্ত্বং ত্বয়িন্যস্তং তস্মাম্মেভক্তিদা ভব ॥৬॥
মালে ত্বং সর্ব্বভূতানাং সর্ব্ব সিদ্ধিপ্রদা মতা।
তেনসত্যেন মে সিদ্ধিং দেহি মাতর্নমোস্তুতে" ॥৭॥

অহানবদা জপ তৌগদবা শ্রীহরিনাম মহামন্ত্রবু শ্লোক (১) অসি হায়ডুনা ধ্যান তৌডুনা খুরমগনি। মাডুদি নোংদা নোংথাংনা ফজবগুম্বা, অশংবা নাপু ফীনা লৈতেংবা, প্রেমবু পুবা মশা পুম্নমক ফজবতনা মশক ওইবা হরিনাম মহাকপু খুরুমজে ॥১॥

হরিনামবু জীব পুম্নমক্তা পিনবিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু শ্লোক (২) শুবা অসিনা হায়ডুনা খুরুমগনি। অর্থদি ইবুংঙো মহাক্না সাধুগী থম্মোইদা লৈবা য়েক্লবা তরুক্বী মশক ওইবা শামুশিংবু ময়াইকাবা নোংশাগী মশক ওইনা তান্থোকপিবা প্রেমগী মশক ওইবা সমুদ্রগী ইথক্লা তাইবং পানববু পুমহনবা, অম্লম তৌই হায়বা থোক্তবা শ্রীমুর্ত্তিগী নিংথিবনা তিনবা, মক্তবা সনাগী লক্লয়োন মানবা শ্রীগৌরচন্দ্রনা জয় ওইরি ॥২॥

অতুগী তুংদা বৈষ্ণব পুম্নমকপু ভাবনা শ্লোক (৩) শুবসি থিডুনা হায়গনি। অর্থদি ইচিনদা নাপী চিকতুনা, চরন অনিমক্তা তুম্হনা নোল্লুকপা রাইহেনা চাম চামরক হন্না হায়জরি, হে সাধুসা! তৌবা হৌনবা পুম্নমক লাপ্না হঞ্জেতুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী শ্রীচরনবু পামজববু নখোয়না (ঐঙোন্দা) পিবিয়ু ॥৩॥

অতুগী তুংদা শ্রীরূপমঞ্জরীবু ধ্যান তৌরগা শ্লোক (৪) না ভাবনা খুরুমজগনি মতুদি মৈনুংদা শৌরিবা সমাগী মচু মানবী, ইবেম্মা শ্রীমতিগী অচানবী, শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী প্রেম পুরিবী, মক্তবা থম্বালগুম্বা মিৎ ওইবী, কামগী তেননা নোইহংলবী শ্রীরূপমঞ্জরীনা জয় ওইরি (খুরমজৈ) ॥৪॥

অদুগী মতুংদা শ্লোক (৫/৬/৭) শুবা শ্লোক অদুম অসি থিদুনা মালাবু খুরুমদুনা প্রার্থনা তৌজগনি অর্থদি—হে মালে ! হরিনাম জপ তৌবদা য়ৈখাই থিনগাই লেহনবিগনু, শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মনাই ওইজবা পিনবিয়ু, হায়না ননাই ঐনা 'নজাব।

তুলশীমালা নংদি তত্ত্ব পুম্নমকী মশকনি. শীকৃষ্ণগী ভক্তি তত্ত্বদি শ্রীকৃষ্ণনা নঙোন্দা হাপ্পনা ল, অদুনা তত্ত্ব অদু ঐঙোন্দা পিনবীয়ু। হে মালে ! নংদি জাব পুম্নমক্তা সিদ্ধি পীনবিবীনি, অসিনা অচুম্বা রাকম অসি লৈবনা এবু সিদ্ধি পানবি , হে ইমা ! নংবু খুরমজে ।।৫/৬/৭।।

অসুম্না ধ্যান, প্রার্থনা, বন্দনা তৌদুনা মালা মহাযজ্ঞগী শমাংদসু মতুংদসু মথক্কা শ্লোকশি জাসগী অর্থ শনা শেনগনি অমসুং খুরুম-জগনি। ভক্তিগা লোইননা মথক্তা তাকখিবা নীধ নিয়ম কাইদনা জপ তৌজরবাদ সর্ব্বসিদ্ধি ওইগনি।

"হরিনাম মহামন্ত্রংজপ্তং তদগ্রন্থি সংখ্যয়া।
গুরো কৃষ্ণেচ ভক্তি জপ্তমস্তু সমর্পন ঃ ॥"

শোনজরবা হরিনাম মহামন্ত্রবু গ্রান্থিনা মশিং থিবগা শিকৃষ্ণদা অমসুং ভক্ত ওইবা শ্রীগুরুদা কচ্চবানি হায়না খুরুমগনি ।।

মথাং অসিদা "শ্রীশ্রীহরিভক্তি বিলাস বাসুদেব রহস্যগী মালা নির্নয়ঃ"গী সংক্ষিপ্ত বিবরন খরদং ইবা লোইবে ।।

ওঁ তৎ সৎ ওঁ

---

## গ্রন্থকারগী অপরাধগী ক্ষমা প্রার্থনা

১। ঐগী পুর্ব্বজন্মগী কর্ম্মগী ফল মতুংইন্না ইমাগী গর্ভদা লৈজরিবা ঐহাকপু পাপ কযানা লাকশিন্দুনা থমবিরে। গর্ভ মনুংদা লৈরিঙৈদা অমাং অশোই অপুম্বগী মরক্তা পুকমুংগী মৈরিনা এবু অরাবা কযা পিবীই, মকম

ইবুংঙো নঙোন্দা রাগানুরাগা প্রেম ভক্তি লৈজনবা তোল্লববু কৃপা তৌবিয়ু। হে শ্রীহরি ! হে শ্রীকৃষ্ণ ! হে শ্রীরাম ! হে শ্রীমুকুন্দ ! হে শ্রীমুরারে ! ননাইবু জন্ম জন্মান্তরদা গোপী-ভর্ত্তৃ গোপীজন-বল্লভ শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো নহাক্কী শ্রীচরনারবিন্দগী থাদোকপিগনু, শ্রীব্রজগোপীশিংগী শ্রীবৈষ্ণব শিংগী পাদরেনু মরিক অমতংবু ফংজনবা আকঙ্খা তৌজরিবা ননাই নরাধম ভিক্ষুক :–

শ্রীব্রজবিহারী সিংহ

— লোইরবা —

